*Ningtam Waree - An Essay by Rajkumar Mani Singh, published by Ms Sulochana Publications, Sagolband Ingudam Leirak, Imphal, Manipur - 795 001* **Price : Rs. 100/-**






| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | ওগষ্ট, ১৯৯৯ |
| কোপীরাইট | : | অইবা |
| কোপী | : | ১১০০ |
| অফোঙবা | : | সুলোচনা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল |
| মমল | : | লুপা ১০০/- |
| লাইরিক ফংফম | : | সুলোচনা পব্লিকেসন্স, শগোলবন্দ ইঙুদম লৈরক, ইম্ফাল (অইবগী য়ুম) |
| লাইরিক নম্ফম | : | বি: সি: পি: দব্লিউ:, লম্ফেলপাৎ ইম্ফাল |

# য়াওরিবা

# ৱাহে অমা অনীদং

মণিপুরী লোলদা নীংতম ৱারীগী মপুং ফাবা লাইহিরিক অমা ওইনা কাচিন কোয়া শোক্লা ইদুনা ফোঙ্নবা শ্রীরাজকুমার মণিনা হোংনরকপদা নুঙাইবা অপেনবা ফোঙ্দোকনিঙ্ঙী, থাগৎনিঙ্ঙী। ৱানা হোংনদুনা ফোঙ্নবগী শেম শাবা লোইরবা মতমদা লাইহিরিকী ৱাকোক্তা ৱাহে খরা ইদুনা ফোঙ্বা য়াওহৌ হায়না হৈবীরকপা অসি ঐঙোন্দদি ফজরবা তোংবা নুঙাইবা অয়াঙ্বা গাড়ী অমা লৈবা ওন্না কনাগুম্বনা লৈবীরগা শঙ্গাবদা তোংজৌ লৈবাক শীনবা থুংনা পুবীগে পঙ্না ফংদবা তাঞ্জা ফংজৌ হায়বগা মান্নরে।

শ্রীমণিগী নীংতম ৱারী মতোমতা লেপ্লতা নত্তনা য়াঙ্না চৎপা ঙমগদবা কায়াৎ শুবা লাইহিরিক্তি। ঐগী ৱারেং মচা অসিনা লাইহিরিক মশক তাকপা নত্তে। হীরম অসিদা অইবগা ঐগা ঈচেল অমদা হি তোংমিন্নবনি ৱারী শানবনি। শ্রীমনিনা অইবা অমা ওইনা লাইহিরিক মখল কয়া তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইদুনা ফোঙথ্রে। জাতীগী সম্মান ফংথ্রে। নীংতম ৱারী ফোঙ্লমদাইদা ঐঙোন্দা ৱাহে খর ইননবা হায়বীরকপা অসিগী মরম খর লৈরম্বা তারবদি অইবনা য়াবগী মনুংদা ঐনা মতম শাংনা রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা লৈজরকপা অমদি শ্রীমণিনা মহাক্কী অহল অমনি হায়না শীংথাবীবা অনীসি শোয়দনা য়াওরমগনি খল্লি। ইজরিবা খর অসিনা লাইহিরিক অসিগী খুরৌ ওইহন্ত্রবা অমদি নৈনরিবা হীরম অসিদা মতাং চাবা চাবদা হাপচিনবা থেংচিনবা য়াবা থোক্লবদি ঐগী পান্দমদি পাঙ্থোকচরে।

অইবা রাজকুমার মণিবু ঐখোয়না থাগৎকদবা মরম কয়ামুক লৈবগী মনুংদা অহানবদি লাইহিরিক হৈবগী কান্নবা অদু মশা মতোমতা ফংবগী মহুত্তা লৈবাক সমাজগা ফংমিন্নবা হায়বা মগুন অসিনি। ঐনা ইজবা লাইহিরিক অমগী শক্ অকপা ৱা অমা ডাক্তর সুনীতিকুমারনা চট্টর্জীনা ইবীরকখি। ইবীরকপা অদুদা ডাঃ চট্টর্জীনা হায়খি মতম অসিগী মণিপুরগী লাইহিরিক হৈবশিংনা লাইহিরিক হৈবগী মহৈ অদু সমাজদা কত্তুনা চামিন্নবা ৱাংলী। মসিগী অর্থদি ঐখোয় অসি ইগন্দে হায়বসি চহি কুনমরি কুম্মগী মমাঙ্দা হায়খিবনি—হৌজিক্তি ইন্নবা ময়াম থোক্লরবনিনা ফিভম অসি হোংলে অদুবু ডাক্তর চট্টর্জীগী ৱা অসিগী মখল হৌজিকসু কারি। শ্রীমণিবু হীরম অসিদা থৌগৎনিঙ্ই। মহাক্কা সাহিত্যদা নহা ওইরিঙৈদগী থবায় য়াওরকই। কলচরেল ফোরম মণিপুর লিংখৎমিন্নবগী মতম অদু

নিঙ্শিঙ্ভী। ঐখোয়না কলেজগী ওজা ওইবা মহাকনা ছাত্র ওইবা মতম অদুদগী মহাক্কী শাহৌ মিংয়েং নক্না উদুনা লাকপনি। মহাক অমসুং ডাক্তর আই, আর, বাবুনচিংবা নহারোলশিং অদু তুংদা মশক নাইরক্কনি থবক তৌরক্কনি ঐনা খনখি। চুন্নরে।

নীংতমলান পুম্নমক মফম মতম লালওং খেন্নব্রবসু ইতিহাসকী অচৌবা মরুওইবা তাংকক্কণ্ডাকনি। লৈবাক কয়াদা নীংতমলান শোক্লখি। আমেরিকাগী নীংতম লান নিংশিংবা য়াই। ভারতকী নীংতম লান কন্না নৈনরিবা ফোঙ্ ফোঙ্ শারিবা লোইশিনখিবা কুইদ্রিবা থোইদোক্লি। অমনা আমেরিকাগী ইতিহাসকী, অতোপ্পা অমনা ভারতকী ইতিহাসকী অচৌবা তাকক্ ওইরবনি। মফম মতম লালওং মান্নখিদে। মান্নখিবা হায়ববু বৃটিশ সাম্রাজ্যগী মনুংদা অমসুং বৃটিশ শক্তিগী মায়য়োক্তা শোক্লখিবা অদুতনি। আমেরিকাগী নীংতমলান মতম শাংনা শোক্লখিদে খুৎলাই পায়বা খুৎ থোক্লবা হিংসা য়াওবা লাননি। ভারতকীনা মদুগী ওন্ন-তৈনবনি। খুৎলাই পায়দুনা হিংসা য়াওনা বৃটিশ শক্তিগা থেংনখিদে, ইতোপ তোপ্পা খ্বাইগা মান্নদবা লালওংদা ভারতকী নীংতমলান থেংনখি। শাংলবা লান অদুগী মনুংদা তাংকক্ খরদা হিংসাগী অমসুং খুৎলাই পায়বগী থৌথোক লৈব্রবসু লান অদুগী মপুংদি খুৎলাই পায়দবা ইমু নাইমু তাহন্দবা য়েক্লবদা হিংসা তৌদবা হায়বা লাঞ্জগুনা ওইখিবা মরম্না বৃটিশ শক্তিনা লালহৌ অদু নমথনবা হোৎনবদা অমথীবা শাজৎ খুথা মীহাৎ-মীপুল শীজিন্নখিবা থোক্লবসু লালহৌবশিং মদুগী পাউখুম অহিংসানা পীখি অমসুং থবায়গী শক্তি (*soul force*) তমক শীজিন্নখি। ইতিহাসকারশিংনা ভারতকী নীংতমলানগী মওং অদু অধিকারগী মায়য়োক্তা বলকার হায়না শীংথাবা চুম্মী।

রামায়ণগী রাম রাবণ লাম্ছেংনবগী মতাংদা শ্রীরামনা হনুমানদা অধিকার বলকার অনীগী পোলোই তাকখি। লানফম ময়ায়দা হনুমাননা শ্রীরামদা হঙ্ংখি : "প্রভু, রাবণগীদি লাম্নী খুৎশু খুৎলাই অরোইবা লৈতনা পুথোক্লকই— তোংননবা রথনচিংবা তেকপগা শৌগৎলকপগা মান্নবা য়াওরি— মশামক্কী মকোকশু কক্পগা শৌবগা মান্নরি— অদুগী মথক্তা মরেবাক্তা শোক্লবগী খুদোং চাবা পুম্নমক ফংলি। প্রভুগী মায়কৈদা করি করি য়াওরি য়েংবীয়ু অব্বাংপমক্তনি" শ্রীরামনা পাউখুম পীখি : "হনুমান— নঙনা হায়রিবদু অচুম্বনি। রাবণদা লৈবা ঐখোয়গী মায়কৈদা লৈত্রবা খর নঙনা পল্লি; ঐখোয়দা লৈবা রাবণদা লৈতবা খর ঐ হায়গে : ঐখোয়দা লমচৎ চরিত্র লৈ রাবণদা লৈতে সতী সীতাবু হুবা ওম্মী, সীতা কনবা ঐখোয়গী অধিকারনি। অধিকার অদুবু মাঙ্হন্নবা শীজিন্নরিবা খুৎলাই অদু বলকারনি; অদুদি, খঙ্ভু, ঐখোয়দা অধিকার অমদি লমচৎ মাঙ্ত্রি রাবণগীদি অধিকার অমসুং চরিত্রনা শৌগৎত্রবা বলকারদগী হেন্না করি লৈরি? অধিকার অমসুং অচুম্বা লমচৎকী মায়োক্তা বলকারনা মায় পাকপা হৌনদে।"

শ্রীরাম অমসুং হনূমান অনীনা শানরিবা ৱরীগী মচং অসি ভারতকী পরম্পরা অমসুং সংস্কৃতীগী থবায়নি। ভারতকী নীংতমলান অসিদা লালহৌবশিংগী য়ায়কৈদগী ভারতকী চহি লীশীং কয়া চেংনা ঙাক্লকপা ফিদম, পরম্পরা অমসুং শাজং কায়হন্দবা উরি।

ভারতকী নীংতমলান শাংখি। অদুবু হৈশিংলবা বৃটিশনা ভারতপু মচেং মচেং লৌশিল্লকপা, ভারতমচাশিংগী একতা থুগাইহ্নকপা অমদি ভারতকী অপূনবা শাসন লৈরবা মতুংদা হায়বদি ভারতনা বৃটিশকী মীখা পোনবা মপুং ফারবদা ভারতমচানা লৈবাক শীন্না মীপূম খূদিংনা মীকপ থোকপা মতম কুইনা চঙবা তাখি।

নীংতমলান অসিগী মরমদা ইবা অমদি নৈনবদা পুম্নমক্না য়েংশিন্দবা য়াদবা, চিত্থবা তৌরোইদবা ৱাফম লংলা লংজীল খর লৈ। বৃটিশনা ভারতপু মপুঙ ফানা লোই চনবা মতম শাংনা চঙখি। লোই চনবা মতমদা চাউগ্রবা দেশ অসি বৃটিশ সরকারগী মখাদা পুন্না লৈবা মাল্লবসু মনুংদদি বৃটিশ ইন্দিয়া অমসুং ইন্দিয়ান ইন্দিয়া অনী থোক্লা লৈহনবা মরমনা শাসন তৌরিবা বৃটিশ শক্তিদা খুদোঙ চাবা য়াম্না লৈখি অমসুং ভারতনা মীকপ থোক্লকপদা লৈবাক শীনবা থুংনা অমসুং মীপূম তিংনা মীকপ থোকপগী মঙাল অদু য়ৌহনবদা নীংতমলানগী অরোইবা পুঙফম ফাওবদা ঙমখিদে। শক ১৮৫৭ তগী শক ১৯৪৭ ফাওবা অদু চহি ৯০গী শাংলবা মতমনি। শক ১৮৫৭ কী সিপোই ম্যুটিনিগী খঙহৌ হৌরকপা অমসুং শাথিনা খঙনম নমথখিবা অদুনা তুংগী নীংতমলানগী লুচিংবশিংগী পারা অমা ওইখি। চহি ২৮ গী মতুংদা ১৮৮৫ দা ভারত জাতিয় কংগ্রেস লিংখৎপা অমসুং চহি অদুদগী হৌরগা শক ১৯৪৭ ফাওবা হায়বদি চহি ৬২ গী তাঙ্কক অদু নিয়ম, থকশি-খাশি, লুচিংবা অমসুং পান্দম খঙনা চঙশিনবা লান ওইখি। চহি ৬২ অদুগী মনুংদা অহানবগী তাঙ্কক্ হায়বদি চাওরাক্লা চহি ২৩ দি সভা ফম্বা, ৱারেপ তাবা, য়াম্না খন্ন-নৈনবা অমসুং বৃটিশ সরকারদা চে অমসুং ৱারেপশিং অদু পীশিনবা-অসিগুম্বা থৌওংনা মপুঙ ওইখি। মতম অদুগী লুচিংবশিংগী মথংদা মতিক চাবা মগুণ লৈবা বৃটিশ সরকারনা সন্মান তৌরবা য়াম্না য়াওখি। দাদা ভাই নাওরোজি, ফেরোজ সাহ মেহ্তা, সুরেন্দ্রনাঠ বেনর্জি, লোকচান্য তিলক, গোপাল কৃষ্ণ গোখলে অচৌবা লুচিংবশিংনি। মখোয়গী লুচিংমখাদা নীংতমলানগী অহানবা তাঙ্কক্ অসি পাওথোকখিবনি। শক ১৯১৫ দা মহাত্মা গান্ধীনা খা অফ্রিকাদগী হল্লকপা অমসুং মতুংগী চহি খরগী মনুংদা নীংতমলান অদুগী শাজং-খোঙথাং হোংখিবা নৈনদবা য়াদবা ৱাফমনি।

মহাত্মা গান্ধীগী লুচিংমখাদা নীংতমলান অদু চহি ২৮ রোম শোক্লখি। মদুনা অরোইবা তাক্কসু ওইখি। তাক্কদু অদুদা লৈবাক হুপ্পা, থৌরম পরেং নাইনা লানগী খোঙজং চংবা অমসুং মমৈথংদা বৃটিশ শক্তিনা মায়থিরে হায়না লেপ্পা মশগী পার্লিয়ামেন্ততা বারেপ লৌদুনা ভারততা শক্তি শীন্নরকপা অমসুং ভারত মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওইরে হায়না পৃথিবীনা মশক খঙখিবা মপুঙ ওইবা বানি।

শ্রী রাজকুমার মণি সিংহগী নীংতম বারী কৌবা লাইরিক অসি হীরম অসিদা মপুঙ ফাবা লাইরিক অমা ওইনা মণিপুরী লোলদা ইহান-হান্না পুথোকপনি। নীংতমলানগী অমসুং মদুগী মমাংগী হায়বদি বৃটিশনা ভারত লৌরকপগী বারী মচা তানা লাইরিক অসিদা য়াওরি। লাইরিক অসি মশা মতোমতা লেপচবা ঙম্বা কায়াংশুবা লাইরিকনি। য়াম্না নৈনরগা, থিজিল্লগা বা মচং খোমজিল্লগা ইবনি। মশক তাকপা বামাঙ য়ানবা করিগুম্বা বারেং মচা অমা হাপ্লগী তঙাইফদবা লৈত্রবসু রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা কুম্বা মথক থোংবা অমনি খন্দুনা বারেং মচা অমত্তং ইয়ু হায়না শ্রীমণিনা হায়বীবদগী ইজরিবনি। তশেংবমক্তি হিরম অসিদা হায়ফম থোকপা নৈনফম থোকপা পুম্নমক লাইরিক অসিদা নংত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা লাইরিক অমদা শুননবা য়াওরে হায়বসিদি হায়বা লুই। মরমদি হিরম অসি য়াম্না পাক চাওই। মায়কে কয়াদগী য়েংবা নৈনবা খঙননবা হোৎনবা য়াই। হৌজিকমকসু ইতিহাস নৈনবশিংনা অনৌ-অনৌবা লাইরিক পুথোক্লরকলি। শ্রীমণিনা হীরম অসিদা ফনা নিংথিনা নৈনরে হায়বা লাইরিক অসিনা উৎলি।

লাইরিক অসিদগী অপাবশিংনা মরুওইনা ফংবা য়াই হায়না খনবা বাফম পন্নিংই। অহানবদা করিগীদমক নীংতমলান অদু অদুক শাংনা শোক্লখিবা; অনীশুবদা মহাত্মা গান্ধীনা খা অফ্রিকাদগী হল্লকপা অমসুং মহাক্কী লুচিং মখাদা লান অদুদা ভারতকী লাইরিক হৈবা হৈতবা লৌমী-শীনমী পুম্নমক য়াওশিনখিবা, অহুমশুবদা সত্য অহিংসা অমদি সত্যাগ্রহনা লান অদুগী পোৎচঙ খুৎলাই অমসুং লাঙ্গং ওইখিবা অমসুং অল্লোইবা অমদি মরিশুবদা গান্ধীজীনা ঈ তোৎপা স্বরাজ পামদে চহি শাংনা চঙলবসু অহিংসাগী আন্দোলন ওইগনি হায়খিবা অসিগী করি অর্থ লৈবা।

নীংতমলানগী খাইদগী মপুং ওইবা শক্তম অমসুং ফন ফন চোংথোক্লা ঙান্দুনা লৈখিবা মঙাল খরগী মনুংদা মহাত্মা গান্ধিজীগী মপোক শাহৌ শাজং মিৎয়েং খাইদগী হেন্দোকপা মগুনশিং, মহাত্মা পুথোকপা অমসুং মপুং ফানা মশামক্লা হিনাউ শারগা শীজিন্নখিবা অহিংসাদা য়ুম্ফম ওইবা সত্যাগ্রহ মহাক্কী লুচিংগী মওং, মদুমক্লা মহাকপু রাষ্ট্রপিতা লৈবাক্কী মপানি হায়না লাৎনখিবা, মহাক্কী পোলোইনা মহাকপু অমর খুভমদা থাদখিবা, ডাক্তর আইনষ্টাইন্না হায়খিবা "মহাক্কুম্না চাউবা মী অমা ঐখোয়গী মতম অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা পৃথ্বী অসিগী লৈমায়দা চৎলম্মী হায়বসি তুংগী মীরোলনদি

থাজরোই" অসিনচিংবা অমদি মরেবাকীদমক থবায় ফাওবা থৌনা ফনা চিংনবা লৈতনা থাদোকপা ওন্না, জেলবু মাপিরনি হায়না খন্দুনা অবাবা অনামা পূম্নমক খাজ্নবদা পেঙখিবা, লৈবাক পূম্নমক পূন্নহৌদুনা খুংলাই য়াওদনা অঙকপা থকপী খাপী উত্তুনা পৃথ্বীগী মতম অদুগী খাইদগী লুচিংবা শক্তি ওইরিবা বৃটিশকী লাম্নী, বোম্ব তোপ খুংশু খুংলাই, বৃটিশকী হৈশিংবা মগুন পূম্নমক শীজিন্নফম লৈহনখিদরা হন্না হন্না পনবা য়াই।

ভারতনা মীখা পোল্লম্না অদু লোইশ্নবনিনা ইতিহাস ওইরে। নীংতমলান অদুসু ইতিহাসতা চঙরে। ইতিহাস পারিবা নৈনরিবা ঐখোয়না লৌখৎলিবা য়া মচং খর অসি হৌজিকসু মমল লৈরি অমসুং মতুংগী মীরোলদসু মমল লৈখিগনি।

জাতি অমগী মীপুম থুংবা য়াখলগী মপাজল য়াম্না লৈ। বৃটিশ জাতিনা মতম অমদা তাইবং পানবা পূম্নমকপু মীখা পোলহনবা অমসুং মখোয়গী নিংথৌরেল ওইনা পানবা ওমগনি থাজখি। মদুগী মহে ওইনা বৃটিশ সাম্রাজ্য পোকখি। অতে জাতিদসু অসিগুম্না য়াখল মরক মরক্তা পোকখি। জর্মন, জাপান অমসুং ইটালিগী অনীশুবা লাঙ্গাও মমাংদা অমদি মনুংদা পুন্সিন্নখিবা অদু শীংথাবা য়াই। মমাংঙৈদা অলেকজেণ্ডর নিংথৌ অমসুং থেংথরক্লবা মতুংদা নেপোলিয়ন পৃথিবী জয় তৌগে খনখিবদু মীংয়েং অমত্তনি। ভারতমক্তদা লীনরিবশিংগী মনুংদা দিগ্বীজয় চৎপগী য়ারী য়াম্না লৈ।

মণিপুরী লোলদা মণিপুরদা ফোঙ্বা নীংতম য়ারী পাবশিংনা মণিপুরগী তাক্কক্ শোয়দনা পানিংগনি। মণিপুরগী নীংতম য়ারী অপাকপা সাধারণ ভারতকী য়ারীগা মান্নরোই, মান্নদে। ভারততা ১৮৫৭ তা সিপাই লালহৌবা থোকখিবা মতম অদুদা মণিপুর মীখা পোল্লি। ১৮৯১ গী এংলো-মণিপুর য়ার হায়রগা খঙনরিবা লানফম অদুদা মণিপুরনা মায়থীরবা মতুংদা মণিপুরবু বৃটিশ সরকারনা ইন্দিয়ান ইন্দিয়াগী শরুক অমনি লৌখিবা মতুংদা চথরকপা চহি য়াম্থেতরক হায়বদি ১৯৪৭ ওগষ্ট ১৫ ফাওবা অদুগী মণিপুরদা থোকপা নীংতম য়ারীগা মরী লৈনবা থৌদোকশিং কূম্না পনবা য়াই। অমরোমদা মণিপুর অমসুং বৃটিশকী লৈনরকপা মরী হৌবদগী নৈনবা য়াই। থোইদোক হেন্দোক্লা চহি তরেৎ খুম্তাকপদগী হৌরগা মহারাজ গম্ভীরসিংহগী লুচিংমথাদা বৃটিশকী মতেংগা লোয়ননা ১৮২৬ দা য়ানচে সহি তৌনখিবা, মদুগী মতুং তাবদা মণিপুরদা বৃটিশনা রুদায় ফাওবা হৈন-শিংনা তন্না তন্না খুৎ থিংজিনখিবা অমসুং ১৮৯১ দা মরী অদু তংনবা তাখিবা, পাজলনা অচুম্বা শক্তুনা মণিপুর মীখা মপূং ফানা পোনবা তাখিবা অদু পনবা য়াই।

বৃটিশকী লম্রৌ অওকপনি। মখোয়গী বাখন্দা থৌনিলবা চহি তরেৎ খুন্তাকপা লোইবদদি মণিপুরবু মখোয়না গুকপীরকা লমনি হায়না লৌখ্রমাগ্রে। ১৮৯১গী থৌদোক্তা মখোয়গী বাখল অমসুং থৌশিল মথি ফোংখ্রে। মরম অদুনা মণিপুরগী নীংতম বারী ইবদা মতাং অসি নৈনবা পনবা তঙাই ফদ্রবনি খল্লি।

য়াম্না শন্দোক্লা পল্লবসু মতাং অসিগী মচং ওইবা বাকমশিং লাইরিক অসিগী অরোইবা তাকক্তা পল্লে। চহি তরেৎ খুন্তাকপদগী হৌরগা মণিপুরগী ঙসি ফাওবগী ইতিহাসকী বারী তেঙ্কক্লা পাল্লীবসিগী কান্নবা লৈগনি। মণিপুরগী অকুপ্পা ইতিহাস মতম অসি য়োনা ইনদ্রিঙেদা শ্রীমণিগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বা মচং অপৌবশিং অসিনা কুপ্পা ইনিংবশিংবু অচৌবা মতেং পীগনি হায়বসিদা চিংনবা লৈতে।

পীক্লবসু মণিপুর হায়বা লমদম অসিগী মশাগী সভ্যতা অমসুং ইতিহাস লিরবনি। কনাগুম্বা অমত্তনা মসিগী সভ্যতা অমসুং ইতিহাসকী মরমদা লেঙ্ফদ্রবা মত পীরে হায়বা ঙমলোই। নোংম নোংমগী অনৌবা হন্দোকপা য়াদবা ইতিহাসকী মচল পুথোক্লরকলি।

লাইরিক অসিগী ওইনা অসুপ্পা ওইনা বামাঙ য়ানবা অসিদা পনবা য়াবা বাকম কয়াগী মনুংদা লৌখৎলিবদি অহানবদা ভারত হায়বসি মীখা পোনবা য়াদবা মপানগী শক্তি অমত্তনা কোনশিনবা ঙম্মদবা অরিবা সভ্যতাগী লৈখল লৈচন ময়াম্না শাবা লোল, চাকচা ফিজেৎ লাইনিঙ মখল শুনা লৈবা মশাগী সম্মানগী মুংপা য়াদ্রবা মঙাল্দা পাল্লিবা পৃথিবীনা মঙোল্দগী তমজদুনত্রা লৈগদবা মপানগী নুংশিংনা হয়দোকপা ঙমদরা শক্তম অমনি। অনীশুবদা নীংতম লানগী বারী অসিনা লমদম অসিগী লেঙদবা শক্তম অদু লৈবাক অসিগী মীশিংনা থিজিনবগী খোঙচৎ অদু পীংথাবনি। অহুমশুবদা বারী অসিনা তুংগী মীরোল্লদা অমসুং মপানগী মীশিংদা ভারত মশক তাকপদা মতেং পীরি। মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্তে চাউখৎহল্লিবা লাইরিক অসি পুন্নমক্লা য়াম্না পাম্না পানগনি হায়না আশা তৌই।

| | |
|---|---|
| *উরিপোক, ইম্ফাল* | *নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ* |
| *ওগষ্ট ৫, ১৯৯১* | *এম্ এম পি* |

# ৱাহৈদোক

পৃথিবীগী ইতিহাসতা মীখা পোল্লম্বা লৈবাক কয়া নীংতমলকপগী ৱারী মরাং কায়না য়াওরি । ৱারীশিং অসি শম্নবু ওইরবসু মরীক চুম্নবু ওইরবসু, ইমালোনদা লৈফম খোকই । মসিগী কান্নবা অদুদি হৌগংলক্লিবা নহারোলশিংতা নত্তনা অহল্লোনশিংগীসুনি, অগুনবা নাইবা সমাজগী ওইনা পূক্লিং লৌশিংনি । ৱাখল অসিদা নোংমা মরুপ-মপাংশিংগা ৱারী নুংঙাইবা শামিন্নখি । ইংরাজীদদি অসিগুম্বা লাইরিক মরাঙ কায়না লৈরে, মণিপুরীদদি চেফোঙ কয়াদা মচেং-মচেং খরা থেংনবা নংতনা মপুংফাবা লাইরিক ইফং-ফংদবা অদুদা লাইরিক মচা অসি ইনিংবগী ঈহুল পোকখি ।

অদুবু, মণিপুরদতা নংতনা ভারতকী অৱাং-নোংপোক অসি লালহৌ কয়া লৈরিবা মতমনি, হীরম অসি অরায়বদি ওইরোইদৌরি, লান্না লৌখিবা য়াবা মতাঙ কয়া লৈরি । লৈজসনু কৈদৌবগে ? ইতিহাসকী ওইবা মচাক খরা নৈনদুনা ইথোকপদি করিসু কায়দেনা হায়না খনখিবদগী, য়াম্না কুপশিনবমক নংত্রবসু, লাইরিক মচা অমতং হোংনবদি তৌফম থোক্লবা ঈথৌ অমনি খঙ্খি । লাইরিক অসি ৱাখলগী ইতিহাস, ঈহৌ অমদি থৌদোকশিংনা মাঙওইনদুনা, য়াওরিবা মীওইশিংগী অকুপ্পা পূন্সি ৱারীরোমদা থোয়না চংশিনজরুদ্রে ।

পূক্লিংদা ৱাহং কয়া লাকই - মীখা পোনবা হায়বসিনা করিনো, নীং-তম্বা হায়বগী মওংনা করম তৌবনো ? অনৌবা ৱাহংদি অমত্তা নংত্রে, ইখঙ খঙনরবা ঙাক্তনি । লন্নাইগী ৱাফম তুংওইনরগা, লৈবাক্কী ওইবা ৱা অসিনা হেন্না মরুওইনা লৌনবনিনা মীয়ামগী ওইবা ৱারীশিং খোমজিনজে । মহাদেশ মঙা হায়বদি ইউরোপ, এশিয়া, আমেরিকা, আফ্রিকা অমদি অস্ট্রেলিয়াগী ৱারীশিং পৃথিবীগী ইতিহাসতা মরাং কায়না য়াওরবা ঙাক্তনি । অদুবু ইশাগা শাগোন্নরিবা মণিপুর অমদি ভারতকী ৱারীরোমদা পূক্লিং অসি চংশিনখ্রে । অহানবমক্তদা পন্দুপ মচা মচা খরদং অসুম্না ইথোকপা হৌখি ।

ভারতকী নীং-তম ৱারীদি-ব্রিটিশ সম্রাজবু শীঙনবনি ।পাক চাউরবা মপাঙ্গল লৈরবা মহে-মশিং হৈরবা ব্রিটিশশিংগা লান্থেংনবনি । লান অসি তোপ-তোঙ্গনি-হিটলরগী জর্মনী নত্তে, জারশিংগী রাশিয়া নত্তে, চীনাগী চিয়াং-কাইশেক নত্তে, কিউবাগী কাষ্ট্রো নত্তে । ভারত অসি ব্রিটিশ "কোলোনী" অমা ওইবদগী প্রজাগী "ঈহৌ" শাগংতুনা "অহিংসা" গী খুৎলায়না অরোইবা চৈকু পীখিবনি । পূক্লিংগী

"শক্তি" শীজিন্নখিবনি, লানগী খুৎশু-খুৎসায়শিংনা নৎখিদে । পৃথিবীদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংগী ঈহৌনি, অওকপা কয়া থবক ওইনা পাওথোকলকখিবনি ।

ব্রিটেন ইন্নাকখুন্নবা ভারতপু লোইলম অমা ওইনা থম্বা অসিবুনি "ব্রিটিশ কোলোনী"হায়রিবসি । ৱাখল্লোন অসিদগী "কোলোনিয়েল রুল, কোলোনিয়েল ষ্টেট, কোলোনিয়েল কলচর" হায়বনচিংবা মফোওদোক কয়া অসি ইংরাজীদা শীজিন্নরকখিবনি । ১৯ শুবা শতাব্দী লোইরমদাইদা ভারতকী লুচিংবশিংনা "ব্রিটিশ কোলোনী" গী চংশিল্লকলিবা খোঙজংদা লম্বী অহুমদি ময়েকশেংনা খঙলকই :-

(১) লুট তৌবা, খাজনা খোমগৎপা অমসুং ভারত্তা ইংলিশমচাশিংগী থবক পীবা ।

(২) অথিংবা অমতা লৈতনা লল্লোন-ঈতিকী থবক চৎথনিংবা মওংদা চৎথবা ।

(৩) ব্রিটিশকী শেল থাদফম ওইবা ।

লম্বী অহুম অসি ফাংলক্তুনা "কোলোনিয়েল ষ্টেট" অমা নমদুনা শেমগৎলগা আইন শেমজিন শাজিন্দুনা "আইননা য়াৰবা শক্তি" অমা শাগৎলকপনি । শক্তি অসিগী গাড়ীদা চাকা অনী পানশিল্লি :-

(ক) থৌজাল হৈবগী ৱাখল্লোন অমা পুশিল্লক্তুনা ব্রিটিশশিংনা ভারতপু য়াম্না চাউখৎত্রিব - অথনীতিদা, সমাজনীতিদা অমসুং সংস্কৃতিদা মতমগা চূনত্রিবা সমাজনি হায়না লৌই । সমাজ অসিগী "মমা-মপা" শক্তুনা লমজিং লমতাকপগী থৌদাঙ ব্রিটিশশিংনা লৌবনি ।

(খ) ব্রিটিশ হায়বসি কৈদৌনুংদা মায়থীহনবা ঙম্নরোইদবা জাতি অমনি "ইনভিন্সিবল" নি । ভারতমচাশিংদি অশোনবা জাতিনি, লিংজেল মান্নদবনি ব্রিটিশনা নমথবদা থোয়না ৱানিংঙাই লৈতে । য়েংবিবা য়েংবিদবা ব্রিটিশকী কুশীনি । নম্ফু শীজিন্নবা য়াবা মতাংদা নম্ফু শীজিন্নগনি, মদু কয়া খুদোংচারোইদবা লৈরগনা আইনগী (কন্সতিত্যুসনেল) পান্দে শেমদুনা নমথগনি ।

চাকা অনী অসি থৌরিবনিনা - রসগুলা শীজবা য়াবা মফমদা রসগুলা শীজরম্মী, লীচৈ নৎত্রগা নোংমৈ-সংগীন শীজিন্নবা য়াবা মফমদনা মথৱায় লৌথোকলম্মী ।

চংশিল্লক্লিবা তমথীরবা খোঙজং অসি ভারতমচাশিংনা শক্লোন অহুমথোক্না শীঙনবা হৌরকই । "মোডরেট" হায়না খঙনবা লুচিংবশিং দাদাভাই নাউরোজী, জষ্টিস রানাডে, আর সী দত্তনচিংবনা ব্রিটিশনা "মমা-মপা" শারিবদুদা কন্না শীঙনৈ; ফিরোজ শাহ

মেহতা, গোপাল কৃষ্ণ গোখলেনচিংবনা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]
তিলক, অরবিন্দ ঘোষ, নেতাজী সুভাস অমদি অতে "[illegible]" শিং
"এক্সট্রিমিষ্ট" হায়না খঙজবশিংনা "ব্রিটিশকী [illegible]" হায়নবুনা শীঙনলি।

১৯১৮ গী মতুংদগীদি, লাইহরিক হৈবশিং অমদি কোল কারখানাদা থবক তৌরিবশিংতো নত্তনা, লৌমী ময়াম অমদি সরকারগী থবক তৌবা ময়ামসু মাওশিল্লকুনা গান্ধী অমসুং জবাহরলাল নেহরুনচিংবা লুচিংবা কয়াগী লমজিং মখাদা "মীয়ামগী আন্দোলন" শাগৎলে। ব্রিটিশপু শীঙনবা য়ারোই হায়বদু শীংনরে; নন-কো ওপরেসন, সিভিল দিসওবিদিয়েন্স, সত্যাগ্রহ, হর্তাল, স্ট্রাইক, হঙ্গর স্ট্রাইক, চেফোঙগী লান, শেমগৎ-শাগৎপা "রিফোর্ম" গী খোঙজং অসিনচিংবা লাল্লোং ময়াম চংশিল্লকুনা "প্রজাগী অয়াবা" য়াওদনা শাসন তৌবা য়ারোই হায়বা আইন থুগায়বগী আন্দোলন চংশিল্লকই। মখা তারকপদা "ভারত থাদোকউ" (কুইত ইন্দিয়া) "দিল্লী পাংখু" (দিল্লী চংলো) নচিংবা অকনবা খোল্লাউগা লোয়ননা মীয়াম প্রজা হুপ্পা ঈরাং হৌরকই। পূম্নমক অসিগী মনুং হুঞ্জিনবা বাখল্লোনদি গান্ধীনা পামজবা "রাজনীতিগী ঈরাং খঙবা প্রজা" ওইহন্নিংখিবদু পূক্লিংদা অমদি থবক্তা ময়েক শেংলকখিবা অসিনি। মসিমক্তা সরকারগী থবক তৌরিবা সিভিল শার্ভিসকী মীওইশিং, পুলিশ অমদি খুৎলায় পায়বা লান্মী ফাওবা য়াওনা ভারতমচাশিংনা মীয়ামগী ঈহৌ অমা অহিংসাগী পান্থৈনা শাগৎলকখিবা অসিনা ব্রিটিশ মায়থীদবা য়াখিদবনি। লোয়ননা, ভারতকী ব্রাংমদগী অমদি ভারত মনুংমক্তদসু দলা-দলী খায়দনা নীংতম-খোঙজংদা অঙকপা থৌনা হাপলকখিবা অসিসু ভারতকী লুচিংবশিংগী হৈ-শিংবনি, ব্রিটিশনা থাজরমদবা থৌদাং মশা মশানা পাঙথোকচরকখিবা অদুনি।

ঈহৌ অসিগী অতোপ্পা শক্লোন অমনা - মতম শাংনা চংহনখিবা অসিনি। অবাং-অনেম নাইহনবা ঈহৌনি। অমুক গরং-গরং চংশিল্লী, অমুক ইংনা তপ্পা সমাজ সংস্কার তৌদুনা লৈখোকই, ফীভম হেক ফরকপগা অমুক গরং-গরং চংশিল্লি। মসিগী তাল পুবা অসি অরায়বা নৎখিদে। তাল অসি ফজনা খঙখিবদি গান্ধীতনি হায়না শোন্নরি। অদুমকপু গান্ধী মশামকসু হেনজিনখিবদগী "স্বরাজ" হায়বসি ব্রিটিশতবু তাহ্লোকখিবা অদুতা নত্তে, প্রজা খুদিংমক, কাংলুপ নাইহন্দনা "সর্বোদয়" মপূংফাবা মী অমমম ওইদুনা " মশানা মশাবু লেপচবা ঙমহনবা" (সেল্ফ রেলাইয়েন্স) নৎত্রগা "পূর্ণ স্বরাজ" হায়বরোমদা খোঙথ্যাং কন্না চংশিনমনখিদুনা "গান্ধীবাদ" শাগৎলি। মীয়াম্না পাম্নরিবদি "পুন্সিগী অর্থ" দগী "পুন্সি মরেল" না হেন্না খোয়দানবা অসিনি। জবাহরলাল নেহরুমক্তা "সোসিয়েলিজম" গী অকনবা লুচিংবা অমা ওইরকখিবা মতাঙ অসিদগীনি। অদুবু গান্ধীদি

খীরমগী মীশক ওইদুনা অদুম মপুন্সি লেনখি। মীয়াম্না "রাষ্ট্রপিতা" হায়না ইরাংনরি।

ভারতকী নীংতম থারীনা তাক্লিবদি প্রজানা রাজনীতিগী মতিকচাবা লৌশিং লৈত্রিবমখৈদি মীখা পোনবগী নমদম অমা অমুকসু ওইরকখিবা মারি হায়বসিনি। লুল্লিবদি, রাজনীতি করিনো হায়বসিনি। লাইরিক হৈত্রিবা, ভোটকী মমল খঙদ্রিবা, "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" করিনো খঙদবা মীশিংনা প্রজাগী লুচিংবা ওইরিবমখৈদি - ব্রিটিশকুম্বা নম্ফুগী শাসন হৈনবা, মখোয়না খাইদগী হেন্না হৈশিংলবনি হায়না খল্লবা শক্তিগী মখাদা প্রজাশিং অদুম মীখা পোন্দুনা লৈবা তাবনি হায়বসিনি।

লাইরিক মচা অসিনা নহা ওইরিবা অপাবশিংদা রাজনীতিগী থাখল খজিত্তা ওইরবসু খলহনবা ওল্লবদি হোংনজমলগী মহৈ য়াম্লে হায়না খঙ্গনি।

ইম্ফাল,

এপ্রিল ২৩, ১৯৯৯ রাজকুমার মণি সিংহ

*(খোংজোম ভে)*

# ১

## মতৌ করম্না ভারতনা ব্রিটিশকা শম্নরকপা

(১৬১২)

খৃষ্টিয়ান ধর্মগী মকোক পোপনা খৃষ্ট কুম ১৪৯৩ দা পৃথিবী অপুম্বদা ধর্ম অসি লায়না শন্দোকপা য়াননবগীদমক খৃষ্টিয়ান ধর্ম চৎত্রিবা লম পুম্নমক অনী থোক্লা খায়দোক্লে হায়না মীয়ামদা লাউথোকখি । মতম অদুদা স্পেইন অমসুং পোর্টুগাল হায়রিবা ইউরোপকী লৈবাক অনী অসিনা সমুদ্রগী খ্বাইদগী ফবা জহাজশিংগী মপু ওইরি অমসুং নোংপোক লমদা লন-থুম অঙকপদা লৈ হায়বা ৱারীদা ঙাওখিদুনা লন-থুম তান্নবদা লৈবাক অনী অসিনা খ্বাইদগী হেন্না মাঙজিন থায় । সমুদ্র শীন থুংনা কোইচৎ চৎলি, থেংন-থেংনরুবা মফমদগী নমদুনা লন-থুম কন্না খোমজিল্লি । লৈবাক অনী অসিদা পোপনা খা-ৱাং অনীগী ভাবনা শাবা পরিঙ অমা তিংলগা নোংচুপথংবা তংখাইনা স্পেন্দা থুংঙি, নোংপোকথংবনা পোর্টুগালদা । মখোয়না ধর্মগী মিংদা কোইচৎ অসুম চৎলকপদা মমৈদা মরুমরাং নীংথিনা হৌবা ইষ্ট ইন্দিয়া ঈথৎ-মপৈদগী খ্বাইদগী হেন্না কান্নখি ।

মতম অদুগী ইউরোপকী মীশিংনা মরুমরাং য়াম্না পাম্মে । মরুমরাংশিং অসি শীজিন্নদুনা শজিক চানিংঙাই লৈরক্লবা শা কয়া লায়না হাংপা ঙম্মী, অশিবা মশা অদু পুমথহন্দনা অমসুং মহাও লৈহন্না মতম কুয়না থম্বা ঙম্মী । য়ু শুংবগী থবক্তসু মরুমরাংশিং অসিনা য়াম্না কান্নহল্লি । মরম অসিদগী য়ুমথোং খুদিংদা মরুমরাং য়াম্না পৈশিন্দুনা থম্নবা মতমনি । মরুমরাংগী কারবার "স্পাইস ট্রেদ" হায়না খঙনবসি মতম অদুগী খ্বাইদগী হেন্না শেন্দোং লৈবা কারবার ওইরম্মী ।

মরুমরাংগী কারবার অসিগীদমক ইউরোপ অসি মায়গৈ কয়াদগী চংশিল্লকপা য়ারে মরুওইনা পার্শিয়া অমসুং ইজিপ্টলোমদগী । লমদম অনী অসিদদি মোঙ্গোল, আরব অমসুং টর্কশিংনা খুদুম চল্লিবা মফমশিংনি । 'ইষ্ট ইন্দিজ' নৎত্রগা 'স্পাইস আইলেন্দ' হায়না খঙনবা ইষ্ট ইন্দিয়াগী ঈথৎ মপৈদা চংনবা সমুদ্রগী লম্বী অসুম ফাংলকপদা পার্শিয়া অমসুং ইজিপ্টকী মীশিংবু স্পেইন অমসুং পোর্টুগালনা য়াম্না তাখি-তাওইনা তৌই, অমাঙ অঙা [illegible] থোকহল্লি । কীভম অসিদগী স্পাইস আইলেন্দশিং পোর্টুগীজশিংগী মখুত্তা ভারে; লোয়ননা নোংপোকলমগী সমুদ্রশিং মখোয়গী ওইরে । ১৪৯৮ দা কেপ ওফ গুদ হোপ ফাওরগা পোর্টুগীজশিংগী খ্বাইদগী থৌনা ফরবা

হীহোনবশিংগী মনুংদা অমা ওইরবা ভাস্কো-দ-গামানা ভারত্তা য়ৌরক্লে। মতাং অসিদগী 'ওরিয়েন্ত' হায়না খঙনবা নোংপোকলমদা কাচিন কোয়া য়ৌনা ইউরোপকী মীওইশিংনা ঈথক ঈপোম নাইনা চংশিল্লকপা হৌরে।

১৬ শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপদা পোর্টুগীজশিংনা মথং মথং ওইনা গোৱা, হর্মুজ (পার্শিয়ান গল্ফতা লৈবা) মালাক্কা (স্পাইস আইলেন্দ অমা) অমসুং মাকাও (চীনাগী) খুদুম চনশিনখ্রে। চহী য়াম্খৈমুক্তি মখোয়তনা মরুমরাং কারবারগী মপু ওইরে, লন থুম য়াম্না তানশিনখ্রে। ১৫৯৫ দা দৎচশিং (হোলেণ্ডগী মীশিং) সমুদ্রগী অচৌবা শক্তি অমা ওইরক্লে; মখোয়গী জহাজ মপৈ অমা স্পাইস আইলেন্দশিংদা ইহান হান্না লাক্কুনা মরুমরাং য়াম্না লৌশিনবা ঙমখি। থৌদোক অসিদগী থৌনা লিংজেল ফগৎলক্কুনা পোর্টুগীজশিংবু মায়থীবা পীদুনা ভারত অমসুং সেলোন (লঙ্কা) গী মফম কয়াদা মখোয়গী লানবন শাগৎপা ঙমলে, লোয়ননা স্পাইস আইলেন্দশিং মখোয়গী ওইরে।

ইংলিশশিংসু দৎচশিংগী মতুং কন্না ইন্নরকই। ১৬০০ কী অরোইবা নুমিত্তা মখোয়গী ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনী লিংখৎলি। কম্পনী অসিনা সুমাত্রা য়ৌরক্কুনা ফেক্তরী অমা অমবোইনাদা লিংখৎলরে। ১৬২৩ দা দৎচশিংনা ফেক্তরী অসি থুগায়, লৈরম্বা ইংলিশ পুম্নমক হাৎতোকই। ইংলিশশিং খোঙফম থুনা হন্দোকই, ভারত্তা মরাইবক চাংয়েংনবা হোৎনৈ। অসুম্না ভারতকা শম্নবা হৌরকপনা চহী চহুম হেন্না মরা তারে।

হান্নগা, ১৬১২ দা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীনা নিংথৌরেল জহাঙ্গীরদগী সুরটতা লল্লোনফম বন্দর অমা শাননবা য়াথং ফংবগা লোয়ননা অতৈ খুদোংচাবা কয়ামুকসু ফংখি। মরু ওইনা য়ানখিবদি আরবসাগরদা পোর্টুগীজশিংগী হূরান চিষ্টীদগী (পাইরেসি) ভারতপু ইংলিশশিংনা ঙাক শেনগনি হায়বসিনি। অমবোইনাদা মায়থীরবা মতুংদা ইংলিশশিংনা সুরটতা লৈতাদুনা লৈরে, লল্লোন-ইতিকী থবক কনখৎলে অমসুং ভারতকী অতৈ সমুদ্র খোঙবানগী লমশিংদা মীৎয়েং চংবা হৌরে। মতমগী মতুংইন্না মফম অহুম -মাদ্রাজ, বোম্বে অমসুং কলকাতা মখোয়গী ওইরে।

তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী মমৈদা কম্পনীগী লল্লোন-ইতিক শেন্দোং য়াম্না লৈরক্লে - বেঙ্গলদগী লশিং অমসুং রসায়নগী থুম, করমণ্ডল খোঙবান্দগী রেশম, মালাবার খোঙবান্দগী মরুমরাং অমসুং গুজরাটতগী নিম (ইন্দিগো) লল্লোনগোৎশিং অসি মপান্দা থাদোকপা ঙম্লে। লল্লোনইতিক্তা পূক্নিং চংবদা নত্তনা লম লমগী অঙম অথৌ নিংথৌনচিংবশিংগসু মূক্নবা হৌরক্লে। থুনমক রাজনীতিগী শক্তি পায়শিনবা য়ারগী

খুদোংচাবা লৌরক্নে । কম্পনীগী ডাইরেক্তর অমা ওইরিবা সার জোশিয়া চাইল্ডনা অনীংবা শেংনা ফোঙদোরক্নে : "মতম পূম্নমকী ওইনা ইংলিশ দোমিনিয়ন অমা চাউনা অমদি খোঙফম চেৎনা থম্বা য়াননবা শেন্দানফম মরাং কায়না শোয়দনা থম্বা তাবনি।"

তশেংনমক আশা অসি ওইথোকপা য়াবগী ফীভমশিং লাকলে । ১৭০৭ তা ঔরঙ্গজেবনা নোঙ্গাম্রবা মতুংদা মোগল সাম্রাজ্য মচেৎ মচেৎ কায়রক্নে । মখা তারকপা নিংথৌরেনশিং মতীক চাখিদে, লোয়ননা পার্শিয়া অমসুং আফগানিস্থান্দগী মখোয়না থৌনা লৈনা লান্দারকখি । নিংথৌরেনগী শক্তি শামলক্নুনা লম লমগী লৈঙাকপশিংগী মরন্নাই শক্তিশিং অসুম অসুম হেন্গৎলকলে । তশেংবদি নিংথৌরেন মমিংতা ঙায়রে । খুদোংচাবা অসি লৌরদুনা ১৭১৭ তা কম্পনীনা মমিংতা ওইনা শেল খরা পীরগা বেঙ্গল শীনবা থুংনা অথিংবা লৈতনা থবক চথরে। থবক্তা হকথেংনখিবশিংসু মরন্নাই ইনাক য়াম্না খুন্নরে ।

১৭৫৬ তা বেঙ্গলগী নবাব সিরাজউদ্দৌলানা ইংলিশশিংবু মখোয়গী লৈফম ফোর্ট ব্রিলিয়মদগী মফম মরাং খঙদনা কিলা য়াম্না শাজিন্নকই হায়দুনা তান্থোকই । অদুবু মাদ্রাজলোমদগী রোবার্ট ক্লাইবনা লুচিংদুনা কম্পনীগী লান্মী থারক্নুনা সিরাজবু মায়থীবা পী, মখাদা লৈরম্বা মিরজাফরবু নবাব ওইহল্লি । মতম অদুদা খ্বাইদগী হেন্না শেন্থোক লৈবা মফম অমা ওইরম্বা বেঙ্গল অসি অসুম্না, ইতিহাসতা নম্ফু - শাজৎ অমসুং ব্রাখল য়াওদবা থবক্তা খ্বাইদগী হেন্না হৈশিংলবা মী কয়াগী মনুংদা অমা ওইরিবা ক্লাইবগী খুদোম্বীদা লৈরে ।

লন্লোনবগী কন্সেসন কয়া কম্পনীদা পুকচেল চাউনা পীথোক্লুবদগী নবাবগী সরকারগী ওইবা আয় করিসু লৈরক্রুবনি; হৌজিক অমুক মিনুংশি য়াওদনা শুম শুমদুনা লৌবা হৌরক্নে । ১৭৫৭ তা মিজর জাফরনা লুপা কোটি অনী হেনবগী খুদোলপোৎ ক্লাইব অমসুং মাগী মীদা পীবা তারে । নমদুনা খুদোলপোৎ থৌবা হায়বসি চহী খুদিংগী চৎনবী অমা ওইরে । ১৭৬০ গী অদুব্রাইদদি ক্লাইব মথম্তনা চহীগী ওইনা লুপা লাখ তরুক্কী খাজনা লৌরবা লন থুমগী মথক্তা লুপা লাখ মরিফু শেনগং ওইনা খোমজিনখ্রে ।

১৭৬৫ দা ক্লাইবনা ভারতকী নিংথৌরেন্দা চাউরবা নমথাক অমা তৌই । চহীদা শুপ্নগী লুপা মিলিয়ন মঙা পীরগা কম্পনীবু নিংথৌরেনগী দেব্রান ওইহল্লি । মসিনা খাজনা খোমগৎপগী অধিকার কম্পনীনা ফংবা ঙমলে, বিহার অমসুং উরিষ্যাদা লৈরিবা বেঙ্গলগী মী পূম্নমক কারবারব্রালা, খুৎনাইবা নৎত্রগা লৌমী লোয়নমক মকোক্তা মখুৎ হাপলে; কম্পনীনা তৌনিংবতা তৌদুনা মীগী মপোৎ-মচৈ পূম্নমক মৎপা ঙমলে ।

হায়নিংঙাই লৈতনা হারবা ফীভম অসি উবদা ক্লাইব মশামক্কী মখাদা থবক তৌরবা মহৈ মশিং খরা হেন্না হৈবা কর্ম্মচারীশিংগী মরক্তগী অমনা হায়: "কম্পনীনা দেবানগী ফম কারকপদগী লম অসিগী মীশিং হান্নদগী হেন্না ফীভম য়াম্না শোক্লে । তৌনিংবতা তৌবা ওন্বা অচুম অরান য়েংদবা মীওইশিংনা, হান্নদা পাল্লম্বা সরকারগী মখাদা নীংথিনা লৈজরম্বা লৈবাক অসি, হৌজিক্তি মৃৎপা য়াবগী মওংদা অসুম অসুম চংশিল্লক্লি ।" চুমসু চুম্লিবনি, ১৭৭০ দা কম্পনীগী ওৎনৈবগী মথক্তা ঈকং থোক্লুনা বেঙ্গল মুৎকদৌরে; লৌমী কাঙবু শরুক অহুমগী মনুংদা অমদি চানিংঙাই লৈতদুনা শিখ্রে অদুগা কম্পনীগী কর্ম্মচারিশিংনদি চাক তাংবগী খুদোংচাবা অসি লৌদুনা শেল হেন্না হেন্না তানশিনখ্রে । চাক তাংবদা নত্তনা প্রোভিন্স অসিদা খুৎশা হৈবগী থবক অমুক হিঙ্গৎলরোইদবা মওংদা শিথরে, মী পুম্নমক হায়নিংঙাই লৈতনা লৈত-লাইর ঙাক্তা ওইহল্লে ।

ফীভম অসি কা হেন্না শাখিরকপদগী ব্রিটিশ সরকার তুমীন্না য়েংদুনা লৈবা ঙমলক্লে । ১৭৭৩ পার্লিয়ামেন্টতা আইন অমা শেমদুনা বেঙ্গলগী গভর্নরবু গভর্নর জেনেরেলগী থাক্তা পুখৎলে; কম্পনীগী থবক থৌরমশিং মফম খুদিংদা য়েংশিনহল্লে অমসুং চাংনাইনা শেল থুম অমদি রাজনীতিগী ওইবা রিপোর্টশিং পীখৎলক্লবা শীন্নরে । মখা তারকপা আইন অমনা কম্পনী অসিবু লণ্ডন্দা লৈবা সরকারগী মন্ত্রীশিংগী লুচিং মখাদা থম্বা 'বোর্দ ওফ কন্ট্রোল' অমগী মখাদা থমলে । পাম্লিবদি তৌনিং তৌনিংবতা তৌরিবা কারবারবালাগী কাঙলুপ অমবু কুপ্না শেন্নরবা মেনেজিং এজেন্সি অমা ওইহল্লক্লবনি । থবক অসি অরায়বা ওইরমদ্রে; অদুবু অহানবা গভর্নর জেনেরেল অনী ৱারেন হেস্তিংস অমসুং লোর্দ কর্নাৱালিসতি থবক ওন্বা হায়বদু ওইরে । মখোয়না লন্নাই কারবার তৌবশিং নিয়মগী মখাদা চেংনা পুশিল্লে, লোয়ননা শাসনগী নীংথিরবা কায়াৎ অমা শেমগৎপা ঙমলে ।

কম্পনীগী মশাগী থৌশিল মওংচানা শেমগৎলগা মতুংদা পাকথোক চাওথোক্লা থবক চৎথবা য়ানবা খুদোংচাবা কয়া কোয়না য়েংশিল্লক্লে । লোর্দ ৱেলেশলী মতাংচানা ১৭৯৮ দা গভর্নর জেনেরেল ওইররে । শাখিরবা সাম্রাজ্যবাদীনি, মশাগী শিনফম্না সিফাইনি । কম্পনীগী খাইদগী হেন্না চাউরবা য়েক্লবা মহীশুরগী টিপু সুলটানগী মথক্তা লান্দারে, মাগী লৈবাক কাং-খোং চায়হল্লে । মসিদগী মথোই কাখিদুনা লাঙ্গং মখা চৎথরকই । কর্নাতিক্কী লমদম লোয়না লৌশিল্লে, লৌনম তৌদুনা অবধ তংখাই অমসু কংল্লে । সবসিদিয়ারী এলাইয়েন্স কৌবা য়েক্লবনা লান্দারকপদা মতেং পীগনি হায়বা সন্ধিগী মপান্না হায়দরাবাদকী নিজাম অমসুং মরাঠাগী পেশবা কম্পনীগী খুদোঙ্গীদা

লৈহল্লে। অসুম্না তেল্লবা চহী তরেৎকী মনুংদা লৈবাক অসি শরুক অহুমগী মনুংদা অনীদি কম্পনীগী ওইরে।

ভারতকী অতে লেমহৌবা লমশিংসু কম্পনীগী ওইবা হায়বসি মতম ঙহাক ঙাইবগুম্বনি । মরাঠাশিং লাল হৌরকই, অদুবু নমথৈ, মখোয়গী মখুত্তগী রাজস্থান লৌশিল্লে । ১৮৪৩ দা সিন্দ জয় তৌরে; ১৮৪৯ দনা পঞ্জাব লৌশিল্লে । অসুম্না তরামাপলগুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপদা ভারতবর্ষ ব্রিটিশ সাম্রাজ্য ওইরে।

ব্রিটিশনা অশুক থুনা মায় পাকখিবসি মখোয়গী লানগী খুৎশু-খুৎলাই হেন্না ফখিবননি হায়বা য়ায়, লোয়ননা লানগী লাল্লোং অমসুং অমসুং সিফাই নীংথিনা শেমগৎখিবননি । মতমগী মতুংইন্না ভারতকী নিংথৌ খরসু লাম্লী অমসুং খুৎশু খুৎলাই মতমগা চুনবা মওংদা কন্না শেমগৎনরকই। খুদম ওইনা পঞ্জাবকী রনজিৎ সিংহ মরাঠাগী মাধব রাও সিন্ধিয়া, মহিশুরগী সুলটান হাইদর অলি অমসুং টিপু মমিং পনবা য়ায় । মখোয়সু লাইবক থিখি মরমদি মখোয় মশেল মোত মান্নখিদে, মশাগী লানশঙগী মীওই কয়া মপুক শেংখিদে । কম্পনীগীদি লাইবক ফবা হায়বদু ওইখি । অদুমকপু পাড়া অমদি তমহৌরে । অপুনবা জাতিগী লিংজেল মান্নবা য়াম্না দরকার ওইরে হায়বা ভারতমচাশিংগী পুক্কিংদা তপ্পা তপ্পা ভাব তানরকই ।

অপুনবা জাতিগী ৱাখল্লোন (ইংরাজীদা নেসনেলিজম) অসি তশেংবদি ভারতমচাশিংনা নোংচুপলোমগী সভ্যতাদগী নৌনা তমখিবনি ।

মীৎকপ অসি অহানবদা বেঙ্গলদা থোকখি - মরমদি কম্পনীগা খ্বাইদগী কুয়না তিন্নরক্লিবসি বেঙ্গলনি । ১৮শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তংখাইদগী নহা ওইরিবা বাঙ্গালীশিং মরু ওইনা হিন্দু ধর্ম চৎপশিং কম্পনীগী থবক তৌননবগীদমক ইংরাজী তম্বা হৌনখি । ১৯ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা খৃষ্টিয়ান মিসনরীশিংনা কলকাতাদা ইংলিশ স্কুল কয়া লিংখৎলি, "নিউ তেষ্টামেন্ত" বাঙ্গালীদা হন্দোকই । ইংলিশ দুকান্দার দেবিদ হেয়ারনা কলকাতাগী হিন্দু কলেজ লিংখত্তুনা ইংলিশ শিক্ষা পীরক্লে, অদুদগী মমিং লৈরবা সংস্কৃত পণ্ডিত হোরাস বিলসন্না কলকাতাদা সংস্কৃত কলেজ লিংখৎলে - কলেজ অসিদা থায়নগী হিন্দুগী মহৈ মশিং নৈনবতা নত্তনা নোংচুপলোমগী বিজ্ঞানসু তম্বীহল্লে ।

বেঙ্গলগী নহারোলশিং নৌনা মীৎ পাঙলক্লে; অঙকপা থাজনবী, অনৌবা ৱাখল্লোন কয়া অসুম অসুম থেংনরক্লে । খরদি মশাগী ওইবা পুম্নমক থাদোকুনা সাহেব শারক্লে, খৃষ্টিয়ান ধর্ম ফাওবা লৌনরে । খরা অমনা মসিগী ওন-তৌনবনি,

নোংচুপলোমগীনি হায়রবদি ইশাম পান্নদে। হান্নগী পরম্পরা অদু নংতনা অতে করিগু মখোয়গী কোক্তা চংখিদে। অতোপ্পা খরা অমনা মশাগী ওইবা সংস্কৃতিগী থবকশিং হেন্না কনখৎহন্নবগীদমক নোংচুপলোমগী বাখল্লোন, অচুম্বা বায়েল (জষ্টিস), গনতন্ত্র (দেমোক্রেসি) অমসুং নীংতম্বা (লিবর্তি) গী লৌশিংশিং অসি হেন্না মওংচাবা য়েংদুনা শীজিন্নগদবনি হায়বা কন্না থাজনরকই।

ভারতকী অহানবা নেসনেলিষ্টশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মশক নায়বা মীহুৎ অমা ওইনা রাজা রাম মোহন রোয় (১৭৭৮-১৮৩৩) থোরক্লে। য়াম্না মমিং লৈবা পণ্ডিতনি; লোন য়াম্না খঙবা মী (লিঙ্গুইষ্ট) অমনি। ভারতমচাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ফম চাওবা থবক পায়রম্বদু নৌনা পোত্থাখোক্লে। মমালৈবাক্কী সেবাদা মশা কখোক্লে। মরৈবাক মচাশিংনা থায়নগী অন্ধবিশ্বাসকী থবকশিং অমসুং সমাজগী ফত্তবা চৎনবীশিং থাদোক্তুনা য়াংনা চেল্লিবা পৃথিবীগী চাউখৎ খোঙজেলদা মতীকচানা মীপুম খুদিংনা থৌদাং লৌগদবনি হায়বসি মহাক্কী অকনবা পাউজেল ওইরক্লে। মহাক য়াম্না থৌনা লৈরবা অনৌবা সমাজ শেমগৎপা রিফোর্মর হায়বদু ওইরক্লে। মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না মায়পাকখিবা থৌদাংশিংগী মনুংদা সতী মৈ থাবা তোকহনখিবা অসিনি। মহাক্না অনৌবা ধর্ম "ব্রহ্ম সমাজ" কৌবা অমা লিংখত্তুনা হৌরকখি। ধর্ম অসিদা হিন্দু, ইসলাম অমসুং খৃষ্টিয়ানীতিগী খ্বাইদগী হেন্না ফরবা বাখল্লোনশিং অদু পূনশিন্নবা লাক্লখি অদুবু অসুম্না তোংশিন-য়ানশিন্নবা ধর্ম অমা মীয়াম্না পাম্নখিদে। মসিমদি মহাক্কী মায়থীবা অমনি।

রাজা রাম মোহন রোয়না অহানবা ওইনা শীংথানিংঙাই ওইবা লমজিং শীরমলিবদি মতৌ করম্না "সিবিক" অমসুং "রাজনৈতিক" অধিকার ফংগদগে হায়বসিনি। মহাক্না ফোংনা সরকারগা শীঙনখিবদি সরকারনা পাউগী চেফোংদা অথিংবা শীরোইদবনি, সরকারগী আইন শেম্বদা ভারতমচাশিং য়াওহনগদবনি, জুরী এক্টতা খৃষ্টিয়ান নত্তবশিংবু জজ ওইহন্দবা অসি য়ারোই হায়বনচিংবশিং অসিনি। বাফমশিং অসি অঙৌবা সাহেবশিংগী মথক্তা ফোংনা শীংনখিবনি, মরৈবাক নীংজবগী তাঙলবা খুদোল ওক্তনি। তুংগী মীরোলনা কাউবা লৈররোইদবা ইতিহাসকী তাংকক অমনি।

# ২
# যুগ অমগী অরোইবা
## (১৮৫৭ - ১৮৫৮)

১৮৪৮ দা লোর্দ দালহৌসিনা ভারতকী গভর্নর জেনেরেল ওইররে। চহী নিপালচুপ্পা মরু ওইরবা থৌদোক কয়া থোকহনখি। অকনবা সাম্রাজ্যবাদীনি, ব্রিটিশ শাসনগী লমজিং মৈরা অমনি। "কম্পনী বাহাদুর" দা মকোক নোঙ্গরবসু মশা মশাগী লমদমদা মঙক কয়া পাল্লিবা নিংথৌমচাশিং লাকশিনবা হায়বসি মহাক্কী অপাম্বনি। চহী তরুক্কী মনুংদা হিন্দুশিংনা পানবা ষ্টেট তরেৎ অমসুং মুসলিমনা পানবা হিন্দুগী ষ্টেট্ অমা আইন অমসুং ধর্মগী বা য়েংদনা নমদুনা লৌশিল্লে।হিন্দুগী ষ্টেট্ শিংদনা মচা পোক্তবা নিংথৌমচাশিং থেংনরবদি মখোয়না য়োকচবা মচাশিংগী বাফম করিমত্তা থওইদনা কম্পনীনা শক্তি লৌশিনলে; অদুগা মুসলিম ষ্টেট্ অবধদদি শাসন নীংথিনা তৌদে হায়দুনা মুল্লগা লৌশিনলে।

সাতারা অমসুং নাগপুর লৌশিল্লুবনা মরাঠাশিং শাওহল্লে। কম্পনীবু কয়া শৌগৎলম্বা, অবাং ভারত্তা মুসলিমশিংগী অমত্তা ঙাইরবা শক্তি ওইজরিবা অবধগী নিংথৌ বাজিদ অলি শাহবু মফম লৌথোক্লুবদগী দালহৌসিনা মুসলিম পুম্নমক বারৌহল্লে। ঝান্সীগী রাজানা য়োকচবা মচাবু হিন্দুগী আইনদা য়ারবসু নিংথৌ খুবম ফংবা য়ারোই হায়রুবদগী মরিল লৈরবী রানীবু থম্মোয় নাহল্লে; লমন খুম্নবগী শেম শাদুনা লৈনখ্রে। অসুম্না হান্নগী পেশবাগী য়োকচবা মচানুপা নানা সাহেবতা চৎনবীনা য়ারবসু পেন্সন পীরোই হায়রুবদা অতোপ্পা য়েক্লবা অমা অমুক মরু হনহল্লে। পুম্নমক অসিগী মথক্তা মমিংতা ওইনা সম্রাটকী পদবী ফংজরিবা বাহাদুর শাহবু মোগলশিংগী অরোইবা সম্রাটনি, সম্রাটকী কোনুংদা লৈগদবসু মহাক্না লোইরে হায়না দালহৌসিনা লাউথোকই। লাউথোক্লিবা অসিনা লম অসিগী মীচম প্রজা পুম্নমক্তা খাঙওমদনা অবাবা অমা ওইহল্লে।

মথৎদা, ইংলিশ বেরোনশিংগী থাক্তা লৈরিবা ভারতকী অঙম-অথৌ ওইরিবা অবধগী কনথৌরবা তালুকদারশিংদা দালহৌসিনা মীৎয়েং চংলক্লে। মখোয় মখোয়গী লৌ ইংখোলশিং অদু মশা মশাগীনি হায়না আইনগী ওইবা চে চাং পুথোকউ হায়রক্লে। মখোয়গী অহল-লমনশিংনা হান্না দখল তৌদুনা লৈরম্বা মফমশিং ওইবনা মখোয় অয়াম্বনা চে চাং পুথোকপা ঙমনদ্রে; তাঙ্গা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা থাক্ হন্থনা লৈরিবা মী কয়াগী লম, লাইগী মিংদা লৈবা কয়াসু য়াওনা দালহৌসিনা লৌশিনখ্রে।

ঈরাং অসিদগী কিনিংঙাই ওইরবা শক্তম কয়া ওইহল্লক্নে । ব্রিটিশকী ইতিহাসকারশিং ফাওবনা মতম অদু তশেংনা কিনিংঙাইনি হায় । চহী কয়া চুপ্পা মীয়োল কয়া লান্না মপা মপুগী ওইজদুনা লৈরম্লবা লৌ ইংখোল পুম্নমকী আইনগী ওইবা চে চাং পুথোকপা ওইথোক্তে, লৈরম্লিবা অদুতনা মতীকচাবা প্রমান ওইফম থোকপনি। খোই মহম্মদা চৈনা থিল্লুরবনিনা মশানা চরাংনবা তারকপনি। তশেংবদি ওইরক্লিবা অদু পুল্লপ নমদুনা মুনবগুম্বনি, মসিদা করিশু চিংননিংঙাই লৈতে । অদুবু থাঙ্গেশেংবদি দালহৌসিনা তৌরিবা থবকশিং অসি ব্রিটিশনা অবধ লৌশিল্লুবদগী কান্নবা কয়া ফংখিবা অদু নীংশিংলগদি ব্রিটিশকী ওইনদি মহাক্লা য়ায়ফবা পুরকপ্লবনি ।

দালহৌসি হৈশিংলবা এদমিনিষ্ট্রেতর অমনি, ভারত্তা রেল চেলহল্লম্মী, টেলিগ্রাফকী খুদোংচাবা পুরকই, গ্রাণ্ড ত্রঙ্ক রোড শেমজিল্লি, চাউরবা গঙ্গা কেনেল হুংলি; অদুবু ভারতমচাশিংগী মিহুলদি মহাক্লা করিশু খঙবা ঙমখিদে । মহাক্লা তৌরিবা থবক পুম্নমক্লা পাকশন্না (মরু ওইনা অবাং ভারতকী লমদমশিংদা) কিহনবা, শাউহনবা অমসুং কি-থুক্কৎহনবা পোকহনখি । ১৮৫৬ কী অঙনবদা মহাক মশা য়াম্না পেঙ্গনা ইংলণ্ডদা হনখি।

থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অসিদগী ব্রিটিশগী শাসনবু পেন্নদ্রিবা অসি নিংথৌ মচাশিং অমসুং লৌয়াম চাবশিংতা নংখিদ্রে । বেঙ্গল আর্মিদা মনুংগী ওইবা উংখৎনবা শাথিনা হেক্কৎলক্নে । মরম কয়াদগীনি । মরুওইনা দালহৌসিনা অবধদা অকায়বা কয়া তৌখিবা অদুনি । বেঙ্গল আর্মি চাওরবা লাম্মী কাঙলুপনি, মখোয়না বঙ্গোপসাগরদগী আফগানিস্তানগী চিদাই ফাওবা ব্রিটিশ শাসন ঙাকশেল্লিবনি । কম্পানীগী লাম্মীশিংগী মনুংদা খাইদগী চাউরিবনি অমসুং খাইদগী হেন্না মরু ওইরিবনি । অদুবু সিপোই হায়না খঙনরিবা লাম্মীশিং অদুদি চহী কয়াদগী পেন্নদনা লৈরক্লবনি । মরমদি তলব খজিক্তনি, কম কাবগী খুদোংচাবসু ইগী পীবিদবনি । অসিগী মথক্তা লান্দাদুনা লৌশিল্লুবা মকম খুদিংগী অহেনবা শেনফম (এলাবেন্স) হেক হেক পীরম্বা অদুসু মখা তানা পীখিদ্রবনি। লোয়ননা, কমিশন তৌবসু তৌদবসু মথৌ নীংথিনা তৌদনা ব্রিটিশ অফিসারশিংদগী মখোয়না ইকায়বা কয়া নংলিবনি । হৌখিবা চহী কুনগী মনুংদা অফিসারশিং অসিগী লমচংকী থাক শাথিনা হুম্বরক্তুনা অঙৌবা অফিসার খুদিংগী হুকুম মতম অদুদদি মখোয়না থৌশারক্লবনি । মচিন্না থোক্লা চৈ থাংবা হৌরক্লবনি, খাকৎ কয়া চিংনবা লৈত্তনা পীখৎনরক্লবনি ।

অসিগুম্বা মতাং অসিদা দালহৌসি লাকখিবনি । মহাক্লা বেঙ্গল আর্মিগীদমক করিশু খনখিখিদে । অহোইনদুম অবধগী লৌয়াম চাবা মচা মচাশিং ওৎ-নৈবদা অমুকসু হেন্না

বেঙ্গল আর্মিগী সিপোইশিংবু তাখি তাইওন্নবা কয়া তৌখি । সিপোইশিং অসিদি চামগী মনুংদা নিফুমুক্তি লৌরাম চাবশিং অসিগী ইমুং-মনুংগী মীওই ওাক্তনি । লৌয়ামচাবশিং অসি তাম্থোকপদা সিপোইশিংগী ঈজ্জৎ অমসুং মরল মথুম হায়নিংঙাই লৈত্তনা মাঙজরিবনি ।

আর্মিগী মকোকথোংবশিংনদি মমাঙমক্তদা থোক্লিবা নুংঙাইত্রবা থৌদোকশিং অসি উনা উনা করিশু খঙশিন্নখিদে, অহোইনদুম করেম কথাইনখি । ১৮৫৬ তা 'জেনেরেল শার্ভিসেস এনলিস্তমেন্ত এক্ট' পাস তৌদুনা সিপোইশিং অসি ভারত মনুংদতা নত্তনা পৃথিবীগী মফম অমদা হেক্তা ত্রান্সফর তৌবা য়াহনল্লে । বেঙ্গল আর্মিদদি উত্তর প্রদেশ অমসুং বিহারনা হৌজিক কোল্লিবা মফমশিং অসিদগী থাক-ব্রাংনা লৈজবা হিন্দূশিংনা অয়াম্বা থবক তৌরিবনি । অনৌবা এক্ট অসি উবদা হিন্দূ ধর্মবু শীংনরবনি হায়না লৌনরে। মরমদি বর্মাদা লান শোক্লরুনবা সমুদ্র লান্দুনা চৎকনি, মুসলিমগী লম আফগনিস্থানদসু চৎলুগনি । মফম অদুদা চারু থক্লুগদৌরিবা পৃম্নমক অদু হিন্দূ ধর্মনা য়াদবা চিঞ্জাক ওাক্তনি হায়না লৌনরে। খরা লৈরগা অমুকসু লাউথোরক্লে- অনৌবা এনফিল্ড রাইফলগী কার্ত্রিজদা ওক অমসুং ষনগী মহাও শীজিন্নরগনি । হান্না শীজিন্নরম্বদি মোম অমসুং মনা মশিংদগী শুংবা থাউশিংনি । অনৌবা কার্ত্রিজ অসি চীন্না চীক্তদবনি হায়বা পাউ অসিনা হিন্দূ মুসলিম অনীমক্কী সিপোইশিংদা শাথিনা মীপাইহনখি । মরমদি ষন মহাওবু হিন্দূশিংনা য়াদবগুম ওক্কী মহাওসু মুসলিম ধর্মনা য়াদে । মহাও অনী অসি শীজিন্নবা হায়বসি হিন্দূ মুসলিম অনীমক মাংথোকপীরবনি হায়না লৌনখি । মসি তোকহনবা তঙাইফদে হায়না চপ য়ুংনা নীংদুনা, তাঞ্জা ঙাইনখি ।

১৮৫৬ লোর্দ দালহৌসিগী মহুত্তা লোর্দ কেন্নিংনা ভারতকী গভর্নর জেনেরেল ওইনা লাক্লে । অনৌবা গভর্নর জেনেরেলনা হান্না পাউ ফংখিবগুম তৌই, ইংলণ্ড থাদোক্লমদাইদা পূক্নিংদা য়াম্না চিংনখি । ইফোঙ-ফোঙনা অহাবা কয়া শোয়দনা থেংনরুরগনি হায়না হায়রমখি । হায়গুম্লদনা ১৮৫৭ কী জানুয়ারী থাদা দমদমগী সিপোইশিংনা অনৌবা কার্ত্রিজ অসি শীজিন্নরোই হায়রে, চহী অসিগী মার্চ্চ থাদনা বারাকপুরগী লাম্নী রেজিমেন্ত অমনা শীজিন্নরোই হায়রুবগী দণ্ডি তৌরে । মেগী তাং ৯ দনা মীরট কেন্টোনমেন্তকী সিপোই খরা অনৌবা কার্ত্রিজ অসি শীজিন্নৌ য়াদবদগী মশা মশাদগী ইউনিফোর্ম মুনখি, চহী তরা জেলদা থম্বগী হুকুম থোকখি । মথংগী নুমিংনি, নোংমাইজিংনি, মীরটতা লৈবা রেজিমেন্ত অহম্মক খুৎলাই পায়দুনা লালহৌই, জেলদা থমখিবা কয়ীশিং থাদোকই, ব্রিটিশ অফিসারশিং মঙক ককুনা হাৎলি । অদুদগী দিল্লীরোমদা লাকই (মতম অদুদা দিল্লীদদি ব্রিটিশ অফিসার অমত্তা লৈতে, মফম অদুগী ভারতমচা সিপোইশিংগী মত্তে লৌদুনা শহর অদু লৌশিল্লি, অদুগা বাহাদুর শাহবু ভারতকী সম্রাটনি হায়না লাউথোকই ।

মতাং অসিদগী, সিপোইশিংনা লালহৌবগী (সিপোই ম্যুতিনি) মীয়ামগী লালহৌ ওইরকই, ভারতকী অচৌ অশাং কয়াগী ইমুংদগী থোক্লকপা মীওইশিংনা লমজিংবা হৌরকই। বাহাদুর শাহগী মতুংইনবা কাঙলুপ মশিঙ য়ামখৎলে। মখোয় অদুগী মরক্তা অবধগী মপুরোইবা লৈত্রবী বেগম হজরত মহল, পেশবা ওইরম্বগী য়োকচবা মচানুপা নানা সাহেব, মরাঠাগী গুরেলা লুচিংবা মতিক লৈরবা তান্তিয়া তোপে, ঝান্সীগী রানী লক্ষ্মীবাই য়াওশিনখ্রে। চৈরক অসিদা মুসলিম ধর্মবু শীংনরক্লবা মীওইশিংগী মায়োক্তা ফৈজাবাদ অমসুং এলাহাবাদকী মৌলবীশিংনা মুসলিম পূম্নমক্তা লালহৌনবা লাউথোকলে।

নানা সাহেবকী লুচিং মখাদা লালহৌবা লান্মীশিংনা কানপুরদা ব্রিটিশশিংদা আক্রমন তৌবা হৌরে; সন্ধি তৌসি হায়শিন্নদুনা লাকপা ব্রিটিশ কয়া গঙ্গা তুরেলদা হী হোল্লকপদা লম্বীদা হাৎলে। লক্ষ্ণৌদসু হজরত মহলনা লুচিংলকপা লান্মী খুৎপু অমনা ব্রিটিশশিংদা আক্রমন তৌই, অদুবু মখোয়না চীফ কমিশনারগী লৈফম রেসিদেন্সীদা লোত্তুনা হিংহৌই। মফম অদু ব্রিটিশকী কিলা ওন্থোকলে ; মখোয়বু কন্ননবা অহেনবা ব্রিটিশ লান্মী থাজিল্লক্ত্রিবফাওবদি হিংবা ঙমখি, অদুবু থরায় কয়াদি শেম শারিৱৈদা মাঙনখি। লালহৌবা কয়া মথং মথং চোংথোক্লরক্লুনা তান্তিয়া টোপে অমসুং ঝান্সীগী রানীনা বন্দেলখণ্ড লৌশিনবদা, খান বাহাদুর খান্না রোহিলখণ্ড লৌশিনবদা, কনৱারসিংহনা নোংচুপ বিহারদা শক্তি লৈনা পালহনবদা অঙম অঙম্বা মতেং পীনরকই। ব্রিটিশশিং মফম পূম্নমক্তা মিপাইরক্লে, মফম পূম্নমক্তা সিপোইশিংগী মতম কুয়নদগী খাঙদুনা লাক্লবা পেন্দবা অদু ফোঙদোক্লবগী তাঞ্জা ফংলদুনা ব্রিটিশ অফিসারমখে থেংন-থেংনরুবদা হাৎলক্লে। জুনগী ময়ায় চনশিল্লকপদদি বিহারগী পাটনাদগী রাজস্থানগী নাসিরাবাদ ফাওবা অৱাং ভারতকী লম মখে লালহৌবশিংগী মখুত্তা তারে।

অদুবু লালহৌবশিংগী মমায় পাক্লিবা অদু মতম শাংখিদে। মরমদি মখোয়গী অপূনবা লুচিংবা অমসুং মতম শাংনা লান শোক্লনবগী মচাক মথুম ৱাংখি। বাহাদুর শাহ চহী মরিফু হেল্লবনি, লান্মীগী কম্যাণ্ডর-ইন-চিফ ওইবগী অচৌবা থৌদাং লৌবগী মহক্তা লাই মচা মগু য়োকপদা হেন্না পূক্নিং চঙদুনা লৈথোকই। মহাক্কী হেক মথংদা শক্তি পায়রিবসি নানা সাহেবনি: মহাকসু য়েক্লবা লান্মা তৌনবগী অকুপ্পা লাছোং শীনবদদি থরা শোন্না থোকখি। ব্রিটিশশিংগীদি নীংথিনা শীল্লাংবা হৈবতা নত্তনা মী অমসুং খুৎশু খুৎলাই য়রাং কায়না-লৈরিবনি। মখোয়না মখোয়গী লান্মীশিং হেন্না ফগৎপা মওংদা শেমজিল্লি। ইবা য়াদনা মাঙল্লিবা লম পূম্নমক অমুক হন্না লৌশিনবা ঙমলে।

খওহৌদনা চাউনা লালহৌরকখিবা অসিদগী ব্রিটিশশিংনা শাখিরবা অকিবা অমদি থেংনরে । অকিবা অসিগী মথক্তা কানপুরদা ব্রিটিশ মচা কয়া তমথিনা হাৎখিবগী, লক্ষৌ লৌশিনখিবদা তুজুংনিংঙাই ওইবা থৌদোক কয়া পাঙথোকখিবগী অমসুং নুপী অঙাং কয়া পংহাত্তা হাৎখিবগী অশাওবসু লৈরিবনি । মসিদগী ব্রিটিশশিংনা লমন খুন্নকপা হায়নিংঙাই লৈতনা তমথিখি । পঞ্জাবতগী লাম্মী কৌরগা দিল্লী অমুক হন্না লৌশিনখ্রগা মফম পূম্নমক্তা অকি-অখওগী ঈরাং শন্দোকই । ঈরাং অসি নাদির শাহ্না তৌখিবা ওৎনৈবগী থবক অদুগা পাংখক ওই, শহর অদু ঈখেওতনা থুমহৎলে । ব্রিটিশশিংবু হাৎখিবা মফমশিং -কানপুর, লক্ষৌ, এলাহাবাদ অমসুং অতৈ শহর কয়াদা নুপা নুপী অমসুং অঙাং মশিঙ লাকওমদনা শা-ষণ হাৎপগুম হাৎলে । শহরশিং অসিগা নকুনা লৈবা খুঙ্গংশিং -মরম ইলৈ লৈতনা মৈ থাদোকই । ফারবা সিপোইশিং ফিল্ডগন্না কাপ্পুনা নৎত্রগা সংগিন্না থিনদুনা হাৎতোকই । বাহাদুর শাহ বর্মাগী রেঙ্গুন্দা লোই থারে, মচাশিং লোয়নমক নুংশি হৈতনা হাৎতোকই । ব্রিটিশকী চাউরবা অরোইবা খোঙজং অমনা ঝান্সীদগী তাম্থোরকপা রানীনা তান্তিয়াগা লোয়ননা গ্বালিয়র লৌশিন্নবা হোৎনরক্লে । ১৮৫৮ গী জুন থাদা নুপাগী ফিজেৎ শেৎলগা শগোল তোংদুনা অরোইবা লান থেংনরন্নগা রানী শীখ্রে। তান্তিয়া নাম্থোকখি, অদুবু মমৈদা ফারগা ফাঁসী তৌদুনা হাৎখি।

ব্রিটিশকী য়োৎহ্নিংদগী নাম্থোক্লবা পাক চাউনা ইহান হন্না হোৎনরিবা অসি ভারতকী ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইখ্রবা লালহৌ অমনি । অদুবু লালহৌবশিংদা পূক্নিং থৌগৎহনখিবদি অরাংবা আদর্শ্য অমনা নৎখিদে, চুম্নগী মখোয়বু ওৎলিবা ব্রিটিশ মচাশিংবু তুকচ্চখিবা অদুনা ওইখি । মোগলশিংনা পাম্লিবৈ মতম্নদসু লালহৌবগী ঈরাং লৈখিদবা নত্তে, অদুবু মোগলশিংদি মখোয়বু মখা তানা তাখিখিদে । মরম অদুনা কম্পনীগী মখাদবু লৈত্রবদি, হান্নগুম্না লৈবা ওমগনি হায়না নীংনখিবনি । মখোয়গী পান্দমদি অনৌবা ভারত অমা শেমগৎপা নৎখিদে, অরিবা ভারত অদু নৌনা হিংগৎহনবনি । মরম অসিনা মখোয়না মায়থীখিবদা ভারতকী পরম্পরাদদি শাখিনা শোকহল্লবনি । অদুবু, মখোয়না মায়থীজরবসু, ব্রিটিশশিংগী মঙক কনবা শাজৎতদি চৈথেং অমা পীরে । শাসন পায়রিবগা পায়দবগগী মরক্তা অনৌবা ঈরাং অমা লাক্লবগী খীভম শাগৎখ্রে ।

# ৩

# ব্রিটিশ ক্রাউন্না মখা তাথরকপা

## (১৮৫৮-১৮৮৫)

অচৌবা লালহৌ (গ্রেত রিভোল্ট) অসিনা কম্পনীবু মুৎহনখিবা ম্নাবগী ফীভমদা লাক্লবদা ব্রিটিশ সরকারনা হকথেংননা চংশিল্লকলে । মখোয়গী "ইন্দিয়া হাউস" শেমজিন শাজিনবা তাপ্লে । ১৮৫৮ গী ওগষ্ট তাং ২ দা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনী মুৎথংলগা লণ্ডন্দা লৈবা "সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট্" তা কম্পনীগী দায়িত্ব পূম্নমক শিন্নরে হায়না ব্রিটিশ সরকারনা লাউথোকলে। ভারতকী হান্নগী থবক পুরম্বশিং অয়াম্বা য়াওরবা "ইন্দিয়া কাউন্সিল" অমনা সেক্রেটরি ওফ ষ্টেট্পু তেংবাংগনি হায়রে। লোয়ননা গভর্নর জেনেরেলগী ঈজ্জৎ হেন্গৎনবগীদমক ভাইসরোই হায়বা মীংথোল অমসু হাপচিনলে । মসিনা ব্রিটিশ ক্রাউনগী লন্নাই ওমথং ওইহল্লে । অসুম্না মহারানী ভিক্তোরিয়ানা ১৮৭৭ তা ভারতকী সম্রাট ওইরে হায়না লাউথোকখিবদগী ভারত অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যদা য়াওহল্লে । চহী অসিগী নভেম্বর তাং অমদা মহারানীনা লাউথোকলে :

(ক) ভারত্তা লম লমগী ওইবা ওথোরিটি অমত্তনা ধর্মগী থাজনবা কয়াদা অমসুং প্রজাশিংনা লাইনিং লাইশোন তৌজবদা করিগুম্বা মখলগী খুৎ থিংজিল্লোইদবনি, করিগুম্বা থিংজিল্লম্লবদি মদু ঐখোয়গী খ্বাইদগী হেনবা পূক্লিং নুংঙাইতনিংঙাই ওইগনি ।

(খ) ভারতকী নিংথৌমচাশিংগা তৌনখিবা সন্ধিশিং অমসুং থবক চংশিনমিন্নখিবা পূম্নমক ব্রিটিশ সরকারনা চেকশিন্না ইকাইখুম্নরি ।

(গ) ভারতমচাশিংদা মখোয়গী "মহৈমশিং, থবক ওস্বা অমসুং পূক্লিং চেৎপা" থাক অদুগী মতুংইন্না লৈবাক শাসন তৌবগী থবক্তা য়াওহন্নবগী খুদোংচাবশিং পীগনি ।

(ঘ) ভারত্তা শান্তি ওইনা ইন্দাল্লি চাউখৎহন্নবগী অপাম্বা থম্মোয়শেংনা ফোঙদোক্লি ।

তাইশিন্নবগী পোলিসিশিং অসি "গ্রেত রিভোল্ট" না ব্রিটিশশিংদা তম্বীখিবা শাক্তা অদুদা য়ুম্ফম ওইখিবনি । বেঙ্গল আর্মিদা সিপোইশিংগী ধর্ম শোকপা য়াথঙ্লোন ঙাঙথোক্লবদগী ব্রিটিশরাজগী মায়োক্তা লান হৌরকখিবনি ।দালহৌসিনা ভারতকী নিংথৌমচাশিংগা তৌনখিবা সন্ধিশিং থুগায়রুবদগী নিংথৌমচাশিং অসিনা লালহৌবদা

মক্োক চিংঙকখিবনি । মরম অদুনা সর্বি... মদুনা থম্না তাখিবনি । নোংচুপলোমগী মহৈমশিং তম্নুরবা মীওইশিংনা মরক্ম পুন্নমক্তা লালহৌবগী ঈরাংদগী থাগতোক্লা লৈনখি । মখোয়বু সাম্রাজ্যগী শাসন পুবদা য়াওহনবা অমি, কম্পনীগী শার্ভিসত্তা যংলম্না খুদোংচাবশিং হেন্নংহনবা অরিবনি ।

তশেংবদি, কম্পনীগী মহুত্তা ক্রাউন্না শীল্লক্লিবা অসি ভারত্তা ব্রিটিশকী খুবম হেন্না চেংশিনহন্নবনি । ব্রিটেনগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈরিবা মহারানীগী এজেন্তশিংনা মহারানীগী পোলিসি অদু ইঙ্গরবসু মশা মশাগী চাউর-চাউরবা মঙ ক্নয়া মঙনখি, মরু ওইনা ভারতকী প্রজাশিং অমগা অমগা য়েংথিনহন্নগা সাম্রাজ্যগী সরকার অসিগী মায়োক্তা পূন্না হৌরকপা ঙমদনবা থৌশিল থৌরাং ঙাক্তা ওইখি । মসিবু ইংরাজীদা "দিভাইদ এণ্ড রুল" হায়না খঙনৈ । অনৌবা থাখল্লোন অসি হেক হেক থবক ওইনা কয়ারক পাঙথোক্লম্নবনি । অদুবু ভারত্তা চলাইরিবা ব্রিটিশরাজ অসিদদি য়াম্না হৈশিংনা, মতৌ ইমান মালহন্দনা শাফু কন্না থবক ওইনা চংশিল্লকখি ।

খুদম ওইনা, ভারতকী নিংথৌপানবা লৈবাকশিং ভারতকী অতে মফমদগী তোপ্না লৈহনলে মখোয়গী শাসনগী থবক্তা খুৎ থিংজিনদ্রে। আর্মি নৌনা শেমগৎপদা রাজনীতিগী মফম লৈহনদ্রে, "মার্সিয়েল ক্লাস" হায়না তোপ্না থমদুনা মীয়ামগী মরক্তা মঙক নোম্না চংচবা মীশিংগীদমক ফিদা কন্দুনা থমলে । সিভিল এদমিনিষ্ট্রেসন শেমজিন শাজিনবদা কাঙলুপ খরবু তরাম্না ওকই, কাঙলুপ খরবুনা থৈদোকুনা থমই। মহারানীগী লাউথোকখ্রবা পোলিসি ষ্টেটমেন্টতা থর্মদা খুৎ থিংজিল্লোই হায়জরবসু হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা নুংঙাইনহন্দনবগী ঈরাংদি তপ্না তপ্না অসুম শাগৎলকই । অহানবদা বাহাদুর শাহনা "গ্রেত রিভোল্ট" তা মাগী অয়াবা উৎখিবা, লোয়ননা মৌলবী কয়ানা লালহৌবশিংগী পুক্লিং থৌগৎখিবা মতমদা ব্রিটিশনা হিন্দুশিংগী মায়গেদা লৈখি । মমৈদা হিন্দুগী লুচিংবা খরনা ব্রিটিশ শাসনগী মায়োক্তা অসুম অসুম লৈরক্লবদা ব্রিটিশনা অমুক মুসলিমশিংবু লুনা চান্না তৌশিন্নখি । মুসলিমশিংবু হিন্দুশিংগী মায়োক্তা লৈহনবা ঙমখি । পোলিসি অসি লিশাং শিংনা অসুম চথরকই । মমৈদদি করি ওইরকপা, কিনিংঙাইনি ।

ভারতকী নিংথৌমচাশিংদা মহারানী ভিক্তোরিয়ানা পুক্লিং থিংজিল্লকখিবদি মখোয়গা মরুপ শান্ননিংখিবনি । মতম অদুদা ভারত্তা নিংথৌ পাল্লিবা লৈবাক ৫৬২ নি, ভারতকী অপুনবা লম পুন্নমক্কী শরুক মঙাগী মনুংদা অনী ওইরিবনি । নিংথৌমচাশিং অসিনবু য়ায়বদি ব্রিটিশরাজদি শোয়দনা মরা চেংলগদরনি হায়না খনখিবনি । মরম অসিদগী

মখোয়বু থেমজিনবা তাখি । মখোয়গা কম্পনীগা তৌনখিবা সন্ধি পুম্নমক ব্যবহার তৌরগা মখোয়গী থাক বাংহল্লে, খুদোংচাবা কয়া হকথেংননা ব্রিটিশকী ক্রাউন্দগী ফংবা ওমহল্লে, মখোয়নসু ক্রাউন্দা ব্যবহার উৎলে। পোলিসি অসিনা অমুক তারক্তপু অনী থোকহল্লে - ব্রিটিশ সরকারনা হকথেংননা শাসন তৌবা "ব্রিটিশ ইন্দিয়া" হায়রবা অমা; অদুগা অতোপ্পনা ফিউদেলিজম যোক্খৎত্তুনা "প্রিন্সলি ইন্দিয়া" হায়বসিনি।

ফীভম অসিদগী নিংথৌমচাশিংনা মরাই য়াম্না হাইগংপা ওমলে। ব্রিটিশনা মখোয়দা বাংল-বাংলবা মিংথোল কয়া অথাকপা লৈতনা পীরে। খুদম ওইনা "দৌলত-ই-ইংলিশিয়া" (ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মরল) "ইন্দর মহিন্দর" (লাইশিংগী লাই) অসিনচিংবা। মসিগী মথক্তা মখল কয়া থোক্লা ইকায় খুম্নরে। মখোয় অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবদি চেকশিন্না শেমশারবা মখল কয়াগী "ফিল্ড গন সেলুত" (নোংমৈ কাপ্পুনা খুরুম্বা) ৯ দগী ২১ ফাওবা অমমমতা ওইনা পীরে। লোয়ননা, "গ্রেত রিভোল্ট" কী মতমদা ব্রিটিশকী মায়গৈদা লৈখিবা নিংথৌমচাশিংদা শেল ওইনা নংত্রগা লম ওইনা পীদুনা মনা মথুম কয়া ফংহল্লে। অসুম্না "প্রিন্সলি ইন্দিয়া" না ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মতিক মঙাল লৈরবা সন্ত্রি ওইহল্লে।

অদুমকপু নিংথৌমচাশিংদা পীরিবা শক্তি অসি অকক্লবা মওংগীনি। মনাক মনাক্তা ব্রিটিশ রেসিদেন্ত থম্লিবনি। মহাক ভাইসরোইগী মীহুৎনি, অদুনা ক্রাউন্দগীসুনি। মীরম খুদিংদা মহাক্লা পাউতাক পীবা ওম্মী, লমজিংবা ওম্মী। মরু ওইনা ফম্বাল কাবগী মতাংদা য়েৎনরক্লবদি মহাক্লা বিচার তৌই, শাসন নীংথিনা তৌরক্লগনা আইন শেম্বা ওম্মী। শক্তি অসি চলাইরকপদা, করিগুম্বা মতাংদা নিংথৌমচাশিং মথবায় পান্দবা লাইথীগুম্না লৈবা তাখি। মতাং অমদদি নিংথৌ মফম লৌথোক্লবা হোৎনখিদবসু নত্তে। ১৮৭৬ তা বারোদাগী গায়ক্বাদনা রেসিদেন্তপু হু পীজদুনা হাংকে তৌরুবদগী মফম লৌথোকখি। অসি হায় হায়দুনা নিংথৌমচা লোয়নমক লাইথী ওনগ্রে হায়বদি নত্তে; অয়াম্বনা রেসিদেন্তশিংগা নীংথিনা লৈমিন্নখিবা য়াওরি, রেসিদেন্ত অয়াম্বসু ব্রিটিশরাজদা অকাইবা তৌরক্লগদি নিংথৌমচাশিংগী থবক্তা খুৎ থিংজিন্নদে। নিংথৌমচাশিংনসু দায়িত্ব য়াওদনা থবক থৌরম চথনদে। খুদম ওইনা বারোদা অমসুং মহিশুরগী নিংথৌশিংনা প্রজাশিংগী য়াইফনবা হোৎনৈ, অরিবা অমসুং অনৌবা গুন কয়া পুনশিন্দুনা অনৌবা সংস্কৃতি য়োকখৎনরে।

নিংথৌমচাশিংবু লৈতাইনবা হায়বসি য়াম্না চাউরবা থবক অমনি। মসিগী মখক্তা অনৌবা ব্রিটিশ সরকার অসিনা অকনবা লাম্নীগী মহৎ শিন্নিংঙাই অতে অমা লৈতে

হায়বসিদসু য়াম্না খোয়জংখি । মমৈদদি লাশ্মী নত্তনা অতৈ উপায় লৈয়োইদৌরিবনি । মতম অদুদা বেঙ্গল আর্মি লৈতবগুমখি, নৌনা শেমগৎপা তাখি । "হায়বা ইনবা" লাশ্মী তঙাইফখিদে । থবক অসিনা খ্বাইদগী মাঙজিন থাবা তাখি । মখা তাররুপনা অমুক "দিভাইদ এণ্ড রুল" শীজিন্নবা তারকখি । মখাগী থবকশিং অসি ব্রিটিশনা খুমাং চাউশিন্না হোৎনরক্লে :-

(ক) "গ্রেত রিভোল্ট" তা য়াওখিদবা মী কাঙলুপ খরবু "মার্সিয়েল ক্লাস" হায়খ্রে; য়াওখিবা নৎত্রগা মতেং পাংখিবশিংবুনা "নন-মার্সিয়েল ক্লাস" কৌখ্রে । মসিনা মরম ওইদুনা ইউ পি অমসুং বিহারগী ব্রাহ্মন অমসুং রাজপুটশিং অনৌবা বেঙ্গল আর্মিদা য়াওবা য়াহনখিদ্রে, অদুগা গুর্খা, পাঠান, শিখ, পঞ্জাবকী রাজপুট অমসুং জাট-কাঙবুশিং অসিবুদি হরাওনা লৌশিনখ্রে ।

(খ) নৌনা লৌশিনবা অসিদা কাঙলুপ, জাৎ নৎত্রগা ত্রাইব ত্রাইবকী ওইবা বেটালিয়নশিং হান্নগুম্না শেন্নবসু, ব্রিগেদ অমদা কাঙলুপ , জাৎ নৎত্রগা ত্রাইবকী ওইবা বেটালিয়ন অনীদি পূন্না য়াওহনবা য়াখিদ্রে ।

(গ) বেটালিয়ন খুদিংদা কাঙলুপকী, জাৎকী নৎত্রগা ত্রাইবকী ওইবা চাউখোকচবা খ্বাখল অথিংবা লৈতনা য়োকখৎচরবসু, ভারতপুম্বগী লাশ্মী "ইন্দিয়ান ক্রপ" তা মপানগী ওইবা ঈথিন, খবর কাগজশিং য়াওনা, চেকশিন্না চংহন্দনবা শেমশাখ্রে ।

(ঘ) সিপোইশিংনা লানহৌরক্তনবা অতৈ চেকশিন -থৌরাং কয়াসু পায়খৎখ্রে । ব্রিগেদ অমদা বেটালিয়ন অহুম লৈবগী মনুংদা অমদি ব্রিটিশকী শোয়দনা ওইহল্লি, অতৈ অনীদুনা মখোয়বু ঙাক শেন্ননবা । লোয়ননা ভারতমচাগী বেটালিয়ন- কাঙলুপ কয়া পুনশিনখিবা অদুগী মরক্তা নুংঙাইনদবা লাক্লবসু ব্রিটিশ বেটালিয়নবু য়েংশিনহল্লি ।

ভারতমচা অমত্তা ভাইসরোইগী কমিশনগী থাক্তগী হেন্নংপা রেঙ্ক ফংহনখিদে । রেঙ্ক অসিদি খ্বাইদগী নৌনা চংলকপা ইংলিশ্র অমনা ফংবা য়াবা রেঙ্ককী মখানি ।

(ঙ) তোপকী ইউনিত পুম্নমক ব্রিটিশ লাশ্মীগী মখাদা থমখি ।

মথক্কী চংনরোল অসি মাদ্রাজ অমসুং বোম্বে আর্মিদসু চংনহনখি, অদুবু য়াম্না কুপশিনখিবদি নংখিদে । অসুম্না, চহী মঙাগী তেন্নবা মতমদা য়াম্না অবাংবা থাক্কী থাজনিংঙাই ওইরবা লাশ্মীশিং শেমগৎখি । অদুবু "মার্সিয়েল" অমসুং "নন-মার্সিয়েল" হায়বা মীৎত্রংগী খেন্নবা অমা থমখিবা অসিনা জাতিগী ওইবা লাশ্মীদি ওইবা

ওমখিদে, শুপ্নগী কাঙলুপকী ওইবা লাম্নী ফাওবদি ফজনা শেমগৎখি । মীৎত্রং অসি ব্রিটিশ শাসনগী অরোইবা মতম ফাওবা থমখি । মসিনা মরম ওইদুনা ইউ: পি: অমসুং বিহারগী অবাংবা থাক্তা লৈবা হিন্দূশিংগী মচা মশুশিংনা লাম্নীগী থবক্তা চংশিনবা ওমহনখিদে ।

কম্পনীগী মহুৎ ক্রাউন্না শীল্লকপা অসিদা সিভিল এদমিনিস্ত্রেসনগী থবকসু অনৌবা ফীভমশিং অসিগা চুশিন্ননা শেমগৎলকপা তাখি । মী মিলিয়ন চহুমগী শাসন তৌবা সরকার অমত্তনা মমাঙদা তৌখিদ্রিবনি । মরম অদুনা এদমিনিস্ত্রেসনগী - "নেটবার্ক" য়াম্না থুনা পাইখৎখি । নেটবার্ক অসিবু ষ্টেটুতরি সিভিল শার্ভিস হায়না খঙনদুনা মিং চনবগী থবক য়াংশিল্লক্লে । ১৮৭০ দা মেম্বর ৯১৬ শুরে, ভারত শীনবা থুংনা থবক নীংথিনা পাঙথোকপা হৌরক্লে । মেম্বর খরদি থবক কন্না শুবদা, লৌশিং লৈবা থবক চৎথরকপদা অফবা মিংচৎ ফংনরক্লে । মখোয়গী শক্তি য়াম্না কনখৎলকপদগী ইন্দিয়ান সিভিল শার্ভিস অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী য়োৎকী ফ্রেমনি হায়নরক্লে । অতৈ ভারতপুম্বগী শার্ভিস-ইন্দিয়ান পুলিশ্, ইন্দিয়ান ওদিৎ এন্দ একাউন্তস্ অসিনচিংবসু ইন্দিয়ান সিভিল শার্ভিসকী মতৌগুম্না থবক ফগৎলক্তুনা লৈবাক পুম্নমক অসি মমাঙদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা এদমিনিস্ত্রেটিব ইউনিটি অমা ফজনা পুরকপা ওমখ্রে ।

মতুং তাবদা প্রোভিন্সিয়েল শার্ভিসশিং-মরুওইনা রেভেনিউ অমসুং জুদিসিয়েল শার্ভিসশিং অসিসু মরা চেৎশিনহল্লে । আইনগী শাংলবা পাম্বোম লাপথ্রবা খুঙ্গংশিংদা য়ৌহনবা ওমখ্রে, কোর্টশিং মীয়াম্না থাজনরক্লে । ১৮৬১ দগী গভর্নর জেনেরেলগী কাউন্সিলগী আইনগী মেম্বর টোমাস বেবিংটন মেকোলেনা চহী কয়াগী মমাঙদা শেমলম্বা "ইন্দিয়ান পেনাল কোদ" তা জুদিসিয়েল সিস্তেম শেমগৎখ্রে । ভারতকী ওইবা চৎনরোল য়েংদুনা ইংলিশ আইনগী নিয়মশিং পানশিন্দুনা ইন্দস্ত্রিগী পোৎথোক নীংথিনা লৈহল্লে । মেকোলে মশানা হায়রম্বগুম্লদনা "নহাক্না হেক ফংবমখৈ মওং মান্নহল্লু, তৌবতদি শুকশোয় শোয়দনা"-হায়বা পান্দম চপচানা থমখ্রে । মেকোলেনা তশেংবদি ভারতকী আইনগী "স্নকচর" নীংথিনা থম্বীরম্লে, হৌজিকফাওবা হোংদোক্তনা অসুম লৈরিবসিনি ।

শেমগৎলক্লিবা চাউরবা থবক অসি রেলবে অমসুং ডাকঘরগী মতেং য়াওদনদি ওইথোক্রম্লোই । ১৮৭২ দা রেল লম্বী কিলোমিটর লিশিং নিপাল শাংনা প্রেসিডেন্সী তাউনশিং- কলকাতা, বোম্বে অমসুং মাদ্রাজ শম্নহনখ্রে । টেলিগ্রাফ অমসুং ডাকঘরগী

থবকসু হেন্না মপূংফানা শেমগৎলে । অদুবু রেল অমসুং ডাকঘরগী থবক অনী অসিনা ব্যুরোক্রেসীগী মরম্নাই অনৌবা ময়োলসু চোংখৎহল্লে; মখোয় মখোয়গী থৌরাং মশা মশাগী অনীংবা মতুংইন্না শীন্দোকনরে । রেলবে অসি লম্নাই ব্রিটিশ কম্পনীশিংগী ওইজরবসু থবক্কী মতাং লাকপদদি "অফিসিয়েল এদমিনিস্ত্রেতিব স্ত্রকচর" গী তঙাইফদবা শরুক অমা ওইরে ।

চৈরক অসিদা নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং তম্লুরবা ভারতমচাশিংদা থাক হল্লুবা থবকশিং শুহনবদা থোয়না অকায়বা লৈররোই হায়না খন্নরক্লে, মরমদি শাসনগী থবক অসি য়াম্না পাক চাউরক্লে । "গ্রেত রিভোল্ট" কী মতমদা মখোয়না হায়বা ইনখিবা অদুনসু থোয়না কায়রোই হায়বা প্রমান তৌখ্রে । সরকারগী অফবা থবক পীবা অসিনা মখোয়গী শোয় ঙামদবা অমসুং ঈজ্জৎ শোয়দনা হেঙ্গৎফম থোকপনি, মরমদি অতৈ মফমদা অফবা থবক মরাং কায়না ফংনদে । সেন্ত্রর অমসুং প্রোভিন্স অনীমক্তা এদমিনিস্ত্রেসনগী থবক মচা মচাশিং ভারতমচাশিংদা অসুম্না লাম্থোকপা হৌরক্লে । অদুমকপু মসি থৌজালগী থবক্তি নৎখিদে, মরমদি অসিগুম্বা থবক মচা তৌবিনবা ইংলিশমচা মতম অদুদা লৈখিদে ।

অনৌবা থৌরাং অসিনা ব্রিটিশরাজগী থবক য়াম্না ফগৎখি । পান্দমদি য়াম্না অকক্লখি, শুপ্লগী খাজনা খোমজিনবা অমসুং শান্তি লৈহনবা অসিতনি । শান্তিদি লৈরে । অদুবু প্রজা মীয়ামগী য়ায়ফনবদি করিশু খুমাং চাউশিনবা ঙমখিদে ।

সরকারগী আয়, লৌবুক খুদিংগী খাজনা হান্না লৌরম্বা অদুনা ওইখি । কম্পনীগী মতমদা খাজনা অসি পোৎ ওইনা লৌখৎপগী মহুত্তা শেল ওইনা খোমগৎপা হৌরম্লবনি । খাজনাগী চাং ইহোং হোংদনা থম্বা অমা নৎত্রগা মতম মতমগী মতুংইন্না হোংদোক হোংজিন তৌখিবা, মতাং মতাংগী মতুংইন্না চংশিনখি, অদুবু লৌ লোক্তবা মতাং লাক্লগা খাজনাদি শোয়বা য়াখিদে । ক্রাউন্না য়েংশিন্নদনা লৈখিবা ফিরেপ অসিনা অকক্লবা মতমদা অকক্লবা খাজনা সরকারনা ফংবা ঙমলে । তৌবতদি মসিনা লৌউবশিংদা অকনবা শাক্লু অমা ওইরে । খাজনাগী চাং অরেম্বা থমদনা অসুম হেক্তংলকপা, লোম্লনা লৌরোক নীংখিনা লোত্তবা মতমদদি লৌউবশিং মকোক্তা মথুং হাপলে; অতৈ কম থরকনা লৌপুন্শিংবু তাইলহন্দুনা খাজনাগী চাং লেম্না লেপ্তবা য়েংবনা নমদুনা অসুম খোমগৎহল্লি ।

লৌরোং অসিনা লৌপুন্শিংগী মরমবা ওইরে, সরকারগীসু মীংবা থুংলে, লৌপুন্শিং সরকারগী খাজনাশিংগী ওইনা কাংলুপ (ক্লাস) অমা ওইরে । মসিগী হেক্তোঙগুম্না

লৌপুশিংগী সম্পাতিগী অধিকার অকাইঃ অতোই লৈহন্দনা থমলে। ওনরেরি মেজিস্ট্রেটকী কম ফাওবা অখাকপা লৈত্তনা লাম্হোকলে। "গ্রেত রিভোল্ট" কী মতমদা ওৎনৈবিখিবা " তালুকদারশিং" , " জামিন্দারশিং" ফাওবা মশা মশাগী লম অমুক হন্জিনখিরে। অসুম্না, সাম্রাজ্যগী শক্তি লৈরবা মুন্নীরেন কয়া ফজনা শাগৎলে।

মরক অসিদা মীয়াম্না শীংথাবা ওমদনা অৱাবা কয়া মায়য়োক্লখি। "গ্রেত রিভোল্ট"কী মতুং তারকপা চহী ১৫ অসিদা পাকচাউনা চাকতাংবা মঙারক থেংনখি, মী মিলিয়ন কয়া শিখি, খরদি সরকারনা মতেং পীবিখিদবদগীনি। মরম অসিদগী খ্বাইদগী হেন্না শাখিখিবদি ১৮৬৬ কী উরিষ্যাগী চাকতাংবা অদুনি; মীশিং শরুক মরিগী মনুংদা অমা হেন্না শিখি। ১৮৭৬-৭৮ দা থোকখিবা দক্ষিনাত্যগী (দেক্কান) চাকতাংবগী শাখিরবা অৱাবা অসিগী মরু ওইবা মরমদি মীয়াম্না লৌউবগী শিনফমদতা মায়ওনশিনখিবা অসিননি, মী খরতা ওইরবসু ইন্দস্ত্রিদগী মতেং ফংবা ওমখিদবননি।" ব্রিটিশ মহারানীনদি ভারত্তা শান্তি ওইবা মওংদা ইন্দস্ত্রি চাউখৎহন্নিংবগী অপান্বা ফোঙদোকখি। লম্বী থোং অমসুং রেলৱে লৈবাক শীনথুংনা লৈহল্লবসু ভারত্তা লৈরিবা মহাক্কী সরকারনদি ওন্নতৈননা থবক চৎথখি, শুপ্নগী ব্রিটিশ ইন্দস্ত্রিখক্তংদা মখোয়না মীৎয়েং থমখি। কম্পনীনা বেষ্ট ইন্দিজদগী ব্রিটিশকী ইন্দস্ত্রিতৌবশিং, মখোয় অয়াম্বদি মীনাই লল্লোনবনি, কৌথোক্তুনা বেঙ্গলদা নিম থানবগী থবক পায়খৎহনখি। মখোয়না মায় পাক্লা থবক চৎথখি, অদুবু গুজরাটকী নিম থাবশিংদি মখুৎ হামদুনা লৈবা তাখি। ব্রিটিশশিংনা লোন্না চৎথখিবা থবক্তি-নিম থাননবা নেক্লিবা মীওইশিং অদু শাখিনা ওৎপিনৈবিখিবা অদুনি; ওৎনৈবগী চাং হেনমনখিদুনা ১৮৫৯ দদি হিংসাগী "রিভোল্ট" থোকহনগ্রে, ফীভম অসিদা মীয়ামগী মিনুংশি য়াম্না পোক্লখি।

ব্রিটিশরাজদা তৌরিবা অসি ব্রিটেনদা ইন্দস্ত্রিগী মচাকশিং ভারত্তগী শীখিবা অদুগা অমুক পোংথোকশিং অদু ভারত্তা শীজিন্নহনবা অসিনি। ব্রিটিশকী লল্লোন ইতিক্তা ভারতকী ইন্দস্ত্রিনা লাপ্লবসু লাপ্না খুরৌ থাংহনবা ওম্মী, অদুনা ব্রিটিশ মচাশিংনা ভারতকী ইন্দস্ত্রিবু করেম কথাইননা পূক্লিং থৌগৎপিখিদে। অসি ওইজরবসু ভারতমচাশিংনা মরম্নাই প্রাক্তেসন ইন্দস্ত্রি তৌবদা কান্ননিংঙাই অদুম লৈবনি। অদুবু মায়গৈ অসোমদদি অত্তৌবা জাতিমীদমক অদুম ঙাক শেন্দুনা ব্রিটিশনা অমখিবনি। হায়মনা ১৮৫৪ দা কম্পনীনা চা থাবা য়াবা অফবা লম একর ৩০০০ [illegible] [illegible] তিংদনা ব্রিটিশ [illegible] [illegible] মপাদদা চা [illegible]দোকপা [illegible]দমক সাম্রাজ্যবাদীগী সরকার [illegible] ব্রিটিশ [illegible]

চোলহনখি। চৎথরিবা মওংদি চাগী ইন্দস্ত্রি অসিদা শীজিন্নরিবা ভারতমচা থবক শুবশিংদি (লেবর) কুলিনি, থবক কাহেন্না শীজিন্নখি, শেলনা মমিংতা ওইনা খজিক্তমক পীবিখিবনি। অয়াম্বা শাথীনা নীংবা কায়দুনা লোন্না চেপ্পোকনখি। অসুম্না বেঙ্গলগী লিমোনগী ইন্দস্ত্রিদসু অসি মওই। মরাইবক থীরবা ভারতমচা কয়ানা মখোয়গী স্কোটিশ মাস্তরশিংনা ইনাকখুন্ননবগীদমক শেগায়রবা খাংপোক মখাদা পূক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইরবা খুংগুমন খজিক্তংগীদমক ওন থোইনা থবক শুজখিবনি।

লাইবক খজিক্তং ফখিবদি জামসেৎজী নুছরবানজী টাটা থোরকপদগী ভারতনা লশিংগী ইন্দ্রস্তিদা অচেৎপা খোঙফম মচা অমদি ফংবা ওমগ্রে। ১৮৭৭তা নাগপুরদা মহাক্না টেক্সটাইল মিল অমা লিংখৎখি। মিল অসি চাউই, অনৌবা মেছিন থমখি, হান্নদি অসিগুম্বা অমত্তা লৈরমদে, ফি মমলহোংনা, চাং য়াম্না পুথোকপা ওমখি। মায়গৈ অসোমদা মায় পাক্লকপা অসিনা থৌনা হাপ্তুনা মিল কয়া মথং মথং- অহ্মদাবাদ, বোম্বে, শোলাপুর অমসুং মাদ্রাজদা লিংখৎনরকখি। ওইরক্লিবা ফীভম অসিদা লাঙ্কাশিয়ারগী টেক্সট াইল কারবারবালা অচৌবশিংগী মোনোপোলি থুগায়রক্লে, মখোয় শাউরক্লে। ভারত সরকারনা হান্না লৌরম্বা ডিউতি (পোৎ পুশিল্লকপগী খাজনা) অদু লৌদনবা তক্লরক্লে; লৌসু লৌথোকগ্রে। খোঙথাং অসিনা ভারতকী নৌনা পোৎথোক পুথোকচরক্লিবা মিলশিংদা অকনবা চৈফু পীগ্রে, লোয়ননা সরকারগী আয়সু ফনা য়াম্না হস্থহনগ্রে। ব্রিটিশ ইন্দ্রস্ত্রিয়েলিস্তশিংগী য়ায়ফনবা হোৎনবদা মহারানীগী অপাম্বা থৌশিল তুংওইনগ্রে।

এদমিনিস্ত্রেসনগী মায়গৈদনা ভারতমচাশিংদা ময়ায় ওইবা থাক্কী থবক পীবিরবসু মহারানীনা পামজখিবা "মহে মশিং, থবক ওস্বা অমসুং মপুকচেল চেংপা" হায়বা গুণশিংগী মপান্না ভারতমচাশিংনা খ্বাইদগী বাংবা থাকফাওবা য়ৌবা ওমগনি হায়বদুগী ওন্নতৈনবদা ব্রিটিশরাজনা থবক চৎথখি। ১৮৬১ দা ভাইসরোইগী লেজিসলেটিব কাউন্সিল অদু আফিসিয়েল নৎতবা মী তরুক হাপ্পবা পাকথোক চাউথোকহল্লি। অদুবু হাপম্রিবা মীওইশিং অদুদি শুকয়েং য়েংলক্লরোই হায়না হান্না খঙদোক্লবা মীশক ঙাক্তনি। অদুগীসু মথক্তা কাউন্সিল অসিমক এদভাইজরী বোদীনি, ভাইসরোইনা মব্বা লৌদবসু য়াবা, অসুম্না ব্রিটিশরাজদা আইনশেম্বগী থবক্তা ভারতমচাশিং য়াওহনগনি হায়রগা থবক ওইনদি পুমহো হোরবনি।

ইন্দিয়ান সিভিল শার্ভিসকী মী লৌবদা অঙৌবশিংনা লম অসিগী মীওই য়াওহন্নিংখিদে হায়বসি ময়েক শেংনা উংলে। মী লৌবগী কেন্দিদেট অমনা মশাগী চহী ২৩ দগী হেনবা য়াদে। ভারতমচা অয়াম্বা লণ্ডন তান্না চৎতুনা চাংয়েং অদু য়াওরব্বা ঙমদে। অদুমকপু ১৮৬৩ দা সত্যেন্দ্রনাথ টেগোর হায়বা ভারতমচা অমা য়াওরুই, খল্লকই। মসি ব্রিটিশরাজনা লম হেঞ্জিল্লকপনি হায়না লৌখি। তুমীন্না লৈথোকপা ঙমখিদে, চহী ২৩গী মহুত্তা চহী ২১ দা হন্থহনখি। অদুবু অমুকসু ১৮৬৯ দা সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জি হায়বা ভারতমচা অসিসু মায় পাকলক্লে; অদুবু ব্রিটিশরাজনা নমথাক কয় তৌরগা মহাকপু চহী অহুমগী মতুংদা থবক তোকহনখি। ১৮৭৬ তা অমুক চহী ২১ দগী ১৯ দা হন্থহল্লে-পান্দমদি শার্ভিস অসি অঙৌবশিংগীতা ওইনা থম্বা অসিনি।

১৮৮৩ দা লৌশিং অমসুং জ্ঞাণ নীংথিনা লৈরবা ভাইসরোইশিংগী মনুংদা অমা ওইখিবা লোর্দ রিপোন্না লিবর্তি বিল কৌবা আইন অমা হৌদোকই। আইন অসিগী মতুংইন্না অঙৌবশিংবু বিচার তৌবদা ব্রিটিশ অমসুং ইন্দিয়ান জজশিং থাক মান্নবা থম্বনি। ব্রিটিশ লল্লোনবা কাঙলুপনা খুদক্তা লালহৌরে, সরকারবু খবরগী থোঙদা শীংনরে, মখোয়বু নমথবা ঙমদননবা ‘দিফেন্স ওর্গেনাইজেসন’ অমা শেমলে, ভাইসরোই ফাওবা নমদুনা ফাগে তৌরে। ব্রিটিশ আফিসিয়েলশিংগী থৌইদিন্নি খঙলবদা লোর্দ রিপোন্না বিল অসি অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরে। ইন্দিয়ান জজনা অঙৌবশিংবু বিচার তৌবদি য়াগনি, অদুবু বিচার অদু অঙৌবা জজগী মশিঙ তংখাইদগী তাদনা শেম্বা “জুরী” না বিচার চৎথগনি। শেমদোকপ্রিবা অসিনা লিবর্তি বিল মমিংতা ওইনা অদুম লৈহল্লে।

ব্রিটিশশিংনা মখোয়না হেল্লি হায়বা য়াখল অমা চেনখ্রিবসি থাজবা অমদগীনি। থাজবা অদুদি মখোয় অসি আইন লৈতবা অতোনবা কাঙলুপকী মথক্তা শাসন তৌরুনবা লাইনা থারকপনি হায়বসিনি। ভারতকুম্বা মহাদেশ মচা অমা লায়না জয় তৌবা ঙমখ্রিবসি অসিগুম্বা থাজবা অসিননি হায়না লৌনখি। য়াখল্লোন অসিনা “গ্রেত রিভোল্ট” কী অবাবশিং অদু ময়ায় চমহনখি। পীকপ্রবা বঙ্গলো অমদা থবক মচা অমা তৌজরিবা, মরু ওইবা প্রোভিন্স অমগী চিফ কমিশনারগী থবক পুরিবা, সিংহাসন্দা ঙাম্থোইরিবা ভাইসরোই ফাওবা য়াওনা খ্বাইদগী পীকপদগী খ্বাইদগী চাউবা থৌদাং পুরিবা ইংলিশ মচা পুমমক্না মখোয়দি ঈশ্বরনা শাসন তৌরুনবা অমদি নমথরুনবা পোকহল্লকপনি হায়বা য়াখল অসিনা তৌথোরকপা খুদিংগী লমজিং ওইখি।

# ৪

# ঈচীক হুন্না চৎথরকপা রিভোলুসন অমা
## (১৮৫৮-১৮৮৫)

বিটিশরাজনা অহানবদা মখোয়গী য়ুম্ফম চেংনবা হোৎনরিঙৈদা ভারতনা তুকথদুনা তৌফম খঙদনা লৈখি । অদুবু ক্রাউনগী মখাদা শাসনগী মওং অমসুং নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং লৈবাক শীল্লকপদগী ভারত্তা অহোংবা অমা চাউনা লাক্লে । নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং তম্লুরবা কাওবুনা ভারতকী ওইবা অপূনবা শক্তম অমা য়াম্না থুনা শাগৎলক্লে । লোয়ননা মরৈবাক নীংবগী (নেসনেলিজম) য়াখল্লোন মরা চেৎশিল্লক্লে, মওং কয়াদা থবক ওইনা উৎথোক্লরক্লে । মমৈদা ব্রিটিশরাজনা পামজরিবা নোংচুপলোমগী অয়াংবা য়াখল অদু মাঙওইনরগা ইজলাম অমসুং হিন্দূধর্ম অনীনা অমগা অমগা তোৎশিন-তনশিন্ননবা থম্মোয় শেংনা চংশিন্নরক্লে ।

লাইরিক লাইশু তম্নীবগী মতাংদা নোংপোকলোমগী সভ্যতা মশক খঙবশিংনা ভারতকী হান্না লৈজরম্বা পরম্পরাগী মতুংইন্না চৎথগদবনি হায় । মসিগী মায়য়োক্তা অমুক ইংলিস সভ্যতা পাম্বশিংনা ইংরাজীগী মতেংনা নোংচুপলোমগী মহৈ তম্বগী থৌওং অসিনা হেন্না ক্ষগনি হায়খি । কম্পনীনা মতম শাংনা য়েৎনরিবা অসি তাশিন খঙজিন্নদনা লথোকই । ১৮৩৫ দা মেকোলেনা হায়রকপদগী নোংচুপলোমগী শিক্ষা রোমদা থুনা যাংনা চৎথরক্লে । মসিনা কম্পনীগী থবক মচা মচাদা লৌশিনবা য়াবা মীওইশিং শেমগৎপদা অচৌবা মতেং অমা ওইরগনি হায়না খনখিবদগীনি । অদুবু মেকোলেনা ভারতকী কলা, ধর্ম, সাহিত্য অমসুং আইনগী পরম্পরা অসি শুকমুৎ মুৎলরোইদবনি হায়বসিদা থাজবা মী অমা ওইজরগসু য়াফম অসি নাথেরল্লগা " অনৌবা মহৈ মশিং" চমগদবনি হায়না শম্পৎনা লোইশিনখি । থবক ওইনা চৎথরকপদা, "ওরিয়েন্তেল কলচর" তুংওইনগ্রে, মশামক্লা হায়দোরকখি :- " অফবা ইউরোপিয়ান লাইব্রেরীগী শাখল অমখক্তংনা ভারত অমসুং অরাবিয়া অনীগী মশাগী ওইজবা সাহিত্যগী অপূনবা মুকৈদগী হেন্না মমল য়াম্মী"। অমরোমদা, মেকোলেনা লৌগ্নিবা ফিরেপ অসিনা কম্পনীগী য়ারেপ ওইজখ্রবসু ভারতকী ওইনদি য়াম্না ফরবনি; মরমদি লৈবাক অসিনা অনৌবা যুগতা খোঙদারক্লে ।

কম্পনীগী অতোপ্পা ন্নারেপ অমনা সরকারগী থবক চলাইনবগীদমক অমসুং কোর্টতা শীজিন্ননবগীদমক পার্শীগী মহুত্তা ইংরাজীনা "আফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ" ওইরগনি হায়না লাউথোকখিবা অসিনি। ন্নারেপ অসি মুসলিমশিংনা য়ানিংখিদে.। মখোয়দি হান্নসু নোংচুপলোমগী কলচর, মরু ওইনা নোচুপলোমগী এডুকেসন অসিনা পুন্নমক মাংথোক্কদৌরে, থৌশাফম শুকথোক থোক্কে হায়না লাউখোংদুনা লৈরিবনি। ১৮৩৫গী মমাঙ ফাওবদা বেঙ্গলদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা শন্দোরক্লবা মতমদা মখোয়না খৃষ্টিয়ান মিসনরীশিংনা অয়াম্বা চলাইরিবা ইংলিশ স্কুলশিংদা চংদদুনা মখোয়গী মাদ্রাসাশিংদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈনরে। ফীভম অসি অসুম চৎথরক্কুনা ১৮৩৫ গী মতুংদসু হেন্নদুম চেৎশিন্না লৈনরে। মরম অসিদগী অনৌবা সরকারগী স্কুলশিংদা মুসলিম মহৈরোই ইলৈ লৈতবগুমলে।

অদুগা হিন্দুশিংদি স্কুলশিং অসিদা চয়োম শাখি, অয়াম্বনা লাইরিক হৈবা ইমুংশিংদগীনি, হান্ননা মখোয়গী শিনফমদি পাউমী, একাউন্টেন্ট, ওজা, লাঈয়েংবা অমসুং শাসনগী থবক্তা চংশিন্নখ্রবা ঙাক্তনি। মেকোলেগী ন্নারোলশিং য়ারবা মতুং চহী অহুমগী মনুংদা কম্পনীনা বেঙ্গলদা লিংখৎপা ইংলিশ স্কুল নিফুদা মিং চনবগী অন্নাবা লৈরে। কলকাতা বুক সোসাইতিতনা চহী অনী ফাবাৎত্রিবৈদা ইংলিশ তম্নবা লাইরিক ৩০.০০০ গী মথক্তা য়োল্লে। ১৮৫৭তা কম্পনীনা লিংখৎখিবা কলকাতা, বোম্বে অমসুং মাদ্রাজগী বিশ্ববিদ্যালয়শিংদা খুদক্তা মিং চন্ননবা মহৈরোইশিংনা য়োমলে।

সাম্রাজ্যবাদীগী সরকার অসিনা সরকারগী শেলথুমতনা অন্নাংবা থাক্কী মহৈমশিং তম্বগী থৌরাং অসি নীংবা থুংনররোই খল্লক্তুনা প্রাইভেৎ কলেজশিং সরকারনা শেলগী তেংবাং খরা খরা পীরগা লিংখৎপা য়াহ্নলে। ১৮৭০গী মতুংদদি অসিগুম্বা কলেজশিং অসিগী মশিঙনা সরকারগী অমসুং মিসনরী কলেজশিংগী মশিঙদগী থুনমক হেন্দোক লে; ১৯ শুবা শতাব্দীগী অরোইবা শরুক্তদি মেকোলেগী মঙলান অদুদগী য়াম্না হেন্দোক্লা গ্রেজুয়েৎ মশিঙ লাকঙমদনা পুখোক্লরই।

অসুম্না নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফংলবা মীয়াম অমা, অপূনবা মীশিং য়েংলুরগদি খজিক্তং ওইজরবসু, লৈবাক শীনবা থুংনা লৈরক্লে। ইংরাজী লোন অমসুং মান্নবা শিক্ষা ফংলকপা, লোয়ননা পাকথোক চাউথোরক্লিবা লম্বী থোংগী খুদোংচাবা পুন্নমক অসিনা জাতি অসিগী ইতিহাসতা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা ভারতপুম্বগী অপূনবা শক্তম অমা নীংথিনা শাগৎলক্লে। মখোয়গী মীৎয়েং পাকই, ভারতকী পরম্পরা অমসুং নোংচুপলোমগী ঈরাং অনীগী কান্নরবা লাংদাই অমা লৈবাকসিদা পুরকপা ঙমলে।

ইংলিশ স্কুল অমসুং কলেজদগী থোক্লকপা নহারোল্শিং অয়াম্বা সরকারগী থবক্তা চংনখি; থবক অসিদা হেক্কে চংখিবদগী মখোয়না ব্রিটিশরাজগী হায়বা ইল্লবা কর্ম্মচারী ওাক্তা ওইরে। অদুবু ফীভম অসি শেলথুমগী চৈথেংনা ওইহনখিবনি, মখোয়গী মাস্তরশিংগী য়ায়ফনবা ওাক্তি নংখিদে। লাইবক ফবদগী মখোয় খরনা সরকারগী থবক্তা চংখিদে। উকিল, পাউমী, ডাক্তর নংত্রগা প্রাইভেট মহৈ তম্ফমশিংদা ওজা ওইদুনা মখোয়না মরোমদোম পুল্লি লেন্নখি। অসিগুম্বা পুল্লি অসিদা মখোয়না সরকারগী কর্ম্মচারীশিংনা ফংদবা, নীং-খা তম্বা অদু ফংবা ওমখি। অসুম্না নীংতম্লকপা অসিগী কান্নবা নোংম নোংমগী হেন্গৎলক্লে। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা মরৈবাক নীংবগী খোল্লাউ মকা লাম্না ফোংদোকচবা ওন্নক্লে। তুংগী ইতিহাস মখোয়গী ওইররে।

কম্পনীনা নীংজরম্বদি নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফংলগা হায়বা ইল্লবা ভারতমচাশিং ওইরক্কনি, মখোয়- চাবদা থকপদা শাজৎ লমচৎতা মবুখি মরৌশিংদা ইংলিশ হায়বদু ওইরক্কনি অসিনি। অদুবু অনৌবা মীওইশিং অসি অদুম্না ওইরক্লে। নোংচুপলোমগী অৱাংবা ৱাখল অদু ফংলুবদগী ভারতকী মীখাপোল্লবা মীয়ামগীদমক মথম্মোয় অসুম অসুম শোক্লক্লে। নোংমদি ব্রিটিশশিংগী মীনাই য়োংহ্লিংদগী নাম্থোকপা চুম্মী খল্লক্লে। মরক অসিদা, অরানবা তৌরিবশিং, মওক কল্লিবশিং অসি মখোয়না ওমজবা মওংদা চুমথোক্লবা থবক কয়া চংশিনখ্রে। মপু শাজিন্নরিবশিং অসিনা সংস্কৃতিগী থবক্তদি মপু শাহনফম থোক্তে হায়না পূক্লিং চপ য়ুংনখ্রে।

মখোয়গী লাইবক ফবনা, ১৯শুবা শতাব্দীগী ইউরোপকী পণ্ডিত কয়ানা ভারতকী হৌখ্রবা মতমগী ফজবা কয়া খুদমগা লোয়ননা শীংথানরকই। সম্রাট অশোকনা নুংদা হক্লুনা থমলম্বা অৱাংবা ৱাখল্লোনশিং, সংস্কৃত লোন অমসুং সাহিত্যগী মপা লৈতনা ফজরিবশিং গ্রীক অমসুং লাটিন ফাওবনা য়ৌদ্রিবা রসশিং, নীংথিনা নৈনরকই। ১৮৭৫ দদি জর্ম্মনগী পীথোরক্লবা মগুণনা লৈতেংলবা নোংপোকলোমগী সভ্যতা মশক খঙলবা পণ্ডিত মেক্স মুল্লরগী "দি সেক্রেদ বুক্স ওফ দি ইষ্ট", অমসুং জেমস ফরগুসনগী "হিস্তরী ওফ ইন্দিয়ান এন্দ ইষ্টরন অর্কিতেকচর" লাইরিক অনী অসি কোওলকপদগীদি থায়নগী হিন্দূশিংগী মতীক মগুণ পাকশন্না খঙনরক্লে। মসিগী মমাঙদা কালিদাসকী "শকুন্তলা" ৱিলিয়ম জোন্সনা ইংরাজীদা হন্দোকুনা অখও-অহে শুম্লমল্লা ফজবা মশক খঙনখি।

১৯ শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তংখাইদা ভারতমচাশিংনা চলাইজবা প্রেসশিংনা নেসনেলিজমগী ঈনোং য়াম্না শক্তি লৈনা হাপখি। ইংলিশ চেফোংশিংনা ইংরাজী

ওাংবা অপাবশিংদা রাজনীতিগী শিক্ষা মথং মথং পীরকপগা লোয়ননা, ভারতকী লোন্দা ফোঙলিবা চেফোঙশিংনা ইংরাজী খণ্ডবা অপাবশিংদা অসিগুম্বা শিক্ষা অসি

ভারত্তা খ্বাইদগী অহানবা পাউচেদি ইংলিশশিংনা ১৮শুবা শতাব্দীগী তংখাই চল্লকুবা মতুংদা কলকাতা, বোম্বে অমসুং মাদ্রাজদা চয়োলগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙশিং অদুনি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী অঙনবদদি রাজা রাম মোহন রোয়না চাংনাইনা হৌখিবা কলকাতা "সম্বাদ কৌমুদি" নচিংবা ভারতকী লোন্দা ফোঙবা হাপ্তাগী নংত্রগা থাখাইগী ওইবা চেফোঙ কয়া থোরক্লে। চেফোঙশিং অসি অয়াম্বনা লম লমগী ওইনা (লোকেল) তৌখিবা মরম্না কোপী য়াম্না চৎখিদে। অদুগীসু মথক্তা হেন্না পাকচাউরিবা রাজনীতিগী সমস্যাদা মোত পীবগী মহুত্তা সংস্কৃতি অমসুং সমাজগী ওইবা হীরমদা অয়াম্বা নৈনখি।

পাউচেশিংনা তশেংনা চাউখৎখিবদি রেলবে, পোস্ত অমসুং টেলিগ্রাফ লাকপদগীনি। নুংতিগী ফোঙবা চেফোঙ অহানবা অদু ব্রিটিশ লম্লোনবশিংনা শেল পুথোকখি। মরমদি মদুনা মখোয়গী কারবার হেন্না চাউখৎনবা। মসিগী তুংওইননা ভারতমচাশিংনা শীঞ্জ-লাংজবা চেফোঙশিং (কলকাতাগী আনন্দ বাজার পত্রিকা, মাদ্রাজগী হিন্দু, এলাহাবাদকী লীদর, লাহোরগী ত্রিবুন অসিনচিংবা) মথং মথং পুথোক্লরকই। ভারতমচাশিংগী ইংলিশ পাউচেশিংদা ব্রিটিশরাজগী খোঙথাং খুদিংমক জাতিগী ওইবা মীৎয়েংদগী খন্ন-নৈনরকই। ভারতকী ওইবা মীৎয়েং থমজরবসু মপাল লমগী থৌদোকশিং মীরাইখিদে। ইটালীদা গরিবাল্ডীনা করম্না নীংতম্বা পুরকখিবা, আইয়রলেন্দদা পার্লেলনা "আইরিশ হোম রুল" করম্না লাম্বেংনখিবা- অসিনচিংবা কয়া তোয়না নৈনদুনা ফোঙখি। ভারতমচাশিংনা ফোংবা ইংরাজী চেফোঙশিংদগী ভারতকী লোনশিংদা ফোঙবা চেফোঙশিংনা হেন্না মায় পাকখি। মরমদি মশিঙ য়াম্না চৎপা হেনখি, অপাবা য়াম্বা হেনখি। ১৮৮৫ দা অপুনবা কোপী ৩০০,০০০ গুম্বা চৎলে। কোপী অমা খুৎথাং য়ৌনা পানখিবনা অপাবশিংগী মশিঙ লাখ তরাগী মথক ওইগনি। মশিঙ অসি হৌজিক্কীগা চাংদম্নরবদা য়ামজপ্রবসু, মতম অদুগী ওইনা য়েংলগদি য়াম্না য়াম্নবনি, লেমজনিংঙাই ওইরবনি। বেঙ্গল অমসুং মহারাষ্ট্রদদি ইংলিশ চেফোঙশিংদগী লম্নাই চেফোংশিংনা হেন্না যৌনা লৈনা মোত ফোঙদোক্লরকখি। খুদম ওইনা ১৮৭৬ দা বরোদাগী মহারাজ মলহার রাও গাইক্বাদ মফম লৌথোকখিবগী মতাংদা ইনরকখিবা অদুবা মহারাজ অসিগী মীচংদা মী কয়া খোমজিনবা ওমখি।

ওইরক্লিবা মওং অসিদা সরকারনা তুমীন্না লৈথোকপা ঙম্লক্তে । ভারতকী মমারোলদা ফোঙলিবা চেফোঙশিং করিশু কান্নদবনি, ৱারেম ঙাক্তনি হায়না সরকারনা লৌখ্রে । মসিনা সরকার শোম্থহন্নবগী মচাক অমা ওইরে হায়না আফিসিয়েল রিপোর্ট ফাওবা ফোঙদোরক্লে । ১৮৭৮ দা সরকারনা ভর্নাকুলার প্রেস এক্ট চলাইরক্তুনা পাউচেশিংগী নীংতম্বা য়াহনখিদ্রে ।

পাউচেশিংনা পল্লিক্কী মোত ফোঙদোক্লিবনি হায়বসি এক্ট অসিনা প্রমাণ তৌরে, লৈবাক শীনবা থুংনা নেসনেলিজমগী অকনবা শাফু অমা লৈরে হায়বসি উৎলে । অদুবু থাঙ্গৈশেংবদি পাউচেশিংদতা নত্তে । ১৮৬১ দগী হৌনা বেঙ্গলদা লাইরিক লাইশু তম্লুরবা ইরৈবাক মচাশিংগী ওইবা জাতিগী ৱাখল চেলহন্নবা সোসাইটি শেমলে । সোসাইটি অসিনা ইংলিশকী হায়বদুমখৈ হম্থবা মীৎয়েংনা য়েংহল্লগা ইন্দিয়ানগীনি হায়বদুমখৈ ৱাংনা থাঙ্গৎলগা মমালৈবাক নুংশিরক্লবগী থৌরাং পায়খৎলে । ঈহৌ অসিনা খ্বাইদগী চাউবা শাফু লৈহনবদি চহী কুনগী মতুংদা বঙ্কিমচন্দ্র চেটর্জীগী খুৎইননি; মহাক্কী বাঙ্গালী উপন্যাস অয়াম্বদা হৌখ্রবা মতমগী ফজবশিং নীংথিনা শীংথাখি; মীয়াম্না খ্বাইদগী হেন্না পাম্নখিবদি "বন্দে মারতম" গী ঈশৈ য়াওবা " আনন্দমঠ" না ওইখি ।

মরক অসিদা দাদাভাই নাওরোজী (১৮২৫-১৯১৭) না লৈবাক অসিগী মাঙজিন থারিবা রাজনীতিগী লুচিংবা ওইরক্লে । মহাক্না ইংলণ্ড মক্তদা ব্যুজিনেস র্ফাম লিংখৎলুবা অহানবা ইন্দিয়ান্নি, মমিং য়াম্না চৎখি । ভারতকী য়াম্লবা লন-থুম পুম্নমক মথং মথং চিংথোকখিদুনা ভারত অসি ব্রিটিশরাজনা পুম্মুৎ মুৎহনগদৌরে হায়না শন্দোকপা হৌরকই । মায়গৈ অসিদা মমিং লৈরবা পণ্ডিত অমসুং জজ মহাদেব গোবিন্দ রানাদে (১৮৪২-১৯০১) সু মতীক লৈনা থবক চৎথরকই । মহাক্না ১৮৭০দা "পুনা সর্বজনিক সভা" (পিপলস এসোসিয়েসন ওফ পুনা) লিংখৎখিবা সোসাইটি অসিগী লমজিং পুরেন্নি। ভারতকী মীয়াম্না শেলথুমগী ফীভম ফৎত্রিবা অসিগী মরম কয়া থিদোক্তুনা সরকারদা য়েংশিনবিনবা রিপোর্ট লানখৎলি । মসিদগী হেন্না কনশিন্না থবক চৎথনবগীদমক ১৮৭৬ তা ইন্দিয়ান সিভিল শার্ভিসতগী তাম্থোক্লরুবা মতুংদা প্রোফেসার অমসুং জর্নেলিস্ত ওইনা মমিং লৈরবা সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জীনা "ইন্দিয়ান এসোসিয়েসন" লিংখৎলি । মহাক্না পাঙথোকখিবা পল্লিক্কী ওইবা থবকশিংগী মনুংদা ১৮৭৮ গী ভর্নাকুলার প্রেস এক্ট অমসুং আই: সি: এস: তা চংননবগীদমক চহী ১৯ দগী হেনবা য়ারোই হায়রকপা অনী অসি মমিং পনবা য়ায় । মহাক্কী ৱাঙাং হৈবা অমসুং অকিবা লৈতনা ইথোকপা ঙক্লগী শক্তিনা মীয়ামগী খোল্লাউ নীংথিনা শাগৎলি । মহাক্কী ভাষন অমসুং আর্তিকল মতম অদুগী য়াম্না পাম্নরবা ইংলিশ চেফোঙ "বেঙ্গলী" দা শাফু লৈনা

ফোঙলকই । মমৈদা ১৮৮২ দা খাঙবা ঙমদ্রদুনা সরকারনা ভর্নাকুলার প্রেস এক্ট লৌথোকখি, আই: সি: এস: কী ৱাফমদুদদি মতম খরা অদুম মচংখি ।

আই: সি: এস: তা ভারমচাশিংতগী ওইবা, চাংয়েং তৌদনা নোম্নিনেৎ তৌগদবা শার্ভিস অমা হৌদোকই । খোঙথাং অসিদা বেনর্জীগী অশাউবা মপা লৈখিদে । মরমদি মসিনা ভারতমচাশিংবু ইকাইবা পীবতা নৎতনা ভারতমচাশিংনা আই: সি: এস: পরীক্ষা থাবা য়ারোই, লোয়ননা হন্থবা থাকী শার্ভিস অসি মখোয়না হায়বা ইন্দুনতা লৈরগদবা লোয়েলিস্তশিংগী মচা মশুশিংতগী ওইরগনি । মমৈথংদা ১৮৮৭ তা স্টেটুতরী সিভিল শার্ভিস মুৎথৎখ্রে, আই:সি:এস: পরীক্ষাগীনা চহী ১৯ দগী চহী ২৩ ফাওবা হেঙ্গৎহনদুনা হান্নগী ফীভমদা হঞ্জিনহনবা ওমলে ।

সরকারগা মুক্লনবা অতোপ্পা থৌওং অমনা, ১৮৭৯দা বাসুদেও বলৱন্ত ফড়কে হায়বা বোম্বেগী ব্রাহ্মন মচা অমনা হিংসাগী লম্বীদা চংশিল্লকখিবা অদুনি । মহাক অহানবদা সরকারগী কেরানী ওইরম্মী । কেরানী ওইরিঙৈদা মথকথোংবা ইংলিশ অফিসারশিংনা ওৎনৈখিবা, ১৮৭৬-৭৭ তা দেক্কানগী চাকতাংবদা মহারাষ্ট্রদা প্রজা মীয়াম্না ৱাখিবা, জষ্টিস রানাদেনা ভারতকী লাইরবগী মরম থিদোরকপা অসিনচিংবা অসিনা মাগী থম্মোয়দা মৈ হৌনা চাকলক্তুনা ব্রিটিশকী মথক্তা লালহৌ থৌরাং তৌরকই। মহাক্না ইথোরকই "হৌজিক প্রজাশিং য়াম্না নুংঙাইনদ্রে, অনৌবা খোঙথাং অমা থাংবা তায়, মপুক লাম্লবা মী খুদিংনা শোয়দনা য়াওশিল্লকনি ।" থাক হন্থনা লৈবা মীওইনা অয়াম্বা ওইবা মী ২০০ মহাক্না খোমজিল্লে, কম্পনী অনী শেন্নে । মহাক্কী লাল্লোংদি ইনাকখুনবশিং লুট তৌরগা লাইরবশিংদা য়েন্থোকপা হায়বসিনি; থবক অসিনা লাইরবা লৌমী পুম্নমক মাগী লুচিং মখাদা লাকনি হায়না মহাক্না থাজখি । থবক ওইনা চৎথরক্লে, অদুবু থুনমক সরকারগী লাম্মীনা কোইথি থিরক্তুনা মহাক ফাখ্রে, এডেনদা পুন্সিগী মীয়াৎ পীদুনা লোই থাখ্রে । ১৮৮৩ দা মফম অদুদা মশাগী চহী ৩৮ শুফাৎত্রিঙৈদা শিখি । অদুমকপু মহাক্কী ৱারী অুমসুং থবকনা তোল্ল-তারবা জ্ঞান শুদ্রিবা নহারোলশিংদদি শক্তি য়াম্না লৈরবা সাম্রাজ্য অমগী মথক্তা লালহৌনবগী ইতিহাস অমদি ওইহৌই ।

মরক অসিদা ব্রিটিশরাজনা শাগৎলক্লিবা "ৱেষ্টরন কলচর" অসিদা চুশিন্নবা য়ারক্তবদগী মুসলিম অমসুং হিন্দু অনীমক ককওউনরক্লে, ধর্মগী তংতাদবা ফীভমদা লাক্লে । "গ্রেত রিভোল্ট" কী হেক মতুংদা মৌলবীশিংনা রিভোল্ট অদু শৌগৎনবা "ফতৱা" পিখি, বাহাদুর শাহবু হিন্দুস্থানগী বাদশাহনি হায়না লাউথোকই । মতম

অদুদগী হৌদুনা ব্রিটিশনা মুসলিমশিংবু চিংনখি । মুসলিমশিংনা অতৌবা মীশিংবু ধর্মনা য়াদবা মীনি হায়না লৌই, মখোয়গা শম্নিংখিদে । নোংচুপলোমগী শিক্ষা শন্দোরক্লিবা অদুদসু থওইদে । মখা তারক্লিবনা হিন্দুশিংনা মখোয়দগী হেন্না মতম্গী চাউখৎ-ঈচেলদা য়াওরে, মখোয়না অসুম মতম কুইনগী ওইনা শোথদুনা লৈহৌরে । মাঙ তাক্লকদৌরিবা খীভম অসিদগী মখোয়বু সৈদ অহমদ খান্না কনখি । ইজলামদা পূক্নিং লূপচরবসু মহাক্না ইংলিশ তমলে, নোংচুপলোমগী ৱাখল্লোন মশক খঙবা ঙমলে । কম্পনীগী কেরানী ওইবদগী, মহাক্না সবোর্দিনেত জজ ফাওবা ওইরে, "গ্রেত রিভোল্ট" কী মতমদা ব্রিটিশকী মীচংদা লৈ । মুসলিমশিংগী অমত্তা ঙাইরবা নুংঙাই য়ায়ফনবগী লম্বীদি ব্রিটিশরাজগা খুৎশম্নবা অসিতনি হায়না মহাক্না খনখি ।

"রিভোল্ট" হৌরকপদা মুসলিমদি য়াওখিদে হায়বসি ব্রিটিশশিংদা ময়েক শেংনা খঙহন্নবগীদমক সৈদ অহমদনা অহানবদা লাইরিক অমা ইদুনা ফোঙঙি । লোয়ননা, ৱাফম কয়ামুক পুথোক্কুনা ইসলাম ধর্মনা হায়রিবশিং অসিদা ব্রিটিশ শাসন নৎত্রগা নোংচুপলোমগী বিজ্ঞানগা মনুংদদি করিসু য়েংনবা লৈতে হায়না পুখৎলকই । মাগী মরাইবক ফবনা মতম অদুদা সরকারনসু মুসলিমশিংদা হান্না য়েংলম্বা মীৎয়েং অদু হোংলক্লবনি । মরুপ শান্ননিংবগী মওং উৎলকপা অদুদা তরাম্না ওক্লিংখি । মহাকপু শৌগৎলকপা অসিনা অনৌবা থৌইনশিন অমা ওইনা থোক্লরদুনা, ব্রিটিশ ক্রাউনগী মতিকচাবা নাগরিক ওইননবগীদমক আলিগড়দা "মুসলিম এঙ্গলো- ওরিয়েন্তেল কলেজ" ১৮৭৫ দা লিংখৎলে । সরকারদগী ফংবা য়াবা মতেং ফংখি, ভাইসরোই মশামক্না লুপা ১০,০০০ দান তৌখি । প্রিন্সিপাল অমসুং সিনিয়ার ফেকল্টি মেম্বরশিং অয়াম্বা ব্রিটিশনা ওইখি । নোংচুপলোমগী এডুকেসন ওইরবসু, ইজলামগী মশাগী কলচর অদু মহৈরোইশিংদা অদুম তমহন্নখি । উর্দুলোন কম্পলসরি সবজেক্ট ওইহন্নখি, লাইরিক হৈরবা মুসলিমশিংগী লেমজনিংঙাই ওইরবা লোনগী থাক্তা পুখৎখি ।

অদুবু কলেজ অদু চুম্নগী লাইরিক তম্ফমশঙ অমা ওইনতা লৈখিবা নত্তে । লৈবাক শীনবা থুংনা আলিগড়গী লাইরিক মতম্বী অসি শন্দোক্লবা হোৎনখি । ময়মদি ইজলামগী পরম্পরা ঙাক শেনবতা নত্তনা নোংচুপলোমগী ৱাখল্লোন অমসুং ব্রিটিশ শাসন অনীগী চুশিন্নহন্নগা মুসলিমশিংগী ঈজ্জৎ লৈহন্নবা পান্দম অমা থমখিবনি । মসিনা "মুসলিম রেনাঁশা" গী শক্তম অমা ওইনা আলিগড় মুভমেন্ত হায়না খঙনরকখি । মুভমেন্ত অসিগী চাউরবা থবকশিংগী মনুংদা " অনজুমন (এসোসিয়েসন)" শিং মরু ওইবা শহর পুম্নমক্তা শেমগৎলকখিবা অসিনি । মফম অসিদা মুসলিমশিংবু উর্দুগা শকখঙনহন্নখি

অমসুং নোংচুপলোমগী শিক্ষাদা থওইরমদবা অদু কোকহনখি । থবক অসিগীদমক সৈদ অহমদ খানবু মুসলিমগী লুচিংবা অমসুং অচম্বা মুসলিম অয়াম্বনা কন্না য়ানিংখিদে, মহাক্লা হন্দোক্লিবা ইজলামগী ৱাহন্দোক অদু য়াবা ঙমখিদে । অদুবু মতমগী খোঙথাং অদুদি মহাক্তনা নীংথিনা খঙখি । অদুনা মহাক্লা নীংহন্নবা লৈতনা চংশিনখি । মদুগী মহে ওইনা মুসলিমশিংনা অনৌবা দর্শন অমসুং অনৌবা শক্তম অমা মখোয়গীদমক পৃথিবীসিদা পুরকখি । ব্রিটিশরাজনা চাউরবা থৌদাং অসি পাঙথোকপগীদমক মহাকপু ইম্পরিয়েল লেজিসলেটিব কাউন্সিলদা য়াওহনখি, মমৈদা "নাইট" হায়বা মিংথোল অদু পীখি ।

নোংচুপলোমগী ৱাখল্লোন শন্দোরকপদা হিন্দূশিংনা শক্লোন অহুমথোক্লা পাউখুমখি। অহানবদা, ধর্মগী চংনরোল পুন্নমক ঙাক শেন্দুনা বেঙ্গল অমসুং মহারাষ্ট্রদা খ্বাইদগী হেন্না কনখি । অনীশুবদা ধর্মগী থবক থৌরমশিংদা ফজরোইদবা দেব-কর্মশিং তৌরোইদবনি । ফিরেপ অসিদগী রানাদেনা খুদম ওইনা, "প্রার্থনা সমাজ" হৌদোকই । অদুবু মায়দি কয়া পাকখিদ্রে । অহুমশুবদা গুজরাটী সন্যাসী স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীগী দর্শন শাস্ত্র অসিনি । মশামক নোংচুপ লোমগী মহে মশিংদি তমখিদে । অদুবু হিন্দূধর্মদা ফত্তবা মওং কয়া চংশিল্লক্লিবা অসিদি কন্না য়ানিংখিদে, করম্না শেংদোক্কনি হায়বসি মহাক্কী লাইনীং ওইখি । মহাক্লা অৱাং ভারত্তা চহী ১৮ চুপ্না মফমশিং অদুগী মুনি ঋষিশিংগা ৱারী শাদুনা অনৌবা জ্ঞান লাক্লবা হোৎনখি । মমৈদা বেদ মরি অসিদা হিন্দূ ধর্মগী মচি পুন্নমক য়াওরে হায়না থাজখি । বেদগী মতুংইন্না হিন্দূশিংনা পুন্সি লেন্নবা পাউজেল লেমহৌরিবা পুন্সিচুপ্না শন্দোক্কুনা লৈখি। মহাক্লা কন্না হায়রন্নিবশিং অদুগী মনুংদা কন্না য়ানিংদবা ফোঙদোকলমলিবদি মূর্ত্তি লাৎপা, অঙাং ওইনা লুহোংবা, জাতি বর্ণ খায়বা অমসুং নুপীবু নমথবা অসিনি । ১৮৭৫ দগী অনৌবা কাঙলোন অসি " আর্য্য সমাজ" হায়না মিংথোন্দুনা কন্না শন্দোরকই । ব্রাহ্মনশিংগী ফীভম চেৎতনা লৈবা পঞ্জাব অমসুং নোংচুপথংবা ইউ:পি:দা পান্নুনা তৌখি । সমাজ অসিনা কান্নবা থবক কয়া তৌরম্মী, মরু ওইনা নুপীশিংবু অনৌবা পুন্সি অমা লেনহনবা অমসুং ওৎনৈবিরবা কাঙলুপশিংবু কনবিবদা । মহে তম্বগী মতাংদনা কাঙলুপ অনী থোকখি - অমনা বেদনা মপূং ওইদুনা থায়নগী লাইরিক মতম্বী হিংগৎহনবা, অদুগা অতোপ্পনা বেদগী চংনরোল তম্বতা নত্তনা নেংচুপলোমগী ৱাখল্লোনসু তম্বা অসিনি । হরিদ্বারগী "গুরুকুল" মতম খরা চৎথরন্নগা মায় পাকপা ঙমখিদ্রে । অদুবু মসিগী মতৌ তমদুনা পঞ্জাবতদি দয়ানন্দ এঙ্গলোবেদিক স্কুল অমসুং কলেজশিং হোৎনবা মহৈ য়ানখি ।

৫

# কঙ্গ্রেসকী যুগ হৌবা

## (১৮৮৫-১৯০৫)

লিবর্তি বিল চৎনহনবা ঙমদবদগী অণ্ডৌবশিংগী থোঙ্গচৎনবা হেঙ্গৎখি । মসি মপাম্বোংগী ওইজরবসু মনুংদদি নেসনেলিস্তশিংনা তাখি-তাওইনরক্লিবা অসিদা অণ্ডৌবশিংনা পূনশিন্নদুনা চপ লেপ্পা ঙমখিবা অদু মখোয়গী মায় পাকপনি । সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জীনা ভার্নাকুলার প্রেস এক্ট অমসুং ষ্টেটুতরি সিভিল শার্ভিস স্কীমগী মায়য়োক্তা থৱায়শোক্লা য়ানিংদবা ফোঙদোরকপদা ভারতমচাশিংগী অপুনবা শক্তম অমা তঙাইফদ্রে হায়বসি ভারতমচাশিংগী মরক্তা ঈহৌনরক্লবনি। বেনর্জী মশামক্লসু মহাকী ইন্দিয়ান এসোসিয়েসন অসি ভারতপুম্বগী থাক্তা থম্লনবগীদমক জাতিগী ওইবা কনফরেন্স অনীরক কৌখ্রবনি । মহাক্লা হোৎনখ্রিবা অদু খুমাঙ চাউশিনবা ঙমখিদ্রবসু লৈবাক অসিদা অনৌবা ৱাখলগী ঈচেল অমদি চেনবা হৌরক্লে । জাতি অপুম্বগী ওইনা "মাদ্রাজ মহাজন সভা" অমসুং "বোম্বে প্রেসিদেন্সী এসোসিয়েসন" লিংখৎনরক্লে ।

ঙক্লা থো ক্লিবা ফীভম অমনা জাতি অপুম্বগী ওইবা থবক চৎথনবগীদমক সেন্ত্রেল ফোরম অমা তঙাইফদ্রে হায়বসিদা ইংলিশমচা অল্লান ওক্তাভিয়ান হিউমনা লমজিংলকখি । মহাক আই: সি: এস: তগী মতমশুদনা থবক তোকলকপনি, মাগী পূক্লিংগী ওইবা নীংতম্বগী ৱাখল অদু অতে ইংলিশ মচাশিংনা য়ানিংখিদে । মহাক্লা থৌনা ফনা হায়দোক্লবনি - "মতম অসিদা মীয়াম্মা অশুক ৱানরবদা হিংসাগী থবক শোয়দনা অমুক তৌরক্লুনা সাম্রাজ্য অসি দোল মোল হাইরকপা য়াই ।" ফীভম অসি য়ৌরক্লিবগী মরু ওইবা মরমদি সরকারগা মীচম প্রজাশিংগা য়াম্মা থাপতোক্লা লৈনখ্রে, থাপ্পরিবা অসি নেসনেলিস্তশিংতনা নকশিন্নহনবা ঙমগনি হায়না মহাকনা হায়খি । মহাক্লা ভাইসরোই দফরিনগা ৱাফম অসি ৱা তান্নখি, দফরিন্নসু য়ানিংখি । নেসনেলিস্তশিংনসু য়াম্মা পামখি । মসিদগী ইন্দিয়ান নেসনেল কঙ্গ্রেস ওইখ্রে । ১৮৮৫গী ডিসেম্বর তাং ২৮দগী ৩০ ফাওবা বোম্বেদা অহানবা সেসন ফমখ্রে । সেসন অসিনা কলকাতাগী মমীংলৈবা বেরিস্তর দব্লিউ, সি, বেনর্জীনা সভাপতি ওইখি ।

কঙ্গ্রেসকী অহানবা সেসন অসিদা লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তগী দেলিগেট ৭২ না শরুক য়াখি । অয়াম্বনা নুংঙাই য়ায়ফবা ইমুংদগী হৌরকপা উকিলশিং, জর্নেলিস্তশিং অমসুং ওজাশিংনি । কারবার তৌবা মীওই অমসুং সরকারগী থবক্তগী পোথাম্লবা মী

খরসু য়াওখি । কঙ্গ্রেস অসিগী য়ায়ফনবা খঙ্গবদা পূক্লিং লুপচরিবা অমত্তা ঙাইরব ইংলিশ মচা অহমদগী তাদনা কঙ্গ্রেসকী প্রেসিদেন্ত ওইখি ।

কঙ্গ্রেস সেসনশিং অঙনবা মতমদদি চহী খুদিংগী নুমিৎ হুম্নি হুম্নি ফম্মী, ৱারেং কয়া খন্নরগা কায়নৈ । লুচিংলিবনা দাদাভাই নাওরোজি, ফিরোজশাহ্ মেহ্তা, দিনশে ৱাচা, বদ্রুদিন ত্যাবজীনচিংবনি । মখোয়দি ব্রিটিশরাজদা থাজবা মীওই ঙাক্তনি নোংচুপলোমগী গনতন্ত্রগী চৎনবী পথাপ মতুংইন্না করিগুম্বা ফনবা খরা (রিফোর্ম) তৌসি হায়জরুবদা শোয়দনা তাবিরক্কনি, থবক্তা ওন্থোক্লককনি হায়না কন্না থাজনখিবনি। ৱাখল অসিনা মাঙওইনদুনা সরকারদা নীংথিনা শেমশারবা প্রস্তাব কয়া তৌখি, তৌবতদি ৱাহৌদোক ওইনা মতম পূম্বদা ক্রাউন্না হায়বা ইঙ্গগনি হায়বা ৱারোল হেক হেক হাপখি

প্রস্তাবশিং অসি চহী চহীগী ওইনা হঞ্জিন হঞ্জিন শেম শাই, মখল কয়া কোনশিল্লি মরু ওইবা প্রস্তাবশিংগী মনুংদা খরদি মখাগী অসিনি :

ভাইসরোইগী অমসুং প্রোভিন্সশিংগী লেজিসলেটিব কান্সিলশিংদা মীখলদ কারকপা মেম্বরশিং য়াওহনবা, আই:সি:এস: পরীক্ষা অসি ইংলণ্ড অমসুং ভারত্ত মতম অমত্তদা পাঙথোকপা, শার্ভিস অসিদা ভারতমচাশিং য়াম্না য়াওহনবা, লৌমীশিংগী অৱাবা খরদং ওইরবসু কোক্লনবা লমগী খাজনা হন্থহনবা, ইজিপ্ট অমসুং চিনাগুম্ব অথাগ্না লমদা মিলিটরী খোঙচৎ থৌরাংবা, ব্রিটিশ সরকারগী ইন্দিয়া অফিস চলাইব অমসুং ভারত্তা রেলৱে শাবগী ব্রিটিশ কম্পনীশিংদা পীগনি হায়রুরবা শেন্দোই অসিনচিংবা থবক কয়াদা মরম চাদনা মখল কয়াগী খাজনা টেক্স অমসুং দিউতি লৌদুনা ভারতকী লনথুম ময়েং তাহনবিদনবা হোৎনবা অসিনচিংবনি ।

সরকারনদি প্রস্তাবশিং অসিদা হন্গোইবা পোকখি । কঙ্গ্রেসকী পার্মেনেন্ত অমসুং ফুল-তাইম সেক্রেটরী ওইরিবা হিউমনা লাল্লোং হোংদোকখ্রে । মীয়াম্না প্রস্তাবশিং অসি শৌগৎলক্লবা হোৎনখ্রে । ১৮৮৭ তা ভারতকী লোন তরানিথোইদা খুন্সংগী শাসনগী মতাংদা নীংথিনা ইরবা পম্পলেত অনী ফোঙখ্রে । লেজিসলেটিব কাউন্সিলগী মরমদা পম্পলেত অমসু তামিল লোন্দা ফোঙখ্রে । পম্পলেতশিং অসি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা উবদা সরকার মিশাইখ্রে, য়ানিংদবা ফোঙদোরক্নে । ভাইসরোইনা কঙ্গ্রেসপু মী খজিক্তগী " বাবু পার্লিয়ামেন্ত" হায়না করেম্নরক্নে । সেক্রেটরী ওফ ষ্টেটনসু ভারতকী প্রজানা য়ায়ফগদবদি ইংলিশগী ৱায়েন অমসুং শাসন ফরবত্তদা ওইগদবনি, মরম অদুনা অনী অসি ওইনিংবা ফীভম ওইজররুবসু য়াম্না ফগৎহনগদবনি, চাংদম্নিংঙাই লৈরোইদবনি হায়রকখি ।

সরকারগা মায়য়োক্লবগী পাঙ্গল লৈত্রি খল্লদুনা কন্গ্রেসনা হায়গুম্না চহীগী ব্রায়েপ খরা খরা তারগা অদুম লৈবা তাখি। মখোয়গী হোৎনজমলগী খজিক্তং মহৈ চারকপদি ১৮৯২ গী ইন্দিয়ান কাউন্সিল এক্টতা কন্গ্রেসন মচা অমত্তং য়াবিরকপা অদুনি। এক্ট অসিনা লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিংদা নন-আফিসিয়েলগী চাং খরদং হেন্গৎলকখি। অদুবু মখোয় অদু চেম্বরস ওফ কর্ম্মস অমসুং ইউনিভর্সিটি সিনেটকুম্বা সংস্থান কয়ানা থাঙ্গৎলকপা মীওইশিং অদুদগী অপাম্বা খনগদৌরিবনি। লোয়ননা সাম্রাজ্যগী বদজেটসু খন্নবা য়াহনখি। অদুবু মীখল তৌসি হায়বদি য়াখিদে। মরম পুম্নমক্তা ভারতমচাশিং মাইনোরিতি ওইদুনা লৈহন্নবা হোৎনখি।

গোপাল কৃষ্ণ গোখলে (১৮৬৬-১৯১৫) তংদি ইম্পরিয়েল লেজিসলেটিব কাউন্সিলবু নেসনেলিজমগী মপূং ওইবা ফোরম অমা ওইহনরা গুমখিবা অমত্তা ঙাইরবা ভারতমচানি। রানাদেগী থাজরবা পরম্বানি, রাখল কা হেন্দবা মীনি, নহা ওইনা কন্গ্রেসকী অৱাংবা থাক য়ৌবা ঙমখি। কুনগুবা শতাব্দী হৌরকপদা মহাক্না কাউন্সিলদা চংলকখিবনি; ভারতকী মরমদা মমূৎতাবা জ্ঞান লৈবা, ভারতকী মীয়ামগীদমক য়াম্না নুংশিহৈখিবা অমসুং মহাকী শক্তি লৈরবা ৱাঙাং, পুম্নমক অসিনা চহী তরা হেন্না কাউন্সিলগী নৈনবদা মমি ফজনা তাখি। বদজেটকী মতাংদা মহাক্না ৱা ঙাংলকপা মরৈবাক লমগী মী পুম্নমক্না খৌরাংনা ঙাইনৈ; মীয়ামগীদমক য়াম্না হৈশিংনা পুখৎলক্লিবা ৱাফমশিং অদু তারগা ব্রিটিশরাজ ফাওবনা শাউনিংলবসু মহাকপু ব্যবহারদি তৌখি।

ইন্দিয়ান কাউন্সিলস এক্ট পাস তৌখিবা চহী তরা হেনগ্নবসু কন্গ্রেস মখৌ পাঙথোকপা ঙমদনা অসুম লৈরি, অদুবু মতম অদুদা ব্রিটিশ মীয়ামদদি হকথেংননা আপীল তৌখি। থবক অসি ব্রিটিশ কমিতি অমা শেম্লগা ব্রিটেন্দা থবক চৎথরুনবা হোৎনখিবনি; ৱিলিয়ম ৱেদ্দর বর্ন, এ:ও: হিউম, অমসুং ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্তগী পোত্থারবা দাদাভাই নাওরোজী য়াম্না থৌনা লৈনা চংশিনখিবনি। সাধারন ইংলিশমচাশিং অমসুং রাজনীতিতৌবশিংনা ভারতকী নেসনেলিজমগী মতাংদা করিসু খৌশানখিদে।

ব্রিটিশরাজনদি কন্গ্রেসমেনশিং অসি হুন্দোইহিনিংঙাই ওইবা, মখৌ নত্তবা থবক্তা ৱায়েমগুবা কাওবুনি হায়না চেংনা থাজরকখি। কন্গ্রেসকী মপুক্তা জাতিগী লুচিংবশিং য়াওদ্রে হায়বসিদি খঙবা ঙমখিদে, নিংথৌমচাশিং, লৌয়াম চাবা [illegible]লোগশিং ফাওবা কন্গ্রেসনা কোনশিনদ্রে, মশা মশা হকথেংননা চংশিনদ্রে [illegible]রসিসু খঙখিদে। অময়োমদনা হৌখিবা চহী কুম অসিদা কন্গ্রেসনা রাজনীতিগী পান্ডম অমা ওইবগী মহত্তা

দিবেটিং সোসাইতি অমগুম্না য়তম লেনখি । চুম্মী, মেম্বর মশিঙ য়াম্নক্লে, ব্রাঙ্ক কয়া লৈরক্লে, অদুবু চহীগী সেসনশিংদা থাননরা দেলিগেট খনবা অসিতনা মখোয়গী মরু ওইবা থবক ওই । অসুম্না, নেসনেলিজমগী ঈহৌ মফম মরাং খণ্ডনা অসুম অসুম মমি শামখিবগুম তৌই।

মশানা তাবনি, কংগ্রেস মনুংদগী মখোয়গী লুচিংবশিংবু হুন্নরক্লে । মসিদা মৈ চুবা হৌরক্লিবসি অরবিন্দ ঘোস (১৮৭২-১৯৫০) নি। ইংলণ্ডদা চহী ১৪ লাইরিক তমদুনা লৈরুরগা অরবিন্দনা বারোদা কলেজদা ইংলিশকী প্রোফেসার ওই । মহাক্না বেষ্টরন কলচর থাদোক্তুনা পৃথিবীদা নীংতম ঈহৌশিং নৈনরকপশিং অদুদা মথৱায় লুপপি, মশামক রিভোলুসনরী অমা ওইরে । ১৮৯৩ দা মহাক্না আর্টিকল অমদা কংগ্রেসপু মিদল-ক্লাসকী কান্নদবা সংস্থান্নি, মশাগী অরেপ্পা ফিরেপ লৈতবা, ব্রিটিশরাজতবু লাইগুম্না লাৎচবা মরৈবাক নীংজবগী থাখল্লোনদি শেমজিন শাজিল্লগা তৌশিন্নদুনা লৈবা সংস্থান্নি হায়না কংগ্রেসপু শীদোকই । হৌজিক লৈবাক অসিনা তৌগদবদি লাইরবা লৌমী শিন্নীশিং অসিবু কনবনি, লৈবাক্কী শক্তি পুম্নমক মায়গৈ অসোমদা লমজিংদুনা মপাঙ্গল কনখৎহনগদবনি হায়না মহাক্না কন্না লাউরকই । মহারাষ্ট্র, বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবতসু কংগ্রেসকী লুচিংবশিংবু কন্না য়ানিংদবা অমা ওইবগী নীংথিরবা গুণশিংনা লৈতেংলবা চিৎপাবন ব্রাহ্মন মচা বাল গঙ্গাধর তিলক (১৮৫৬-১৯২০) চোংথোরক্লে । চহী অমদা অমুক্তং হঙোইগুম্না খোংবা কংগ্রেসনা মশাগী হৈনবী অসি থাদোক্লিবমখৈদি করিগু কান্নবা পুরক্লরোই হায়না থৌনা ফনা কংগ্রেসপু আলোচনা তৌরকই । মশাগী লাম্লোংদি মহারাষ্ট্রদা ব্রিটিশকী ওকচাউ থেকপা শাজৎ থিংগদবনি হায়বসিনা লমজিং ওইখি ।

অরবিন্দগুম্না তিলকসু কংগ্রেসনা মীচম প্রজাশিংদগী শক্তি শেমগৎকদবনি হায়না লাউই । অদুবু মহাক্কী অহানবা প্রচারদি ধর্মগা য়াম্না নকশিন্নৈ, অদুনা হিন্দুশিংদতা তানিংবা পোকনৈ । হিন্দুশিংগী লাইরিক লাইশু নীংথিনা নৈনরগা মী অমগী খ্বাইদগী হেনবা পুন্সিগী মহৈ য়ানবদি "কর্ম যোগী" অমা ওইবনি হায় । ওইনিংবা মওংগী ওইরকসনু, অরানববু তৌরবদি তুমীন্না লৈশিনফম থোক্তে, থৌনা লিংজেল লৈনা লাম্হেৎনগদবনি হায়না কন্না শন্দোকই । ৱাফমশিং অসি মীয়াম্না কন্না পাম্নরবা মহাক্কী চেফোঙ মরাঠী লোনগী "কেসরী" অমসুং ইংরাজীগী "মরাঠা" দা শাফু য়াওনা ফোঙডই । ব্রিটিশশিংবু য়ানিংদনবা মহাক্না অতৈ শান্নৈ কয়াসু থীজিন্নৈ । হিন্দুগী মুসীমচাশিংগী লুহোংবা য়াবা চহী য়ামম্রবদা ভয়াদগী তয়ানিথোই কাওবা হেন্নৎনবা ১৮৯০ দা সরকারনা "এজ ওফ কনেস্ত বিল" পুখোরকপদা মহাক্না শাখিনা য়ানিংদবা

ফোঙদোকই, হিন্দুগী চংনবীদা খুৎথিংজিনবা য়ারোই হায়বা অকনবা মোত্‌পী। ব্রিটিশরাজগী য়ায়য়োক্তা শক্তি লৈনা চংশিনবা ওন্নবগীদমক গণপতিগী উৎসব অমসুং শিবাজী ফেস্তিবেল মহাক্না থবাই য়াওনা পুখৎলক্নুনা মীয়ামগী ওইবা কুম্মৈ নৌনা হৌদোকই। অসুম্না তিলকনা কঙ্গ্রেসকী "একস্ত্রিমিস্ত বিং" গী লুচিংবা অমা ওইরক্লে। মীয়ামগী শক্তি শাগৎপা অসিনা কাঙলুপ অসিগী মরুওইবা পান্দম ওইরে। ইন্দস্ত্রি, বেঙ্কিং, এডুকেসন অমসুং খুঙ্গং চাউখৎনবা হোৎনবদা ব্রিটিশকী মতেং ওাইবগী মহুত্তা ইশানা ইশাবু মতেং পাংজবনা হেন্না ফৈ হায়বা পাউজেল কন্না শন্দোকই। মসিদগী "স্বদেশী" গী ঈহৌ শাগৎলি। ১৯০৫ দগীদি স্বদেশী আন্দোলন অসি নীংতম আন্দোলনগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইরে। ১৮৯৬ তা তিলকনা ভারতকী লশিংগী ফি শাবদা সরকারনা একসাইজ দিউতি লৌরিবা অদু পীদনবা কেম্পেন তৌই। অসিগুম্বা খোঙজং অসি তুংদা মহাত্মা গান্ধীনা "সিভিল দিসওবিদিয়েন্স মুভমেন্ত" তা শীজিন্নরকই।

মরক অসিদা, মরম কয়াদগী হিন্দু মুসলিম অসুম অসুম য়ানরক্লে। লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিংদা মীখলদগী কারকপা মেম্বরশিংনা মেজোরিতি ওইহনবা, ভারত অমসুং ইংলণ্ড অনীমক্তা পরীক্ষা থাবা য়ারবা আই: সি:এস: কী মতাংদা ভারতমচাশিং চাং হেন্না য়াওহনবা হায়বা কঙ্গ্রেসকী দাবী অসিনা আলিগড় মুভমেন্ততা য়াওবা মুসলিমশিংবু ৱারৌহনখি, মরমদি মুসলিমশিংনা কাউন্সিলদসু আই:সি:এস: তসু মায়রোং য়ানা য়াওবা ওন্নোইদৌরি। লোয়ননা সৈদ অহমদ খাননা মহাক্তি ব্রিটিশরাজদা মঙক নোন্না লৈজবা মীনিনা কঙ্গ্রেসপু য়ানিংদে, মুসলিমশিংবু মসিদা য়াওহন্দনবা হোৎনখি। মহাকী মরুপ আলিগড় কলেজগী প্রিন্সিপাল থিওদোর বেককা খুৎশম্নরগা ১৮৯৩ দা মুসলিমশিংগী ওইজবা মাঙদনবগীমক "মুহমদ্দন এঙ্গলো-ওরিয়েন্তেল দিফেন্স এসোসিয়েসন" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎলি। মুসলিমশিংনা হিন্দুশিংগা রাজনীতিগী মায়গৈদা খুৎশম্নরুরবদি মমৈদা মশিঙ য়াম্লিবা হিন্দুশিংগী মীনাই ওইরকনি হায়না মহাক্না লৌই। দিফেন্স এসোসিয়েসন অসি থুনমক মুৎপ্রবসু হিন্দু মুসলিম অনীগী মরক্তা থাজনদবগী মরুদি হুল্লন্নে। লোয়নলা কঙ্গ্রেসতগী মুসলিমশিং অথুবা মতমদা তোক্লরে।

হেন্না শাথিবা থৌদোক অমসু অমুক থোক্লরে। ১৮৮০গী থংনবা অথেংবা চহী খরদা "আর্য্য সমাজ" য়াম্না কনখৎলকই। মনবী হাৎপা য়ারোই হায়না হিন্দুশিংনা পঞ্জাব অমসুং নোংচুপ ইউ:পি:দতা নত্তনা মফম অতৈদসু কন্না আন্দোলন তৌরকই। অদুবু মুসলিমশিংনা মখোয়গী ধর্মগী মতুংইন্না মন হাৎতুনা পূজা কৎপা হায়বসি তোকহৈদবা থবকনি হায়না কন্না শন্দোকই। ঈহৌ অনী অসি মুকখায়নদুনা ১৮৯৩গী ময়ায়ৱাইদা বিহার অমসুং ইউ:পি: শীনবা থুংনা কাঙলুপ মশেল হাৎনরকই।

ফীভম অসিদগী হেন্না অমুক লুশিন্না শতাব্দী অদুগী অরোইবা চহী মঙাদা পাকশন্ন
চাক তাংলক্লে, মহারাষ্ট্রদা প্লেগকী লৌনগনবা লাঙ্গনা শন্দোরক্লে । ব্রিটি
আফিসিয়েলশিংনা প্লেগ থিংননবা হাথু হাথু হোৎনরকপদা ১৮৯৭ দা রান্দ অমসু
আয়েন্স্ত কৌবা মী অনী হাৎলি । হাৎখিবা অসি তিলকনা "কেসরী" দা আর্টিকল অম
ফোঙলকপদগীনি হায়না মরাল শীজিন্দুনা মহাকপু চহী অনী জেলদা থমখি । আর্টিক
অসিদা শিবাজীনা মহাক্কী য়েক্লবা আফজল খান হাৎপদা "অচৌবা মীশিংদি অচ
অচুম অরালগী বিচারগী মথক্তা লৈ" হায়খি হায়না তিলকনা ইখি । রাফম অ
সরকারনা লালহৌবগী রাতানি হায়না লৌখি । নহা ওইরিবা চাপেকর মচিন মনা
অনীসু মী হাৎপগী মরাল শীজিন্দুনা, ফাঁসী তৌরগা হাৎখি । মখোয় অনীনা শাউনিং
অমসুং নীংবা কায়বতনা লমজিংখিদুনা, মতুং ইনবিনবা কনা য়াওদনা, লালহৌব
থবক অদু পাঙথোকখিবনি । অদুবু, অসিগুম্বা রাখল অসিদগী "টেরোরিজম" 
থবক শেমগৎ শাগৎনরকলে ।

১৯ শুবা শতাব্দী লোইশিন্নক্লে, লৈবাক্কী ফীভমদি হায়নিংঙাই লৈতনা
শোকচিনখ্রে । চাক তাংবনা মী কয়া শিহনখ্রে, মীশিং হন্থরক্লে, লৌমীশিংনা তমথিরবা
খাজনা লৌখৎপিবদগী উপ্রাক্সা শিংতুনা লৈনরক্লে, মহৈ তম্নুরবা নহারোলমখৈনা
থবক ফংদবগী মৈরক্তা মৈশা খাঙদুনা লেন্নরক্লে । অদুবু শাসন পায়রিবা কাঙবুদদি
করিগু নাচুংদনা অদুম লৈখি । থোইনা হেন্নদুম সাম্রাজ্য অসি মথং মথং চাউখৎলক্কনা
অফবা মওংদা লৈরে হায়না চাউথোকচবা উৎখি । ব্রিটিশরাজনা ভারতকী মীয়ামবু
নীংথিনা লোইচনশিন্দুনা থম্বা অসিনা মখোয়গীদমক্তদি চাউরবা খুদোলপোৎ অমনি
হায়না লৌনখি । রাখল অসি ১৮৯৯ দা ভারত্তা লৈবা কবি অমসুং জর্নেলিস্ত রুদয়ার্দ
কিপ্লিংনা ময়ুম ইংলণ্ড য়ৌরগা পাউদমলুই :-

> *লৌরো অঙৌবা মীগী থৌদাংগী পোৎলূম*
> *নখোয়গী মরক্তগী থাখো খাইদগী ফবদু*
> *নচাশিংদু লাপ্পা অদুম লৈসনু*
> *নখোয়না ফাজিন্নিবশিংগী সেবা তৌসনু ।*

মরাইবক থীরবা কুচু রাউথাংনবা মীখা পোল্লবা মীওইশিংবু ব্রিটৈন্না নমশিন্দুনা
থন্নিবা অসিবু কুচু অঙৌবশিংগী পোৎলূম হায়না কন্ননা তৌরিবসি শীংথানিংঙাইনি,
অদুবু ব্রিটিশরাজদা পোৎকী অশেংবা শক্তম মাঙখিদুনা মঙম্রংগী স্বর্গ অমদা লৈখ্রে
হায়বসিদি খঙখিদে ।

য়াম্না তাঙ্গা চানখি, কিপ্লিংনা কল্পনাগী মঙলান অমা শাগংলিঙৈদা ব্রিটেন্না মাগী
ফরবা মচানুপা অমা ভারতকী মীখা পোল্লবা মীওইশিংবু মশানা মশাবু সেবা তৌননবা
ধারকই । চহী নিফু শুদ্রিবা লোর্দ কর্জননি । কিপ্লিংগুম্না, য়াম্না থাজব্বা, কাহেন্না
ঘরেবাক নীংবা মীনি । ছাত্র ওইরিঙৈদা মহাক্না হায়খিবা লৈ "পৃথিবীগী ইতিহাসতা
ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগুম্বা মীওইবগী ফননবা তৌবা অতোপ্পা শক্তি অমা লৈত্রবনি । ঐখোয়না
শাঙ্গল অমসুং পুক্নি পুম্নমক ফীভম অসি ঙাকশেন্নবা হোৎনফম থোকই ।" হৌজিক
মহাক্না ভারতকী ভাইসরোই ওইররে, মহাক্না ব্রাংনা থমজরিবা সাম্রাজ্য অদু সেবা
তৌননবা ব্রাংলবা খুবম অমা ফংলে ।

কর্জন হিংচা য়াইতম্বা তৌনিংবতা তৌবা নুপা অমনি । শাসনগী থবক ফরবতদা
প্রজানা পেঞ্জগদবনি হায়না খল্লদুনা সরকারগী থবক পুরিবশিং শেমদোক শেমজিন,
পূক্লিং অনী লোঙদনা, পরপ পরপ পায়খৎলক্লে । প্রজাশিংনা পেনবগী ব্রা মহাক্না
চাউথোকশ্রে, আইন রক্ষাবু নীংথিনা থম্লবদি, মাগী মমাঙদা ভাইসরোই
ওইরম্বশিংগুম্না, প্রজাশিংনা হেক্তা পেঞ্জরগদবনি অসিনি । ব্রাখল অসিদগী কঙ্গ্রেসকী
লবীশিং মথং মথং ককথৎলকই- লৌমীশিংদগী খোমগৎলিবা খাজনাগী চাং লেংদনা
মসুম লৈবা য়ারোই, চাক তাংবা অমসুং চাথোক ফংদবা অসি কা হেন্না খাজনা লৌবনা
দত্তে, নোং তাদদুনা তৌবনি । কঙ্গ্রেস হায়বসি মুৎথৎপা ঙম্লরোইদবা ফৎত্রবা সংস্থান
মমনি হায়না লৌখিদুনা মখোয়না হায়রকপমখৈ শুকস্না য়ানিংখিদে । ১৯০০ দা মহাক্না
হায়: "ঐ ইশাগী থাজজবদি কঙ্গ্রেস হায়বসি মচেৎ মচেৎ তানা কায়রগনি, ঐনা ভারত্তা
লরিঙৈদা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা অমদি কঙ্গ্রেসনা শান্তি ওইনা তুমজখিবদা ঐনা
মতেং পাংবা অদুনি ।" নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং তম্লুরবা মীওই কাঙলুপ পুম্নমক
মাগী মমীৎতা লোইনা চীংননিংঙাই ওইরে । মহাক্না ভারত্তা থুংলবা কুইদ্রিঙৈদা
ব্রিটিশতনা পায়গদবা অব্রাংবা ফম পুম্নমক, 'নেটিব' হায়ব্রিবা লম অসিগী মীওইশিংনা
মীত্তেক মীরৌ হৈরক্তুনা পায়শিনখিবগুম উখি । নেটিবশিং মীত্তেক মীরৌ হৈরম্বা
য়ায়, অদুবু মহাক্নদি ইংলিশ মচাতনা, অহল লমন হাক্তক্তগী লৈজব্রকপা মগুণ অমা
ওইনা য়োক-থাকলকপা মহৈ তমহল্লকপগী মহৈ ওইনা, সরকারগী থৌশীল থৌওং
লঙবগী মতুংইন্না, পূক্লিং অমসুং লমচং শাজং অব্রাংবা থাকী ওইবনা থবকশিং অসি
খোয়তনা তৌফম থোকই হায়না মহাক্না লৌরে । শম্না হায়রবদা ইংলিশনা পানগদবনি,
ভারতমচাশিং না মীখা পোম্না মীনাই ওইনা লৈগদবনি অসিনি । থাজেশেংবনি, কর্জন
শামক খ্বাইদগী হেন্না পীথোরকপা গুণনা লৈত্তেংলবা ইংলিশমচাশিংগী মরক্তা য়াম্না
থাং চাউনা লেপ্লিবা চাউরবা নুপা অমনি ।

৭শুবা এদর্বাদনা ব্রিটিশ সিংহাসন কাবগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা সভা অমা কর্জন মশামক্তা শীল্লাংঙি। দিল্লীগী দববার লুপা লাখ কুন চংনা ঈঙ্গ্লিশিংনা শেমজিন্নগা য়াম্না চীংলেম্না মহাক্তা সভাপতিগী তাংবল লৌই । মাবু খুরুম্ননবা ভারতকী নিংথৌমচা পুম্নমক, মপাল লৈবাক কয়াদগী এম্বাসাদরশিং বার্তন তৌদুনা লাকই। নিংথৌ এদবার্দকী ডিউক ওফ কোনোটস্‌ মাগী নুপীগা লোয়ননা লাকই । লাম্মী ৩৪,০০০ না পেরেদ তৌই, মী ২০০০ না বেন্দ খোংঙি। ইরোপিয়ানশিংতগী চাউরবা বোলদান্স তৌহল্লি অমসুং ভারতকী নিংথৌমচাশিং তরাম্না অঙকপা মওংদা ওকই। ১৯০২ গী ডিসেম্বর লোইরমদাইদা চয়োল অনীচুপ্পা কুম্মৈ ফিয়োং তৌই। ইম্পরিয়েল সেলুং ওইনা তোপ ১০১ রক ড্রুং ড্রুং ঙংনা কাপ্লগা ভাইসরোইগী দরবারদা পীবা ব্রারোলনা কুম্মৈ ফিয়োংগী অরোইবা শরুক ওই। দরবারগী ব্রারোল অদুদা জাতিগী ওইবা মঙক কনবগী চয়েংনবা শক্তম য়াম্না য়াওই । লৈবাক অসিগী তুংগী ফীভম য়াম্না ফরবনি হায়না মখৌ পোংনা লাউথোকই । অসিগুম্বা তুংগী ফীভম অসি ব্রিটিশ ক্রাউনগী কনা অমত্তনা লাকথুবা ঙমদ্রবা খ্বাইগী হেল্লবা শক্তি অসিদা লৈরবনি হায়না চাউথোকচবা উংচৈ।

থা খরা লৈরগা বেঙ্গল প্রেসিদেন্সীদা মীখা পোন্দুনা লৈরিবা মী ক্রোড় নিপালমুক্কী তুংগী পুন্সি শেমদোক শেমজিন তৌনবা থৌরাং পায়খৎলকই । প্রেসিদেন্সী অসিদা বিহার অমসুং উরিষ্যাসু য়াওরিবনিনা য়াম্না পাক চাউমনশ্লে লাকশিনবা ব্রাই হায়না খল্লদুনা পীকশিন্নবা কৃপ্পা খন্ন- নৈনরক্লবনি । মওং কয়া থোক্লা শেমদোক শেমজিন তৌবা য়ারিবনি । অদুবু কর্জননা পামখিবদি নোংচুপলোমগী মহে তন্নুরবা বাঙ্গালী হিন্দূ "ভদ্রলোকশিং" অসি নমথবনি । বেঙ্গলগী নোংপোকথংবা শরুক অসি মুসলিম য়াম্না তাবা লমশিংনি অমসুং আসামগা পুনশিল্লগা ঢাকানা কোনুং ওইদুনা অনৌবা প্রোভিন্স অমা শেম্বনি ।

১৯০৩ গী ডিসেম্বর থাদা থৌরাং অসিগী চাউরকপা শক্তম অমা লাউথোরকপদা "ভদ্রলোক" শিংনা মখোয়গী সংস্কৃতি, অর্থনীতি অমসুং রাজনীতিগী মওং মতৌ নুংশিহৈত্তনা শেমদোক শেমজিন তৌখিগদৌরে হায়বসি নীংথিনা খঙবা ঙমখি । ১৯০৪ গী ফেব্রুয়ারী থাদা কর্জননা ঢাকাদা ব্রা ঙাংবদা বেঙ্গল শেমদোক শাদোক্লদৌরিবা অসিদা মুসলিমশিংনা করি করি কান্নবা ফংগদগে হায়বদু ময়েক শেংনা হায়খি । মসিনা থায়নগী মুসলমান ভাইসরোই অমসুং নিংথৌশিংগী মতমদগী হৌনা লৈরক্তবা মুসলিমশিং অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবগী খুদোংচাবা অদু অহানবা ওইনা পীগদৌরিবনি

য় । মহাক্কী সরকারগী সেনিয়র মেম্বর অমনসু ময়েক হেন্না শেংনা কোংদোকই : অপুনবা বেঙ্গল শক্তি অমনি, খায়দোক্লবদি মায়কৈ কয়া থোক্লা চিংখাইনদুনা খিগনি। ঐখোয়গী মরু ওইবা পান্দম অমদি" অপুনবা বিরোধিশিংবু চিংখাইনহল্লগা রকারগী মপাঙ্গল হেন্না কনখৎকনি হায়বসিনি ।

সরকারগী মায়য়োক্তা লেপ্লিবা অপুনবা বিরোধি হায়রিবসি " ভদ্রলোক" শিংবুনি । খোয়না সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জীগী লুচিং মখাদা বেঙ্গল থুগায়বা য়ারোই হায়না চাউর উরবা মিটিং কয়া তৌরে, সরকারদা দরখাস্ত কয়া লানখৎলে । অদুবু কর্জন্না চুংখিদে । অহোইনদুম ইউনিভর্সিটি এক্ট কী মতেং লৌরগা কলেজ এফিলিয়েসন মসুং স্কুল রিকোগনিসনগী মতাঙদা সরকারনা শুপনম তৌদুনা হেন্না ইকাইবা রক্লে। পান্দমদি মহৈমশিং তম্ফমশিংদা নেসনেলিস্তশিংগী থৌদাং পাঙথোক্লকপা ংননবনি । খরা লৈরগা ১৯০৫ গী ওক্টোবর থাদা বেঙ্গল পার্টিসন তৌরগনি হায়না উথোরক্লে ।

তাঞ্জা অসিদা কর্জনগা মাগী কমাণ্ডর-ইন-চীফকা য়ানরক্লে । ব্রিটিশ সরকারনা হাকপু থৌগৎলক্লে । মদুনা মরম ওইরদুনা ১৯০৫ গী আগষ্ট থাদা হাথু হাথু রিজাইন তীগ্রে । মহাক্লা থনমলিবা হায়ববু অমগা অমগা নুংশিনহন্দবা অখাবা মীৎয়েংনা ংনহনবা অসিনি । মহাক্লা য়াম্না নুংশিজরম্বা সাম্রাজ্য অসিগী য়ুম্ফম অখাবা মীৎয়েংশিং সিনা থগায়রকপা হায়বদ ওইগদৌরি ।

৬

# ওমখৎলক্লিবা নোংলৈ নুংশিৎ

## (১৯০৫-১৯১৮)

১৮৯০ গী মতম অসি চহী তরামুক্তি অমম্বা মতমনি হায়না লৌবা য়াই। অদুবু থবক্কী লমদা অকনবা মৈরী চুরম্বা স্বামী বিবেকান্দ (১৮৬১-১৯০২) য়াম্না লংলবা থবাম্মিচাক অমগুমখি। দক্ষিনেশ্বরগী পুরোহিত, মতমগী লাইরিক লাইশু তমহৌদবা মীৎয়েংদি য়াম্না পাকপা, রামকৃষ্ণ পরমহংসগী সেবকনি। মহাক্কী তেল্লবা পুন্সিদা মরৈবাকমচাশিংনা চম্মম্নদুনা লৈবদগী জ্ঞানগী মৈরী লংনা চুখৎখি। ১৮৯৩ দা চিকাগোদা ফমখিবা ধর্মগী পার্লিয়ামেন্তা মহাক্না ঙাংখিবা থম্মোয়গী ওইবা ৱাঙাং অদুগীদমক খুদক্তা মহাকপু পৃথিবী অপুম্বনা শকখঙখি। মহাক্না পুখৎখিবদি হিন্দূ ধর্মগী মচি ওইরিবা বেদান্ত হায়বসিনা মী পুম্নমক্কী থাজনবীদা অচৌবা লংলা লংজিল ওইরি, মসিনা মীওইবা পুম্নমকপু অমত্তা ওইবা লীচিংদা পুরকপা ওমগনি হায়বসিনি। মীওইবদা লাইগী শক্তিশিং লোইনা য়াওরি, ব্রহ্মাণ্ড অসিদা বেদান্তগী পাউজেলতনা আশাগী মঙাল পীগনি। ভারতমচাশিংনা কান্নদবদা পঙথা থাজবা তোক্নুনা থায়নগী চৎনবী কয়াগী লাংদগী নাম্মোক্নুনা মী পুম্নমক হিংফম থোক্লে হায়না থম্মোয় শোক্লা লাউখি। মহাক্না হায়খি: "ঐখোয়গী লৈবাক্না পাল্লিবসি কনা অমত্তনা থিংবা ঙম্রোইদবা য়োংকী পাঙ্গল, ইস্পাতকী শিংলি অমসুং চপয়ুংনা লেপ্পবা চাউরবা পূক্লিং অদুনি।"

শতাব্দী কয়া শোম্বদুনা লৈরুরবা হিন্দূধর্ম বিবেকানন্দগী পাউজেল অসিনা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মঙংদা মপাঙ্গল হাপ্লক্লে। রামকৃষ্ণ মিশন লিংখত্তুনা মশাগী ওইজবা থাদোক্নুনা সমাজ সেবাদা মীওই কয়াগী লমজিং পীরক্লে, মসিতনা মী অমগী অশেংবা মুক্তিগী লম্বীনি হায়বা উৎলক্লে। মহাক্না ধর্মগী মায়গৈতদা নত্তনা মরৈবাকমচাশিংগী পূক্লিংগী ওইবা শাজৎশিং চাউনা অহোংবা অমা পুরকখ্রে। ৱাখল তৌবদা মীৎয়েং খুরোইদৌবনি, থবক তৌবদা থৌনা লৈগদবনি, নোংচুপলোমগী সভ্যতাদা করি করি অফবা য়াওরিবগে হায়বদু খন্দোকপা ওমগদবনি, অন্তরজাতিগী ওইবা থবকশিংদা মরু ওইবা থৌদাং লৌগদবনি। পুম্নমক অসি বিবেকানন্দ মথন্তনা হায়রগা য়াম্না শকচখি।

মতম অসিদা হিন্দূশিংগী মরাইবক ফবনা ইংলণ্ডগী "থিওসোফিকেল সোসাইতি" গী হেদ কার্টর অমা মাদ্রাজ মনাক্তা লৈবা আদ্যারদা ভারতকী ওইনা হাংদোক্লরে। সোসাইতি

অসিগী পান্দমদি বেদান্তগা হাইরপ মান্ননা মীওইবগী মরক্তা মচিন মনাও ওইবগী অমসুং লাইগী শক্তি লৈবগী ৱাখল্লোন শন্দোকপা হায়বসিনি । সোসাইতি অসিগী পাকশন্না খণ্ডনরবা লুচিংবা লুচিংবীশিংগী মরক্তা মমিং লৈরবী এন্নি বেশান্ত ভারত্তা ১৮৯৩ দা থুংলরে । মহাক্কী নীংথিরবা ৱাঙাং শাঙাংগী মপান্না হিন্দূধর্মবু তাখি-তাওইরিবা মীশিংদা জ্ঞান তাহনবা ওন্মী । লোয়ননা ১৮৯৮ দা বারানসীদা হিন্দূ কলেজ লিংখৎখি, তুংদা বিশ্ববিদ্যালয় অমা ওইরকই । শাসন পায়রিবা ইংলিশমচাশিংগী মরক্তগী মমিং চৎলবী মেম্বর অসিনা হিন্দূধর্মবু কন্না শৌগৎলকপা অসিদা লাইরিক হৈরবা হিন্দূশিংনা য়াম্না পেন্নখি ।

২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা ভারতকী মপান্দা মশাগী ইজ্জৎ (সেল্ফ রেসপেক্ট, অমসুং মশাগী থাজবা (সেল্ফ কনফিদেন্স) -গুণশিং অসিগী অনৌবা য়াওন অমা কন্না লাকখি । গুণশিং অসি রবীন্দ্রনাথ টেগোর (১৮৬১-১৯৪১) গী কবি, দেশভক্ত, পণ্ডিত অমসুং ঋষি অমা ওইনা মশাগী পীথোকচরক্লবা থবকশিংনা য়াম্না নীংথিজনা উৎলি । মহাক্কী শৈরেং অমসুং ৱারীমচাশিং বেঙ্গলীদগী ভারতকী লোন কয়ামুক্তা হন্দোকনা ফোঙনরকই । অপাবশিংনা য়াম্না থাগৎনরকই । মহাক্কী ভাষন অমসুং আর্টিকলশিংদা কঙ্গ্রেসকী মপাঙ্গল ফজনা হাপখি । ইশানা ইশাগীদমক লেপচবা (সেল্ফ রেলাইয়েন্স) হায়বা ফিরেপ অসিদা শক্তি লৈনা থবক চংশিন্নবা রাজনীতিগী ওইবা লাপ্পুংদা লৌমীশিং শোয়দনা য়াওহনগদবনি হায়খি । মহৈর্মশিং তন্ত্রগী মায়গৈদসু ভারতকী অমসুং নোংচুপলোমগী মহৈ তম্নীবগী মওং অনী পুনশিল্লগা সরকারগী খুৎ থিংজিনহন্দনা শান্তিনিকেতনদা বিশ্ববিদ্যালয় অমা লিংখৎখি, ইতিহাসতা মফম চাওনা কনখি ।

মরক অসিদা হোলণ্ডদগী খা আফ্রিকাদা খুন্দারবা "বোর্স" হায়না খণ্ডনবা মীশিং অসিগা ব্রিটিশকা খুৎ থোক্লুরকপগী মিন্থল চোংনিংঙাই ওইবা পাউ কয়া শন্দোরকই । লোয়ননা পাঙ্গল লৈরবা রাশিয়াবু পীক্লবা জাপান্না মায়থীবা পীবগী পাউসু লাকই । থৌদোর্কশিং অসিনা ব্রিটিশকী ঙকচাউ থেকপা শাজৎকী মায়য়োক্তা ভারতমচাশিংগী মরৈবাক নীংবগী পাঙ্গল অসুম অসুম কনখৎহল্লকই ।

অনৌবা আশা অসিদগী বেঙ্গল সরকারনা আন্দোলন কয়া পাকশন্না মায়য়োক্ল খি । "বেঙ্গল পার্তিসন" দা য়ানিংদবা উত্তুনা হিংসা য়াওবা থবক কয়া চৎথবা হৌরকই । "স্বদেশী" আন্দোলন কনখৎলকই, ব্রিটিশনা শাবা পোৎচৈশিং "বোইকোট" তৌনরকই । ঈহৌ অসি ৱাঙাং ৱাতা হৈরবা বিপিনচন্দ্র পালনা লুচিংলকই, মমিং লৈরবা বাঙ্গালী মচাশিং-মরু ওইনা রবীন্দ্রনাথ টেগোর, অরবিন্দ ঘোসনচিংবনা থৱায় হকচাং য়াওনা শৌগৎলকই । লোয়ননা ভারতমচাশিংনা ফোঙজবা পাউচেশিংনসু

অখাকপা লৈতনা পুক্লিং থৌগৎলকই । মতাং অসিদা "নিউ ইন্দিয়া", "বন্দে মাতরম", "সন্ধ্যা" অমসুং "যুগান্তর" মমিং নীংথিনা লৈখি ।

ব্রিটিশনা শাবা পোংচৈ য়োনবা দুকানশিং পাকশন্না থোঙ হাংহনখিদে, মরু ওইনা মহৈরোইশিংনা । মসিনা ব্রিটিশকী পোং পুশিল্লকপা ঙমদদুনা মখোয়গী কারবারদা অচৌবা শাফু অমা পীরে, অদুগাবেঙ্গলগী লংনাইবা অমসুং ফি শাবগী হান্নগী ইন্দস্ত্রিশিং অমুক নৌনা হিংগৎলক্লে । অনৌবা মেছিনরীশিং শীজিন্নদুনা "বঙ্গ লক্ষ্মী কতন মিলস" অমসুং "কলকাতা পোত্তরী ৱার্ক্স" লিংখৎলক্লে । "স্বদেশী" ফিদম লাকশিন্দুনা মহৈ তম্ফম কয়া লিংখৎনবা "নেসনেল কাউন্সিল ওফ এডুকেসন" অমা লিংখৎখি, অদুবু নীংথিনা মায় পাকপদি ঙমখিদ্রে । ঈহৌ অদুদি য়াম্না কান্নখি - মমৈদা "বেঙ্গল নেসনেল কলেজ", "টেক্নিকেল ইনস্তিট্যুৎ" অমসুং অতৈ জাতিগী ওইবা স্কুল কয়ামুক লিংখৎপা ঙমখি । "স্বদেশী" গী ৱাখল্লোন অসি হেন্না মপুংফানা থবক ওইনা পাঙথোক্নবগীদমক অমসুং সমাজ সেবা তৌনবগীদমক "সমিতি" শিং নৎত্রগা "নেসনেল ভোলুন্তিয়ার এসোস্যিয়েসন" শিং শহর অমসুং খুঙ্গংগী মচি মচিদা লিংখৎনরকই ।

তৌরক্লিবা "বোইকোট" শিং অদুদগী লঙ্কাশিয়ারগী টেক্সতাইল ইন্দস্ত্রি শাখিনা শিথরকখি । বেঙ্গল সরকার শাউবনা মৈ হৌরে । মহৈরোইশিংদা তাইনরে, চাম চামনা খুজিং ওইদুনা ফাজিন পুনশিল্লক্লে । কর্জনগী ইউনিভর্সিতি এক্ট চলাইদুনা স্কুলশিং রিকোগনাইজ তৌররোই, কলেজশিং এফিলিয়েৎ তৌররোই হায়দুনা কিহল্লক্লে । কিহল্লকপা অসিনা অমুক সরকারগী আফিসিয়েল মহৈ তম্ফমশিং অমুক "বোইকোট" তৌনরক্লে । সুবোধ চন্দ্র মালিক কৌবা ভদ্রলোক অমনা জাতিগী এডুকেসনগীদমক লুপা লাখ অমা দান তৌজরগে হায়রক্লে । অসুম্না কনখৎলক্লিবা ঈরাং অসিদা ভাইসরোইনা বেঙ্গল গভর্নরগী মহৈরোইশিংবু নমথনবা থৌরাং অদুদা অয়াবা পীরক্রবদা বেঙ্গল গভর্নর সার বাম্পফিল্ড ফুল্লর রিজাইন তৌখি ।

অদুবু ১৯০৮ লোইদ্রিঙৈদা আন্দোলন অসি শিথরকপগী মওং অমুক লাক্লে । কঙ্গ্রেস মনুংগী "মরক্তা লৈবা কাঙবু" (মোডরেট) গী লুচিংবশিংনা সরকারগী স্কুল অমসুং কলেজশিং বোইকোট তৌবা তোকহনবা ঙমখ্রে । "স্বদেশী" ইন্দস্ত্রি শিংননবগী শেলগী অৱাংপা কয়ামুক লৈবনা মায় পাক্কনি হায়বা থাজনরক্রে । অদুবু লুচিংবশিং অসিনা মখোয়না চংশিল্লিবা থবকশিং অদুদা গান্ধী য়াওশিল্লকপদগী অতোপ্পা মায়য়োন অমরোমদা চংথখ্রে । গান্ধী মশামক্না হায়খি: "ভারতনা মীৎ পাংলকপদি বেঙ্গল পার্তিসনগী মতুংদগীনি । পার্তিসনগী মতুংদা মীয়াম্না মখোয়গী দরখাস্তশিং অদু শক্তি শীজিন্নদুনা অর্থ লৈহনবা তাবনি, অৱাবা কোজাই খাঙবা ঙম্না তাবনি ।"

বেঙ্গল পার্তিসন তৌদনবা বিপিনচন্দ্রনা থৌনা লৈনা চংশিল্লকখিবা অদু মায়প্যাকখিদ্রে, অদুবু মফম অতৈদা মহাক্কী থৌদৌ অদুনা অনৌবা লম্বী পুথোক্লখি, মরু ওইনা মহারাষ্ট্রদা তিলক্লা অমসুং পঞ্জাবতনা লালা লাজপৎ রাইনা। অসুম্না লাল-বাল-পাল অহুম্না (লালা লাজপৎ রাইদগী লাল, বাল গঙ্গাধর তিলক্তগী বাল অমসুং বিপিনচন্দ্র পালদগী পাল) জাতিগী লুচিংবা ওইরক্লে। অদুবু মখোয় অহুম্মক জেলদা থুনমক থমখিবা মরম্না ঈহৌ অদু মমি শামখি।

পঞ্জাবতা লৌমীশিংনা লম অমসুং ঈশিংগী খাজনা চাউনা থীবা তারকপদগী খোংগী ঈশিং শীজিন্নরকপা তাবনা য়াম্না পেন্নখিদে। কঙ্গ্রেসকী মোডরেটশিংগী মায়য়োক্তা লেপ্লিবা লাজপৎ রাইনা তমথিরবা খাজনাশিং অদুগী মায়য়োক্তা আন্দোলন তৌনবা শীল্লাংখি। লাজপৎ রাইগী থবক্তা মতেং পাংলক্লিবা অজিৎ সিংহ্ কৌবা অমনা মরৈবাকনীংবা মীশিংগী সংস্থান অমা উর্দু লোন্দা মমিং থোন্দুনা লিংখৎলক্লে, লোয়ননা হিন্দী লোনদা মমিং থোন্দুনা চেফোঙ অমা ফোঙবা হৌরক্লে, পঞ্জাব সরকারগী মায়য়োক্তা মীয়ামগী খোল্লাউ শাগৎখি অমসুং খাজনা পীদনবা পাউজেনখি। লৌমীশিংগী মরক্তা মরুওইনা মুসলিমশিং অমসুং শিখশিং (হিন্দূদি য়ামখিদে) য়াম্না শাউনরকই। খুঙ্গংগী "রিভোল্ট" অমা লাকপা তারদুনা সরকারনা রাজনীতিগী ওইবা মিটিং তৌবা থিংশ্রে, অদুগা অজিৎ সিংহ্ অমসুং লাজপৎরাই অনীমক লোই থাশ্রে। মীয়ামগী শক্তিদি কনখৎলকই, ইকান কান্নখিদবদি নৎখিদে। থা খরগী মনুংদা ঈশিংগী খাজনা হন্থরকই।

তিলক্কী খোঙজংদদি ব্রিটিশরাজগা মুকখাইনবা ওমখিদে। অদুবু বোম্বেগী শিন্মী য়াম্না লৈবা মফমশিংদা মীয়ামগী মিটিং তৌদুনা য়ুগী দুকান থিংবা অমসুং "স্বদেশী" গী রাখল শন্দোকপদদি য়াম্না মহৈ য়ানখি। মহাক্কী চেফোঙ "কেসরী" মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরকই। ১৯০৭ তা ২০,০০০ ফোঙবা ওমখি। মতম অদুদদি থোইদোক হেন্দোক্লবা চেফোঙগী মশিঙনি। ১৮৯৭ দা তৌখিবগুম্না, চেফোঙ অসিগী চেয়োল খরদগী সরকারগা অমুক মুক্লরক্লে। ১৯০৮ দা বাঙ্গালী নহারোল কয়ানা টেরোরিজমগী থবক কয়া পায়খৎলকই, থৌদোকশিং অসিগী মতাঙদা তিলকনা আর্টিকল কয়ামুক ইখি। মদুদা লালহৌবগী থৌদৌ কয়া য়াওরে হায়না সরকারনা লৌখি। বোম্বেদা জুরী অমনা তিলক্কী মথক্তা বিচার তৌহনখি। জুরীগী মেম্বর তরেৎনা ইংলিশমচানি অনীনা পার্শীমচানি। পার্শীশিংনা তিলকপু লান্দে হায়জরবসু মশিঙ য়াম্না ইংলিশমচাশিংনা মরাল লৈরে হায়খি। দণ্ডী ওইনা তিলকপু বর্মাগী মন্দলেদা চহী তরুক লোই থায়। তিলকপু মরাল শিখিবা অসিগীদমক বোম্বেগী তেক্সতাইল মীলশিংদা অমসুং রেলবে রার্কশোপশিংদা ইশিল্লুবা লৈতনা "স্ট্রাইক" কয়া চৎথরকই। তিলকপু মীয়াম্না য়ারবা অহানবা নেসনেলিস্ত লীদর অমনি হায়না শোন্নরকই।

জেলদা থমখিবা এক্সট্রিমিস্ত অহমগী মনুংদা তিলক্না অরোইবনি । ১৯০৭ তা অনী অদু দণ্ডি পীখিবনি, মতমদি তেনখি । থাদোরক্নগা লাজপৎ রাইনা আমেরিকাদা অদুগা বিপিন চন্দ্রনা ব্রিটেন্দা চৎনখি । অসুম্না ১৯০৮ লোইরমদাইদা কঙ্গ্রেসতা মোডরেটশিংনা য়েৎশিনিংঙাই লৈত্রবা লুচিংবশিং ওইরে। অদুবু "এক্সট্রিমিজম" পূম্মুং মুৎখিবদি নত্তে । অমরোমদা ব্রিটিশরাজনা রাজনীতিগী ওইবা "রিফোর্ম " মখা চৎথরকই, লোয়ননা " মোডরেট" শিং খরা হন্থবা "মোডরেট" শিং ওইহনবা ঙমখি । ১৯০৬ তা কঙ্গ্রেস সেসনগী সভাপতি ওইননবগীদমক তিলক নৎত্রগা লাজপৎরাই হায়জিল্লক্তনবগীদমক চহী ৮০ গী মথক্তা অহল ওইদুনা থবক্তগী পোংথাদুনা লৈরবা দাদাভাই নাউরোজী কৌশিনখি । অদুবু অহল অসিনসু কঙ্গ্রেসনা "মশানা মশাবু লৈঙাকচনবা নৎত্রগা স্বরাজ ফংনবা" হোংনফম থোকই হায়রকখি ।

মরক অসিদা বেঙ্গল পার্তিসন তৌদনবগীদমক স্বদেশী অমসুং বোইকোটকী থবক পুম্নমক মায় পাক্লক্লবদা বেঙ্গলগী লাইরিক হৈরবা নহারোলশিং শাখিনা পেন্নরক্লে । মখোয় অয়াম্বা অসি 'সমিতি' দা কন্না য়াওশিল্লক্লে । পেন্দবা অসিগী মথক্তা পোংচৈগী মমল জর জর তাংখৎলকপা অমসুং পাকশন্না থবক ফংনরক্তবা অসিনচিংবা কয়াদগী ব্রিটিশ তাম্বোক্লবা শেম শারবা টেরোরিজমগী থবকশিং পায়খৎলক্লে । মখোয়না ব্রিটিশশিংবু ইচুপ্পা হিংচা কোংচাবা ওইনা উরক্লে । নহারোলশিং অসিনা হিংচাবশিং মাঙনবা সমিতিশিংদা টেরোরিজমগী ট্রেনিং তৌফম ওইরে, ব্রিটিশরাজ তাম্বোক্লবা থৌশীল থৌরাং কয়া শাগৎলে। থৌরাং অসিদা য়াওরিবশিংদি-ট্রেজরীশিং, বেঙ্কশিং, পোস্ত অফিসশিং, ইনাকখুনবা ভারতমচাশিংগী মযুমশিং ফাওবা য়াওনা লাম্দাদুনা শেল খোমগৎপা, ব্রিটিশরাজগী এজেন্তশিং, পব্লিক প্রোজিকিউরতরশিং অমসুং পুলিশতা পাউ পীবা কাংবুশিং য়াওনা হাৎপা । নহারোলশিং অসিগী মরক্তগী হেমচন্দ্র কানুঙ্গো কৌবা অমনা ইউরোপতা চত্তুনা বোম শাবা তমলুরে, কলকাতাগী শহর চিদাই অমদা বোম ফেক্তরী অমা লিংখৎলে । রাজনীতিগী ওইবা অরানবা মচা অমখক্তং তৌবগীসু মীয়াম মমাঙদা পুথোক্তুনা ফু চৈনবগী হুকুম য়াম্না তাগনবা, মুজাফরপুরগী তমথিরবা মেজিস্ত্রেত দৌগ্লাস কিংসর্ফোর্দ হাৎননবা থৌরাং তৌরুরগা ঙমহৌদবদগী বোম ফেক্তরী অদুগা শম্নরুবা মী পুম্নমক লোইনা ফাগৎখি । মহাকপু হাৎননবা বোম অদুনা ইংলিশ নুপী অনী শিহনখি । থৌদৌ অসিনা লম অসিদা লৈরিবা অঙৌবা পুম্নমকপু শাখিনা শাউহনখি । মতাং অসিদনি ক্ষুদিরাম বসুবু ফাঁসী তৌদুনা হাৎখিবা, অদুগা প্রফুল্ল চকিনা মথন্তা শিজখিবা । ফাখিবশিং অদুগী মরক্তা অরবিন্দ ঘোস য়াওখি, মহাক্না পণ্ডিচরীরোমদা চেনশ্লগা মফম অদুদা "আশ্রম" লিংখৎলি । আশ্রম অসিনা মহাকপু মতম কুয়নগী নীংশিংনিংঙাই ওইহনখি । অতে খোঙজংশিংসু মায়পাকখিদ্রে, বেঙ্গলগী গভর্নর হাৎপা ঙমখিদ্রে, ১৯০৯ দা ভাইসরোই মশামকসু হাৎপা ঙমখিদ্রে ।

টেরোরিস্তকী থবক অসি বেঙ্গলদতা নংথিদে । রাশিয়ান, ইটালিয়ান অমসুং আইরিশ নীংতম আন্দোলনগী রারীশিংনা পূক্লিংগী লমজিং ওইদুনা বিনায়ক দামোদর সাবার্করনা নাশিক্তা লালহৌবা কাণ্ডলুপ অমা লিংখৎলি, তুংদা লণ্ডনদা হেদ ক্বার্টর অমসু লিংখৎলি । ১৯০৯ গী জুলাই থাদা মাগী মরুপ মদন লাল থিঙ্গ্রানা লণ্ডনদা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেটকী শাগোন্নবা মী কর্জন রাইলী হাৎলুবগী রাথোক চাওনা থোক্লকখি । থিঙ্গ্রা শিবগী দণ্ডী ফংঙি । মহাক্না শিদ্রিবৈঙেদা হায়রম্মী "শেলসু পাঙ্গলসু শোঙ্গবা, ঐগুম্বা লাইরবা মচা অমগীদি ইমাগী নীংতম পূজা কৎফমদা ঙৈগী বলিদান তৌবা নংতনা অতে করিশু লৈজদে; ইমা মসিমক্লা ঐবু অমুকহন্না পোকপিসনু, ঐগী থৌদাং মপুং ফাদ্রিবমখৈদি শেঙলবা মরম অসিগীদমক ঐ অমুকহন্না শিখিবা ওইসনু, ইমা মহাক্তি মীওইবগী য়ায়ফনবগীদমক অমদি ঈশ্বরগী মগুণ হেন্নবগীদমক নীংতম্না লৈরিবনি।" চহী অদুমক্তদা মতম খরা লৈরগা সাবার্করনা লণ্ডনদগী লোন্না পিস্তোল খরা থারকই । খুৎলাইশিং অসি মনাওনুপাগা, মাগী মরুপ গণেশকা বিচার তৌদুনা দণ্ডি পীখিবা নাশিক্কী দিস্ত্রিক্ট মেজিস্ট্রেত জেক্সন হাৎপদা শীজিন্নরে । হাৎলুবা অসিদগী বিনায়ক মশামক ফারে, মথৈদা আন্দামানদা লোই থারে ।

মরক অসিদা, টেরোরিজম অমসুং কঙ্গ্রেসকী "এক্সত্রিমিজম" মুৎথনবা অথন্নবা আইন কয়া সরকারনা পুথোরকই । লালহৌবগী মিটিংশিং, বেঙ্গলগী "সমিতি" শিং আইনগী ওইনা অথিংবা থমগ্রে; থিংজিন্নবা শক্তি পীগ্রে: পোকখাইবা য়াবা (এসপ্লোসিবশিং) পোৎ খুদিংমক শাবা অমসুং থম্বা থিংগ্রে; প্রোভিন্সশিংগী সরকারশিংদা শন্না বিচার তৌনবা শক্তি পাকচাউনা পীগ্রে । তশেংবদি ব্রিটিশরাজ মিপাইরবনি ।

কর্জন্না চৎখিবদগী ব্রিটিশরাজ অসিনা রাজনীতিগী ওইবা চরাংনবশিং থেংনবদা মেন মান তাদবা থৌশীল কয়া মাঙওইনৈ অমসুং খোইরাঙ খোইশাউনৈ । খোইরাঙলিবা অসি মতৌকরম্না কঙ্গ্রেসকী "একস্ত্রিমিস্ত" শিং লাকশিনখদগে হায়বসিদা চনিঙ তাদবদগীনি । মখোয়না হোংনখিবশিং য়াম্না হন্থবা থাক্কী মওংদা চৎথৈ । ১৯০৬ কী ওক্টোবর থাদা অৱাংবা থাক্তা লৈবা মুসলিম খরনা সাম্রাজ্যগী ঙাকশেনবদা অচৌবা থৌরাং লৌখিবদুগী থোইদোকপা মীৎয়েং মখোয়দা থম্বীগদবনি হায়না দাবী তৌই । নাতে হক্তবা রাকৎ অসি খুদক্তা য়ারকই, থা অনী ফাবাক্তনা সাম্রাজ্যগী মনুংদা মুসলিমশিংবু ঙাকশেন্নবা অমসুং অৱাবা য়াম্না পীরিবা "একস্ত্রিমিস্ত" শিংগী মায়য়োক্তা ব্রিটিশরাজগী মীচংদা লেপ্লবা " ওল ইন্দিয়া মুসলিম লীগ" শেমহল্লী । লোয়ননা কঙ্গ্রেস "মোডরেট" শিংগী মতেং ফংননবা রাজনীতিগী ওইবা রিফোর্ম কয়া মথং

মথং পায়খৎলগনি হায়না থাজহন্নখি । অরোইবদা নিংথৌমচাশিংদা মখোয়গী মনুংগী ওইবা থবক থৌরমশিংদা খুৎ করিগু থিংজিল্লরোই হায়না থাজহন্দুনা কাহেন্না মরূপ মপাং ওইবগী থৌশীল উৎলি ।

মসি ফাওবদি ফরে । অদুবু ১৯০৯ দা লাউথোকখিবা মোর্লি-মিন্তো রিফোর্ম (মতম অদুগী সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট অমসুং ভাইসরোইগী মমিংদগী খঙনখিবা) নদি মোডরেটশিংবু শাখিনা নীংবা কায়হনখি । লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিং পাকথোক চাউথোকহল্লে, মীখল পাংথোক্লে । অদুবু ফীভম অনীখক্লা খুরৌ কন্না চেলহল্লে-অহানবদা মীখলদা কারকপা ইন্দিয়ান মেম্বরশিংনা মেজোরিতি খক ওইবা য়ারোই, অনীশুবদা মুসলিমশিংগীদমক তোখাইবা ইলেক্তোরেত (ভোৎ থাদনবগী দিস্ত্রিক) লৈহনবা । অকোনবগী অসিনা ওইজবা খরা ফংননবগীদমক মুসলিমশিং ভারতকী রাজনীতি শুপিদগী তোঙান তাহনখ্রে । মসিনসু পেন্দদুনা রিজার্ব তৌদবা মফমদা মখোয়না ভোট লেপ্পসু য়াহল্লে । থৌরাং অসিনা ভারতকী নীংতম ঈহৌদা অকনবা খুরৌ অমা চেলহল্লে । মুসলিম লীগ কনখৎনবা থৌশীল কয়া মথং মথং চৎথরক্লুনা (মায় পাক্লা চৎপসু চৎথরকখি), ব্রিটিশরাজগী রিফোর্মশিং ফাগী তাহল্লে । কংগ্রেসকী ১৯০৯ গী সেসন্দা য়াম্না ইকাইখুম্নরবা পণ্ডিত মদন মোহন মালবিয়ানা "মোডরেট" শিংগী নীংবা কায়খিবা অদু মযেকশেংনা মখাগী অসুম্না ফোঙদোকই "থৌরাং অসিনা লমন খুম্নগে হায়বা ব্রাখলগা লোয়ননা মাইনোরিতিশিংবু ঙাকশেল্লে । মাইনোরিতিশিংনা মেজোরিতিশিংবু কাচিন্দা তানশিনহনবগা চপ মান্নরে" । ব্রিটিশশিংনা মখোয়গী থোঙথাং অসি লাল্লে হায়বা থুনমক খঙলকই । মরমদি মুসলিম প্রজা অয়াম্বনা ব্রিটিশরাজগীদমক লেপচরবসু, "লীগ" পু মখোয়না মশক ইখঙ খঙখিদে, ফনবা তৌনরক্কনি হায়বদুতনা লৌশিংশিংবা হায়বদু ওইখিদ্রে । ১৯১১ গী ডিসেম্বর থাদা দিল্লীদা ফমখিবা "কোরোনেসন দরবার" দা ব্রিটিশগী "কিং-ইমপরর" মশামক্লা লাউথোক্লরিবা অসি ব্রিটিশরাজগী ভারত্তা থৌপুবিবশিংদা কোকথক্তা বজ্র তারকপগুম থোকখি । হান্না পাঙথোকখিবা বেঙ্গল পার্তিসন গী মতমদা প্রিন্স ওফ ৱেলস ওইরিঙৈদা মঙাশুবা জর্জনা ভারত্তা লাকলম্মী, মদুদা মহাক্লা খনখি: "ইংলিশশিংনা ভারতমচাশিংবু লোইচল্লবা লৈখা তারবা জাতি অমনি হায়না লৌই, অদুগা "নেটিব্" হায়না খঙনরিবা লম অসিগী মীওই কয়া লাইরিক লাইশু অসুম অসুম হৈরক্লবনা ফীভম অসি মখোয়না খঙডি ।" হৌজিক মহাক্লা ব্রিটিশকী সিংহাসন কারবনিনা অমসুং নেটিবশিংনা লৈফম চাফম খঙদবগী মতৌ অসুম উৎলক্লবনিনা, পার্তিসন তৌদবা হায়বসিনা মখোয়গী মতীকচারবা "বর" অমা ওইরগনি হায়না মহাক্লা ব্রারেপ লৌই ।

অদুবু মসিসু অরানবা খোঙথাং অমা ওইখি । মরমদি কল্গ্রেসপু থেমজিল্লমদনা লীগপু খোইশাউনহনখি । বেঙ্গলী ভদ্রলোকশিংদি হরাওই, অদুবু কল্গ্রেসকী "মোডরেট" লুচিংবশিংনদি "বর" অসিদগী মিন্তো রিফোর্মসনা শোকহনখিবশিং অদুদি ফহনবা ঙমদ্রে । লীগনসু মখোয়বু মীনম্বীগ্রে হায়না লৌই । সরকারনদি বিহার অমসুং উরিষ্যা তোঙানবা প্রোভিন্স অমা ওইজখ্রবসু অনৌবা বেঙ্গল অসিদা মুসলিমগী মেজোরিটি ওইরিবনি হায়বা ৱারোল অদু লীগনা থাজবা ঙমখিদে । অদুগা মোগল সাম্রাজ্যগী কোনুং ওইরম্বা দিল্লীবু অমুক হন্না সাম্রাজ্যগী কোনুং ওইহনবা হায়বসি থোয়না হরাওনখিদে ।

লীগ মনুংদসু লীদরশীপকী লাড়াই হৌরক্লে । অরিবা লীদরশিংগা নোংচুপলোমগী মহৈমশিং তল্লুরবা শাউগল্লবা নহারোলশিং "য়ং পার্তি" হায়না খঙনখিবশিংগী লীদরশিংগা মুক্লরক্লে । বেঙ্গল পার্তিসন তোকথোকখিবা অসিদা য়ং পার্তিনা সরকারবু শীংনখি, অকনবা খোল্লাউ লাউখি, "নো বোম নো বুন" (বোম নৎত্রবদি বর ফংলোই) । খরা লৈরগা মুসলিমশিংগী ধর্মগী লুচিংবা ওইরিবা (খালিফা) টর্কিগী সুলতানগী লম য়ুমলোন্নবা খৃষ্টিয়ানশিংনা লান্দারকপদা ব্রিটেননা মতেং করিগু পাংবিখিদবগীদমক ইংলিশশিংবু য়াম্না ৱারৌখি । ১৯১২ দা মখোয়না লীগকী লুচিংবা ওইরে, ১৯১৩ দা কল্গ্রেসকী মতৌগুম্না ভারতকী নীংতম্বগী লান শোক্লরগনি হায়না ৱারেপ লৌরে । অসুম্না ব্রিটিশরাজগী চয়েংনবা থৌশীল কয়াদগী লীগকা কল্গ্রেসকা খুংশম্নরক্লবগী য়ুম্ফম থোনলে ।

১৯১৪ দা থোকখিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাউনা রাজনীতিগী ঈরাং পুম্নমক নমশিনখ্রে । মন্দলেদগী থাদোরকপদা ঙাইরিবা তিলক ফাওবনা ভারতমচা খুদিংদা ঙমজবমখৈ ব্রিটিশ সরকারবু মতেং পাংননবা হায়খ্রে । চাউরাক্লা তৌনখিবা আশাদি ব্রিটেন অমসুং মসিগা খুংশম্নখিবা কাংবুশিংনা জর্মন অমসুং অস্ট্রিয়াগী অপূনবা কাঙবুবু শোয়দনা জয় তৌরগনি, মতুং তাবদা ভারতসু, কানাডাগুম্না মশানা মশাবু লৈঙাকচবা দোমিনিয়ন অমা ওইহল্লরগনি হায়বসিনি । অদুবু 'এলাইজ' হায়না খঙনরিবা ব্রিটেনগা খুংশম্নরিবা কাংবুশিং মথং মথং শোম্বরক্লুনা লান শাংনা শোক্লদুনা লৈবা তাখি । হৌগংলকপগী আশা পুম্নমক তনথরকপা অমসুং খাঙঙমদবা ওইরকখি । ১৯১৫ দা টর্কিনা "সেন্ত্রেল পাৱার্স" হায়না খঙনরিবা জর্মন- অস্ট্রিয়াগী মীচংদা চংশিনখ্রবদা মুসলিমশিংনা ব্রিটিশরাজদা নৌহৌননা য়েংথিরক্লে । কাবুলদা আফগানশিংগী মতেং লৌরগা কাহেনবা মুসলিমশিংনা "প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ত ওফ ফ্রি ইন্দিয়া" লিংখৎখ্রে । পান্দমদি ব্রিটিশ শাসনগী মখাদগী ভারত নীংতমহল্লগনি হায়বসিনি ।

হিংসাগী শক্তিনা ব্রিটিশরাজবু লৌথোকখিনবা হোৎনখিবগী য়াম্না নীংশিংনিংঙাই ওইবা খৌওং অমা কানাডাগী নোংচুপ তোবর্বান্দা অমসুং ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা খুন্দাদুনা লৈবা ভারতমচাশিংনা পাঙথোক্লকই । মফমশিং অদুদা অঙৌবা জাতিনা মখোয়বু হুত্থনা য়েংলিবা মীৎয়েং অমসুং ভারত সরকারনা মখোয়গীদমক করিগুম্বা তৌবিরক্তবা অদুদা ভারত্তা হল্লগা ব্রিটিশকী মায়য়োক্তা লালহৌরুবনা হেন্না ফরগনি হায়না মখোয়না খনখি । ১৯১৩ দা ব্রিটিশ কলম্বিয়াদা উ য়াম্দুনা থবক তৌজবা সোহন সিংহ ভাক্না কৌবা অমগা কালিফোর্নিয়াগী কলেজ অমদা ওজা ওইবা হরদয়াল কৌবা অমগনা ৱাখল অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লুনবগীদমক লালহৌবগী সংস্থান "ঘদ্র" পার্তি কৌবা অমা শেম্লে । (ঘদ্র হায়বদি উর্দ্দু লোন্দা লালহৌবা হায়বনি) লাঞ্জাউ হেক থোক্লকপগা ভারত্তা লৈবা রাসবিহারী বোস অমসুং সচিন সন্যালগা খুৎশম্নরগা থবক-খৌওং শীন্দোকই । পার্তি অসিনা তৌগদৌরিবসি পঞ্জাবকী মনুং অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা ভারতকী লাম্মীশিংদা লালহৌহন্নবা হোৎনবা অমসুং অরাপ্পা খুজংশিংদা লৈরিবা লৌমিশিং য়াওহল্লগা লালহৌবা অসি পাকথোক চাউথোকহন্দুনা অপুনবা "রিভোল্ট" অমা শাগৎপনি । লাইবক থীবদগী হৌরকপদা হান্ননা সরকারনা খঙদোকখ্রে । ১৯১৪ গী সেপ্তেম্বর তাং ৫ দগী ভারত্তা মপানগী মীওই অমত্তা চংহনখিদ্রে । অদুবু 'ঘদ্র' পার্তিগী মী লিশিং কয়া ভারত্তা য়ৌরকই, অয়াম্বা ফাখি । লেমহৌরিবা খরা অদুনা পঞ্জাবতা লৈবা সিফাই অমসুং লৌমী কয়ামুক্কী মপূক্লিং ওলহনবদি ঙমখি । "রিভোল্ট" অমা হৌরকদৌরে হায়বসি পুলিশশিংনা মমৈদা খঙলকই । 'ঘদ্র' পার্তিগী মী অমসুং সিফাই, চাম চামনা খুজিং ওইদুনা হাংতোকখি নৎত্রগা জেলদা শাখিনা নমশিনখি ।

হোৎনরম্বা লালহৌ অসি চাউনা মায়থীজখ্রবসু মসিগী পাকচাওরবা খৌরাং অদুগীদমক শীল্লাংলিবা কাঙবুবু থাগৎনিংঙাইহনি, মীয়ামদা মরৈবাকনীংবগী অকনবা ঈথীল অমা পীরমদুনা তুংগী নহারোল মীরোল কয়াগী পুক্লিং খৌগৎনফম ওইখি । লালহৌবগী ঈরাং শন্দোকপগীদমক সৈদ কার্তার সিংহ সরভা কৌবা নহা অম্না মশাগী চহী ১৯ শুবদা মথবাই কৎখি । শিল্লিঙৈদা মহাক্না হায়রমই "ঐগী পুন্সি অসি কয়ারক হন্না পোকপা তারবদি, মপোক খুদিংমক ইমালৈবাক্কীদমক কৎথোক্কনি "। মমাল্লবা হিন্দুমচা কয়াগা লোয়ননা সিপোই অব্দুলানা শিবক্লী দণ্ডি ফংলমদাইদা হায়রমই: "মীশিং অসিগতনি ঐগীদমক স্বৰ্গগী থোঙ হাংবিরক্কদবা ।"

১৯১৫ দা "ঘদ্র" গী ঈহৌ থুপচিনখিবতা নত্তনা কঙ্গ্রেস "মোডরেট" শিংগী অরোইবা তাঙ্গাসু লাক্লে । চহী ৩০ চুপ্পা সরকারগী য়ায়ফ থৌরাংশিংদা হায়বা ইনখিদবনি, মহূয়দি করিশু ফংদবগুম তৌবা অসিদা মখোয়গী পূক্লিং শোম্থুখ্রে, মখোয়গী ঈজ্জৎ মাঙখ্রে । অদুগী মথক্তা, ১৯১৫ দা গোখলে অমসুং ফিরোজশাহ মেহ্‌তা শিখিবদা, মখোয়গী লুচিংবিনবা লৈরক্ত্রে । মতাং অসিদা তিলক অমুক চোংথোরক্লে, কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা ওইররে, মহাক্কী হান্নগী হিন্দুশিংতগী ওইবা ৱাখল অদু থাদোক্তুনা নেসনেলিস্ত ইন্দিয়াগী অমত্তা ওাইরবা লুচিংবা ওইররে । মতমগী মতুংইন্না হান্নগী পুকচেল কল্লবা মোডরেটশিং, নৌনা "লিবরেল" ওইরক্লে । মখোয়গী মরক্তা চোংথোক্লকখি - শ্রীনিবাস শাস্ত্রী অমসুং তেজ বাহাদুর সাপ্রু । অদুবু মখোয়গী অকনবা ঈথিন্না লৈবাক অসিগী রাজনীতি পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা পুরকপদা ওমখিদে ।

তিলক্কী অহানবা থবকশিংগী মনুংদা, পান্দম মান্নরবনিনা লীগ অমসুং কঙ্গ্রেস অনী চুংশিন্ননবা হোৎনবনি । চুংশিন্নবা অসিদগী ১৯১৬ তা "লক্ষ্ণৌ পেক্ট" ওইরক্লে । মুসলিমশিংগী তোঙানবা ইলেক্তোরেত থম্লগা, মুসলিম্না মেজোরিটি ওইবা প্রোভিন্সশিংদা রির্জাব সীট খরদমক লৌবা, মুসলিম্না মাইনোরিটি ওইবা প্রোভিন্সশিংদা শরুক য়াম্না লৌবা হায়বা ফিরেপ অসিদা য়ানরগা কঙ্গ্রেসনা তাম্লিবা "দোমিনিয়ন স্তেটস" অদু পুন্না তানমিন্নবা হায়বসিদা খুৎশন্নরে । থৌশীল অসিনা ব্রিটিশকী "দিভাইদ এণ্ড রুল" গী পোলিসিদা অচৌবা শাফু অমা পীরে । মসি তিলক্কী রাজনীতি হৈবগী চাউরবা খুদম অমনি ।

অদুবু দাবী অদু কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনীনা পুন্না তানমিন্নরবসু মীয়ামগী অকনবা মতেং য়াওদনদি ওইথোক্লোই হায়বসি তিলক্লা খঙখি, অদুনদা পার্তি অনীমক্লা মতেং অসি ফংবা ওমখিদে । মতম অদুদা এন্নী বেশান্তনা "হোম রুল লীগ" হায়বা সংস্থান অমা শেমগৎলগা পাউচে অমসুং মিটিং কয়া তৌদুনা প্রজাগী খোল্লাউ শাগৎনবা হোৎনরকই । ৱাফম অসি তিলক্লা থবক ওইনা পায়খৎলকই, ১৯১৬ কী এপ্রিল থাদা পুনাদা 'হোম রুল লীগ' অমা লিংখৎই । থা মঙা লৈরগা এন্নী বেশান্তগী মশাগী "লীগ" সু আদ্যারদা লিংখৎখি । 'লীগ' অনী অসিদা মুসলিম লীগকী মীওই কয়ামুকসু মতেং য়াম্না পীরকলি । অসুম্না জাতিগী ওইবা ঈহৌ অমা লৈবাকপুম্বা শীনবা থুংনা, শিম্মী লিশিং কয়া কয়া য়াওহন্দুনা শাগৎলকই ।

তিলক্কী লীগ্না মহারাষ্ট্র অমসুং কর্নাতকাদা থবক চংথে, মেম্বর মশিঙ ৩২.০০০ শুরকই। বেশান্তগী লীগনা গুজরাট, সিন্ধ অমসুং ইউ: পী: ফাওবা শন্দোরকই, মেম্বর মশিঙ ২৭.০০০ শুই। লীগ অনীমক্না লেকচর, দিসকসন গ্রুপ, পম্পলেট অমসুং পাউচেদা ইবা আর্টিকলশিংগী মতেংনা হোম রুলগী ৱাফম মীয়ামদা ভাব তাহন্নবা হোৎনৈ। তিলক অমসুং এন্নী বেশান্তগী লেকচরশিং য়াম্না পাম্না তানৈ, মী লিশিং তরা হেন্না তিনবফাওবা য়াওই, পম্পলেট ৩৫০.০০০ অহানবা চহীমক্তদা য়োনবা ঙমখি। অদুবু ঈহৌ অসি খুমাঙ য়াম্না চাউশিল্লক্লি হায়বদি য়াদ্রি য়াম্না অর্থ লৈনা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট মোন্তেগুনা ১৯১৭ কী আগষ্ট থাদা লাউথোরকই: "ভারত্তা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মনুংদা লৈবা 'রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ত' অমা লৈবদা খুমাং চাউশিনহন্নবগীদমক মথং মথং ওইনা সেল্ফ গভর্নিং ইনস্টিট্যুসনশিং শেমগৎপগী পান্দম ব্রিটিশরাজনা থল্লি।" লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিংদা ভারতমচা য়াম্না য়াওহনবতা নত্তনা 'রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ত' অমা লৈহল্লগনি হায়বসি ব্রিটিশকী ইহান হানবা ৱাশক অমনি।

ৱাশক অসিনা "দোমিনিয়ন স্তেটস" কী দাবী মশানা য়াওজরবনি হায়না খনখিদুনা এন্নী বেশান্তনা হোম রুল আন্দোলন য়াওখিদ্রে। তিলকতি মসি থাজখিদে, ব্রিটিশ জর্নেলিস্ত অমগা আইনগী ওইবা ৱাফম কয়া পুথোক্লদুনা য়েংনখি। মহাকপু ১৯১৮ গী সেপ্তেম্বর থাদা ইংলণ্ডদা চৎহনখি। তাঙ্গা অসিদা মশাগী হকচাংগী ফীভম ফৎলক্লে, রাজনীতিগী থবক্তগী পোথাখ্রে। মহাক্কী হনবা নাইদ্রবা লাঞ্জং কয়া নীংতম লানফমদা শোক্লরম্বগীদমক মীয়াম্না মহাকপু "লোকমান্য" হায়না শকখঙদুনা ইকাইখুম্নখি।

# ৭

# মহাত্মাগী মেজিক

# (১৯১৮-১৯২২)

১৯১৮ গী নবেম্বর থাদা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও লোইরে, ভারত্তি শাখিনা ফীভম কায়হৌরে । এলাইদ আর্মি পীজনবা গেহ্ য়াম্না থাদোকই, কাহেন্না শেন্দোং পান্নবা লল্লোনবশিংনা চান-থক্লবা মরু মরাংশিং লোন্না পৈশিন পৈশিন্দুনা থম্মে । মখা তারক্লিবদি শ্বাইদগী হেন্না লাইরবশিং, লৌ লৈজদবা লৌমীশিং অমসুং ফেক্তরীগী শিং মীশিং মকোক্তা মখুৎ হাপ্লে, নোংমগী চরা অমত্তং ওইরবসু নোংখন্নবা লৈরক্লে । লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তা চান-থক্লবা য়োনবা দুকানশিংদা চওমনরক্লে । ময়ায় ওইবা থাক্কী মীওইশিংসু (মিদল ক্লাস) অৱাবগী পন্দোন লোম্নরক্লে । মতম অদুগী মীল নৎত্রগা ফেক্তরীদা শাবা পোৎলম-চৈরমশিং লোয়নমকপু হায়বা য়াই, মপান্দগী পুশিল্লকপা ঙাক্তনি । লান মতমগী অৱাৎ-অপা লৈবনা, মখোয়গী মমল তিংখত্লুনা ৱাংখৎপ্রবনি। মতম অদুদা মোমোন নোকখিবা কাণ্ডবুদি লোন্না পোৎ পৈশিল্লিবশিং অমসুং আর্মি ঠিকাদারশিংনি । মরৈবাকমচাশিংনা উপ্রাক্লা শিংতুনা লৈরিঙৈদা মখোয়গী মরল মথুম চীং চীংমুক ৱাংনখি ।

ভারত্তা লান তৌবনা ৱাহনখিবসি শেল থুমগী ফীভমতদা নংখিদে । আর্মিদা মী কয়া নমদুনা য়াওহল্লী, পঞ্জাবমক্তদা মী ৩৫০.০০০ দগী হেন্না চহী অনীবু শুফাত্তে, নমদুনা ইউনিফোর্ম শেৎহল্লী । লান লোইরকপদা মশাগী মরম ইলৈ লৈতনা মীরৈবাক্তা লৈবা নহা ওইরিবা ভারতমচা লিশিং লিশিং কয়া কয়া হাৎতোকই । লাপশ্রবা ফ্রান্সতা ভারতমচাশিংনা ইহান হান্না লান য়াওবমক্তদা মী ২৮,০০ খরা হেনবগী মনুংদা ৭০০ হাৎতোকই । অসিমঙাই, মেসোপতোমিয়াদসু ভারতমচা কয়া কয়া শি । লোয়ননা, লৈবাক মনুং অসিদসু ইনফ্লুয়েঞ্জানচিংবা লায়না তীন্না কয়া, লান হেক লোইবগা পাক শন্না শন্দোরক্লুনা মী কয়া পাকতক্লনা শিনৈ, তৌবগীদি মখোয়শিং অদো চরাম চদৎনরবা মীওইনা অয়াম্বনি । লান লোইরবদা জাতি হুপ্পা ব্রিটিশরাজবু কি-তুক্কচনরক্লে । অদুগা লোয়ননা ব্রিটিশ মিলিটরীগী ঈজ্জৎ পরপ পরপ লৈখা তারকলে । ১৯১৮ গী সেপ্তেম্বর থাদা জর্মনগী লানগী জহাজ "ইমদেন" ভারতকী সমুদ্র সিমানা লানশিল্লক্লুনা ব্রিটিশকী পোৎ হোনবা জহাজ কয়া মাঙহন্নবা অমসুং মাদ্রাজদা বোম থাদনবা চংশিল্লকই। অদুগা

মপান্দা লৈখিবা ভারতকী সিফাই ৫০,০০০ হেল্বনা ব্রিটিশকী লানগী মকোকথোংবশিংনা কয়ামুক থৌশীল হৈতবা অমসুং "এলাইজ" শিং মায়থিহৌগদবা শম্নাদা লিংহৌবা অদুদা খঙজিন- উশিনবা ঙমখি। লান অদুদা আমেরিকা য়াওশিল্লমদ্রবদি তশেংনমক "এলাইদ আর্মি" মায়থিরমগদবনি।

অদুম ওইনমক, ব্রিটিশরাজদি করিগুম্বা অরুবা খুদোংথিবা অমত্তা থোকখিদবগুম, হান্নগী মওং অদু ভারত্তা অদুম চৎখে। লাঞ্জাউগী মমাঙদা শক্তি চাউনা লৈরম্বদু লৈখিদ্রে হায়বা খঙখিদে, লৈবাকপুম্বা চরাংনরে হায়বসি উশিন্নখিদে, সাম্রাজ্য কন্ননবগীদমক পঞ্জাবকী নহারোলশিংনা অৱা অনা তাখিবশিংদুনা পেন্নদবগী চাং ঙমখে লৈতনা ৱাংখৎখ্রে হায়বা খঙশিন্নখিদে, মথোং মরম খঙদনা অৱাবা তারুরবা সিফাইশিংগী অৱাবা উশিন্নখিদে অমসুং 'ঘদ্র' পার্তিদা য়াওখিবশিংদা শা-ষনগুম খোঙ্গোইনখিবা কাউথোকখ্রে, অমসুং টর্কিগী সুলতান খালিফানা মায়থীরদুনা ইকাইনিংঙাই ওইবা শান্তিগী সন্ধি তৌনখিবদা মুসলিমশিংনা য়াম্না য়েংথিরক্লবনি হায়বসি তাশিন- উশিন্নখিদে। ১৯১৭ কী ওগষ্ট থাদা রেসপোন্সিবল সেল্ফ গভর্নমেন্ত ভারত্তা লৈহনগনি হায়বা ৱাশক অদুসু কাউথোকখ্রে। মোন্তেগুনদি মরু ওইবা খোঙথাং খরা শোয়দনা চংশিল্লগনি হায়না ময়েকশেংনা লাউথোকখিবনি। ১৯১৮ গী অঙনবদা তৌগদৌরিবা রিফোর্মশিং অদুগী চাউথোকচখিবনি। ১৯১৮গী অঙনবদা তৌগদৌরিবা রিফোর্মশিং অদুগী চাউরাকপা শক্তম অমগী রিপোর্ট অমসু ফোঙখ্রবনি। অদুবু অদুম নমশিন্দুনা লৈখ্রে। লাঞ্জাও হেক লোইবগা আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত ৱিলসন্না মতম কুইনা শান্তি থম্মনবগীদমক পোইন্ত তরামরি য়াওবা ফোরমুলা অমদি লাউথোকই। মদুগী মনুংদা "সেল্ফ দিতরমিনেসন" (সেল্ফ গভর্নমেন্ত) লোইচল্লবা লম পুম্নমক্তা পীগনি হায়বসু য়াওরি, মসিগী নৌহৌনবা ৱাফম অসিনসু ব্রিটিশকী নাত্রা শেন্দ্রানবা অদু কোকহনবা ঙমখিদে।

ভারতকী মীচম প্রজাশিংনা, মখোয়না লাঞ্জাউগী মতমদা অৱা-অনা কয়া খাঙজরুবগী করিশু কান্নবা ফংলক্তবা অদুদা মখোয়শিংনা চৈনা খাঙবদা ৱারক্লে, পন্দোন লোম্লে। নমথাক তৌবা ৱাশকশিংগী অনুতাপ করিমতা তৌদনা ভারতমচা অমবু মীনাইগী য়োহ্লিংনা পুন্দুনা থম্বা বন্দী অমগুম ব্রিটিশনা লৌরমাক্লে হায়না চপযুংনা খন্নরক্লে; মথোং হুক্তবা সরকার অমগী মখাদা মীওইবা অমগী চৎনরোল অমত্তা ঙাকশেনবিদনা থৌজাল ঙাইদুনা কয়া কুইনা লৈখিগনি! অদুবু ৱাখল অসিনা ভারতমচা

পুন্নমক্কী লিংজেলদি মান্নহনলে। খুদক্তা পোকখাইরকপা য়াবা অশাউবা অসি মমাঙদা অসুম্না অমুক্তা ওইখিদ্রি। হৌজিক, "রৌলত এক্ট" পুশিল্লক্কুনা অমুক্তা হেন্না খাঙবা য়াবা সিমানাগী মপাল থোকহনগদৌরে।

লাঞ্জাও হৌগৎলকপা মতমদদি, সরকারনা "দিফেন্স ওফ ইন্দিয়া এক্ট" কী মতেং লৌদুনা শক্তি য়াম্না লৈনা, ফানিংবতা ফাবা, দণ্ডি তৌনিংবতা তৌবা ঙমলম্মী। লাঞ্জাও লোইখ্রবসু এক্ট অসিদি অসুম চৎথরি। ১৯১৭ কী ডিসেম্বর থাদা বিষয় অসিদা প্রস্তাব কয়া তৌরক্লবা জস্তিস রৌলততা শীন্নরে। প্রস্তাবশিং অদুদা য়ুম্ফম ওইরগা সাম্রাজ্যগী আইনসভাদা হাপ্তা খরগী মনুংদা, নন-আফিসিয়েল মেম্বর ২২ না য়েৎচরবসু এক্ট পাস তৌরক্লে। ১৯১৯ গী মার্চ থাদা রৌলত এক্ট হায়না খঙনবসি চৎনবা হৌরক্লে। এক্ট অসিদা য়াওরিবা ঈরাং অমত্তা লৈতবা মতমদসু স্পেসিয়েল কোর্ট অমসুং বিচার তৌদনা মীফা-মীপুন তৌবগী আইন য়াওরিবা অসি ব্রিটিশরাজগী মপুক শেংদবা মতৌনি হায়দুনা পুন্নমক্লা কন্না চিংনবা পোক্লরে। জাতিগী ওইনা চিংনবা অসি মুসলিম লীগকী নহা ওইরিবা চেয়ারমেন মুহম্মদ অলি জিন্নানা রৌলত বীল নৈনবা মতমদা অসুম্না হায়: "থবকশিং অসি য়াহল্লবদি, নখোয়না অমুক্তা উদ্রিবা মওংদা লৈবাক শীনবা থুংনা পেন্দবা অমসুং আন্দোলন্না পুমচাই চাইরগনি।"

মতাং অসিদগী চহী কুম্থ্রামুক্তি ভারতকী রাজনীতিগী ফম্বাক্তা মোহনদাস করমচান্দ গান্ধীনা তিনবু লাইপুবা মীওই অমগুম্না মতীক মঙাল শন্দোরকই। গুজরাটকী সমুদ্র তোর্ব্বানগী লম পোরবন্দরদা খুনুংচংবা "মিদল ক্লাস" ইমুং অমদা ১৮৬৯ গী-ওক্টোবর তাং ২ দা মহাক পোকই। অসিগুম্বা ইমুংদা পোকচরবসু মহাক্লা অনৌবা ব্রাখল্লোন মতম পুন্নমক্তা পামজে, চৎনবী থুগাইবদা হালেংবা লৈখিদে। মনা- মশিং চাদুনা য়োকচরক্লসু মহাক্লা য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা শা চাবনা পাঙ্গল অমসং থৌনা হাপ্নী হায়বা ব্রাফম অসি চাং য়েংনিংদুনা লোন্না শা চাখি; ভারতকী মপান্দা চৎপসি মাংঙি হায়না লৌনরম্বদু কোক্লবা মহাক্লা ইংলণ্ডদা আইন তম্বা চৎখি; ইংলণ্ডদা লৈরিঙৈদা ধর্মগী অনৌবা মনূং হুঞ্জিন্না লৈবা ব্রারোল কয়া খণ্ডনিংদুনা বাইবল নৈনখি, লোয়ননা পুন্সিচুপ্পগী ওইনা "নেচর-কিয়োর" হায়না খঙনবা মহৌশাগী ওইবা লায়য়েংগী জ্ঞান তানশিনলে।

১৮৯৩ দা ভারত্তা হল্লকপা কুইদ্রিঙৈদা খা-আফ্রিকাদা লৈবা ভারতমচা মুসলিম ফার্ম অমগী মতম খরদং উকিল ওইরক্লনবা চৎলি। মফম অদুদা মহাক্লা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগা অহানবা ওইনা লাম্থেংনরে। ফার্স্টক্লাস রেলবে কম্পার্টমেন্ত অমদা দরবানদগী প্রেতোরিয়া চৎপদা, মশাগী মতিকচাবা টিকেৎ য়াওজরবসু, অঙৌবা মীশিংতনা ফার্স্টক্লাসতা

তোংগদবনি হায়বা ব্রাফম অমদগী মহাকপু মপোং মচৈগা লোয়ননা মরিংজবর্গ স্টেসনদা ইস্থরমই; মহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে, অসুম্না ঈজ্জং খোঙ্গাউনখিবা অসি মহাক্না খক কাউবা লৈখিদে। মসিনা মহাক্কী পুন্সিদা অচৌবা অওনবা অমা পুরকলে। মমৈদা ভারতমচাশিংদা অসুম্না অয়াম্বা মতমদা ঈজ্জং খোঙ্গাউনবিবা, হেন্নদুম শাখিবা মওংদা ওংনৈরিবা অদু উরুবদগী, মহাক্না খা আফ্রিকাদা অসুম লৈথদুনা সরকারগা লাম্হেংনরগে হায়না লেপলে। শেল য়াম্না থোকপা উকিলগী থবক থদোক্তুনা য়াম্না তোন্না লৈজরিবা মরৈবাকমচাশিংগী পুন্সি মরেল অদু লেনলে, মখোয়গী মরক্তা লৈরে।

খা আফ্রিকাদা লৈরিবা ভারতমচাশিং অসি ১৯ শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চনফাংত্রিঙৈদা লম অদুদা শেল খজিক্তং পীরগা থবক শুহ্নবা য়াগদবা মী কয়া চংনবগী মতম অদুদগীনি। "ইনদেনচর" সিস্তেম হায়দুনা মী মশিঙ কক্না কক্না চংহ্নখিবা মতাং অদুদগী চংনখিবনি। সিস্তেম অসিগী মতুংইন্না থবক শুগদৌরিবা মীশিং অসি অককুবা মতম খরদগীনি, মতম অদু লোইরগা যেশা উপাই তৌদুনা হিংননবা লৈথহৌবসু য়ায় নংত্রগা ময়ুম ময়ুমদা লেম্না হ্নহ্নখিবসু য়ায়। অয়াম্বনা লৈথনৈ, অদুনা মখোয়গী মীশিং অসুম অসুম য়ামখৎলকই। মচা মশুশিং কারবার হৈবা মী কয়াসু ওইনরক্লে। মরম অদুদগী সরকারনা ভারতমচাশিং চৎখিনবা থবক কয়া পায়খৎলক্লে। পুলিশশিংনা ওংনৈরক্লে, মপোং মরল মৎপ-মুনবা হৌরক্লে, খাজনাসু কাহেন্না লৌশিল্লক্লে। লৈখা তাশিল্লক্লিবা মীশিং অসিনা মত্তৌকরম্না শাহিং ঙাহিং চাবগী শক্তি অসি মায়থোক্লদুনা লাম্বা তৌগদগে হায়বসিদা গান্ধীনা কুপ্না মতমচঙনা খন্থুরে।

হিন্দু, জৈন অমসুং খৃষ্টিয়ান ধর্মগী লাইরিকশিং, অফাওবা মীশিংনা মরুওইনা রাশিয়াগী লিও তোলস্তোই, ইংলিশকী জোন রসকিন, আমেরিকাগী হেনরী দেবিদ থোরোনচিংবনা মখল কয়াদা ইরম্বশিং অদু নীংথিনা নৈনরগা মহাক্কী পাউখুম পুথোক্লে। "অহিংসা" অমসুং "সত্যাগ্রহ"গী পূনশিনবা খোঙজং অমা তঙাইফদ্রে হায়না খল্লক্লে। ব্রাখল্লোল অসি মহাক্না অহানবদা নাটাল হায়বা মফমদুদা থবক ওইনা পাঙথোকলে। অহানবদা "ইন্দিয়ান কঙ্গ্রেস ওফ নাটাল" হায়বা সংস্থান অমা শেম্লে, সংস্থান অসিগী মখাদা ভারতমচা পুম্নমক পূনশিল্লে, জাং বিজাং খায়দনা অপূনবগী শক্তি অমা শাগৎলক্লে মথংদা মখোয় মখোয়গী থবক অদু তৌদদুনা পব্লিক শার্ভিসকী ওইবা থবক কয়া চপ লেপহ্নবা করম্না য়াগনি হায়বা প্রমাণ তৌদুনা মখোয়গী থাজবা থমহ্নলে। থৌদৌ অসিদা মীচম চাম চামনা খুজিং ওইদুনা(মশামক য়াওনা) তোয়না জেল চংনরে। মখোয়না মায়পাক্লে হায়রবদি অব্রাবা অসি, তঙাই ফদনা হ্নাওনা খাঙগদবনি হায়বা তন্নীরে।

১৯০৬ তগী হৌনা খা-আফ্রিকাগী সরকারনা আইন কয়া মথং মথং শেমদুনা ভারতমচা লৈবা ঙম্‌দনবা হোৎনরে । খুদম ওইনা মখোয় খুদিংগী শক্তাক চে (আইদেন্তিতি কার্দ) লোয়নবা তায়, মদুগী ওইনা চহী খুদিংগী টেক্সসু থীবা তায়; পার্মিৎ য়াওদনা ভারতমচা অমত্তনা কারবার তৌবা য়াহন্দ্রে; খৃষ্টিয়ান নৎতবা মীশিংগী লুহোংবা চৎনহনদ্রে । পুম্নমক অসি থিংননবগীদমক গান্ধীনা মীয়ামগী ওইনা অহিংসাগা লোয়ননা য়ানিংদবা ফোঙদোকহল্লে । খোঙজং অসি চহী নিপাল চুপ্পা চংশিনখি, সত্যাগ্রহীশিং জেল চংদুনা, লোইথাদুনা, নমদুনা থবক শীজিন্নদুনা হাইনিংঙাই লৈতনা অৱাবা খাঙখি । মমৈদা সরকার মায়থীরে হায়বা মশানা য়াজরি । খা-অফ্রিকাগী প্রাইম মিনিস্তর জেনেরেল স্মটসনা, অহানবদদি গান্ধীবু ফোংনা তুকৎচরল্লবসু মমৈদা য়াম্না ইকায়খুম্নে, মহাক্না হায় : “গান্ধীদি য়াম্না চাউবা মীশক অমনি, মহাক্কী খোঙউপ ফাওবা ঐনা তোংবদা ইতিক চাদে ।”

১৯১৫ দা খা আফ্রিকাগী থবক লোইরদুনা গান্ধী ভারত্তা হল্লক্লে । কবি অমসুং দার্শনিক রবীন্দ্রনাথ টেগোরনা মহাকপু “মহাত্মা” হায়না তরাম্না ওকই । মতম অদুদগী মহাকপু মহাত্মা হায়না অদুম খঙনখ্রে । খা-আফ্রিকাদা মহাক্না মায় পাক্লকখিবা অদুনা মহাকপু লাইগুম্বা মীওই অমগুম খন্নখি, ভারতকী নীংতম্বগী ঙানখৎলকলিবা থৱাম্নিচাক অমা ওইনা মীয়ামনা ইকাইখুম্নবা উৎনখি । অদুবু মতম খরদি মহাক্না রাজনীতিদা খোঙদাখিদে, “সত্যাগ্রহ” গী অথুপ্পা ৱারোলশিং শন্দোকই, মীয়াম্না করি তৌরকপগে হায়বদু য়েংদুনা লৈরে ।

অহানবদা অহমদাবাদকী মনাক্তা চেল্লিবা সাবরমতি তুরেলগী তোর্ব্বান্দা মহাক্না “আশ্রম” অমা লিংখৎলি । আশ্রম অসিদা সত্যাগ্রহীশিংগী মহৈ তম্ফম ওইরে, সামাজিক অমসুং অর্থনৈতিকী ওইবা ৱাখলশিং নৈনফম অমসুং শন্দোকফম ওইরে । মফম অসিদা অহানবগী ওইনা লৈখিবা মীশক ২৫ গী মনুংদা ১৩দগী তাদনা তামিলনাদুদগীনি হায়বসিনা গান্ধীবু ভারত অপুম্বগী ওইবা লুচিংবা অমনি হায়বসি প্রমাণ তৌরে; মসিগী মথক্তা, মহাক মশামক শেংলবা হিন্দূ অমা ওইজরবসু, ভারতকী ধর্ম খুদিংগী মী লাক্নুনা মাগী আশ্রমদা হরাও হরাও লৈরবা অসিনা মহাক্কী অপাকপা মীৎয়েং অমসুং য়াম্না চম্না লেনবা পুন্সিবু মীয়াম্না নুংশি হায়বসি তাকখ্রে ।

সত্যাগ্রহগী পান্থেতনা ব্রিটিশপু ভারত্তগী তাম্থোকখিবা ঙমগনি হায়না গান্ধীনা থাজজরবসু, মহাক্কী অরোইবা পান্দমদি রাজনীতিগী নীংতম্বা ঙাক্তা নৎখিদে, মতৌ করম্না মীয়াম্না ঈজ্জৎ লৈনা হিংগদগে হায়বসুনি । ব্রিটিশকী মহুত্তা ভারতমচাশিংনা

শাসন তৌরবসু "ইংলিশমচা য়াওদনা ইংলিশকী শাসন তৌবা" হায়বদু তাদুনা তোক্কদৌরি। মঙোন্দদি তশেংনা ফৎত্রিবসি "মোদর্ন ইন্দস্ত্রিয়েল সিভিলাইজেসন" (হৌজিক্কালগী পোৎথোক চাথোক পুথোকপগী সভ্যতা) অসিনি; মসিনা সাম্রাজ্যবাদ অমসুং লাইরববু ইনাকখুনবনা নমথবা হায়বদু ওইহল্লি। মহাক্না হায়খি: "ভারতকী মুক্তিদি হৌখিবা চহী য়াঙ্খেমুক্কী মনুংদা তমশিল্লুরিবা মহেশিং কাউথোক্লগা ফংগদবনি। রেলবে, টেলিগ্রাফ, হস্পিতাল, উকিল, দাক্তর-অসিনচিংবা অসি লৈহল্লোইদবনি, মথক থংবা থাক্তা লৈরিবা (অপ্পর ক্লাস) মীশিংনা লৌমী অমগুম্না রাখল লৈনা, ধর্ম চেন্না অনীংবা অমগা লোয়ননা অচম্বা পুন্সি লেনংগদবনি"। মহাক্না মঙ মঙজরিবা নীংতম্লবা ভারত হায়বসি খুৎশা হৈবগী থবক য়াম্না চাউখৎলবা, মরল মথুম য়াম্না পৈশিন্দবা খুঙ্গংশিং অমসুং শহরমচাশিংনা শাগৎপা লম অদুবুনি। মরম অসিদগী লং নাইনবা তরেং (চর্খা) না ভারত জাতিগী মরু ওইবা খুদম ওইনা মহাক্না লৌখৎখি।

"সত্যাগ্রহ" গী পাউজেল শন্দোকপদগী গান্ধীনা থবক ওইনা পায়খৎনবা থৌরাংশিং তৌরক্লে, বিহারগী চম্পারান জিলাদা হৌই। মফম অদুদা ব্রিটিশকী নিম (ইন্দিগো) গী ফেক্তরী তৌবা কাঙবুশিংনা লৌমীশিংবু নিম থাহনবদা ওৎনৈবগী থবক য়াম্না চৎথরকই। মখোয়গী লমগী শরুক ২০ গী মনুংদা ৩ মমল খজিক্তা মমিং ওইনা পীরগা নিম থাহনখি, মসিবু "তনখাতিয়া সিস্তেম' হায়না খঙনখি। গান্ধীনা মফম অদুদা চৎলগা মশামক্না থিজিন হুমজিন্নিংখি, অদুবু লোকেল ওথোরিতিনা মহাক্না চম্পারান চংবা অদু থিংখ্রে। গান্ধীনা সত্যাগ্রহ তৌরগনি হায়না কিহল্লকপদা হুকুম অদু লৌথোকই। আইনগী মতুংইন্না ফজনা থিজিল্লক্লবদা ফেক্তরীবালাশিংনা অরানবা থবক কয়াগী শাক্ষী- শাবোন কয়া নীংথিনা পুথোরকই। থৌদৌ অদু মীয়াম্না পাকশন্না থাগৎনরকই। মমৈদা সরকারনা উপাই লৈরক্তুদুনা তিনখাতিয়া সিস্তেম মুথৎখি।

মথৎদা, রাজনীতিগা মরি শুপ্লে লৈনহন্দনা অহানবদা চাংয়েং অমা তৌই। টেক্সতাইল মিলশিংদা থবক তৌরিবা শীন্মীশিংনা মখোয়গী তলব ককথনবা থৌরাং মিল মপুশিংনা তৌরক্লবদা আন্দোলন কন্না তৌই। মপুশিংগা শিন্মীশিংগা গান্ধীনা তাইশিন্নবা হোৎনবা অদুদা মায় পাক্লক্ত্রদুনা শান্তিপূর্ণ ওইবা স্ত্রাইক চৎথনবা শিন্মীশিংদা পাউতাক পী, খরা লৈরগা মশামকসু চরাহেনবগী খোঙজংদা য়াওই। মমৈদা মিল মপুশিংনা শিন্মীশিংগী দাবীদা অয়াবা পীখি।

চাংয়েং অমসু অরোইবা ওইনা গুজরাটকী খেড়া জিলাদা তৌই । ১৯১৭-১৮দা লৌরোক খজিক্ত থোকপা কুম অমদা লৌ খর খরদং লৈজবা কাওবুশিংনা পোৎচৈগী মমল অসুম অসুম তাংখৎলকপদগী মশা মশাগী ইমুং মনুং খরচ তওাইদনা হেঙ্গৎখি । লৌগী খাজনা থীবা ওম্মরক্লে, মখোয় খরনদি শুকপী পীদনবা ফাওবা ব্রারেপ্পরক্লে । ব্রাথোক অসিদা লাম্মী য়াওশিল্লে, খুঙ্গং কয়াদা খাজনা থীদনবগী সত্যাগ্রহ পাকচাউনা তৌরক্লে । মমৈদা সরকারনা খাজনাগী চাং খজিক্তং হন্থহনখি । চাংয়েং অসিগী মতুং তানা হেন্না কান্নরক্লিবদি "সত্যাগ্রহ" গী লাম্লোং অসি খুঞ্জা লিশিং লিশিং হৈরক্লে । অসুম্না জাতিগী ওইবা তুংগী লাঞ্জংশিংদা মতুংইনবিরকুবা মীওই কয়া শেমগৎপা ওমলে ।

১৯১৯ গী ফ্রেব্রুয়ারী থাদা সরকারনা রৌলত এক্ট পাস তৌরকদবা উরবদা গান্ধীনা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা ওইরগে হায়না লেপলে । লৈবাকপুম্বা অব্রা মৈশা লাংদুনা লৈনরি, ইলায় লায়না পাকচাউনা হিংসাগী থবক পায়খৎলকপা য়ারি । পুম্নমক অসি গান্ধীনা অহিংসাদা থাজরুবনা ওাক শেন্দবা য়ারক্ত্রি, কা হেন্না চয়েৎনবা লৈহনবা য়াদ্রি হায়না খনলে । মহাক্না লৈবাকপুম্বগী ওইবা, "হর্তাল" তৌদুনা এক্ট অসি থিংসি হায়না লাউথোরক্লে তৌবগীদি হর্তাল অসি নোংমখক্তংগীনি, মদুসু নোংমাইজিংদা, মার্চকী তাং ৩০, মমৈদা এপ্রিলগী তাং ৬ তা পাওথোকই । হর্তাল হায়রিবা প্রজা মীয়ামগী স্ত্রাইক অসিনা কারবার অমসুং অতৈ থবক থানা কয়া পূমলেপ লেপহনখি । অসিগুম্বা মওংগী "প্রোতেস্ত" অসি অনৌবদি নত্তে, অদুবু লৈবাক শীনবা থুংনা পাওথোক্লকনি হায়বসিদি কনানসু থাজরমদবনি । হর্তালগী খোল্লাউনা ভারত খুদক্তা য়াহৌরকই, অদুবু মহাত্মানদি মসি শান্তি ওইনা পাওথোক্লিংবনি । মহাক্না "সত্যাগ্রহ সভা" অমা লিংখত্তুনা মীয়াম্না হিংসাগী থবক তৌদনবা ওাক শেলহল্লী, হোম রুলগী লীগ অনীমক থৌরম অসিগীদমক শীজিন্নৈ । অদুমকপু লাইবকথীবদি মীচমশিংগী থাক্তা সংস্থান অমত্তা লৈখিদে । গান্ধী মশামক্না অহিংসা অমসুং সত্যাগ্রহগী পাউজেল মফম খুদিংদা চৎ-চৎতুনা শন্দোকলুই, পঞ্জাবতংদি মহাক্না চংবা ওমখিদে । হোম রুল লীগশিংনসু মফম অদুদা নীংথিনা খোওফম শেম্বা ওমদ্রিবনি । মরমদি "ঘদ্র" গী লৌতুনবশিং সরকারনা কন্না নমথখিবা মতম ওইখি ।

গান্ধীনা নীংজরম্বা অমসুং সরকারনা নমথনবা শেম শারিবা হর্তাল অসি মীয়ামদা য়াম্না পাকশন্না পাম্নবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই । অশুক পাম্নরকনি হায়বসি গান্ধীসু সরকারসু থাজরমদবনি । পঞ্জাব নত্তবা অতৈ মফমশিংদা পুমপাম পাম্নবগুম তৌরে হায়না খওলে । পঞ্জাবতদি চাউরবা মীয়ামগী প্রোসেসন, কন্না লাউ-খোংবা, হিন্দু

শিখ অমসুং মুসলিমশিং, অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা মরুপ মপাং ওইনরকপা পুম্নমক অসি উবা ফংলে । হান্না লেপ্লখিবা নুমিৎ মার্চ ৩০ দা দিল্লীদা তৌখিবা "হর্তাল" দদি মীয়ামগী ওইবা হিংসা খরা থোকই, পুলিশনা নোংমৈ কাপখি, অদুবু থাজদনা মুসলিম অমসুং হিন্দূশিংনা জমা মসজিদতা চাউরবা মীয়াম অমা পুন্দুনা আর্য্য সমাজগী লুচিংবা স্বামী শ্রদ্ধানন্দনা ব্রিটিশরাজগী মায়য়োক্তা অমত্তা ওইনা লিংজেল মান্নবা ঙাংখিবা ৱাঙাং অদু তাদুনা লৈনৈ, মী কয়ানা স্বামীজীগী মখোঙ পায়নৈ ।

দিল্লী অমসুং পঞ্জাব মফম অনী অসিদা মীয়ামগী শাজৎ কাহেনখিদনবা গান্ধী মশামক মফমশিং অদুদা চৎনবা থৌরাং তৌই । অদুবু এপ্রিল তাং ৯ দা মহাক্লা বোম্বেদগী দিল্লী পাংলকপদা সরকারনা মহাকপু দিল্লী চংদ্রনবা থিংলে । লম্বী ময়াগী ষ্টেসন অমদা কুইনা থন্নগা বোম্বেদা হলহনখি । থিংখিবা অসিদা মফম পুম্নমক্তা কন্না অশাউবা ফোঙদোক্লরকই, দিল্লীমক্তদা মতম শাংথনা হর্তাল তৌই, কলকাতাদা পুলিশ অমসুং আর্মিগা খুৎ থোক্লরে, অহমদাবাদতা সরকারগী মপোৎ মচৈ কয়া মাঙতাকহনখি । পঞ্জাবতা খ্বাইদগী হেন্না শাখিরবা থৌদোক অমা ওইরে। গভর্নর মাইকেল ওদ্যারনা মীয়ামবু নমথনবা থুনমক অরোইবী থাদুনা চংশিনখি । গান্ধীনা পাউজেনজরিবা "থম্মোয়গী শক্তি" (সাউল ফোর্স) অদু খোঙ্গাউনদুনা চৈরি, খুত্তুমতনা শক্তি অসি নমথগনি হায়না চাউথোক্লা লাউরে । গান্ধীনা বোম্বেরোমদা হনখিগদবা নুমিৎ অদুমক্তদা ওদ্যারনা পঞ্জাবকী মতীকলৈরবা ৱাঙাং ৱাতা য়াম্না হৈরবা লুচিংবশিংগী মরক্তগী অনী মপান্দা লোই থাই । মসিনা মরম ওইদুনা মথংগী নুমিত্তা অমৃতসরদা অঙৌবা অহুম হাৎলি ইংলিশ নুপী ডাক্তর অমবুনা খোঙ্গোইনৈ । শহর অদু খুদক্তা মার্সিয়েল লো (মিলিতরী শাসন) গী মখাদা থমখি, জেনেরেল দ্যারদা শক্তি পুম্নমক শীন্নরে । মহাক্ল থুনমক পব্লিক মিটিং লোইনমক থিংজিল্লে । তাং ১৩ দা মনাকনকপা খুঞ্জাশিংনা খ্বাইদগী চাউরবা পঞ্জাবী উৎসব "বৈশাখী" য়াওননবা অমৃতসর তম্না ফুজিন্নরকই । মখোয় মিটিং য়াওবা লাকখিবা নত্তে, মিটিং তৌবা থিংলে হায়বসু খঙখিবা নত্তে ।

মহৌশাগুম্না অবাংবা চেকপলনা খাজিনবা জালিয়ানৱালাবাগ কৌবা লমহাং অদুদা খুঞ্জা লিশিং-লিশিংগী লৈফম ওইদুনা তিনবনি । খঙহৌদনা বাগকী চংফম অমখক্তং লৈরিবা অদোমদগী সিফাই চামমুক্তা লোয়ননা জেনেরেল দ্যার চংলকই, ইচম্ চমজনা লৈজরিবা মীয়ামদা করিশু খঙহল্লমদনা সিফাইশিংদা নোংমৈ কাপশিন্নবা হুকুম তৌই । নোংমৈ রাউন ১৬৫০ কাপ্লবা মতুংদা মহাক্লা চংলকপগুম অদুম থুনমক হনখি । সরকারনা মী ৩৭৯ শিরে হায়না লাউথোকই, তশেংবদি মদুগী শরুক অনী হেনবনি ।

অশি অনা থোকহল্লিবা অসিগী মথক্তা দ্যারনা লম্বীদা পাং তিংদুনা মী ফুবম অমসু, ইংলিস লেদি ডাক্তরবু লাক্লখিবা মফম অদুদা শাদুনা থম্মী। লম্বী অদুদা চৎখিবা ভারতমচা খুদিংমক পাংতিংলিবা ফ্রেম অদুগী মখাদা খুরু খুদক কুন্দুনা চৎকদবনি হায়না হুকুম তৌই, লোয়ননা নহারোল কয়ামুক পংফুদা ফুহল্লে। মসিদগী অমুক হেন্দোক্তুনা মফম পুম্নমক্তা অকি অখংগী থৌশীল ঙাক্তা শন্দোকখি, ভারতমচা খুদিংনা অঙৌবা উবদা হেক্তা "শলাম" তৌহল্লে।

পঞ্জাবগী মফম অতৈদসু মিনুংশি য়াওদনা নমথবগী থবক চৎথৈ। লাহোরদা পাকতক্লনা শিন্নীশিংনা স্ত্রাইক তৌরক্লবদা, মার্সিয়েল লো চলাইরে, মীয়াম্না হিংসাগী থবক হৌরক্লবদা অঙৌবশিংনা কান্তোনমেন্তদা চংদুনা লোৎপা তাখি। গুজরানৱালাদা নোংথক্তগী বোম থাদখি, কাসুরদনা মীয়াম পুম্নমক নুমিৎচুপ্পা অমা নুংশাদা ফৌখি। পুম্নমক অসি লোইরগা ওদ্যার পেঞ্জরল্লগনি। অঙৌবা মরি শিবগীদমক য়ামদ্রবদা ভারতমচা ১২০০ মহাক্লা হাৎলে, মসিগী শরুক অহুম হেন্না অশোক-অপন নংহনলে।

ওদ্যারনা পাউচেশিং কাহেন্না চেকশিন্না থিংজিনখিবনা বৈশাখীগী মীহাৎ অসিগী মরমদা মপানগী মীওইশিংনা চয়োল কয়াগী মতুংদা খঙনরকই। পাউ অসি তাবদা ১৯১৩ দা সাহিত্যগী নোবেল প্রাইজ ফংলবা মতুংদা রবীন্দ্রনাথনা ব্রিটিশরাজদগী ফংবা "নাইট" কী মিংথোল অদু হন্দোকখি, ভাইসরোইদা মহাক্লা খঙহনখি: "অখন্নবা মিংথোলশিং অসি য়াওদনা ইরৈবাকমচাশিংগী মরক্তা লৈজরগে, মখোয়দি করিশু লৈতনা খনবিবনিনা, মীওইবা অমনা ফংফম থোক্তবা ইকায়বা অদু ফংদুনা লৈবা তারি।" মখা তাবা ওইনা গান্ধীসু মাগী মেদলশিং ঝুলু ৱার মেদল অমসুং কাইজর-ই-হিন্দ মেদল হন্দোকখ্রে, মাসু হায়খি, "হিংচাবগী শক্তম লৌরবা সরকার অসিগা করিগুম্বা মওং অমত্তদা খুংশম্নবা হায়বসি পাপকী মশক্নি"। মসিগী মথক্তা 'হর্তাল' দগী হেন্না অকনবা খোঙথাং অমা হেক ঙল্লিবমখৈ অথুবদা থাংলগনি হায়না লেপখি।

মহাক্লা কুয়না ঙাইদ্রে, থৌদোক কয়া থোক্লক্লে। টর্কি অমসুং সুলতান খালিফাগী তুংগী ফীভম খস্থরুরগা মুসলিমশিংগী খোইরাংবা হেঙ্গৎলক্লে, ১৯১৯ গী সেপ্তেম্বর থাদা "ওল-ইন্দিয়া খিলাফৎ কমিতি" লিংখৎলে, থা অনী লৈরগা বৃটিশনা টর্কিগী ফীভম অসি খঙশিন্নদবগীদমক,প্রোতেস্ত তৌবা ওইনা, কমিতি অসিগী মেম্বর খন্নরা সরকারগী মথক্তা "নন-কোওপরেসন" তৌবদা য়ানিংবা ফোঙদোরক্লে। ১৯২০ গী জুন থাদা এলাইজশিংনা টর্কিগী পাকচাওরবা শরুক অমা গ্রীস, ইটালী অমসুং

ফ্রান্স তা পীথোক্লবা লেপ্নপ্রে তাবদা কমিতি অসিনা "নন-কোওপরেসন প্রোগ্রাম "দা ফোংনা য়ারে হায়রক্লে । মরক অসিদা, পঞ্জাব মীহাৎকী আফিসিয়েল রিপোর্ট ফোঙলক্লে । গভর্নর ওদ্যার মরাল লৈতে হায়রক্লে, অদুগা জেনেরেল দ্যারবুনা ইন্দিয়ান আর্মিদগী তোকহল্লগা তুমীন্না লৈশিনখ্রে । থৌদৌ অসিদা ভারত জাতি পুম্নমকপু শাউগৎহনখ্রে, ময়ুমদা হনখিবদা দ্যারবু ব্রিটিশ প্রজাশিংনা অথৌবা অমনি হায়না তরাম্না ওকখিবা অসিনসু অমুক্কা হেন্না শাউগৎহনখ্রে । মহাকপু ভারত কনবা মী অমনি হায়বতা নত্তনা শেল ওইনা মনা পাউগু ২৬, ০০০ সু পীখি । মতাং অসিদা গান্ধীনা "পঞ্জাবতা অরানবা তৌখিবা " অমসুং "খিলফৎতা অরানবা তৌখিবা " অনী অসি চুমথোক্ল বগীদমক"নন-কোওপরেসন" লাঞ্জং চংশিন্নবা কন্গ্রেসকা খালিখৎ কমিতিগা চুংশিন্নহনখি ।

১৯১৯গী ফেব্রুয়ারী থাদা তৌখিবা অদুদগী হেন্না ব্রিটিশরাজনা খুদোং থিরক্কদৌরি । মরমদি লালহৌনিংবগী ঈরাং অসি প্রজা মখল শুনা লৈনরে, ফেক্তরীগী শিন্মীশিংনা মীওইবগী অধিকার অন্নিংলক্লে, ১৯২০ গী অহানবা তংখাইদা মখোয় লাখ মঙা হেনবনা স্ত্রাইকী খোঙজং চংশিনখি; লৌমীশিংসু মখোয়গী ঙমজবী ফুদোক্লরক্লে, নোংপোক ইউ পি, দারভাঙ্গা অমসুং রাজস্থান্নচিংবদা "কিসান সভা" হায়দুনা মখোয়গী চাওর চাওরবা সংস্থান লিংখৎনরক্লে । পান্দমদি মখোয়গী ফংফম থোকপা অধিকার পীবিদবগীদমক আন্দোলন তৌবনি । খিলাফৎকী ৱাথোক অদুনা মুসলিমশিংগী ঈরাং লৈবাক শীনবা থুংনা কনখৎহনখ্রে, থুনমক বিটিশ শাসনবু তুকচচ্মনবনা মখোয় ২০,০০০ হেনবনা আফগানিস্থানদা চংশিন্নখ্রে । কলকাতাগী মুজাফর অহ্মদ য়াওনা থৌনা ফরবা নহারোল মহৈমশিং হৈবা কাঙলুপ অমা "কম্যুনিস্ত রিভোলুসনরী তেক্নিক" তমলুনবা অকিবা লৈতনা রাশিয়াদা চৎখ্রে ।

গান্ধীনা 'নন-কোওপরেসন' হৌরসি হায়বগী মতম, মসিদগী হেন্না অতোপ্পা মতাং চাবা লৈত্রে । অদুনা থবক ঙমগদবা থৌরাং মতিকচানা তৌরে । কন্গ্রেস পার্তি চেকশিন্না শেমগৎলে, মী ১৫ গী ৱার্কিং কমিতি শেম্লে, নহারোলশিংগী নেসনেল ভোলুন্তিয়ার কাঙবু অমসু শেমগৎলে । কাঙবু অসিদা লম লমগী ওইবা অকুপ্পা মরোল ভাব তাহন্নবা শীন্নরে । লৈবাকহুপ্পা মতম ঙাইনদুনা লৈরে, গান্ধীতবু মীয়াম্না অশেংবা লুচিংবনি হায়না খন্নরে । মীচম প্রজাশিংনা ব্রিটিশরাজগী মহুৎ গান্ধীরাজনা শোয়দনা শীল্লরগনি হায়বগী থাজবা পোক্লরে । গান্ধী মশামকসু কাহেন্না থাজমন[illegible]া ১৯২১ লোইরকপদা স্বরাজ ফংলগনি হায়না লাউথোকলে । ১৯২১ অসি ভারতকী নীংতম লাঞ্জংগী

ইতিহাসতা য়াম্না মরু ওইবা মতাংশিংগী মনুংদা অমনি । গান্ধীনা খন্নখিবদি সরকারগী শক্তি অমসুং ঈজ্জৎ হায়বসি ভারতকী প্রজাশিংনা মতেং পীরবতদা ওইরকদবনি, মতেং অসি তাংকক নাইনা লৌথোক্লবদি সরকারগী মপাঙ্গল করিগু লৈররোই হায়বসিনি । থবক্কী চাউরকপা কায়াৎ অমা শেমদোক্লবসু মতাং মতাংগী থৌশীলদি গান্ধীদা ময়ামনা অদুম শীন্নরে ।

জানুয়ারী হৌবদগী থা ৬ লোমদি সরকারগী কোর্টশিং অমসুং মহৈ তম্ফমশিং 'বোইকোট' তৌবতনা নন-কোওপরেসনগী অহানবা শক্তম ওইরে । চিত্তরঞ্জন দাস, মোতিলাল নেহরু, বল্লভাই পেটেল, রাজেন্দ্র প্রসাদ অমসুং সি, রাজাগোপালচারীনচিংবা মমিং লৈরবা উকিল কয়ানা উকিলগী থবক তোকথোক্লুনা কঙ্গ্রেসকী মপুংফারবা ৱার্কর ওইনরে । বেঙ্গল, বিহার অমসুং উরিষ্যানচিংবা ভারতকী মফম কয়াদা "পঞ্চায়েত" শিং নৎত্রগা মীয়ামগী কোর্ট লিংখৎনরক্লে । মহৈরোই লিশিং লিশিংনা সরকারগী স্কুল অমসুং কলেজ থাদোক্লুনা জাতিগী ওইবা মহৈতম্ফমশিং খুদম ওইনা জামিয়া মিলিয়া (অহানবদা আলিগড়দা হৌরগা দিল্লীদা হোংখিবা), কাশী বিদ্যাপীঠ অমসুং গুজরাট বিদ্যাপীঠনচিংবদা লাইরিক তম্নরে ।

জুলাই থাদা গান্ধীনা মহাক্কী নন-কোওপরেসনগী মথংগী খোঙজং হৌনবা থৌরাংলে । ব্রিটিশনা শাবা পোৎচৈ মরু ওইনা ফিরোল মখে বোইকোট তৌননবা লৈবাকশীনবা থুংনা ঈরাং শাগৎলক্লে । ফি লল্লোনবা কয়ানা থৌরাং অসিদা শরুক য়াখি, মপান্দগী ফি পুশিল্লকপা তংখাই হন্থরে, লঙ্কাশাইয়র টেক্সটাইল ইন্দস্ট্রিদা ফনা থীনা শোকহনল্লে । ব্রিটিশরাজবু তাখিবা উত্তুনা মফম কয়াদা চাং নাইনা ব্রিটিশকী ফি মৈ থানরে ।

সেপ্তেম্বর থাদগীদি খোঙজং অসি কুংশিল্লক্লে । ম রৈবাক নুংশিবগী ঈরাং কনখৎলক্লুনা মু সলিম লীগকী লুচিংবা মুহম্মদ অলি অমসুং মনাওনুপা শৌকত অলিনা মুসলিম সিফাইমখে আর্মিদগী তোকলক্লবা হায়রে । কঙ্গ্রেসকা খিলাফৎ কমিতিগা কায়নরক্লবা হায়দুনা সরকারনা মখোয় অনীমক ফাজিনখি । মসিদগী হেন্না শাথিরক্লিবনা গান্ধী অমসুং অতৈ কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা কয়ানা আর্মি য়াওনা সরকারগী থবক পুন্নমক্তগী তোকলক্লবা হায়খি । গান্ধীসু মতম অদুদা সরকারনা ফাজিনখিবা য়াররনি, অদুবু ব্রিটিশরাজনা মদু তৌরুরবদি লৈবাক অসি লাকওম কাঙমদনা লাংলকপা য়াই হায়না খন্দুনা খুত্তুম শীংলগা লৈবা তাখি ।

অদুমকপু, সরকারনা কঙ্গ্রেস অমসুং খিলাফৎ ব্রার্কর চাম চাম ফাজিল্লে, পব্লিক মিটিং তৌবা, ভোলুন্তিয়ার গ্রুপ শেম্বা থিংজিনখি। মসিনা হেন্না শাউগল্লবা খিলাফৎকি লুচিংবশিংনা, মশানা মশাবু শাসন তৌজবা (সেল্ফ গভর্নমেন্ত) অসিগী মথক্তা, চপচানা নীংতম্লবা লৈবাক অমা (কমপ্লিত ইন্দিপেন্দেন্ত) অমা ওইগদবনি হায়না খুমাং চাউশিল্লকই। গান্ধীনসু অথিংবা হুকুমশিং অদু চবচানা থুগায়নবা ইনশিনখি। মহাত্মা হায়,"ঐখোয়না মায় পাক্তদবদি-মী লিশিং লিশিংনা-শাহাৎফমদা য়াউমচাশিং পুশিনখিবগুম, জেলদা পুশিনহনখিগদবনি।" ফীভম অসুম ফংচিল্লক্তি।

নবেম্বর তাং ১৭ তা ইংলণ্ডদগী পিন্স ওফ ৱেলস, সরকারনা ভারত্তা লাক্লবা বার্তন তৌরুদুনা বোম্বেদা থুংলরে। সরকারনা খনখিবদি মহাক লাক্লগা প্রজাশিং খরা ইংথখিবা য়ায় অসিনি। অদুবু নুমিৎ অদুদা লৈবাকপুম্বদা হর্তাল তৌখি, বোম্বে শহর ফাওদুনা প্রিন্স অসিনা চীংলেম্না চংশিল্লকপদা লম্বী পুমহাণ্ড হাণ্ডখি, থোঙনাউ থিংজিন্নখি, পুমচীক চীকখি, পার্শী অমসুং অতৈ খরনা হর্তাল য়াওদবদগী ঈরাং থোক্লরক্লুনা মী ৫৮ শিখি। গান্ধীগী মথৱাই শোকখ্রে, হায়রকই "ঐনা হৌখিবা নুমিৎ নিনি অসিদা শাগৎচরম্বা স্বরাজ অদু নাতোল মনুংদা ফুনজিন্দুনা লৈখ্রে", হিংসা তৌদনবা মহাত্মা চরা হেনখি। সরকারনা মীয়াম পাকতক্লনা ফাগৎলক্লে, ১৯২২ গী জানুয়ারী থা ফাওবদা, কঙ্গ্রেস লুচিংবা কয়া য়াওনা মী ৩০,০০০ মুক জেলদা থাজিল্লে।

মরক অসিদা, কঙ্গ্রেসনা গান্ধীদা আন্দোলনগী অরোইবা শরুক করম্না, কয়া পাক শন্না অমসুং করম্বা মতমদা তৌগদগে হায়বদু লেপথোক্লবা শীন্নরে। থা অমা চুপ্পা খল্লগা গান্ধীনা সুরটজিলাগী মী ৯০,০০০ গী মখাদা লৈবা বার্দোলী হায়বা মফম অদুতদা "সিভিল দিসওবিদিয়েন্স" অসি তৌরগনি হায়না খণ্ডহল্লই। বোম্বেদা হাৎন-শুনখিবা অদুনা পাকশন্না হিংসা তৌনরক্লনি হায়বগী চেকশিন থৌরাং ওইনা আন্দোলন পীকতক্লা তৌনবা শীনখিবনি। হায়বগা তৌবগা, ফেব্রুয়ারী তাং ৫দা বার্দোলীগী আন্দোলন হৌরমদাইদা ইউ: পি: গী চৌরি চৌরা হায়বা খুলদুদা আন্দোলন তৌবশিংনা পুলিশশিং অদুনা কাইহৌরকপদগী মখোয় ২২ হাৎলি। গান্ধীদা মসিনা অরোইবা স্বর শৎখিবগুম ফেব্রুয়ারী ১১ দা নন-কোওপরেসন আন্দোলন পুম্নমক্ক ম্যেথোক্লে হায়না লাউথোরকই।

# ৮

# খোইশাউনখিবা চহীশিং

## (১৯২২-১৯২৯)

মায় পাকপগী আশা লাক্লরবা মতমদা কল্লবা খোঙজং অমা খংলেপ লেপখিবসিদা লৈবাক অসিগী মীয়াম্না ইওক ওক্লখি । জেল মনুংদগী গান্ধীনা আন্দোলন লেপ্লগনি হায়না লাউথোরকপদা চিত্তরঞ্জন দাস অমসুং মোতিলাল নেহরুনা অৱাবা ফোঙদোকই, লোয়ননা গান্ধীগী ৱা অদু থাজবা ওমখিদে । ব্রিটিশরাজসু চপ মান্ননা ওকখি, অদুবু য়াম্নদি নুংঙাইখি । মার্চকী তাং ১০ দা গান্ধীবু মহাক্কী আশ্রমদগী ফারগা চহি ৬ জেল পীরে, গান্ধীসু হরাওনা য়ায় । থা অনীগী মমাঙদা ফাজিন্দুনা জেলদা থল্লন্নবদি, লৈবাক শার-খার শারমগদবনি । অদুবু হৌজিক গান্ধীনা জেলদা লৈখ্রবা মরম্না পুম্নমক নীংবা কায়নরে, মথৱাই মমি য়াওনদ্রে । ভাইসরোই রিদিংগী ৱাহৈদা "হুই অমফাওবা খোংখিদ্রে" হায়নরে ।

গান্ধী মশামক্লসু মাগী মতুংইনবশিং অমসুং মাবু য়ারিবা কাঙবুশিংনা মকোক ঙাওনরকপা অদুদা করিসু নাচুংবা পোকখিদে । মরমদি মহাক মশামক্কী ৱাখলনা লমজিংদুনা চংশিনখিবনি, ওইনিংবা ওইরকপদা নুংনাংবা পোকখিদে । মহাক্না খ্বাইদগী চেংনা থাজরিবা ৱাখলগী লমজিংশিংগী মনুংদা পান্দমদগীদি (এন) লম্বীনা (মিন্স) হেন্না লুই হায়বসিনি; মরু ওইনা হিংসাদগী হিংসা পোকলক্নুনা লৈবাক অসিনা নীংতম্নবা হোৎনরিবা অসিদা প্রজা অমসুং মখোয়গী লুচিংবশিং শা ওইহল্লক্কনি হায়না চেংনা থাজখি । অদুমকপু মতুংদা সত্যাগ্রহগী খোঙজং অসি মী য়ামদবা, অপিকপা মফমদদি কান্নবা য়ায়, ভারতকুম্বা মীশিং য়াম্না য়ামথ্রবা, য়াম্না পাক চাউখ্রবা মফমদদি খোঙজং অসি কান্নবা ৱাংলি হায়খি । মরম অসিদগী ভারতকা চুশিন্নগদবা অতে খোঙজং কয়াদা য়াম্না পূক্লিং চংনা খম্বখি ।

গান্ধীনা জেলদা লৈখ্রবদা, মোন্তেগু - চেমসফোর্দ রিফোর্মশিং (ময়াম্না মোন্তফোর্দ হায়না খঙনবা) ডিসেম্বর ১৯১৯ দগী হৌখিবা অদুগী মতুংইন্না ১৯২৩ দা পাঙথোক্কদবা ইলেক্সন অদুদা কঙ্গ্রেসকী মী কয়ানা পূক্লিং লূপনরে । রিফোর্মশিং অসিদা পল্লিবা "রেসপোন্সিবল সেল্ফ -গভর্নমেন্ত" হায়রিবসি ১৯১৭ ওগষ্ট থাদা মোন্তেগুনা লাউথোকখিবা মওং অদুগদি য়াম্না শোয়নরি, মীয়াম্না য়াম্না পেন্নখিদে । য়াম্না চাওথোক্লবা আইনসভা কয়াদা মীখলদা কারকপা মীনা মশিঙ য়ামহল্লবসু, লোয়ননা মীখলদা কারক্লবা

মিনিস্তরশিংদা খরা হন্থবা থাক্কী থবক খরা প্রোভিন্সশিংগী ওইনা খাকচরবসু (মসিবু আফিসিয়েল ওইনা "দুয়েল গভর্নমেন্ত" নত্রগা "দাইয়ার্কি" হায়না হেক হেক খঙনবা) শক্তি মপুঙদি অখন্নবা শক্তি কয়া পায়রিবা ভাইসরোই অমসুং প্রোভিন্সশিংগী গভর্নরশিংদা অদুম মরৈরি। পাম্নদ্রবা মুসলিমশিংগী তোঙানবা ইলেক্তোরেতসু অদুম লৈরি। মরম অসিদগী ১৯২০ দা অহানবা ইলেক্সন পাঙথোকখিবদা কঙ্গ্রেস য়াওখিদে, হৌজিকসু কঙ্গ্রেসকী অয়াম্বা মীনা কাউন্সিলশিংদা য়াওনিংদ্রি, মদুগী মহুত্তা গান্ধীনা মথম্মোয়দা য়াম্না পামজরিবা খুঙ্গং শেমগৎপা হায়বা থবকসিদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈনিংলি। অদুবু মোতিলাল নেহরু, চিত্তরঞ্জন দাস, বিথালভাই পেটেল অমসুং হকিম আজমল খান্নচিংবা অচৌবা লুচিংবশিংনদি ১৯২৩ গী ইলেক্সন অসিদা য়াওশিল্লগা কাউন্সিলগী থবক চৎথহন্দদুনা ব্রিটিশিরাজবু নমদুনা মখোয়না হায়বা য়াহনবা পামখি। মসিগী ফল ওইনা কঙ্গ্রেস মনুংদা কায়নরক্কে; মোতিলাল নেহরুগী গ্রুপপু "স্বরাজিস্ত" নত্রগা "প্রো-চেঞ্জরস" হায়না খঙনদুনা ইলেক্সন য়াওরে, সেন্ত্রেল প্রোভিন্সতা মেজোরিটি ফংরে, বেঙ্গলদসু খরা হন্থজরবসু অদুম্না ওইরে, অতৈ প্রোভিন্সশিং অমসুং সেন্তরদসু ফীভম ফরে। লেমহৌবা গ্রুপনা "নো-চেঞ্জরস" হায়না খঙনগ্রে, খুঙ্গংশিংদা থবক তৌদুনা লৈগ্রে। ১৯২৪ গী ফেব্রুয়ারী থাদা মশা নারকপদগী গান্ধী জেলদগী থাদোরক্কে। ওইরম্লিবা ফীভম অদুদা নুংনাংবা পোকপ্রে, মমৈদদি অদুম য়াখ্রে। অদুবু খুঙ্গংগী মীয়াম মরক্তা মরোমদোম লেপচবগী শক্তি (সেল্ফ-রেলাইয়েন্স) লৈহন্নবগীদমক, গান্ধীনা রাজনীতি পুমথা থাদোক্লগে হায়না নীংলে। মরমদি ফীভম অদুতদা নীংতম ঈহৌগী অর্থ লৈগনি হায়বসিদা মহাক্না কন্না থাজরক্কে।

কাউন্সিলদা চংবগী খোঙফম অদু বোম্না হৌরগা পোকলাউবীনা লোইবা হায়বা ফীভমদুদা লাক্কে। ইম্পরিয়েল কাউন্সিলদা মোতিলাল নেহরু অমসুং বিথালভাই পেটেল অনীনা য়াম্না শক্তি লৈবা পার্লিয়ামেন্টারিয়ান ওইরুরগসু থবক্তি অমত্তা পাঙথোকপা ঙমদ্রে। বেঙ্গলদা চিত্তরঞ্জন দাসনা কাহেনবা শাজৎ চৎলিবা গভর্নরদা খুদোংচাদবা কয়া থোকহন্নবগীদমক মুসলিম লীগকা খুৎশম্নরে। লাইবক থীখিবদি ১৯২৫ গী ময়ায়চল্লকপদা মতমচাদনা মহাক লৈখিদ্রে। বেঙ্গলগী "স্বরাজিস্ত" শিং, মতিকচারবা হৈশিংলবা লুচিংবা অমনা লৈখিদ্রবদা শী কোক ঙাওদুনা লৈনরে। খরা লৈরগা সেন্ত্রেল প্রোভিন্সকী "স্বরাজিস্ত" শিংনা রিফোর্মশিং থুগায়বা তোক্তুনা মখোয়গী মরক্তগী অমনা মিনিস্তর ফাওবা ওইরে। মসিনা অমুকসু কঙ্গ্রেস মনুংদা তোখাই হেন্না তানরক্কে, মখোয়গী লুচিংবা মোতিলাল নেহরু কষ্থি থোক্লা শাউরক্কে। অদুবু

১৯২৬ তসু হেন্না ফীভম ফংলক্লে - মদন মোহন মালবিয়া অমসুং লাজপত রাই অনীনা হিন্দূশিংতগী ওইবা "ইণ্ডেপেন্দেন্ত কঙ্গ্রেস পার্তি" হায়বা অমা লিংখত্তুনা ইলেক্সন য়াওরে। ফীভম অসিদা "স্বরাজিস্ত" শিংগী ঈহৌ চপচানা মায়থীবা হায়বদু ওইখি।

কঙ্গ্রেস মনুংদা কায়নরকপদগী হেন্না পাকচাউনা হিন্দূ অমসুং মুসলিমশিংগী মরক্তসু কায়নরক্লে। ব্রিটিশরাজনা ১৯০৯দগী হৌনা মুসলিম লীগকী দাবী "তোঙানবা ইলেক্তোরেত লৈগদবনি" হায়বদুদা রাজনীতিগী ওইবা কাওলুপ খাইদোকপগী ঈথিন পুশিনখিদুনা জাতি অনী অসি অসুম অসুম কায়নরকখিবনি। ১৯১৯ গী রির্ফোমশিংনা অমুক ভোট র লিস্ত হেন্না পাকথোক চাওথোকহন্দুনা অমসুং প্রোভিন্সশিংদা রাজনীতিগী শক্তি হেনগৎহন্দুনা অমুক্তা হেন্না জাতি অনী নুংশিনদনবা থৌশিল চৎথখি। মতুং তারকপদা হিন্দূশিংগা মুসলিমশিংগা য়েক্লবা ওইনা অমনা অমবু খলহন্নখি। অদুমকপু লক্ষ্মৌ পেক্ট অমসুং খিলাফৎ আন্দোলন্না মমৈদা জাতি অনী অসি গান্ধীগী লুচিং মখাদা ব্রিটিশ সরকারগী মায়য়োক্তা পূন্না লেপমিন্ননবগীদমক খরা খরা নকশিন্নরকই। অদুবু নন-কোওপরেসনগী খোঙহৌ য়ৈথোকখিবদগীদি হিন্দূ মুসলিম অনীগী হান্নগী মলোম অদু মথি ফোঙনরকই। ১৯২৪ দা টর্কিগী নেসনেলিস্ত লীদর কমল অতাতর্ক্কা, পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্ঝাওদা মাঙখিবা লমশিং হঞ্জিনহনবা, রিপব্লিকনি হায়না লাউথোরকপা অমসুং সুলতান খালিফাবু লোই থাখিদুনা খিলাফৎ কমিতি লৈবগী কান্নরক্তবা অসিনচিংবা থৌদোকশিংদগী মুসলিমশিংনা মশাগী ফিরেপ হোংদোকলে, হিন্দূশিংগা তিন্ননিংলক্লে, হান্না অমুক্তা ওইদ্রিবা মওংদা জাতি অনী অসি ঈশিংগা থাওগা হায়বদু ওইরক্লে।

নন-কোওপরেসনগী মতমমক্তদসু কাওলুপ মশেলগী ওইবা হিংসাগী থবক পাওথোক্লখি। খিলাফৎকী ব্রাফমদগী কাহেনবা শাজৎ চংলক্তুনা মালাবারগী মুসলিম লৌমীশিং, "মোপ্লা" হায়না খঙনবশিংনা ব্রিটিশ অমসুং হিন্দূ লৌপু অনীমক্কী মখাদগী নাম্বোক্তুনা "খিলাফৎ রিপব্লিক" কয়া লিংখৎলি। ঈহৌ অদু সরকারনা য়াম্না তমথিবা মওংদা নমথখি, নুংঙাইনদবা অদুদগী হিন্দূ কয়া হাৎলি, মখোয় কয়াবুসু নমদুনা মুসলিম ওইহল্লী। মসিগী লমন খুস্না ওইনা আর্য্য সমাজনা অবাং ভারতকী কাওলুপ কয়া মুসলিম ওইবদগী হিন্দূ ওলহল্লী। মালবিয়াগী হিন্দূ মহাসভানা খোঙজং অসিদা কন্না শৌগৎখি অমসুং তমথিরবা স্লোগান "হিন্দূ - হিন্দী - হিন্দূ" কন্না লাউহন্নখি। ১৯২৫দা মুসলিমশিংনসু হিন্দূশিংবু মুসলিম ওইহন্নবা অকনবা থবক কয়া লৌখৎলকই। হিন্দূ

কাঙলুপশিংনসু নাগপুররোমদগী "রাস্ট্রিয় স্বয়ম সেবক সংঘ" লিংখৎত্তুনা কাহেনবা থবক কয়া চংশিল্লকই। পুম্নমক অসিগী ফল ওইনা ১৯২৩ দগী ১৯২৭ ফাওবা অব্রাং-ভারত শীনবা থুংনা হিন্দূ মুসলিম য়ান্নরকই। ১৯২৪গী সেপ্তেম্বর থাদা কোহত হায়বা মফমদুদা মুসলিমশিংনা হিন্দূ ১৫৫ হাৎতুনা শ্বাইদগী হেন্না শাখিবা মওংদা ফীভম ফৎহনখিদে। মসিগীদমক গান্ধী মশামক্লা মুহম্মদ অলীগী দিল্লীগী ময়ুমদা নুমিৎ ২১ চরা হেনখি। চরা হেনবা অদুনা মতম খরদং তুমীন লৈনখ্রবসু, ১৯২৭ তদি গান্ধীনা হিন্দূ মুসলিমগী ৱাথোক অসি মীওইবনা ইংথহনবা ঙম্লরোই, ঈশ্বরনা তম্লকপা হায়বদু মঙাইরে হায়দুনা খমথেংনা নীংবা কায়বা ফোঙদোকই।

১৯২৫ দা কন্গ্রেসনা শিথরকপা অদু উবদা ব্রিটেনগী সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট লোর্দ বিরকন্‌হেদনা কয়েম্নখি " ইন্দিয়ান নেসনেলিজমগী ভূত অদু মাঙখ্রে।" ১৯২৬ কী ইলেক্সনদা স্বরাজিস্ত পার্তিনা শাথিনা মায়থীরক্লবদা অমসুং কন্গ্রেস মনুংদা মচেৎ মচেৎ তানরকপা অদু উবদা মোতিলাল নেহরুনা অৱাবগী স্বরনা ফুনগৎলদুনা হায়: "নেসনেলিজমগী শক্তিগা, থাক য়াম্না হন্থবা কম্যুনেলিজমগী শক্তিগা থেঙ্গাইনবদা অকোনবগী অসিনা ঙমখ্রে।" রাজনীতিগী অতিয়াদা কৃপশিনলক্লিবা অমম্বা লৈচিলশিং অদুদা খরা খরা মঙাল উংলক্তবদি নত্তে। গান্ধীনা জেলদগী হেক থোক্লকপগা লৈবাক্কী কাচিন কোয়া য়ৌনা চত্তুনা "ইরোমদোম লেপচবা" (সেল্ফ রেলাইয়েন্স) গী মন্ত্র শন্দোকই। মতম অয়াম্বদা তরেং নাই, খাদি শেৎলি। মাগী মতৌ অদুনা মী কয়াগী পূক্লিং ফাজিনখি; লাইরবা লৌমী কয়ানা মাবু য়াম্না য়ানিংলকই, কন্গ্রেসকী পান্দম পাম্লরকই। খাদিবু নীংতম্বগী ফিজোলনি হায়না মীয়াম্না য়ানরকই।

মরক অসিদা, বল্লভাই পেটেলনা "সত্যাগ্রহ"গী স্বয়ং ওইনা চোংথোরক্লবা লাইগুম্নবা মূর্ত্তি অমা ওইরক্লে। ১৯২৩ দা খেদা জিলাগী বোরসাদ তালুকতা মফম অদুগী লোকেল ওথোরিতিনা ডাকুশিং ফাননবা পুলিশশিং শেমগৎনবগী মায়য়োক্তা ফজরবা সত্যাগ্রহগী আন্দোলন্না টেক্স অদু লৌহন্দবা ঙমখি; বারদোলীদসু লৌ-ইংখোলগী খাজনা মফম মরাং খঙদনা হেন্সংপা থিংননবগীদমক হেন্না মায়পাক্লা অচৌবা সত্যাগ্রহগী আন্দোলন তৌই। থৌদোকশিং অসিদগী বল্লভাই পেটেলবু মীয়াম্না নুংশিনা "সরদার" হায়বা মিংথোল অসি পীখি অমসুং ইকায় খুম্নখি। অতোপ্পা মখলগী লুচিংবা অমনা লাইনা পুবা মীনি হায়না খঙনবা অল্লুরী সীতারাম রাজুনি। ১৯২৪ দা মহাক্লা গোদাবরীগী চীংগী লমদমশিংদা খুন্দারিবা থাক য়াম্না হন্না লুজি লেল্লিবা কোক্লুংৎ চৎতুনা হিংলিবা জাতিশিং অদুগী য়াইফনবগীদমক থবক কয়া পায়খৎলি। পুলিশ

ন্তেসনশিংদগী খুৎশু-খুৎলাই মুল্লগা অরোনবা লাম্মী শেমগৎলি, লমদম অদুদা লৈরিবা সরকারগী শক্তি পুন্নমক চপ লেপহন্দুনা থম্মী । ব্রিটিশশিংনা য়াম্না বানা আর্মি কয়া শীজিন্নদুনা মহাকপু নমথখি অমসুং হাৎখি । নেসনেলিজমগী ভূত অদু মাঙখিবা নৎখিদে; তুমিন্না লৈখিবতনি, তাঙ্গা ফংবদা অমুক হেক্তা হৌগৎলকই । ১৯২৭ গী নবেম্বর থাদা ব্রিটিশরাজনা রাজনীতিগী ওইবা রিফোর্ম কয়া অমুক তৌননবা লোর্দ সাইমোন্না লুচিংদুনা রোয়েল কমিশন অমা ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্তরিয়ান তরেৎনা শাদুনা ভারতপুম্বা চত্তুনা য়েংশিনহল্লী । য়েংশিনগদৌরিবা থৌরাং অসিদা ভারতমচা অমত্তা য়াওহনখিদে । মসিদা পুন্নমক্না য়ানিংদবা কন্না ফোঙাদোকই । হেন্না শাখিরিবদি লোর্দ সাইমোন মশামক নত্তনা কমিশনগী অতে মেম্বরশিং শরুকইখিবা মী অমত্তা নত্তে, ভারতকী মরমদা করিগুম্বা খণ্ডিবা ঙাক্তা ওইনা তৌই । কাঙলুপ খুদিংগী নেসনেলিস্তশিংনা কমিশন অসিবু শীদোকখি অমসুং মখোয়গী খোঙথাং খুদিংমক বোইকোট তৌনে । মখোয়না চৎলুবা মফম খুদিংদা "হর্তাল" তৌদুনা অমুবা ফিরাল পায়দুনা অমসুং "সাইমোন, হনখ্রো" হায়না লাউশিন্দুনা ইকাইবা পীরকপা নত্তনা কনানসু মখোয়বু তরাম তরাম তৌখিদে । আন্দোলন তৌরিবশিং অদুগী মথক্তা পুলিশশিংনা তমথিনা ওৎ-নৈখি । ওৎ-নৈখিবা অদুদা ইউ পিগী থৌনা লৈরবা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা গোবিন্দ বল্লভ পন্ত পুক্নিগী ওইনা হকচাংগী ফীভম শোইনাইখি; অতোপ্পা অমনা লাহোরদা শা-ষনগুম্না ওৎপীখিবা লালা লাজপৎ রাইনি, চয়োল খরা লৈরগা ১৯২৮ গী নভেম্বরগী তাং ১৭তা নোঙ্গাখি । সাইমোন কমিশনগী মায়য়োক্তা নেসনেলিস্তশিংনা বোইকোট মায়পাক্না চৎথখিবদা নত্তনা ভারতকী রাজনীতিগী লুচিংবশিংনা খুম্মাঙ চাউশিনগদবা থবক থৌরম কয়াদসু পুক্লিং চংনরকই-সাইমোন কমিশন্না তৌরকদবা রিফোর্মশিং অদুগী মহুত্তা মতীকচাবা পাউখুম অমা ওইবা য়াননবা ভারতনা মশানা মশাবু লৈবাক ঙাকচনবগী সংবিধানগী মরমদা কুপ্না মীৎয়েং চংনরক্লে; পাউখুম অসিনা বিরকনহেদনা হায়খিবা ভারতকী রাজনীতিগী ঈরাং তৌবশিংনা সরকারনা তৌবা রিফোর্মশিংবু খওই উশিন্তে অদুগা মখোয়গী ওইবা য়াবা ব্বারোলদি খক থাঙ্গৎলক্তে হায়বদু শীংনবগী মতম লাক্লে ।

কঙ্গ্রেস অমসুং মুসলিম লীগ অনী পূনশিন্নদুনা অনীমক্না য়ানগদবা সংবিধান অমা পুথোক্নবা পার্তি পুন্নমক্কি ওইবা কনফরেন্স অমা কৌদুনা থবক নীংথিনা চংশিনবা হৌই । কনফরেন্স অসিনা মোতিলাল নেহরুনা সংবিধানগী মরু ওইবা কায়াৎ অমা শেল্লাগা পুথোরক্লে । মুসলিম লীগকী ওইনা জিন্নানা পুখৎলকখিবশিংদি - মুসলিমশিংগী ওইবা তোঙানবা ইলেক্তোরেতশিং থম্বগী মহুত্তা অতে ব্বারোল কয়া থাজৎলকই । মদুগী মনুংদা বেঙ্গল এসেম্বলীদা সিট শরুক অহুমগী মনুংদা অমা মুসলিমশিংগী ওইবা

অসিনচিংবা য়াওরি । বারোলশিং অসি কংগ্রেসনা অহানবদা য়ানিংবা উৎলি, মোতিলাল নেহরুনসু কম্না লৌগৎলি । অদুবু হিন্দু মহাসভানদি কন্না য়ানিংখিদে, মোতিলালদা শেমদোক শেমজিন অমুক তৌনবা শীয়রে । শেমদোক্লিবা অদু জিন্নানা অমুক য়ানিংখিদে । মমৈদদি নেহরু রিপোর্ট হায়না খঙনবদু কংগ্রেসকী ইচম চম্বা চেরোল অমা ওইনা অদুম লৈরে ।

কংগ্রেস মনুংমক্তদসু রিপোর্ট অদুদা চপচানা নীংতম্বগী মহুত্তা "দোমিনিয়ন স্তেটস" তা য়ুম্ফম ওইখিবনা কন্না য়ানিংদবা মী কয়া চোংথোরকই । মখোয় অদুগী মনুংদা, মশাগী চহী নিফু ফাওবা শুদ্রিঙৈদা অকনবা কংগ্রেসমেন অমা ওইরবা; মোতিলালমকী মচানুপা জবাহরলালসু য়াওরি । ইংলণ্ডদা লাইরিক তম্লকপনি, লম কয়া কোয়রুরবনি। জবাহরলাল নেহরু মশামক অকনবা দেমোক্রেত অমনি, মখল খুদিংগী শুপ্নম শাসন শুকয়া য়ানিংদবা নুপানি । ব্রিটিশশিংনা রিফোর্ম কয়াগী মমিংদা মতম মাঙহন্দুনা লাক্লিবা অসিদা মহাক য়াম্না খোইরাং খোইশাওনরবনি । খুদক্তা ব্রিটিশশিং চৎহনখিবা পাম্লম্মী । নেহরু রিপোর্ট অসিবু কন্না য়ানিংদ্রিবা লুচিংবা অমনা জবাহরলালদগী হেন্না নহা ওইরিবা সুভাসচন্দ্র বোসনি । ১৯২১ দা গান্ধীনা নন-কোরপরেসনগী খোল্লাউ লাউরকপদগী ইন্দিয়ান সিভিল শার্ভিসতা খল্লবসু চংদ্রবনি । ব্রিটিশনা ভারতপু শাসন তৌবা হায়বসি মঙোন্দদি খ্বাইদগী হেন্না খাঙঙমদবা অবাবনি । নেহরু রিপোর্টপু কংগ্রেসতগী তোক্নুনা "ইন্দিপেন্দেন্স ওফ ইন্দিয়া লীগ" তোঙান্না শেমদুনা মখোয়গী অপাম্বা অদোমদা চংশিনগনি হায়না তকশিনখি । ককঙাউনরবা মোতিলাল গান্ধীদা হায়জদুনা কংগ্রেসগী লুচিংবা অমুক ওইহল্লে, ১৯২৯ লোইরকপদা সরকারনা মপূংফাবা নীংতম্বা (পূর্ণ স্বরাজ) তানবগী খোঙজং চংশিল্লগনি হায়না সরকারদা খঙহনবা হায়বা ফিরেপ অসি লৌরগা রিপোর্ট অদু কংগ্রেসনা য়াননবা হোৎনখি । ১৯২৮ গী ডিসেম্বর থাদা ফমখিবা কংগ্রেসকী কলকাতা সেসন্দা অসুম্না তাইশিন্নবা মওং অসি য়াননবা থাজংখি । অদুবু মফম অদুগী কল-কারখানাদা থবক তৌরিবা শীম্নীশিংনা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা য়ানিংদবা উৎলি; মখোয় লিশিং কয়ানা কংগ্রেসকী মিটিং তৌফমদা পুল্লপ চংশিন্দুনা পুং অনী চুপ্না নীংতম্বগী খোল্লাউ লাউখি, "সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিক ওফ ইন্দিয়া" শেম্বীয়ু হায়না কন্না দাবী তৌই । ঈরাং অদুনা গান্ধীগী পুকচেল হোংহনবা ওমখিদে । অদুবু মীয়ামগী হোংলক্লিবা ফিরেপ অদুবুদি খুঙশিন -উশিন্নদবা ঙমখিদে । হোংলক্লিবা মীয়ামগী ফিরেপ অসি, রাশিয়াগী রিভোলুসন্না অয়াম্বা লমজিংখিবনি হায়বদা খোইনা চিংননিংঙাই লৈখিদে । ব্রিটেনগী মায়য়োক্তা আইনগী ওইবা আন্দোলনশিংনা

অহোংবা খজিক্তং পীক্লা পুরকখিবা অদুদা য়াম্না পেন্নদদুনা কম্যুনিস্তশিংনা ১৯১৭ তা রাশিয়াগী নিংথৌ জারশিং শক্তিদগী থাংথখিবা অদুনা নহারোল নেসনেলিস্তশিংগী পুক্লিং হুবা ঙমখি । কম্যুনিজম্না হায়রিবদি পৃথিবীগী লন-থুম পুম্নমক মফম চপ মান্ননা য়েন্নগদবনি, পান্দম অসি থবক শুরিবা মীশিংতনা মখোয়বু ওৎ-নৈরিবা মরমগী মী ওইসনু মপানগী মী ওইসনু, রিভোলুসনগী মতেংনা লাম্থেংনদুনা ওইহনগদবনি হায়বসিনি । রাশিয়াগী বোলশেবিকশিংনা লম্বী অসি ফাংলে, মখোয়না অতৈ লৈবাকশিংদসু "রেদ রিভোলুসন" (কম্যুনিস্তকী ফিরালগী মচুনি - রেদ হায়বদি অঙাংবা) দা মতেং পাংননবা শেমশারে হায়রকই ।

বোলশেবিকশিংনা অহানবা মরি লৈনরক্লিবা ভারতমচাদি নরেন ভট্টাচার্জীনি - মহাকপু মনবেন্দ্রনাথ রোই হায়বা শেমজিনবা মিং অসিনা হেন্না মীয়াম্না খঙনখি । তাসকেন্ততা মহাক্না "কম্যুনিস্ত পার্তি ওফ ইন্দিয়া" অমা লিংখৎলি । অসুম্না ভারত্তা কম্যুনিজম চংলকই । ঈনোৎ অসিদা থবায় লুপখিবশিংদি কলকাতাগী মুজাফর অহমদ, বোম্বেগী এস, ও, দাঙ্গে, মাদ্রাজগী সিঙ্গারবেলু অমসুং লাহোরগী গুলাম হুসেন্নি । ১৯২২ দা সিঙ্গারবেলুনা কঙ্গ্রেস সেসনদা কঙ্গ্রেসমেনশিংনা শীম্মীশিংগী স্ত্রাইক শীজিন্নদুনা ব্রিটিশরাজগী মায়য়োক্তা পৃথিবীগী ওইবা কম্যুনিস্তকী চাউরবা শক্তি শাগৎনবা হায়খি । অদুগা দাঙ্গেনা "দি সোসিয়েলিস্ত" কৌবা কম্যুনিস্তকী অহানবা চেফোঙ ভারত্তা পুথোকই । (সোসিয়েলিজম অমসুং কম্যুনিজম অনী অসি অচম্বা মওংদা অর্থ মান্নহন্দনা - পোথোক অমসুং য়েম্থোক অনীমক সরকারনা মীয়ামগী অপূনবা য়ায়ফবা পুরকহন্দুনা সমাজগী সিস্তেম অমা শাগৎপনি; ইনাকখুনবা অমসুং লাইরবা খায়দোক্তুবা সমাজ অমা শেমগৎপা হায়বসিনা কম্যুনিজমগী অরোইবা পান্দমনি ।) ১৯২৫ দা কম্যুনিস্ত পার্তি ওফ ইন্দিয়া মওংতানা লিংখৎলে, মপানগী শক্তি অমগী এজেন্তনি হায়দনবা পার্তি অসিনা রাশিয়াগা মরি লৈনদে হায়না লাউথোকলে । মতম খজিক্তংগী মনুংদা কল-করখানাদা থবক শুরিবশিংগী পুক্লিং ফাজিনবা ঙমদ্রে । ১৯২৭ তগী হৌনা লৈবাক অসিগী চাউর চাউরবা লেবর ইউনিয়নশিং পার্তি অসিনা পায়শিনলে, য়াম্না হৈশিংনা স্ত্রাইক কয়া পাঙথোকপা ঙমলে । মদুগী মনুংদা সাউথ ইন্দিয়ান রেলবে, বোম্বেগী টেক্সটাইল বার্কসশিংগী ইউনিয়নশিং য়াওশিনখ্রে । লোয়ননা, চাউরবা গিরনি কামগার ইউনিয়নসু য়াওরে । রাশিয়াগী ঈথিন অসি কম্যুনিস্ত লেবর মুভমেন্ততদা নংখিদে । ১৯২০ দগী ১৯২৯ ফাওবা মতমগী ময়ায় চনবদা অনৌবা টেরোরিজম মথি ফোংলকই । সচিন সন্যাল অমসুং যোগেশচন্দ্র চেটর্জীনা লিংখৎখিবা "হিন্দুস্থান

সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান এসোসিয়েসন" নদি টেরোরিজম অসি ধর্মগা মরি লৈনহন্দবতা নত্তুনা, ব্রিটিশ তাম্থোকপ্লগা মীনা মীবু ওৎপা হায়বসি পুমতোক তোকহনগদবনি হায়খি। (বোলশেবিকশিংনদি ধর্মবু মীগী কানিগুম্বা নিশানি হায়, অদুবু মীনা মীবু ওৎনৈদবা হায়বসি মখোয় মখোয়গী ধর্মনি হায়।) ১৯২৮ দা এসোসিয়েসন অসি অসুম অসুম চাউখৎলক্তুনা "হিন্দুস্থান সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান আর্মি" ওইরক্লে। তশেংবদি "আর্মি" নৎখিদে, মরৈবাক্কীদমক "থবক তৌবা নৎত্রগা শিবা" (দু ওর দাই) হায়বা মন্ত্র অমনা চেৎনা পুল্লবা মরৈবাক য়াম্না নুংশিজবা থৌনা লৈরবা নহারোলশিংগী সংস্থান্নি। সংস্থান অসিগী খ্বাইদগী হেন্না মমিং লৈখিবদি ভগত সিংহনি। লালা লাজপৎ রাইবু তমথিনা হাংখিবা পুলিশ অফিসার সৌন্দর্স, ১৯২৮ গী ডিসেম্বর থাদা এসেসিয়েসন অসিনা লমন খুমদুনা হাংলি।

রাশিয়াগী লম য়াম্না পাকচাউই, অমসুং ভারতকা য়াম্না নক্লে। মরম অসিদগী ব্রিটিশশিংনা রাশিয়াবু মখোয়গী ভূত -প্রেৎকুম্না মতমশাংনা মীৎয়েং অসি থমলক্লিবনি। হৌজিক্তি মখোয়না ভারত্তা কম্যুনিজম শন্দোরক্লে। ব্রিটিশশিংনা খঞ্জরম্বদু চুমলক্লে, কম্যুনিস্ত লুচিংবশিংদগী ব্রিটিশনা ভারত্তা খুদোংথিবা কয়া নংলক্লে। ১৯২৮ দগী অসিগুম্বা লুচিংবা কয়া লৈবাক থুগায়নবা হোৎনৈ হায়বগী মরাল পীশিন্দুনা জেলদা থমলে। অদুবু মরালশিং অদু প্রমাণ তৌবদি ওমখিদে-মরু ওইনা কানপুর বোলশেবিক কন্সপিরেসি কেশ অমসুং ১৯২৯ মার্চকী মীরট কন্সপিরেসি কেশ অসিনচিংবা। অকোনবগী অসিদদি কম্যুনিস্ত লুচিংবা নৎতবসু য়াওখি। মতম ইকান কান্নদনা টেরোরিজম লাকশিন্নবগীদমক সরকারনা "পব্লিক সেফতি বিল" অমা সেন্ত্রেল লেজিসলেটিব এসেম্বলীদা পুথোরক্লে। এসেম্বলী অদু বিথালভাই পেটেলনা সভাপতি ওইদুনা বিল অদু ককথৎলে। অদুবু ভাইসরোই আইরবিন্না মহাক্কী অখন্নবা শক্তি শীজিন্নদুনা আইন ওইহনখি। ১৯২৯ গী এপ্রিল তাং ৮ দা বিল অদু এসেম্বলীদা খন্নবা মতমদা হিন্দুস্থান সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান আর্মিনা মশাগী ব্বারোল কয়া পুখৎতুনা অথিংবা পীখি; নহা ওইরিবা "সিফাই" অনী - ভগতসিংহ অমসুং বাতুকেশ্বর দত্তনা ভিজিটরস গেলেরীদগী এসেম্বলী ফম্লিবা মফমদা বোম অনী লংশিন্নকই। মী হাংকে হায়দুনা তৌখিবদি নত্তে, ঙাংনরিবশিং অদু তাদনবগীদমক তৌখিবনি হায়[illegible] মমৈদা মখোয়না শেংদোকই। বিচার চৎথরকপা মতমদা ভগতসিংহনা মশামক অমসুং মাগী মরুপ - তশেংবদি থবক শুবা কাওলুপ (লেবরিং ক্লাস) না দিক্টেটরশিপ ফংননবগীদমক হোৎনরিবা কম্যুনিস্ত রিভোলুসনরীনি হায়খি। "রিভোলুসন অসিগী পূজা তৌফমদা

ঐখোয়গী নহারোলশিং থূপ ওইনা পুরক্লবনি মরমাঁদ মসিদগী হেনবা অতৈ কৎনিংঙাই করিসু লৈতে, ঐখোয় পেল্লে, রিভোলুসনসু ঐখোয়না খৌরাংনা ঙাইরিবনি; "ইনকিলাব জিন্দাবাদ (রিভোলুসন কুয়না হিংসনু)" হায়না লাউরদুনা অকনবা প্রতিবাদ তৌই। মরৈবাক নীংজবগী খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা অমসুং শাথিরবা ফিরেপ অমনি। ভগতসিংহদি ব্রিটিশতবু তাম্বোকপা নত্তে, লম অসিগী মীনা মীওৎ মীনৈ তৌরিবা অসিবু পুমথিং থিংলগা ভারতকী মীচম অমনা মঙক হাইগৎনা চৎচবা অদুনি হায়না মাগী অনীংবা ফোঙদোকই।

খরা লৈরগা লাহোর অমসুং শাহারানপুরদা বোমগী কারখানা ফাগৎলক্লে, লাহোর কন্সপিরেসী কেশ তৌরক্লে। ভগত সিংহ যতীন দাস, রাজগুরু অমসুং শুখদেব - ব্রিটিশরাজগী মায়য়োক্তা লোন্না লালহৌ তৌবগী মরাল লৈরে হায়রে, বিচার চৎথরিঙৈমক্তদা জেলদা থমজিনখ্রে। রাজনীতিগী বন্দীশিংদা থীনা তৌই হায়বগীদমক যতীন দাসনা চরা হেনবগী খোঙজং (হঙ্গর স্ত্রাইক) চংশিনখি, ১৯২৯ গী সেপ্তেম্বর তাং ১৩ দা শিখি। মাগী মরুপ মপাংশিং অদুবুনা মতমশাংনা বিচার চৎথরবগী মতুংদা ১৯৩১ গী মার্চ ২৩ দা হাৎখি। মরিল লৈরবা নহারোলশিং অসি মতমশাংনা মীয়াম্না পূজা কৎনখি। কলকাতাদা যতীন দাস শিবগী সভাযাত্রা মাইল অনীদগী তাদনা মীয়াম্না শরুক য়াখি; ভগতসিংহসু মীয়াম্না খ্বাইদগী হেন্না পামজরবা মীওই অমা ওইখি। আফিসিয়েল রিপোর্ট অমনদি লৈবাক অসিদা গান্ধীবু রাজনীতিগী খ্বাইদগী হেনবা মাঙজিন থাবা লুচিংবা অমা ওইদনবা হোৎনখি হায়না ফোঙখি। মখোয় লেম্না শিখিবদি নত্তে, ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী য়াংলেন শরু তেক্লবা নীংতম ঈহৌ অদু মৈ হৌনা চাকখৎহল্লম্মী।

# ৯

# ঈথক অৱাংবা, ঈথক অনেম্বা

## (১৯২৯ - ১৯৩৮)

ব্রিটিশপু ভারতকী মীয়াম্না য়াম্না য়ানিংদ্রে হায়বা খঙলদুনা ভাইসরোই আইরৱিন্না ১৯২৯ গী কালেম্বাদা ভারতকী নেসনেলিজমগীদমক মরুপ মপাং ওইবগী মতৌ অমা উংলকই। মহাক্না থুনমক ইংলণ্ডদা চত্তুনা ব্রিটিশ মন্ত্রীমণ্ডল (কেবিনেট)গা ৱা তান্নরকই। হল্লকপগা ওক্টোবর ৩১ দা ব্রিটিশ পোলিসিগী অহোংবা অমা লাউথোরকই। সাইমোন কমিশন রিপোর্ট ফোঙলবা মতুংদা লণ্ডন্দা 'রাউন টেবল কনফরেন্স' অমা ফমলগনি। কনফরেন্স অসিদা ব্রিটিশরাজগী মীহুৎ, ভারতকী রাজনীতিগী লুচিংবশিং অমসুং ভারতকী নিংথৌমচাশিং য়াওরগনি হায়রকই। কনফরেন্স অসিনা মখাতাবা রাজনীতিগী রিফোর্মশিং পুথোক্তুনা খন্নগনি হায়না খঙহল্লকই। তশেংবদি 'দোমিনিয়ন স্তেটস' কী ৱাফম মশানা লাকচবনি। সরকারনা মমাঙঙৈদা 'দোমিনিয়ন স্তেটস' অমসুং 'রাউন টেবল' গী ৱাফমশিং অসি অমুক্তা থৱায় য়াওনা ফোঙদোকখিদ্রিবনি, হন্দক্তি ময়েক য়াম্না শেংলক্লে, মরুপ মপাং ওইনা ফম্মিন্নগনি হায়বা য়ারে। কংগ্রেসশিংগী মরক্তা অহানবদা য়ানিংলম্মী, খরা কুপথনা য়েংশিল্লক্লগদি অচৌবা তাং অমনি হায়বা খঙলক্লে। মরমদি "দোমিনিয়ন স্তেটস" পীরকপগী আশা উদে। লোয়ননা, ভারতকী মীহুৎ ওইগদৌরিবশিং, মোত মান্নরোইদবা ঙাক্তনি, পূন্না ফম্মীন্নবা য়াবগী আশা উখিদে।

মরম অসিদগী গান্ধীনা মরু ওইবা মী কয়াগা ৱা তান্নরে। মোতিলাল নেহরু, তেজ বাহাদুর সাপ্রু, এন্নি বেশান্তনচিংবগী মোত লৌরগা ৱাফম অনী ময়েক শেংহল্লে - অহানবদা 'দোমিনিয়ন স্তেটস' কী ৱা ময়েক শেংগদবনি, অতোপ্পনা 'রাউন টেবল কনফরেন্স' দা কংগ্রেসতনা ভারতকী মীহুৎ ওইগদবনি। ভাইসরোইনা ৱাফম অসি খুদক্তা য়ানিংদবা ফোঙদোরক্লে, মখা তারকপদা ব্রিটিশরাজগী মায়য়োক্তা অকনবা থবক চংশিন্দবা য়াখিদ্রে, অনৌবা ফিরেপ অমা ময়েক শেংলক্লে। হিন্দূস্থান সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান আর্মিনা দিল্লী মনাক্তা আইরৱিনগী অখন্নবা ট্রেন কাপথাইনবা হোৎনরে।

কংগ্রেসকী নহারোলশিংগী মপুক ফাননবগীদমক গান্ধীনা ডিসেম্বর ৩০ দা লাহোরদা তৌগদৌরিবা কংগ্রেস সেসনগী প্রেসিদেন্ত ওইনা জৱাহরলালবু হান্নগা থাঙৎতুনা থম্লে।

জবাহরলাল (১৮৮৯ - ১৯৬৮) বু খনখিবগী মরম, গান্ধীনা অসুম্না হায়ই 'মহাক তশেংবদি এক্সত্রিমিস্ত অমনি অদুবু ... মক্তক নোন্নি, থবক্কী মীনি, থুগাই খোংকাইবগী মতাংদা মহাক্না করিসু চংশিল্লোই ....।' মতুংদা ৱাফম অসি য়াম্না চুন্নকই। জবাহরলালগী সভাপতিগী ৱারোলদা অৱাংবা আদর্শ্য, অন্তরজাতিগী মীংয়েং অমসুং তাবদা পেন্নিংঙাই ওইৱা ৱাহৈ ৱাতা য়াম্না য়াওই। মহাক্না হায়ই "ঐ ইশামক সোসিয়েলিস্ত অমনি, রিপব্লিকান অমনি হায়বা ইশানা থম্মোয় শেংনা য়াজে, অদুবু ঐনা নিংথৌ অমসুং নিংথৌমচাশিংগী শাজৎ পামজদে, ইন্দস্ত্রিশিংদা হৌজিক্কালগী নিংথৌশিং পুথোরকপা নিয়ম অমত্তা ঐনা য়াজনিংদে ... ।"

সেসন অদুগী খ্বাইদগী হেন্না নীংশিংনিংঙাই ওইৱা মীংকুপ ডিসেম্বর ৩১ গী অহিং নোংয়াইদা লাকখি, সরকারদা দোমিনিয়ন স্তেটস পীনবগী অরোইবা মতম অদুফাওবতনি। "ইনকিলাব জিন্দাবাদ" হায়না না য়ৈশিনবমখৈ লাউরদুনা, কঙ্গ্রেসনা "পূর্ণ স্বরাজ" (মপুংফানা নীংতম্বা) লংঙথোক্লে, জাতিগী মচু অহুমগী ফিরাল চিংখৎলে। সুভাস বোসনা খুদক্তা পাকশন্না "সিভিল দিসওবিদিয়েন্স" অমসুং "স্ত্রাইক" চৎথনবা কন্না তকশিল্লকই। ৱাফম অদু গান্ধীনা খুদক্তা য়াবা ঙমখিদে, অদুবু মাগী ফিরেপনা কঙ্গ্রেসকী ফিরেপ অদুম ওইদুনা লৈরে, ১৯২১ গী ডিসেম্বরদা হান্না তৌখিবগুম, গান্ধীগী মখুৎতা পুম্নমক অমুক কঙ্গ্রেসনা শীন্নরে।

গান্ধীগী লাল্লোং থুনা লাউথোরক্লে। অহানবা ওইনা, ১৯৩০গী জানুয়ারী ২৬তা কঙ্গ্রেসনা শহর.অমসুং খুঙ্গং খুদিংমক্তা "স্বাধীন্তাগী নুমিৎ" পালন তৌনবা লাল্লোং শীল্লক্লে। পালন অসিদা মীয়াম্না অসুম্না ৱাশকখি: "অতৈ জাতিশিংগী মীয়ামগুম্না ভারতকী মীয়াম্নসু নীংখা তম্বা, শুজমল-ৱাজমল ফংজবা, হিংবদা চংলিবা পোৎলম খুদিংমক ফংদুনা চাউখৎচনবগী খুদোংচাবা পুম্নমক লৌননবা ৱাশকচরি। অসিমসু থাজজে মদুদি সরকার অমত্তনা মীয়ামগী অধিকার অসি করিগুম্বা পীবিদ্রবদি, অমসুং ওৎনৈবিরবদি, মীয়াম্না মদুবু হোংদোকপা নৎত্রগা মুৎথৎপগী অধিকার লৈগনি। ভারত্তা লৈরিবা ব্রিটিশ সরকার অসিনা ভারতকী মীয়ামদা নীংতম্বা পীবিবতা নত্তনা মীয়ামবু ওৎনৈবিরে, ভারত অসি শেল থুমগী, রাজনীতিগী, সংস্কৃতিগী অমসুং থমগী ওইনা মাঙতাকহল্লে।"

ৱাশক অসি মীয়াম্না অশুকপা ফংনা পাম্নরকই, মসু উমদা গান্ধীনা মীয়ামগী মাংগে দালন অদু মায়পাক্লগনি হায়না থাজবা পোকখি। লাইবক ফবনা ১৯২৯ লোইশিল্লকপদা কংগ্রেসকী মেম্বর মশিঙ শরুক তরা হেন্না হেনৎলকই, ৫৬,০০০ তগী ৫০০,০০০

মুক য়ৌরকই । মসি মরু ওইনা জবাহরলালনা কন্না হোৎনজরকপদগীনি । হৌজিক্তি, লৈবাক শীনবা থুংনা কংগ্রেসকী মরা চেৎলক্নে । ব্রিটিশরাজগা নৌহৈননা হেন্না কনশিনবা লাল্লোং চংশিনবা ওন্নগনি নীংনরে । অদুবু, গান্ধীনা হাথু হাথু চংশিনখিদে, থা অমমুক বাখল তৌদুনা অমুক লৈপ্লে ।

অনৌবা খোঙজংগী অহানবা খোঙথাং ওইনা মশামক্লা থুমগী আইনশিং থুগায়নবা হোৎনরে, সাবরমতি আশ্রমদগী অখন্নবা মীওই খরনা মাগী মতুং ইনখি । সাবরমতিদগী দাণ্ডী ফাওবসি কিলোমিটর ৪০০ রোম (সমুদ্র-তোর্ব্বান লোমদা চৎলবদি) শাংগনি । দাণ্ডীদা থুম য়োল্লি অমসুং নিলাম তৌরি । মফম অদু তান্না চৎলগা থুমগী আইন থুগায়গনি । লোয়নননা ব্রিটিশনা থুমগী মোনোপোলী তৌবা য়াহল্লোই অমসুং মখল খুদিংগী থুমদা শীক্লা টেক্স লৌহনবা -মসিনি গান্ধীগী পান্দম । যৌদৌ অসি কংগ্রেস অয়াম্বদদি ওক্লা থোকখি-চাউরবা খোঙথাং অমা চংশিল্লসি হায়রগা মী ৮০ মুক্তগী অশীকপা য়ৌরাং অদুদা চিংনবা পোক্লখি । সরকারদসু ওক্লা থোকখি, খুৎ থিংজিন্দনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈখি । অসুম্না মার্চ ১২ দা আশ্রমগী মীওইশিংনা নুংশিনা কৌজবা "বাপু" গান্ধীগী মাগী সত্যাগ্রহী খরদং অদুগা লোয়নননা দাণ্ডী তান্না শাংলবা খোঙচৎ অদু চংখি ।

গান্ধীনা দাণ্ডীগীদমক খোঙশানখিগদবা নোংমা বাংলিঙৈদা কংগ্রেসমেনশিংগী আশা চাউখৎনবা অমসুং পূক্নিং থৌগৎনবগীদমক, মহাক্লা খোঙচৎ অদুদগী হল্লক্লবা মতুংদা, মফম অতৈদসু থুমগী আইনশিং থুগায়রখিনি, য়ু থকপা অমসুং মপালগী ফিরোল শীজিন্নবা বোইকোট তৌরখিনি, অতৈ অহিংসাগী পাম্বৈ কয়া শীজিন্নরখিনি হায়রম্মী । দাণ্ডীগী খোঙচৎ অদুদা মফম খুদিংদগী মীয়ামগী হৈনিংবা উৎলকই, ভারতকী মনুং অমসুং মপান্দা কল্লবা প্রচার কয়া তৌনরকই । এপ্রিল ৬ তা গান্ধীনা সমুদ্র খোঙবানগী কোঙ্গোল মরক্তা লেপ্লগা থুম খরা পায়রগা মখুৎ বাংনা থাঙ্গৎলি । তাঙ্গা অদুদা রাজনীতিগী লুচিংবী, লাইরিকইবীসু (কবিয়ত্রী) ওইরিবী সরোজিনি নাইদুনা লাউখি: "তরাম্না ওক্লি, আইন থুগাইবা" । নুমিৎ খরনিগী মনুংদা সমুদ্র খোঙবান পুম্নমক্তা থুমগী সত্যাগ্রহ পাকশন্না চংথরকই, লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তা বোইকোট তৌবগী আন্দোলন অচাকপা মৈগুম্না শন্দোক্লখি । মফম কয়াদা উমংগী আইনশিং (শীংয়ানবা, শজিক ফানবনচিংবা থিংবা) য়াওনা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স মুভমেন্ত চংথরকই । মফম অতৈদনা ব্রিটিশকী বেঙ্কশিং, ইন্সুরেন্স কম্পানীশিং অমসুং জহাজগী থবক থৌরমশিং কন্না বোইকোট তৌখি । ব্রিটিশ লল্লোনবশিং কোক শী ভাওনখি । গান্ধীগী ওক্লবা য়ৌরাং অদুনা অওকপওাক্তা ওইথোকহল্লকই ।

কঙ্গ্রেসকী আন্দোলন অদুনা মথুম মরাং হৌহল্লকুনা অতে মরৈবাক নুংশিজবা কয়াসু ফন ফম চোংথোক্লরক্লে। এপ্রিল ১৮ দা সূর্য্য সেন্না লুচিংবা রিভোলুসনরী কাঙলুপ অমনা চিত্তাগোংদা লৈবা লানগী খুৎশু-খুৎলাই শাফমদা খঙহৌদনা লান্দাই, নোংমৈ পুম্নমক পুরকই (অতোপ্পা কাদা থম্বা কার্ত্রিজশিং অদুদি পুরকপা কাউথোক্লখি)। গান্ধীনা হিংসাগী থবক্তি য়াদবনিনা, মখোয়না লান্দাবা চঙবদা "গান্ধীরাজ লাক্লে" হায়দুনা লাউথোকই।

মতাং অসিদা ভারতকী কাচিন অমদা লৈবা পেশবারদা থব্রাই কৎথোকচরবা সমাজসেবক কাঙলুপ অমনা "খুদাই খিদমতগার" (লাইগী মনাইশিং) হায়না মশাবু মিংথোঙ্গদুনা মচিন তুমখৎলকই। মখোয়গী লুচিংবা অব্দুল গফর খান, (মীয়াম্মা.গান্ধীগী অহিংসা য়াম্না পামজনা তৌই হায়বগীদমক ফ্রোন্তিয়ার গান্ধী হায়নসু খঙনবা) মমিং য়াম্না চৎলকই, মহাক্না করিসু তৌরক্ত্রবসু সরকারনা মাবু ফাজিনল্লী। মদুদা মী কয়ানা অমুক অকনবা ঈরাং তৌরক্লে, লাম্মী পুশিন্দুনা নমথহল্লে। মী চা কয়া শিনখি, গরবালী হিন্দূ সিফাই প্লেটুন অমনদি, মুসলিমশিংদা নোংমৈ কাপ্পু হায়বা য়াখিদে। লাম্মী থুনা হন্দোরকপা তাখি, মদুবু নুমিৎ তরানিগী মনুংদা সরকারনা পেশবার লাকশিনখ্রে। গরবালী-সিফাইশিংগী মপা লৈতনা মরৈবাক নীংখিবা অদুগীদমক তমথিবদগী হেন্না তমথিবা চৈরাক কয়া পীখি; নোর্থ-বেস্ত ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্সতা সরকারনা মতীঙ থোকনা লমন খুমখি।

থৌদোকশিং অসিনা ব্রিটিশরাজবু মিপাইহনখি, কঙ্গ্রেসকী মকোকথোংবা লুচিংবা কয়া গান্ধী য়াওনা ফাজিল্লে। অদুবু মসিনা থোইনা হেন্না মৈ হৌহনখি। মে ৭ তা গান্ধী ফাখিবা নুমিৎ নিনিগী মতুংদা শোলাপুরগী টেক্সটাইল ৱার্কর ৫০,০০০ না চরাংনরক্নুনা সরকারগী লোয়শংশিং আক্রমন তৌই, য়ুগী দুকানশিং মৈ থায়, থুনমক শহর অদুগী মপু ওইরে, নুমিৎ কয়ানি প্রজাশিংগী ওইবা শাসন চৎথদুনা লৈরে।

নীংবা কায়বা আইরবিন্না কঙ্গ্রেস নমথনবা হিংসাগী থবক কয়া চৎথরকই। কঙ্গ্রেসকী ৱার্কিং কমিতি মেম্বর পুম্নমক ফাজিনখি, থা তরুকমুক্কী মনুংদা নুপী অঙাং য়াওনা কঙ্গ্রেস ৱার্কর ৯০,০০০ দগী তাদনা অফা অপুন তৌখি। মসিনসু লোইখিদে; আন্দোলন তৌরিবশিংদা মফম মরাং খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপশিনখি, চৈনা কয়া ফুখি, মী চাম চামনা খুজিং ওইদুনা শিনখি, লিশিং লিশিংনা শোইনাইখি। সাবরমতি আশ্রমদা লৈবা ইকায় খুম্নারবা ইমাম সাহিবনা লুচিংদুনা ধর্শানা সোল্ট ডিপোশিংদা আন্দোলন তৌরুবা অদুখক্তংনা পুলিশকী কাহেনবা শারমচৎ অদুগী খুদম অমা তশেংনা

ওইরে। আমেরিকাগী জর্নেলিস্ত অমনা অসুমনা হায়: "লৈবাক ২২ দা চহি ১৮ চুপ্না রিপোর্টিং তৌরুরগা লাকপদা, ধর্শানাদা থোক্লিবা পাক্তকননা অকিবগী মশক ওইরিবা থৌদৌ অসি অমুক্তা থেংনরকপা লৈখিদ্রি; নুপা, নুপী অমসুং অঙাং পুম্নমক, মখোয়না করিসু অকায়বা তৌজরুদ্রবসু, তৌগে হায়বা অমা য়াওনা ঈ মতুম ঙাক্তা ওইহনখি।"

অসুম্না খোঙনেংনবগী থবক অসিনা আইরবিনগী অপাম্বা ফংবা ঙমদ্রে। লালহৌবগী ঈরাং অসুম কনখৎলকই, ব্রিটিশকী লল্লোন ইতিক্কী ফিবম অসুম অসুম ফৎচিল্লকক্লে। মরম অসিনা ব্রিটিশরাজনা কঙ্গ্রেসকা তঙাইফদনা খুৎশম্নরকপা তাখি। পুক্লিং থৌগৎপগী অহানবা ৱাঙাং ব্রিটিশ প্রাইম মিনিস্তর মশামক্তগী লাকখি। ১৯৩১গী জানুয়ারী ২০ দা কঙ্গ্রেসনা য়াও হায়বা য়াখিদ্রবা রাউন টেবল কনফরেন্স য়েথোকপা মতমদা মহাক্না হায়খি; "ভারতনা থুনমক রেসপোন্সিবল সেল্ফ গভর্নমেন্তকী চিং লেমজবা অমসুং ইকায়খুমনবা অদু ফংলগনি।" জানুয়ারী ২৫ দা নীংতম নুমিৎকী মাঙওইনবদা আইরবিন্না কঙ্গ্রেস ৱাকিং কমিতিগী মেম্বর অতৈশিং য়াওনা গান্ধী থাদোরকই। থৌদৌ অসিনা কঙ্গ্রেসনা পামজরিবা স্বরাজ অদু ব্রিটিশরাজনা পীনিংলমাল্লে হায়না খন্নরে। এলাহাবাদতা শিবা য়ানা নাদুনা লৈরিবা মোতিলাল নেহরু মক্লসু থাজবা পোকই। মহাক্না হায়, "শিবা তারবদি নীংতম্নগা ভারতকী তম্পাক অসিদা ঐ শিজগে। ঐগী অরোইবা য়াহিপ লোইলম অমদা তাঞ্জরোই, নীংতম্নবা লমদম অমদা তাঞ্জরগে।" অদুবু ওইথোকখিদে, নীংতমদ্রিঙৈদা ফেব্রুয়ারী ৬ তা লুচিংবা অসি নোক্লাখি।

কঙ্গ্রেসকী ৱার্কিং কমিতি মেম্বরশিং থাদোক্লবনিনা আইরবিন্না গান্ধীগা খুৎশম্নবা য়ারগনি হায়না খঞ্জে, ৱারি শামিন্নে। ৱারী শান্নরবা মতুংদা মার্চ ৫ দা য়ানবা অমা সহি তৌনৈ। মসিবু "গান্ধী আইরবিন পেক্ট" হায়না খঙনৈ। গান্ধীনা খোঙথাং অনী হন্দে দাকখিবদগী আইরবিন্না মথন্তা মায় পাক্লে হায়না নীংখি। অহানবদা, সিভিল দিসওবিদিয়েন্সকী বন্দীশিং থাদোক্লবদি সিভিল দিসওবিদিয়েন্স অসি মখা চৎথররোই মপানগী পোৎচৈশিং (ব্রিটিশনা শাৱতা নত্তনা) শাস্তি ওইনা বোইকোট তৌবা অদু তৌররোই; অনীশুবদা মথংগী রাউন টেবল কনফরেন্সতা কঙ্গ্রেস য়াওরগনি অদুগা ব্রিটিশকী মখুত্তা দিফেন্স, ফাইনান্স, অমসুং ফোরেন এফেয়ার্স তি অসুম লৈহন্দুনা খন্নবদা য়াওরোই। হান্নলা ১৯২২ দা য়াম্না থুনা নন-কোওপরেসন গী আন্দোলন তোকখিবদা পেন্নখিদবা অদুগুম্না গান্ধীগী কঙ্গ্রেস মরুপ মপাংশিং নীংবা কায়খি,

ওন্নতৈনবা থৌদৌশিং অদুদা চম্মমনখি । অদুবু গান্ধীনা হায়রিবদুদা চিংনরবসু চিংলনা অদুম বাকংনখিদে, পেক্ট অদু য়াবা তাখি ।

থাঙ্গৈশেংবমক্তি, গান্ধীনা আইরবিনগী মফমদা পুকচেল চাউবা য়ান্না উংলি, মখা সন্ধি তৌনরকপদা অমসুং স্বাধীনতাগী লম্বীদা খুরৌ থাংদনা চংশিনবা য়ানবা থৌরাং তৌই । ব্রিটিশরাজনা মরুপ মপাং ওইবগী মতৌ উংলক্লবদা, সত্যাগ্রহী অমা ওইনা য়ানিংদবা কয়া খাঙজিনখিবনি। পেক্ট অদু ইকান কান্নখিদবদি নংখিদে, আইরবিন্না গান্ধীবু লেংমান্নবা অমগুম ব্যবহার তৌরক্লিবা অদু, গান্ধীনা থম্মোয়গী ওইনদি মায় পাক্লবনি । তুংদা ব্রিটেনগী প্রাইম মিনিস্তর ওইরক্লবা বিনস্তোন চর্চিলমক্লা নুংঙাইতবা বাফম খরা ফোঙদোক্লকপা অদুনা ফীভম অসি ময়েক শেংহনখি । চর্চিলনা হায়খি: "মিদল তেম্পলগী উকিল লালহৌবা অমা ওইরিবা মিস্তর গান্ধী হায়বা নোংপোকলোমগী ফকির অমগুম্না ফিজেৎ তংখাই শেত্তুনা নিংথৌ কোনুংগী সিড়িদা অসুম কাখৎলক্লিবা অসি পুক্লিং লাংনিংঙাইহনি, হঙ্গোইনিংঙাইহনি; মহাক মশামক্লা সিভিল দিসওবিদিয়েন্সকী হনবা নাইদনা আন্দোলন চংথ-চংথনা, কিং ইম্পররগী মীওইশিংগা মান্নবা থাক্তা বা তান্নবা লাক্লিবসি ইকাইনিংঙাইহনি।"

অদুমকপু, পেক্ট অদু হৌবদগী অদুম কান্নখিদ্রে । অহানবদা, রাউন টেবল কনফরেন্সতগী করিশু কান্ননিংঙাই লৈতবনা কঙ্গ্রেসনা মপানগী পোৎ-চৈশিং তুমীন্না বোইকোট তৌদুনা মতম শাংনা লৈথোকপা ঙম্লক্রে; অনীশুবদা, মসিগা মরি লৈননা তৌরকপা আন্দোলনশিং লোকেল আফিসিয়েলশিংনা ইরাই লাইনা বদনাম. তৌবা ওমখি; অরোইবদা, ব্রিটিশরাজমক্লা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স আন্দোলনগী চৈথেং কয়া ফংলবসু, করিগুম্বা মরম অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা গান্ধী অমসুং মাগী কঙ্গ্রেসপু নমথনবা থৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরিবনি। এপ্রিল থাদা, হায়গুম্নদনা আইরবিন্নগী মহুত্তা বারী বাতাই শামিন্নবা, বাথোক কয়া তেমশিনমিন্নবদা করিশু থাজদবা লোর্দ বিলিংদন লাক্লে । মাগীদি খুত্তুম শীংবনি । চর্চিলনা গান্ধীবু য়াদবা অদুগুম্না মহাক্লসু গান্ধীবু য়াদে। গান্ধীবু রাজনীতিগী লৌনম হৈবা শীকপ্পবা চোয়চাং তম্বা মীশক অমনি হায় । ১৯৩১ দগী কালেন্থাদগী অসুম্না পেক্ট অদু পুমনান চংলে ।

ওগষ্ট থাদা গান্ধীনা রাউন টেবল কনফরেন্স য়াওনবা ভারত থাদোকলে । চুংশিন্নবা য়াত্রবা মীয়ামগী সংস্থানশিং মুসলিম লীগ, হিন্দূ মহাসভা, লিবরেলস, শিখ, "নমথদুনা লৈপ্পবা কাঙলুপশিং", এংলো ইন্দিয়ানশিং, খৃষ্টিয়ানশিং, ব্রিটিশ কারবার তৌরশিং, - পুম্নমক অসি মশা মশাগী তোঙানবা ইলেক্তোরেত অমসুং রিজার্ভ এসেম্বলী সীট

তান্নিবা ঙাক্তনি, মখোয় পুন্নমক অসিগী মহুৎ কংগ্রেসনা শিন্নদুনা গান্ধী মথন্তনা কনফরেন্স অসি য়াওরুগদৌরিবনি। খন্ননৈনরকপদা তশেংবদি, কাণ্ডলুপ খুদিংগী দাবী তৌরিবশিং খন্নবনি। লীগ, মহাসভা অমসুং শিখশিংনা মখোয় মশেল য়ানবা অমত্তা লৈতবনা ব্রিটিশ সরকারনা য়েৎনরিবশিং অদু হেক্তা ব্বারেপ্লগনি হায়না লেপখি। কনফরেন্স অদুনা মায় পাকখ্রিবদি ভারতমচাশিংগী মরক্তা মোত মান্নব্রিবশিং অদু প্রচার তৌবনা ওইখি, ব্রিটিশরাজনা পামজবসু মদুতনি। ডিসেম্বর লোইরমদাইদা গান্ধী ভারত্তা হল্লক্লে। হেন্না খুদোংথিবা অমুক নংলে। টেরোরিজমগী অনৌবা ঈপোম হৌরক্লে, মিদনাপুর অমসুং তিপ্লেরাগী মেজিস্ত্রেটশিং য়াওনা মী মাপলগী মথৱাই মাঙলে। মিদনাপুরগী মেজিস্ত্রেটতি স্কুল তন্নিবী নুপীমচা অনী শান্তি অমসুং সুনীতি চৌধুরীগী খুজিল থৌরাংদগীনি। থৌদোক অসিনা সরকারবু নমথনবগী তমথিরবা থবক কয়া পায়খৎহল্লী। খুদম ওইনা চিটাগোংমক্তদা হিন্দু নুপা মচা চহী ১৬ তগী ২৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবা পুন্নমক আইদেন্তিতি কার্দ পুবা তাখি, একাগাড়ী তোংবা য়াহনখিদে, নুমিদাংদা কর্ফিউ থমখি। প্রোভিন্সশিংগী সরকারনা টেরোরিস্তশিংবু শৌগৎলে হায়না চিংনরবদি ফানিংবা মী ফাবা ঙমহনখি।

নোর্থ বেস্ট ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্স অমসুং ইউ:পী: দসু সরকারনা ওৎ-নৈবা অমুক হৌরকই। "খুদাই খিদমতগার" শিংনা ফুরিৎ অঙাংবা লিংলুবদগী কম্যুনিস্ত ওইরে হায়না সরকারনা খনখি। মসিগী ওন্নতৈনবদা মখোয়না কংগ্রেসকা পুনশিন্নখি। খোঙজং হেনজিল্লকপদগী মখোয়গী লুচংবা আব্দুল গফর খান জেলদা থমজিনলে। ইউ:পী: দনা লৌউশিংউবগী পোংথোক্কী মমল য়াম্না হন্থরকখিবদগী লমদম অদুগী লৌমীশিংনা খাজনা পীবদা মতেং খরা ওইনবা হায়দুনা এলাহাবাদ দিস্ত্রিক্তা "সত্যাগ্রহ" অমা জবাহরলালনা শীল্লাংলুবগীদমক মহাকপুসু জেলদা থমজিনখি।

'পেক্ট' অদু মওং চারক্রুবদা উপায় অমা পুথোক্রুবা গান্ধীনা ব্বিলিংদনগা ব্বারী শানবা হোৎনখি। ব্বিলিংদন্না উন্নসি হায়বা য়ারকখিদে। নীংবা কায়রবা গান্ধীনা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স অমুক চৎথরগনি হায়না লাউথোকই। মদুগী পাউখুম ১৯৩২ গী জানুয়ারী ৪ দা ব্বিলিংদন্না পী, কংগ্রেস তকথায়রকই, অতে কংগ্রেসকী লুচিংবশিংগা লোয়ননা গান্ধী ফাজিনলে, কংগ্রেস অমসুং মসিগা মরি লৈনরিবা সংস্থান পুন্নমক আইন্না য়াগ্রে হায়না লাউথোকগ্রে; কংগ্রেসকী মরল মথুম মৎলে; অথিংবা পুন্নমক মায়রোক্লনবা প্রোভিন্সশিংগী সরকার পুন্নমক্তা "ইমর্জেন্সী" শক্তি পীরে। পান্নিবদি কংগ্রেস ময়ৎনা মুৎথৎপনি। অনৌবা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট সার সামুয়েল খোরেন্না "হুন্দক্তি লান লোয়রে" হায়না হায়খি।

গান্ধীনা লণ্ডনদা চংত্রিঙৈ মমাঙদা ব্রিলিংদগীদি কংগ্রেস মুংথংনবা থৌরাং হান্না তৌদুনা থনম্লবনি। ১৯৩১ লোইহিন্রিঙৈদা চয়োল তরক্কী মনুংদা পাঙথোক্কদবা থবকশিং য়াংথোক্কুনা থমম্লবনি। সরকারগী মেছিনরী পুম্নমক খুদক্তা থবক হৌহনম্লবনি; আন্দোলন তৌবমখৈ লিশিং লিশিং ওইনা জেলদা থমজিনলে; পুলিশশিং থাদোক্কুনা ওং-নৈবা কয়া তৌহনলে, খুঙ্গংশিংদা য়াংলেন শরু তেকপমখৈ কলেক্তিব ফাইন লৌখৎলে; খাজনা থীয়ু য়াদবা লৌমীমখৈ খুদক্তা লৌফমতা নত্তনা মপোৎ মচৈ কয়া মুপ্লে; অঙাংমখৈ, "হুইপ্পিং এক্ট" কী মখাদা ফু চৈরে, পাউচেশিংবুনা হান্না অমুক্তা তৌদ্রিবা মওংদা চরম মেৎলে। মে থাগী অঙনবদা মী ৮০,০০০ ফারে, ৪০,০০০ হেনবনা দণ্ডী পীরে। অদুবু, লুচিংবসু লৈজদ্রবা, মরল মথুমসু কোক্লবা কংগ্রেসনা, নোর্থ বেস্ত ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্স, ইউ পী, বিহার,বেঙ্গল অমসুং বোম্বে শহরদা পাকশম্না সিভিল দিসওবিদিয়েন্সকী থবকশিং চৎথরে। ১৯৩২ লোইহিন্রিবফাওবদি সরকারনা মায় পাক্লে হায়বা য়াদ্রি; ১৯৩৪ গী এপ্রিল থা ফাওবদি আন্দোলন অসি মপাঙ্গোংগী ওইনা তোকপ্লে হায়বা য়াদ্রি ।

মরক অসিদা ইতোপ তোপ্পা হীরম অমদা গান্ধীনা চংশিল্লক্লে। অনীশুবা রাউন টেবল কনফরেন্সকী মতমদা ব্রিটিশ প্রাইম মিনিস্তর রামসে মেকদোনাল্ডনা পাঙথোক্কনি হায়বিবা "কম্যুনেল এৱার্দ" অদু ১৯৩২ গী ওগষ্ট থাদা ফোঙলক্লে। এৱার্দ অসিগী মতুংইন্না, হিন্দূশিংনা মখোয়গী সমাজগী মরক্তা অমাংবনি হায়না পীদোম্না থম্লিবা "দিপ্রেসদ ক্লাসেস" হায়না খঙনরিবশিং অদু য়াওনা মশিঙ য়ামজদবা মী কাঙলুপ তরামাথোইগী তোঙানবা ইলেক্তোরেত থম্লগনি হায়রে। মেকদোনাল্ডনা অসুমনা মীওইশিং অসিবু হিন্দূগী মপান্দা পুথোক্লবা লাক্লরকপা অসিদা গান্ধীনা শাউরদুনা পুনাগী য়েৰ্বাদা জেলদগী সেপ্তেম্বর ২০ দগী এৱার্দ অসি নীংথিনা শেমদোক্ত্রিমখৈদি শিদ্রিবা ফাওবা চরা হেল্লগনি হায়না লাউথোরক্লে। মসিনা অরুবা সমস্যা অমা ওইহনখ্রে, হিন্দূ অশেঙবগী লুচিংবশিংগা, শোক্ল-পল্লবা য়াদবা মীওইশিংগী ৱা ঙা ংবা মীওই ওইরিবা ডাক্তর বি আর আমবেদকরগা লোয়ননা গান্ধীগী ফমুং ময়াদা ৱা তান্নবা চংশিনখ্রে। খন্ন-নৈনবা অসিগী মখা তারকপা ওইনা শোক্ল-পল্লবা য়াদবশিং অসিনা তোঙানবা ইলেক্তোরেত তান্নরোই, এৱার্দ অসিদা পল্লিবা লেজিসলেটিব সীটশিং অসিদগী মশিঙ হেন্গৎনা ফংগনি হায়না মখোয়দা অচেৎপা ৱা হায়রে। ব্রিটিশ সরকারনা য়ানরিবা অসি লৌখৎলে, নুমিৎ ৬ নিগী মতুংদা গান্ধীনা চরা হেনবা লেপলে।

খুদক্তা, গান্ধীনা "দিপ্রেস্দ ক্লাসেস" অসিদা হিন্দূশিংনা যুগ কয়াদগী অয়াম্বা উৎথোক্লিবা অসি তোকহন্নবগীদমক "ওল ইন্দিয়া অনতচেবিলিতি লীগ" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎলে। থা খরা লৈরগা "হরিজন" কৌবা হাণ্ডাগী চেফোঙ অমা (হরিজন হায়বদি "লাইগী মচা" হায়বা ৱাহৈ অসি গান্ধীনা শেমজনবনি, হিন্দূ সমাজদা ময়াইবক থীরবা মী মিলিয়ন নিফু লৈরিবনি।) পুথোক্লুনা অনৌবা ৱাখল্লোন অমা শন্দোক্লবা হোৎনরে। গান্ধীনা অহানবদা হরিজনশিংবু লাইশংদা চংবা য়াহন্নবা হোৎনৈ; অদুবু হিন্দূশিংনা কন্না য়ানিংলক্তবদগী ১৯৩৩ গী মে থাদা চরা হেন্‌বা অমুক হৌরে। হন্দক্তি মশানা মশাবু শেঙদোকচবনি হায়, অশেঙবা হিন্দূশিংদা মহাক্কী আপীল তাবিনবা হায়জৈ।

গান্ধী জেল মনুংদা শিখি হায়বসি থোক্তনবা সরকারনা মহাকপু থুনমক থাদোরক্লে। ফিরেপ অসি উরক্লবদা চয়োল তরুক সিভিল দিসওবিদিয়েন্স তোক্লে। লোয়ননা ভাইসরোইগা অমুক উন্নবা হোৎনরক্লে। মসিনা ব্রিটিশরাজগা কঙ্গ্রেসকা অমুক খুৎশন্নবগী তঞ্জা ফংলে। অদুবু হান্নগী মতৌগুম্না, ৱিলিংদন্না উন্নসি হায়বদু য়ারক্তে। গান্ধীগী মথংগী খোঙজংদি ওগষ্ট ১ দগী অমুক সিভিল দিসওবিদিয়েন্স হৌরগনি হায়রে, হন্দক্তি মশামক য়াওনা অথন্নবা মীশিংতনা চংশিনগদবা খোঙজংনি হায়খি। ৱিলিংদন্না গান্ধীবু অমুক ফাজিল্লে, গান্ধীনসু হান্নগা জেলদগী হরিজনগী আন্দোলন তৌবা য়াহল্লম্বদু য়াদবদগী অমুক চরা হেন্‌বা হৌরে। মাগী ফীভম থুনা শোকচিনমল্লকপদগী সরকারনা আগষ্ট ২৩ দা থাদোরকই।

মসিগী মতুংদা গান্ধী মশামক হরিজনগীদমক চপ য়ুংনা লেপলে। চহী অমরোম চুপ্না শহর শহরদা অমসুং খুঙ্গং খুঙ্গংদা চত্তুনা শোক্ল-পন্নবা য়াদবগী মায়য়োক্তা নীংথিজবা ৱাঙাং ঙাংদুনা হিন্দূ অশেঙবশিংদগী শেল খোমদুনা "হরিজন ফন্দ" শেমগৎলে। মাগী খোঙচং অসিসু অচম্বদি নৎখিদে, ফিরাল অমুবা পায়বা আন্দোলনকারী কয়ানা মহাক্কী মিটিং কয়াদা মাবু তেমশিংনৈ, পুনাদা মানা তোংলিবা কারদা বোম লংশিল্লকই। অদুমক্পু ১৯৩৪ গী ওগষ্ট থাদা মাগী খোঙচং লোইশিল্লকপদা "শোক্ল-পন্নবা য়াদবগী মতাং লোইশিল্লক্লে" হায়না মহাক্না থাজরে। মসিমক মহাক্কী হেঞ্জিন্না থাজগনবা ওইরগসু হরিজনগী ৱাফম অসি জাতিগী থাক্তা মীৎয়েং চিংশিনবা ঙমখি অমসুং শোক্ল-পন্নবা য়াদবগী ফত্তবশিং হিন্দূ অশেঙবশিংগী থোপতা চংহনখি।

হরিজনগী থবক তৌরুবদা গান্ধীনা রাজনীতিগী লমদা তুংওইনরে হায়না খুদক্তা রাজনীতি তৌবশিংনা ৱারৌনরে। হিন্দূগী সমাজদা জাতি-বর্ণ খায়দোকপা অসি

মুথৎত্রিবমখৈ শোক্ল-পন্নবা য়াদবশিংগী হরাওনিংঙাই করিসু নৈতে হায়বসিদা কন্না থাজজরিবা ডা:আমবেদকরনা গান্ধীবু জাতি বর্ণ খায়বা পাম্বা মীশকনি হায়না মরাল শিরে ।.মালবিয়াগুম্বা হিন্দূ অশেঙবা কঙ্গ্রেসমেনমক্লসু গান্ধীনা কান্নদবদা হিন্দূগী চংনবীশিংদা খুং থিংজিল্লি হায়না অকনবা মোত পীরকই। অদুনা কঙ্গ্রেসকী মরক্তা ঈ শারিবা মীশিংনা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স আন্দোলনদা পুক্লিং লুপকেদি হায়ত্ত্রদুনা শোক্ল -পন্নবা য়াদবগী ব্রাথোক পুশিন্দুনা লৈ হায়না ব্রারৌনে । ১৯৩৩ গী ময়ায় চল্লকপদা সুভাস বোস অমসুং বিথালভাই পেটেল অনীনা কঙ্গ্রেস·অসি অনৌবা নীতি অমগী মতুংইন্না পূমশেম শেমদোকপা তঙাইফদ্রে, অনৌবা থৌশীল অমা পুথোক্তবা য়াদ্রে, মসিগীদমক অনৌবা লুচিংবা অমা তঙাই ফদ্রে হায়রকই । ১৯৩৪ গী এপ্রিলদা, গান্ধীনা ঈহৌ অদু মুংথংলক্লবদা, গান্ধীবু য়াম্না পামজরিবা জবাহরলালমক্লা মঙোন্দা থাজবা পুম্মাও মাঙখিবগী ব্রা হায়রক্লে।

মরম অসিদগী গান্ধীনা রাজনীতিদগী পোথারগে হায়না খল্লকই, অদুবু কঙ্গ্রেস মনুংদা কায়নরক্লিবা অসিদি থিংহৌদবা য়াদে হায়বা ব্রাকম অসিদি হান্না মওং তাহল্লমদবা য়াদ্রি হায়না নীংখি। শেম্নবা হোৎনরিবা সংবিধান অসিগী মখাদা স্বরাজিস্ত নংত্রগা রাইত্তিস্ত হায়না খঙনরিবশিং অসিনা ইলেক্সন য়াওবা পামলি, অদুগা লেপ্তিস্ত হায়রিবা কাঙবু অসিনা, (মখোয়গী মশিঙদি য়ামখৎলক্লি ) অচৌবা অহোংবা কয়া অমসুং সমাজগী ওইনা অচুম্বা কয়া পুরকখিনি হায়রি। অনী অসিগী মরক্তা শান্দাইনবা ঙম্বা মীদি জবাহরলালতনি হায়না গান্ধীনা থাজে। অদুগা মহাক্লা হায়: “ ঐ অমদি অতৈ অহল ওইশিল্লক্লবা নুপা নুপীশিংনা তোকখিবদা কঙ্গ্রেসকী তিংখংগী লুহংপ অসি উপকদবদি জবাহরলালতনি হায়বসি মশানা তাজবনি।” ১৯৩৪ গী ওক্টোবরদা খুঙ্গং চাউখৎনবা হোৎনবদা শরুক য়ারুনবগীদমক গান্ধীনা কঙ্গ্রেস থাদোকখি।

## ১০

# অব্রা-পোলোইনবা ফীভম অমা শাগৎলকপা

## (১৯৩৪-১৯৪০)

১৯৩৪ গী জুন থাদা কঙ্গ্রেসতা সরকারনা অথিংবা থম্নম্বা অদু লৌথোকখ্রবদা চয়োল খরগী মনুংদা শিরুরবদগী হিঙ্গৎলক্লে- হেন্নদুম মপাঙ্গল লৈরক্লে। ব্রিটিশরাজগা মতম শাংনা লান্থেংনরকপদগী অনৌবা ৱাখল কয়া, সমাজগী অনৌবা কাঙলুপ কয়া, তোৎন-তিন্নবা ওন্নক্লে। লাইরিক হৈতেবা খুঙ্গংগী নুপা, নুপী, নুপামচা অমসুং নুপীমচা কয়া লিশিং লিশিং কঙ্গ্রেসতা য়াওশিল্লক্লে। ফ্রোন্তিয়ার গান্ধীগী মপান্দগী নোর্থ ৱেস্ত ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্সতা কল্লবা অনৌবা খোঙদাফম অমসু ফংলে; মফম অদুগী লুচিংবশিংনা, মথকলোমদগী লমজিং কয়া হৃকথেংননা ফংদবদগী, মশা মশাগী শক্তি অমসুং পাঙ্গল মথন মথন্তনা য়াম্না শেমগৎচরক্লে; থা কয়া ৱিলিংদন্না ওৎনৈথিবদু থিংবা ওমথিবদগী মশানা মশাবু থাজবা য়াম্না হেন্সৎলে।

অমরোমদনা, ব্রিটিশরাজনা অতোপ্পা মওং অমদা মীৎয়েং থম্লি; কঙ্গ্রেসপু শর্ত অমত্তা য়াওদনা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স তোকহনলে, মশাগী অশোকপশিং লেক্কুনা লৈরে; রামসে মেকদোনাল্ডগী কম্যুনেল এর্বাদনা কাঙলুপ মচেৎ মচেৎ তাহন্দুনা জাতিগী ওইবা অপূনবা খোঙচৎতা শেমজিনবদা ৱারগদবা অমাঙবা কয়া থোকহনলে; খিলাফৎ মতমগী কঙ্গ্রেসকা লীগকা খুৎশম্নখিবা অদুসু পুমতোক তোক্লম্রে। ১৯৩৩ গী ময়ায়দগী ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্ততা খন্ন-নৈনখিবা রাজনীতিগী রিফোর্মশিংদা মশক মচু থোকখিদবা অদুদা কঙ্গ্রেসকী ফীভম শোকচিল্লিবা অদু ময়েক শেংনা উৎলে।

সাইমোন কমিশন্না থিজিন হৃমজিনখিবা, ফাগি ভারবা রাউন টেবল কন্ফরেন্সকী মীফম অহুম, ১৯৩৫ গী আগষ্ট ৪ গী গভর্নমেন্ত ওফ ইন্দিয়া এক্ট - চহি তরেৎচুপ্পা তন্দে-মান্দে খন্ন-নৈনরকপসিনা, কঙ্গ্রেসনা তানজরক্লিবা তল মপুম অদু শুপ্নগী তনগং মচেৎ খজিক্তং ওইদুনা তোক্লে। এক্ট অসিনা চাউনা পুরকখিবা অহোংবা হায়ববু প্রোভিন্সশিংদা "দাইয়র্কি" গী মহুত্তা "পোপুলার রুল" অসিতনি। অকোনবগী অসিদা মীখলদা কাররুবা মন্ত্রীশিংনা থবক লোইনা পায়রগনি, গভর্নরনা ইমর্জেন্সীগী মতমদা অথন্নবা শক্তিগুম্বা খরতমক য়েংশিল্লগনি। অতোপ্পা খোঙথাং অমনা নুপীসু ভোট পীবা য়ারগনি, ভোটরশিংগী মরল-মথুমগী চাং য়াম্না হৃম্বরগনি হায়বসিনি। মসিনা এলেক্তোরেত অসি মীশিং মিলিয়ন ৬ তগী ৩০ ফাওবা হেঙ্গৎহনবা ওমলে।

এক্ত অসিনা ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংসু - অপূনবা ভারত্তা য়াওহল্লগনি, সেন্তরদা লৈরিবা ফেদেরেল গভর্নমেন্তকী লাব্বার হাউস(ফেদেরেল এসেম্বলী) কী মেম্বর মশিঙ শরুক অহুমগী মনুংদা অমা নোমিনেত তৌহল্লগনি; অপ্পর হাউসতনা (কাউন্সিল ওফ স্টৈত) শরুক মঙাগী মনুংদা অনী নোমিনেত তৌহনগনি। অসুম্না নোমিনেত তৌরক্লিবা মেম্বর ময়াম অসিগী মতেং লৌরগা রাজনীতি, সামাজিক অমসুং অর্থনৈতিকী চাউখৎ খোঙজেল তাক্লক্লিবা পুম্নমক মীচং শেমদুনা তাশিন-উশিন্নদনা য়ারগনি হায়বা ফিরেপ অসি ময়েক শেংলক্লে। মসিনসু পেন্দ্রদুনা, দিফেন্স, ফাইনান্স, ফোরেন এফেয়ারর্স অমসুং রেলব্রেনচিংবা মরু ওইবা হীরম কয়া অসিদি ভাইসরোইগী শুপ্নম শাসন মখাদা অদুম থমখি।

অদুমকপু হায়রিবা ফেদেরেসন অসি নিংথৌমচাশিংনা য়ানিংদবনা মথব্রাই পান্দ্রি। নিংথৌ পানবা ষ্টেট শিংগী অপূনবা মীশিঙ-তংখাই নৎত্রগা তংখাইদগী হেন্না মছুৎ শীনবশিংনা ফেদেরেসন অসি য়ারবদি অতৈ লেমহৌবশিংনসু য়াগদবনি হায়বা ফীভম অসিগী মতুংইন্না এক্ত অসিদা নিংথৌমচাশিংবু য়ানিংবা নৎত্রগা য়ানিংদবা ফোঙদোকপা য়াগনি হায়রি। অদুমকপু ব্রিটিশরাজনদি মখোয়না য়ারক্লবা কন্না তকশিনখিদে, মখোয়নসু কঙ্গ্রেসকী ব্রাখল্লোনদা মখোয়গী লৌচা, শক্তি অমসুং খুদোংচাবশিং অদু য়ানিংদবনা, কঙ্গ্রেসকা খুৎশম্নবসু পামখিদে। অসুম্না ফেদেরেল কীমগী থরক ওইনা চৎথবা ঙমখিবা হায়বদু ফেদেরেল কোর্ট অমা অমসুং ফেদেরেল বেঙ্ক অমা থম্বা ঙমখিবা অসিতনি।

য়াম্না মরু ওইরিবা ব্রাফম অমনা ভারত্তা সংবিধানগী মরমদা খুমাং চাউশিন্নবা "দোমিনিয়ন স্তেটস" থম্বগী মতাংদা আইররিম্না হায়রম্বা অদু চহী ৬ হৌখ্রবসু এক্ত অসিদা করিসু পল্লমদ্রে। ব্রিটিশরাজনা নেসনেলিস্তশিংগা খুৎশম্নবগী মতাংসু য়াওদ্রে। শাখিনা নীংবা কায়রবা কঙ্গ্রেসনা এক্ত অসি হৌজিক ওইরিবা সংবিধান অসিদগী হেন্না মপুক শেংদবা, তমথিনিংঙাই ওইবা মওং অমনি হায়না লৌখ্রে। জবাহরলালনদি "মীনাই ওইবগী চার্তর" অমনি হায়বা ফাওবা হায়খি, মরমদি ব্রিটেন্না শক্তি পুম্নমক পায়শিল্লগা শক্তি য়াওদনা থবক পাঙথোকপা ঙম্লোইদবা দায়িত্ব পুম্নমক ভারতমচাশিংদা হুঞ্জিনলকপনি।

অদুমকপু, মতম অদুখক্তিদি, কঙ্গ্রেসমেনশিংগী মেজোরিতি ওইরিবা রাইহিতিন্তশিংনা, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু প্রোভিন্সশিংগী ইলেক্সনদা য়াওশিনবগী ফিরেপ লৌরে, জবাহরলালসু মদুদা য়াওশিনলে। লাইরবশিংদা মশক থোক্না অব্রাবা কোকহনগনি, ব্রিটিশকী মীনাই য়োল্লিংদগী নাম্থোক্নি হায়বা অকনবা খোল্লাউ য়াওবা

ইলেক্সন মেনিফেস্তো অমা শেম্নগা জবাহরলালনা চোকথবা লৈতনা লৈবাক শীনবা থুংনা চৎলি। মহাক্কী নীংথিজবা মশক মতৌ, নহা ওইবগী পূক্লিং লূপ্পা মওং অমসুং পুকচেল চাউবগী আদর্শ্য-অসিনচিংবা অসিনা চৎখি চৎখিবা মফমদা মীয়ামবু শুমহৎপা ওমলে, গান্ধীগী হেক মথৎদা, মহাক্না ভারতকী খাইদগী হেন্না নুংশিজরবা লুচিংবনি হায়না মীয়াম্না লৌনরে।

১৯৩৭ কী ফেব্রুয়রীদা ইলেক্সনগী ফল হায়দোক্লে, জবাহরলাল অমসুং কঙ্গ্রেসকী ফীভম য়াম্না ফরক্লে, চামগী মনুংদা হুম্ফুতরা হেন্না কঙ্গ্রেসনা ফংখ্রে, প্রোভিন্স ১১গী মনুংদা ৫ দা এবসোলুত মেজোরিতি ফংখ্রে, ৬ শুবা অদুদসু ফীভম অদুম মফখি। অদুবু অৱাবদি মুসলিমশিংগী সীট ৫০০ গী মনুংদা কঙ্গ্রেসনা ২৮ তমক ফংবা ওমখি। তশেংবদি মুসলিম য়াম্না লৈবা মফমশিংদা অয়াম্বনা রিজনেল পার্তিশিংদা ভোট পীনখি। অদুম ওইদুনসু কঙ্গ্রেসনা লৈবাক অসিগী মাইনোরিতি কাওলুপতা মশক থোকপা থবক তৌবা ওমদ্রি হায়বসিদি ময়েক শেংখি।

১৯৩৭ কী ময়ায় চন্নকপদা প্রোভিন্স ১১ গী মনুংদা ৭ তা কঙ্গ্রেসনা শক্তি পায়রে। অদুবু শেল মরাং কাইনা লৈতবনা মিনিস্ত্রিশিং অদুনা লৌমীশিংগী, হরিজনশিংগী অমদি শহরগী লাইরবশিংগী ফীভম করিসু ফগৎহনবা ওমখিদ্রে। প্রোভিন্সশিংগী রেভেন্যুদি মপূং ওইনা লমগী খাজনাদগীনি, মিনিস্ত্রিশিংনদি খাজনা অসি হন্থহনবা পামখিবনি, অদুনা হেক্তহনবগী আশা লৈনখিদে। অতৈ মরু ওইবা মফমদগী লাকদবা রেভেন্যুশিং অদুদি সেন্ত্রেল গভর্নমেন্তকী শেঙ্গাওদা লোইনা চঙল্লবনি, খরবুদি প্রোভিন্সশিংদা য়েন্থোরকখি, অদুবু খরা অদুনদি মশকথোকপা সোসিয়েল বেলফেয়ার স্কীম অমত্তা পাঙথোকপা ওমখিদে। মরম অসিদগী কঙ্গ্রেস মিনিস্ত্রিশিং মায় পাক্লরক্লে, অকনবা আন্দোলন কয়া মায়য়োক্লরক্লে। অদুবু পূক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইখিবা হায়বাবু সি, রাজগোপালচারী, গোবিন্দ বল্লভ পন্ত অমসুং বি জি খেরগুম্বা কঙ্গ্রেসমেন খরনা য়াম্না মত্তিকচাবা মিনিস্তর নৎত্রগা চীফ মিনিস্তর ওইবা ওমখি; কঙ্গ্রেস সরকারশিংনা রাজনীতিগী বন্দীশিং থাদোকখি। মসি গভর্নরশিংনদি কন্না য়ানিংখিদবনি। অরোইবদা, খাদী শেংপা ভারতমচাশিংনা প্রোভিন্স খরদা শক্তিগী ফম্ফমলাংদা ফম্বা ওমখিবা অসিনি।

প্রোভিন্সশিংদা "পোপুলার রুল" থন্নগা সেন্তরদনা "ওতোক্রেতিক রুল" থম্বা - অমী অসি থবক পুম্না কুম্ননা চৎথবা য়ারোই হায়বসি জবাহরলালনা মুম্না খঙই। কঙ্গ্রেস মিনিস্তরশিংনা সোসিয়েল বেলফেয়ার স্কীম কয়া পাঙথোক্লবা অৱাবা কয়া থেংনরিঙেদা জবাহরলালনা নীংতম্বী লাল অসি মমৈদা কময়া মমল ওইহনগদগে হায়বসিদা পূক্লিং

লুপ্তুনা লৈরে। থবক অসিদা মহাক মতীকসু য়াম্না চায়, মরমদি ইতিহাস মমুৎতানা খণ্ডবদগী মতম অদুগী রাজনীতিগী লুচিংবশিংদগী মহাক্না খুমাং য়াম্না চাউশিনবা ওমখি।

জবাহরলাল নেহরুগা গান্ধীগা হৌরকফম শাহৌ য়াম্না খেন্নখি। জবাহরলাল খুনুং চংবা হিন্দু ইমুংদগী হৌরকখিদে, মরম অদুনা হিন্দুগী পরম্পরাগী জ্ঞান অমসুং লৌশিং কয়া মণ্ডোন্দা মমি তাদে। লোয়ননা মহাক্কী মহৈমশিং ইংলণ্ডদা তন্নকই, চহী ২০ খরা হেন্নকপগী অদুবাইদা সাইন্স দিগ্রী ফংলগা বার তম্বা য়ারবনি। অদুবু আইনগী বা অসি মণ্ডোন্দা কয়া পাম্না থোকখিদে, মপা ইবুংঙোনা থবাই লুপ্লিবা নীংতম ঈহৌ অদুদা মহাক্না পুক্নিং চংখি। জালিয়ানবালাবাগতা ব্রিটিশনা শাহিংচাবগী থৌদৌ তৌখিবা অমসুং গান্ধীগী প্রতিভা অদুনা মহাক কঙ্গ্রেসতা য়াওবা তাখি। মহাক অচম্বা কঙ্গ্রেসমেন অমদি নংখিদে; লাইরিক য়াম্না পাই, লম কয়া চংলি, ভারতকী ফীভম,ইতিহাস অমসুং অন্তরজাতিগী মীৎয়েংদগী য়েংখি; দার্শনিক অমগী মিহুল লৈবা মরম্না সমাজগী ওইজ ওইথক নংত্রগা তৌনিংবতা তৌবগী শক্তি মহাক্না খক য়াবা ওমদে, খাঙবসু ওমদে।

১৯১৭ কী বোলশেবিক রিভোলুসন্না মণ্ডোন্দা শাফু য়াম্না লৈহনখি, ১৯২৬-২৭ তা ইউরোপ অমসুং রাশিয়াদা কোয়রুই, অকনবা সোসিয়েলিস্ত অমসুং সাম্রাজ্যবাদীবু য়ানিংদবা মীওই অমা ওইরে। ব্রুশেল্সতা লৈরিঙৈদা কোলোনীগী ওৎনৈবা অমসুং সাম্রাজ্যবাদীগী মায়োক্তা অমসুং জাতিগী নীংতম্বগী লীগ হায়বা সংস্থান অদুগী ওনরেরী প্রেসিদেন্ত ওই। রাশিয়াদা কোয়রিঙৈদা পৃথিবীগী অহানবা কম্যুনিস্ত ষ্টেটকী মায় পাক্লকপশিংদা খোয়দাবা পোকই, থাগত্তুনা আর্টিকল কয়া মথং মথং ইখি; মদুনা মরম ওইদুনা ব্রিটিশরাজবু মহাক্না করি অমত্তা য়ানিংখিদে। ১৯৩৩ দা কম্যুনিস্ত অমনি হায়না চিংনদুনা মতেক খরা জেলদা থম্নুরবসু মহাক্না কম্যুনিস্ত আন্দোলনগীদমক্তদি করিসু তৌখিদে। অদুমকপু ১৯৩৪ দা আচার্য্য নরেন্দ্র দেব, জয়প্রকাশ নারায়ণ অমসুং অতৈ কয়ানা লিংখৎখিবা কঙ্গ্রেস সোসিয়েলিস্ত পার্তিবুদি মহাক্না কন্না শৌগৎখি।

মসিদগী হেন্দোক্তুনা, মহাক্না "সোসিয়েলিস্ত পেত্তর্ন ওফ সোসাইতি" অমা নীংতম্নবা ভারতকীদমক মণ্ড মণ্ডবা হৌই; ১৯৩৮ দা নীংতম্বা ফংগনি হায়বা আশা অমত্তা উরক্রবদা মণ্ড অসি মণ্ডকাউননবা হোৎনৈ। ভারতনা নীংতম্নবা মতুং চহী ১০গী মনুংদা মীচম প্রজা অমগী শেন্থোক শরুক অহুম হেন্দৎহনবা ওম্নবগীদমক মাওজৌননা শেম শাননবা "নেসনেল প্লানিং কমিতি" অমা মহাক্না লিংখৎলি। অতৈ কনা অমত্তুনা খন্থ্রবসু মহাক্কদি নীংতম্বা ফংলগা জাতিগী লুচিংবশিংগী থৌদাং য়াম্না চাউরক্কনি, মাওজৌননা মশা ইংহৌবা তাবনি হায়বসি মহাক্কী অচেংগা থাজবনি। নেসনেল প্লানিং

কমিতি অসিনা শিন্দমফম ওইবতা নত্তনা নীংতম্লবা ভারতকী তুংগী প্লানিং কমিশন ওইরকই, লৈবাক্কী তুংগী য়াইফনবা থৌরাং তৌবদা য়াম্না চাউরবা থৌদাং য়ানবনি।

নেহরুনা ভারতকী রাজনীতিগী ফিরেপতা অচৌবা অহোংবা অমসু পুরকখি। ১৯৩৬ তা কল্গ্রেস প্রেসিদেন্ত ওইনা ব্রারেপ কয়া থাঙ্গৎলি- স্পেইনগী নিংথৌশিংনা রিপব্লিকান গভর্নমেন্তশিং নমথনবা হোংনবদা জর্মনীনা মতেং পাংখিবদু য়ানিংদবা ফোঙদোকই, চীনাদা জাপান্না লান্দাখিবা য়ানিংখিদে অমসুং ইটালীনা অবিসিনিয়া লৌশিনবা য়াখিদে। ১৯৩৮ দা নেহরু মশামক স্পেইন্দা চৎতুনা রিপব্লিকানশিং শৌগৎলুই, জাপানগা লান তৌনরিবা চীনাদা "মেদিকেল মিশন" থাখি। মিশন অসিবু লুচিংখিবা ডাক্তর কোটনিস মথৌ তৌরিঙৈদা মথৱাই কৎখি, ভারতমচাশিংনা অতৈ লমশিংদা সাম্রাজ্যবাদীগী মায়য়োক্তা চংশিল্লিবা জাতি কয়াগা খুৎশম্নখি, লোয়ননা মীওইবগী লাইবক শেম্বদা পৃথিবীগী ওইবা থৌদাং পাঙথোক্লরকপদা শরুক য়াবতা নত্তনা লৈবাক অসিগী চৎথরিবা নীংতম্বগী খোঙজং অসিবুসু ময়েক শেংনা খঙহনখি।

নেহরুগী ব্রাখলদা ভারতকী নিংথৌপানবা লৈবাকশিং অসিবু নেসনেলিস্তকী খোঙজং অসিদা মপুংফানা শরুক য়াহন্নিংঙি। ব্রিটিশশিংনদি নিংথৌমচাশিং অসি মখোয়গী মীচংনি হায়না খন্দুনা ১৯৩৫ গী এক্টতা কল্গ্রেসপু নমথনবা থৌরাংদা মখোয়গী ফমফম চাউনা থাক্লুবনি। অসুম্না ব্রিটিশরাজনা লৈবাক্কী শরুক অহুম থোকপগী অমা মখোয়গী লাইথি ওইহনখিবা অসিদা নেহরুনা থৱায় শোকখি; ফীভম অসি হেক য়ারিবমখৈ থুনা চুমথোক্লদবনি হায়না পূক্লিংদা চপয়ুংনা লেপখি।

হোংনখিবশিং মায় ইপাক পাকখিদবদি নৎখিদে। ষ্টেট কয়াদা প্রজা পরিষদশিং (ষ্টেট পিপল্স কনফরেন্স) শেম্নদুনা মীয়ামগী অৱাবা ফোঙাদাক্লরকই। আলৱারমক্তদা ১৯৩০ হেল্লকপদা তমথিরবা মহারাজগী মায়য়োক্তা প্রজাশিং ঈরাং হৌরক্লে, চহী খরা ইউরোপতা মহারাজ অদু ব্রিটিশরাজনা থমখি। অদুবু অয়াম্বা নিংথৌমচাশিংনা দায়িত্ব য়াওদবা থবক কয়া চৎথরকই। খুদম ওইনা জামনগরদা নিংথৌনা ষ্টেট রেভেন্যুগী চামগী মনুংদা য়াথেগী ঙকয়া মৎখি।

১৯৩৬ তা ওল ইন্দিয়া ষ্টেট পিপলস কনফরেন্সতা সভাপতি ওইরদুনা নেহরুনা নিংথৌশিংদা দরখাস্ত থাদুনা অৱাবা কোকহন্নবা হায়জবগী মহুত্তা মীয়ামগী অচৌবা আন্দোলন তৌগদবনি হায়। খোঙজং অসি থুনমক মহিগুরদা চৎথখি, খুদক্তা মায় পাকখিদ্রবসু নিংথৌপানবা ভারতকী ষ্টেটশিংদা অনৌবা মীংকপ অমদি থোকহনখি। উরিষ্যাগী লমমদা লৈবা ষ্টেট কয়াদা ত্রাইবেলশিংনা লৌমী মীনাই ওইবগী মায়য়োক্তা লাঙ্গংনখি, মীরুং তেল পুথোক্লনা কাপখি; হায়দরাবাদ, ত্রাবাঙ্কুর অমসুং কোচিনগী লমশিংদনা কম্যুনিস্তশিংনা রাজনীতিগী ওইবা রিফোর্ম কয়া পুরক্লনা লমজিংখি।

গান্ধীনা রাজনীতিদগী পোত্থাপ্লবসু, থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদা মহাকসু শক্তি অমদি অদুম ওইরি; মহাক্না কঙ্গ্রেসপু নিংথৌমচাশিংগী লমদা খুৎ থিংজিনবা পামখিদে, মরমদি মায়গৈ অনীথোক্না লাম্ছেংনবা হায়বসি কঙ্গ্রেসকী, শোঙ্গরক্লবা ফীভম শেম্বনি। মরম অসিদগী ১৯৩৮ দা কঙ্গ্রেসনা "পূর্ণ স্বরাজ" অসি ভারতপুম্বগী ওইরবসু নিংথৌপাল্লিবা লমশিংদদি লমদম অদুগী প্রজাশিংতনা লাঞ্জংজগদবনি। অদুবু নেহরুনা মায়পাকপ্লিবসি ব্রিটিশশিংনা নিংথৌমচাশিংবু মতম শাংনা ঙাকশেনবিরিবা অদু থুনমক অহোংবা অমা লাক্লগনি হায়না খঙহনখিবা অসিনি।

চৈরক অসিদা লৈবাক্কী ফীভম হেন্না হেন্না লুশিল্লকই। প্রোভিন্সশিংদা কঙ্গ্রেসনা রাজনীতিগী শক্তি পায়শিল্লকপদা মুসলিম লীগকা য়েৎশিন্নবা কয়া চোংথোরক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা নীংতম লাঞ্জংদা মচাই মচাই তৌনরকপগী খুদোংথিবা কয়া থোরক্লে। মতম খরদি মুসলিম লীগকী ফীভম য়াম্না ফৎলুদ্রবনি, ১৯৩০ লানখৎলকপগী মতম অদুদা মেম্বর লিশিং অমফাওবা ফারুদ্রবনি। ১৯৩৪ না অনৌবা সংবিধান লাকপা হৌরে, প্রোভিন্সশিংদা ইলেক্সন তৌরক্দৌরে। অদুনা লীগকি মপাঙ্গল কনখৎহন্দবা য়ারক্লি। জিন্নাতনা ফীভম অসি ফগৎহনবা ঙমগনি হায়না খন্নরক্লি। ১৯৩১ দগী ইংলণ্ডদা লৈদুনা প্রিভি কাউন্সিলগী উকিল ওইরুরবা জিন্নানা লীগপু লমজিংলগে হায়বা য়ারক্লে। হেক য়ারকপগী থা অদুমক্তদা ভারতকী রাজনীতিদা খোঙদাররে। মতম অদুদা গান্ধীদি রাজনীতিদগী মতম খরা পোত্থাদুনা লৈরিবনি। তাইওন্ননা থোক্লরিবা তাঞ্জা অসি মতুংগী থৌদোকশিংদা য়াম্না মরু ওইরকই।

জিন্না (১৮৭৬-১৯৪৯) ভারতকী রাজনীতিগী লুচিংবশিংগী মনুংদা মকোক থোংনা লৈরিবা লুচিংবশিংগী মরক্তা অমনি। মতম অমদা কঙ্গ্রেসমেন অমা ওইনা গোখলেগা হায়রপ মান্নৈ, কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনীনা ১৯১৬ তা লক্ষ্ণৌ পেক্ট শেমহনবদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। মহাক " হোম রুল" য়াম্না পামজবা লীগকী মীওইনি, রৌলত এক্ট শাখিনা য়াখিদে। গান্ধীনা রাজনীতিদা খোঙদারক্লিঙৈদা মহাক্না কঙ্গ্রেসকী থবক থৌরমশিংদা য়াম্না থবাই য়াওখি, অদুবু মমৈদদি কঙ্গ্রেসপু জাতিগী অপুম্বগী নত্তবা হিন্দুশিংতগী ওইবা সংস্থান অমনি হায়না লৌখি।

মশামক বেরিস্তর অমনি, নহা ওইরিঙৈদা চহী কয়ামুক ইংলণ্ডদা লৈরুই, ইংলিশকী শাজৎ-লমচৎ লোইনা হৈনখি, মতাং অমদদি ইংলিশ ড্রামাদা ফাওবা মমিং লৈরুরে। লীগ মনুংমক্তদা খৎনরিবা চৈনরিবা ময়াম অদু উরুরগা হৈনরক্তদুনা ইংলণ্ডদা চৎখিবনি। মফম অদুদা মহাক য়াম্না চুশিন্ননা লৈবা ঙমখি, কঞ্জার্বেটিব পার্তিগী মেম্বর অমা ওইনা

ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্টতা ফাওবা চংনবা হোৎনখি। অদুবু টিকেট ফংবা গুমদবদগী ভারতকী রাজনীতিদা চংলগে হায়না মপূক্লিংদা লেপখি।

জবাহরলালগুম্না জিন্নানসু ১৯৩৫ গী এক্ট অদু কন্না য়ানিংখিদে, লীগসু ভারতকীদি মপূংফাবা নেসনেল সেল্ফ গভর্নমেন্ত লৈগদবনি হায়না লাউথোকহল্লী। কঙ্গ্রেসকা লীগকা ঈজ্জৎলৈনা য়ানরবদি ব্রাফম অসি শোয়দনা ওইথোক্কনি হায়নসু থাজে। তশেংবদি পার্তি অনী অসি খুৎশম্নরগা প্রোভিন্সশিংদা চুংশিন্নবা সরকার শেম্বা পামজরম্বনি। অদুবু লীং মনুংদা লৈরিবা ইনাকখুনবা মুসলিমশিংনদি কঙ্গ্রেসকী জাতি খায়দবা সোসিয়েলিস্তকী মওং অদুগা চুশিন্নবা য়ারোই হায়না কন্না য়েৎনখি। মরম অসিদগী ব্রাফম অসি কঙ্গ্রেসমেন মরক্তা থোইনা থৌশানখিদে।

ইলেক্সনগী ফলনগা ফংলক্তবনে (মুসলিমশিংগী সীট মশিঙ শরুক মরি থোকপগী অমা ফাওবা লীগনা ফংবা ঙমখিদে।) কঙ্গ্রেসনগা লীগকা পুন্না শক্তি পায়মিন্নসি য়াদবনে,জিন্নানা অনৌবা লাল্লোং অমা শাগৎলক্লে-কঙ্গ্রেসপু হিন্দূগী সংস্থান্নি, মুসলিম মুৎহনগদৌরিবনি হায়রক্লে; কঙ্গ্রেস অমসুং হিন্দূগী মায়য়োক্তা নৎত-নৎতবা কয়া শন্দোক্তুনা মুসলিমগী ঈহৌ শাগৎতুনা লীগপু মপাঙ্গল কলহন্নবা হোৎনরক্লে। কঙ্গ্রেস অসিনা "ব্রিটিশকী সঙ্গীনগী মতেং লৌরগ। ভারত পায়শিনখিগদৌরে," "জাতি মশেল লান তৌনহনগদৌরে" হায়বনচিংবা কয়া অতৎ-অখম লৈতনা শন্দোরকই। গান্ধীদসু অতম্নরা অথিবা ব্রা কয়া হায়জিনখি, নুপা অসিনা "হিন্দূ ধর্ম য়োকখৎনবগীদমক কঙ্গ্রেসপু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরে," "লৈবাক অসিদা হিন্দূরাজ থমগদৌরে" হায়বনচিংবা মরাল শীরকই।

গান্ধী অমসুং কঙ্গ্রেসপু চৈবা অদুনা মুসলিমশিংগী মরক্তা জিন্নাবু য়াম্না পাম্নরকই। ১৯৩৭ লীগকী সেসনদা মহাকপু " কাইদি-ই-অজাম" (অচৌবা লুচিংবা) হায়না তরাম্না ওকই, ১৯৩৮ গী সেসন্দা মিংথোল অসিমক মঙোন্দা কোংনা পী। লীগ মপাঙ্গল কনখৎলক্লে, মী লিশিং কয়া মেম্বর ওইরক্লে, খাইদগী চাউবা মুসলিম পার্তি ওইরে। কঙ্গ্রেসকা ভাব তামিন্নবগীদমক গান্ধী অমসুং কঙ্গ্রেসকী প্রেসিদেন্ত সুভাসচন্দ্র বোসকা ব্রারী শামিন্নবদগী জিন্নাগী ঈজ্জৎ অমুকসু হেন্জৎলে। অদুবু ভাব তামিন্নবা হায়রিবসি কঙ্গ্রেসনা লীগ অসিত্তবু মুসলিমশিংগী অমত্তা ঙাইরবা সংস্থান্নি হায়বসি য়ানলবনি। মসিনা তাক্লিবদি কঙ্গ্রেস অসি হিন্দূগী সংস্থান্নি হায়বনি। ব্রারী শাবা অদু কান্নখিদ্রে, কান্নখিবা হায়ববু জিন্না অমসুং মহাক্কী লীগ মমিং চৎপা হেন্জৎখি।

কঙ্গ্রেসনা হিন্দূশিংতগী পার্তিনি হায়য়ু য়াদ্রবদা, জিন্নানা অতোপ্পা লাল্লোং অমা অমুক তৌরকই। লীগতা রিপোর্ট অনী ইখৎহল্লী। পাল্লিবদি কঙ্গ্রেস মিনিস্ত্রিশিং চৈ থাংবনি, মুসলিমশিংবু তোঙাল্লা তাহল্লে, ওৎনৈবিরে হায়বসিনা পান্দম ওইরে। কঙ্গ্রেসনা অরানবা প্রচার অসি শেংদোক্লবা হোৎনৈ; ভারতকী চীফ জস্তিস সার মৌরিস গ্বায়রদা বিচার তৌহল্লী। বিচার অদু জিন্নানা য়ানিংখিদে, মরমদি মহাক্লা পাল্লিবদি মুসলিমশিংগী মরক্তা হিন্দূবু কিহনবনি, লীগতা মুসলিম পুম্নমক চংলক্লবনি।

১৯৩৯ গী সেপ্তেম্বর থাদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঙ্গাও থোক্লকলে। লান হেক লোইবগা নীংতম্লবা ভারতকী অনৌবা সংবিধান অমা শেমদুনা সেন্তরদা "পোপুলার রুল" থমহল্লগনি হায়বগী চপচাবা খোঙথাং লৌরবা মতুংদা ব্রিটেনগীদমক কঙ্গ্রেসনা চপচানা শৌগৎলগনি হায়রে। অদুবু ভাইসরোই লিনলিঠগোনা ফরবা তাঙ্গা অদি লৌখিদ্রে, জিন্নাদা খুদোংচাবা পীরদুনা, তুংদা সংবিধান শেম্নবা হোৎনরকপা খুদিংদা কাঙলুপ-কয়াগী মীহুৎশিংগা তান্নরগা থবক চৎথগনি হায়রক্লে। কঙ্গ্রেসনা অশাউবা অমগা লোয়ননা কঙ্গ্রেসকী প্রোভিন্সিয়েল মিনিস্ত্রি পুম্নমক থবক তোক্লবা হুকুম তৌরে, নবেম্বর থামক্তদা তোকসু তোকখ্রে। হরাওজরবা জিন্নানা ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর ২২দা অৱাবা কোকপা নুমিৎ (দে ওফ দেলিভরেন্স) হায়না লীগনা পালন তৌগনি হায়না লাউথোকলে।

লালহৌ অসিনা, কঙ্গ্রেসপু নমথবা অমসুং সাম্রাজ্যবাদীগী খোঙচৎ কনখৎহনবদা লীগকী মতেং য়াম্না লৌবা তাই হায়না লিনলিঠগোনা থাজে। মরম অসিদগী ১৯৪০গী ফেব্রুয়ারীদা মহাক্লা জিন্নাদা লীগকী রাজনীতিগী ফিরেপ শেম্নবা হায়রে, ইউ্.কেদা মুসলিমগী ৱা চিংথহৌদনবা নীংশিংঙি। মসিগী পাউখুম ওইনা জিন্নানা মুসলিমদি তশেংনা হায়রবদা কাঙলুপ অমখক্তংদা, মপূং ফারবা "নেসন" অমনি হায়রে। ১৯৪০গী মার্চতা ফমখিবা লীগকী সেসন্দা মহাক্লা মুসলমানশিং জাতি (নেসন) অমনি, ভারতকী সমস্যাদি কাঙলুপ মশেলগী মনুংগী ৱা নত্তে, অন্তরজাতিগী শক্লোন য়াওরি, অদুনা থাক অসিদা লৈগনি হায়না হায়রুই। মরম অসিদগী মুসলিমশিংনা মশিঙ য়াম্না লৈরিবা অৱাং-নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী লমদমশিং অসি নীংতম্লবা স্টেট শিং ওইনা পুনশিনগদবনি হায়না লীগনা দাবী তৌরুই।

মুসলিমশিংনা তোঙানবা নেসন অমনি হায়বা ৱাফম অসি ১৯৩০ দা অহানবা ওইনা ভারতকী নেসনেলিজমগী মতম অমগী কবি ওইরম্বা মুহম্মদ ইকবালনা

পুথোকখিবনি। চহী খরা লৈরগা কেমব্রিজ ইউনিভর্সিটিদা লাইরিক তম্লিবা মুসলিম ছাত্র খরনা "পাকিস্তান" হায়বা ৱাহে অমা (পঞ্জাব, আফগানিয়া নৎত্রগা নোর্থ রেস্ত ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্স, সিন্দ অমসুং বেলুচিস্তান হায়বা মিংশিং অসিদগী শাজিনখিবা) শেমদুনা মমা লৈবাক অমগী মঙ মঙখি। ১৯৪০ গী মার্চ থাদা লেপ্পখিবা লীগকী ৱারেপ অমনা পাকস্তান (নৎত্রগা পাকিস্তান অশেঙবশিংগী লম-মমৈদা অসুম্না পুথোক্লখি)গী ৱা পনখিদে, নীংতম্লবা স্টেটশিং হায়বসিসু ময়েক শেংহনখিদে। অদুবু জিন্নাগী অনীংবদি ফেঙেদোকল্রে, ভারত মচেৎ তাহনগনি, হিন্দূশিংগী মখুত্তগী মুসলিমশিং কনগনি হায়বসিনি। নীংতম-ঈহৌদা অৱাবা পোলোই অমগী ঈঙ্গিৎ তৌরে।

জিন্নানা নেসন অনীগী ৱা পুশিল্লক্লিবসিগী মরম অসুম্না পী "হিন্দূ মুসলিম অনীগী ধর্মগী ৱাখল, সমাজগী চৎনবী অমসুং সাহিত্য মান্নদে হায়। মখোয় লৌন-লৈনবসু য়াদে, চামিন-থকমিন্নবসু য়াদে, তশেংনমক মখোয়গী সভ্যতা তোঙান তোঙান্না লৈবা ঙাক্তনি।" মসি অচুম্বসু নত্তে, মরৈ খুৎয়েৎ অসি অর্থ থোক্তে। অর্থ থোক্তবগী মরমদি ধর্মনা, নৎত্রগা তোঙানবা সভ্যতা ফাওবনা "নেসন" অমা শাগদবা নত্তে, মিদল ইস্ততা-থংন থংননা মুসলিম ষ্টেট কয়া লৈরি, ইউরোপতা খৃষ্টিয়ান ষ্টেট কয়া লৈরিবসিনা হায়রিবা অসি পুন্নান লাল্লবনি। মসিদগী হেন্না মরু ওইরিবা ৱাফম অমনা জিন্না পোক্লিঙৈদা শতাব্দী কয়ামুক্তা হিন্দূ মুসলিম পুন্না শান্তি ওইনা লৈমিন্নরকখিবনি। তশেংনা হায়বা তারবদি, হিন্দু মুসলিম জাতি অমত্তনি, মরমদি মুসলিম অয়াম্বা হিন্দূদগী ওল্লকপা ঙাক্তনি; মখোয় মশেল লৌন-লৈনবা য়াদ্রবসু লম লমগী কলচর অময়ুং লোন অমত্তা ওইমিন্নরিবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা বেঙ্গলী মুসলিমশিং পঞ্জাবী মুসলিমশিংদগী বেঙ্গলী হিন্দূশিংগা হেন্না নকশিন্নে, মায়ে,অদুগা ফ্রোন্তিয়ার হিন্দূশংনা ত্রাবাঙ্কর হিন্দূশিংদগী হেন্না ফ্রোন্তিয়ার মুসলিমশিংগা মান্নবা কয়া লৈরি। মরম অসিনা নেসন অনীগী ৱাফম অসি অর্থ য়াওদবনি, ব্রিটিশরাজগী "দিভাইদ এন্দ রুল" (খায়দোক্লো অদুগা শাসন তৌ) হায়বদু পুশিল্লমদ্রবদি নেসন অনী করিসু থোক্লমলোইদবনি।

# ১১

# মকোক ঙাওরবা ব্রিটিশ

## (১৯৪০-১৯৪৫)

১৯৪০ গী ওগষ্ট থাদা, জর্মনীনা অকনবা নোংথক্কী লাল তৌরকপদগী হিংননবা অকনবা খোঙথাং লৌখৎলিঙেদা ভারতকী নীংতম-আন্দোলন হৌরিবশিংগী মতেং লৌবা হায়না ব্রিটেন্না লেপলে। ব্রিটিশকী অনৌবা প্রাইম মিনিস্তর বিনস্টোন চর্চিল য়াম্না শাউগনবা সাম্রাজ্যবাদীনি, কঙ্গ্রেসপু তাখি-তাওইনবা মীশক্লি। ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্তকী কঞ্জার্বেটিব মেম্বর অমা ওইনা মতম অমদা মহাক্না হায়খি, " থুনরা তগ্নরা গান্ধী, ভারতকী কঙ্গ্রেস অমসুং মখোয়না পামজবা পুম্নমক লোইশিনগদবনি।" অমুকসু পনখি, "ঐখোয়না ব্রিটিশ ক্রাউনগী খ্বাইদগী লংলবা অমসুং মমল য়াম্লবা মণিমুক্তা অসিবু, খক থাদোকপগী ৱাখল লৈতে, মসিনা ঐখোয়গী দোমিনিয়নশিং অসিবু লোই চল্লবশিংদগী হেন্না ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মিংচৎ অমসুং পাঙ্গল পুরক্লিবনি।" অসিগুম্বা খারবা পুকচেল অসিগা লোয়ননা ভাইসরোই লিনলিঠগোদা কঙ্গ্রেসপু চেকশিন্না কোনশিনগদবনি হায়না চর্চিলনা পাউতাক পীরে।

লিনলিঠগোনা লাল লোইরগা দোমিনিয়ন স্টেতস থম্নবা সংবিধান অমা শেম্নবা থৌরাং তৌরগনি হায়না লাউথোক্নে, অদুবু অসিমসু কাউথোক্তনা হায়রে "হৌজিক্কী দায়িত্বশিং অসি ভারত জাতিগী পুন্সিদা মশিঙ য়াম্বা অমসুং শক্তি লৈবা কাংবুনা হকথেংননা য়ানিংদ্রবদি সরকার অমত্তদা খুৎশিন্নরোই।" মসিনা লোন ফজদনা হায়রিবদি মুসলিমশিংগী মহুৎ শিল্লিবা মুসলিম লীগনা য়াগদবা মওংদা দোমিনিয়ন স্টেতসকী সংবিধান শেমগনি হায়বসিনি। ওগষ্টকী প্রস্তাব হায়না খঙনরিবা অসিনা ওইহল্লকলিবদি কঙ্গ্রেসপু থেম্বদগী হেন্না মুসলিম লীগকা চেৎনা খুৎশম্নখিবনি। ব্রিটিশরাজনা ময়েকশেংনা পাল্লিবসু কঙ্গ্রেস শোম্থনবা লীগপু মপাঙ্গল কনখৎহনবনি। জিন্নাগী থাজনিংঙাই ওইবা মরুপ অমা চর্চিলনা ওইরে। লিনলিঠগোনা মহাক্কী প্রস্তাব অদুনা কঙ্গ্রেসতা তৌবিমল খঙবা উৎপগী মহুত্তা হেন্না শাউহনগনি হায়না চিংনখিবা মশানা তাজবনি। প্রস্তাব তৌখিবা নুমিৎ ওগষ্ট ৮ মতুংদা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নরশিংদা অরোনবা চিঠি ইখি, সিভিল দিসওবিদিয়েন্সকী অনৌবা লাঙ্গং লাকপা য়াবনা চেকশিন থৌরাং পায়খৎনবা হায়রে। কঙ্গ্রেসনসু প্রস্তাব অদু য়াখিদে, য়ানিংদবা ফোঙদোক্লবা লাক্লরে। হান্নগুম্না অমুকসু গান্ধীবু নীংশিংনরক্লে, লুচিংবিয়ু হায়জরুরে, মাগী ঈঙ্গিং ঙাইদুনা লৈরে।

জুন থাদা ওন্তানা গান্ধীনা হায়রক্লে: "ব্রিটেন মাঙ তাকহল্লগা ঐখোয়না নীংতম্বা তানগদবা নত্তে।" সরকারগী লানগী থৌরাং পুম্নমক্তা য়েংকদবা পুম্নমক মহাক্না য়াখিদে। মহাক্না হোৎনখিবদি য়াম্না চেকশিন্না থৌরাং তৌরবা সত্যাগ্রহনি, লান তৌনবা ফত্তে হায়না মীয়াম্না হায়জবগী অধিকার অদু তানবনি। মহাক মশামক্না সত্যাগ্রহ তৌগদবা মীশক খনখি, বা ওাংলুনবা মতম অমসুং মফম মাঙজৌননা ওথোরিতিশিংদা খঙহনবনি। লোয়ননা অয়ুক পুং ৯ গী মমাঙদা নোংমাইজিং নুমিত্তা নৎত্রগা খৃষ্টমাস মনুংদা সত্যাগ্রহ তৌরোইদবনি হায়খি। বিনোবা ভাবে অমসুং নেহরুবু অহানবদা খনখি, মখোয় অনীমক ওক্টোবর থাদা ফাজিনখ্রে। থাংখাং নাইনা ঈহৌ চংশিনখি, ১৯৪১ গী ময়ায় চল্লকপদা কঙ্গেসমেন ২০,০০০ গী মথক্তা মরাল পীজিনখ্রে। সরকারগী লানগী থবক্তা অপনবা পীখিদে, মীয়ামগী মিহুলসু কাংহনখিদে। গান্ধীনা পামজখিবসু মদুতনি, চুম্নগী মমিংতা ওইনা য়ানিংদে হায়বদু ফোঙদোকচবতনি।

মরক অসিদা ব্রিটেন অমসুং মাগী এলাইজশিংগী লানগী ফীভম ফৎচিল্লক্লে। চর্চিলনা ফনা থৌনা লিংজেল লৈনা ব্রিটেনগী পাঙ্গল হাপচরবসু, জর্মনগী মপালৈত্রবা লানগী মেছিনশিংনা ইউরোপকী মপূং ওইবা লমদমশিং মথং মথং তকখাইরক্লে। ১৯৪১গী ময়ায়চনবদা জর্মনীনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী কনবা শক্তিনি হায়না আশা থমজরিবা জর্মনীগী চান্সেলর হিটলরনা ইউরোপ পুম্নমকপু হায়বা য়ারে, লাকশিনবা ওমখ্রে। মতম অমদা শান্তিগী সন্ধি তৌনরম্বা রাশিয়া তাঞ্জা হেক ফংবগা লাকশিন্নবা হোৎনরক্লে। থা অনী অহুমগী মনুংদা লাম্মী পুম্নমক থাজিন্দুনা রাশিয়া লোইশিল্লগা, মথংদা খ্বাইদগী কোন্না লৈহৌরিবা য়েক্লবা ব্রিটেন নমথবগী থৌরাং তৌরে। জর্মনীগী মখুত্তা অসুম অসুম মায়থিশিল্লক্লবদা চর্চিলনা আমেরিকাগী মতেং নীরে। প্রেসিদেন্ত রুজভেল্টনা য়ারক্লে, -চিঞাক, ফিরোল, লালগী খুৎশু খুৎলাই (কোন্না মমলদি পীগদবা) ওইনা ব্রিটেনগী মতেং মতম অদুখক্কী ওইনা, তৌবা য়াবা তৌরক্লে। মসিনা আমেরিকাগী ইন্দস্ত্রি হায়নিংঙাই লৈতনা চাউখৎখি। ১৯৪১ গী ডিসেম্বর থাদা জাপান্না লান য়াওশিল্লকপদগী চর্চিলগী কোক ঙাওবা হেঙ্গৎখ্রে, পৃথিবী পুম্বগী লাঞ্জাও ওনখ্রে।

জাপান্না মশাগী লাম্নীশিং, সমুদ্র অমসুং নোংথক্কী শক্তিদা খ্বাইদগী ন্বাংবা থাক্তা শেমগৎলগা ১৯৪১ গী অনীশুবা তংখাইদা, জর্মনী অমসুং ইটালী অনী পুনশিল্লগা "এক্সিস পাব্বার" হায়না খঙনবা অদুগ্না ইংনা খুৎশম্নরে। ১৯৪১ গী ডিসেম্বর অঙনবদা হাব্বাইদা লৈবা আমেরিকাগী জহাজ থাঙকম পার্ল হার্বরদা জাপানীজ এয়ার ফোর্সনা

বোম থাদদুনা অমাঙ অতা কয়া থোকহল্লে। খুদক্তা আমেরিকানা জাপানগী মথক্তা লান তৌরে হায়না লাউথোকলে, নুমিৎ খরা লৈরগা এপ্রিল পাব্রারশিংনসু ইউনাইটেদ ষ্টেটকী মথক্তা লান তৌরে হায়রে ব্রিটেন্নসু জাপানগীমথক্তা লান্দারে হায়না লাউথোকলে।

জাপান্না লান্দা মায়পাকখিবা অদু জর্মনীদগী তাবা নংখিদে। পার্ল হার্বরদা লান্দাগ্রিঙৈদা জাপান্না ফ্রেন্স ইন্দো-চীনা লৌশিনখ্রবনি, সাউথ-ইস্ত এশিয়া পুম্বা তকশিল্লক্লে, থা অহুমগী মনুংদা দৎচ ইস্ত ইন্দিজদগী দৎচশিং তাস্থোরক্লে, ফিলিপিনদগী আমেরিকানশিং ইস্থোরক্লে, হোংকোং, মালয় অমসুং সিঙ্গাপুরদগী ব্রিটিশ তকথোরক্লে। লমদমশিং অসিগী নীংতম্বা পাম্বা মীশিংগী মতেং ফংননবগীদমক জাপানীজশিংনা "এশিয়াতিকশিংগীদমক এশিয়া" হায়বা শ্লোগান লাউরক্লে। অদুবু নিংথৌরেন হিরোহিতোনদি ওরিয়েন্তশিংগী মপু ওইজবা অদুতা পামজখিবনি; মহাক্লসু ব্রিটিশ ক্রাউন্দা মতম কুয়না ঙাম্থোইরক্লিবা "লংলবা মমল য়াম্লবা মুক্তা" অদু মহাক্কী লুহুপতা ঙাম্থোইনবা ঙমজবী হোৎনখি।

"ফার ইস্ত" তা খ্বাইদগী চাউবা হিথাঙফম ওইরিবা সিঙ্গাপুর লৌশিনখিবা অসি ব্রিটেনগী শাখিরবা মাঙজবা অমা ওইখি। ঈথৎ অদুদা মপানলোমগী সমুদ্রদগী লান্দারকপা ঙমদনবা লানগী খুৎশু-খুৎলাই মরাং কায়না থমদুনা কল্লবা মফম অমা ওইহনখিবনি। অদুবু ১৯৪২ গী ফেব্রুয়ারী থাদা জাপান্না কংকাল লম্বীদা মালেশিয়ারোমদগী লান্দারকই, নোংমৈ অমত্তা কাপতনা ব্রিটিশ ইন্দিয়ান লাম্মী ৬০,০০০ ফাখি। য়াম্না থুনা ইন্দিয়া অসিমক হিরোহিতোগী লাম্মীগী মখুত্তা তাখিগদবা মওং লাক্লবনি। মসিগী মমাঙদা সাম্রাজ্যবাদী ব্রিটেন্না অশুক ৱাবা অমুক্তা খেংনখিদ্রিবনি।

ভারতকী নেসনেলিস্তশিংগী মতেং করম্না ফংগদগে হায়বসি চর্চিলগী শিবা-চংবগী ৱাফম ওইরক্লে। মসিমক্তি প্রেসিদেন্ত রুজভেল্টনা ইনশিল্লকপনি। লান অসিদা আমেরিকানা হেক য়াওশিল্লকপগা মখোয় অনীনা (আমেরিকা অমসুং ব্রিটেন) "আটলান্তিক চার্তর" কৌবা অপুনবা দিক্লারেসন অমা সহি তৌনৈ। চার্তর অসিগী মতুংইন্না মখোয়গী মীচংদা য়াওরিবা লৈবাক পুম্নমক্লা, মখোয়গী প্রজাশিং নীংতম্বা ফংদ্রিবা পুম্নমক্তা নীংতম্বা ফংহল্লগনি হায়। ৱাশক অসিনা ভারতমচাশিংগী পুক্নিং নুংঙাইহনখি, অদুবু চর্চিলনা য়াম্না থুনা শন্দোক্লা হায়খি, মদুদি ৱাফম অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যদদি চৎনরোই। সিঙ্গাপুর মাঙপ্রবা মতুংদদি রুজভেল্টনা চর্চিলগী ৱা অসি ককপদা নৎতনা চার্তর অসিনা পৃথিবী পুম্নমক্তা চৎনগনি হায়না ফোঙনা শেংদোকখি। মনুংদনা চর্চিলদা ভারতপু সাম্রাজ্যগী লাংদগী থাদোকখো হায়না রুজভেল্টনা তকশিনখি।

চর্চিলনদি, থাঙ্গেশেংনমক, ভারত থাদোকপগী ৱা খল্লবা ঙমখিদে। অদুবু ১৯৪২ গী মার্চ ১১ দা "ৱার কেবিনেট" কী মেম্বর অমা ওইরিবা সার স্তাফোর্দ ক্রিপ্সনা ভারতকী লুচিংবশিংগী অনৌবা রাজনীতিগী প্রস্তাব কয়া খন্নরগনি হায়না চর্চিলনা লাউথোকই। লান হেক লোইবগা ইলেক্সন্দা কারক্লবা প্রোভিন্সিয়েল মীহুৎশিংনা পুল্লগা দোমিনিয়ন স্টেতস সংবিধান অমা শেম্লগনি, মদুদা প্রোভিন্সিয়েল অমসুং নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংনা মশা মশাগী ওইনা য়াওনিংবা অমসুং য়াওনিংদবা লেপচগনি; লান মনুং অসিদদি ইন্দিয়ানশিংনা দিফেন্স নত্তনা ভাইসরোইগী একজিক্যুটিব কাউন্সিলগী থবক পুম্নমক পায়বা য়ারগনি হায়খি।

ক্রিপ্সকা ৱরী শান্নবদা মৌলানা অবদুল কালাম আজাদ (১৮৮৮-১৯৫৮) অমসুং জৱাহরলাল নেহরু অনীনা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা ওইখি। ১৯৪১ গী ডিসেম্বর থাদা গান্ধীগী মমিংতা ওইবা সত্যাগ্রহ য়াওরুবগী জেলদা থমখিবা অদুদগী নেহরু অমসুং অতৈ কঙ্গ্রেসমেনশিংসু থাদোক্লবনি, চহী অমগী মমাংদা নেহরুনা কঙ্গ্রেসগী প্রেসিদেন্ত মৌলানা আজাদপু ওইহনখ্রবনি। ১৯৪৫ ফাওবা ওইখি। মৌলানা অজাদ য়াম্না মগুন লৈবা ইসলামিক পণ্ডিতনি, মীৎয়েং য়াম্না পাকই। মহাকপু ময়াম্না খঙনরকপদি মীয়াম্না কাহেন্না পাম্নরবা উর্দুগী চয়োলগী চেফোঙ "অল-হিলাল" ১৯১২ দা ফোঙবা হৌরকখিবা অদুগী সম্পাদক ওইননি। চেফোঙ অসিদা ব্রিটিশনা টর্কিগী পোলিসিগী মায়য়োক্তা লৈখিবা অদু কন্না নিন্দা তৌদুনা ইখি। মুসলিমশিংগী খ্বাইদগী য়ায়ফবা ওইগদবদি কঙ্গ্রেসনা তৌরিবা নীংতম-আন্দোলন অসিদা মপুংফানা শরুক য়াগদবনি হায়খি। মতম অদুদগী হৌনা কঙ্গ্রেসকীদমক পূক্নিং অনী লোংদনা হোৎনবা য়াবা কয়া হোৎনরকখিবা মীওই অমনি।

ক্রিপ্সনা হায়রিবা দোমিনিয়ন স্টেতস অসি লীগনা ১৯৪০ গী মার্চ রিজোলুসন্দা দাবী তৌরিবা নীংতম্লবা মুসলিম মেজোরিটি প্রোভিন্সশিং অদগী খোঙফম শেম্লিবনি হায়বসি নেহরু অমসুং অজাদ অনীমক্না খঙবা ঙমখি। রিজোলুসন অদুবু পাকিস্তান রিভোলুসন হায়না খঙনখি। অদুবু অপাম পামদাগী ৱাফম অমা পল্লিবা অদুনা নিংথৌ পানবা ষ্টেট কয়া দোমিনিয়ন ওফ ইন্দিয়াগী মপান্দা লৈনিংহনগনি হায়বসিসু ওইথোকপা য়ারিবনি। মচেৎ তাবা ভারত অমা অজাদ অমসুং নেহরুনা শুকপাম পামজদবা মরম্না ক্রিপ্সকী মতম খরদংগী ওইবা ৱাফমদা মখোয়গী পূক্নিং থমখি। দিফেন্সকী থবক অসিসু ভারতমচানা পায়গদবনি হায়খি, মরমদি একজিক্যুটিব কমিতি অসিনা নেসনেল কেবিনেট অমগুম্না থবক নীংথিনা চংথবা য়ানবনি। অদুবু ৱারী শাবা অদু মহে য়ানখিদ্রে, কঙ্গ্রেস অমসুং থবায় য়াম্না য়াওনা চংশিঙ্খিবা, প্রেসিদেন্ত রুজভেল্টকী

মীহুৎ কোলোনেল লুই জোনসন, নীংবা কায়দুনা তোকখি। চর্চিল মশামক্তি পেঙখি, মানা হায়খি, "তৌবা য়াব্রা য়েংশি হায়দুনা খরা অদুক হোৎনদুনা য়েংখিরনি।"

ক্রিপ্সনা লাক্লিবা অদু গান্ধীদি থওইনা তৌখিদে, থুনমক অহানবা প্লেন অমদা ময়ুমদা হনগ্রো হায়খি। ব্রিটিশকী মরে অনী লোওবা অমসুং ওৎলৈ পাৱে তৌরিবা অদু মহাক্লা খাওবা ওল্লক্লে। ক্রিপ্স হেক হনখিবগা ব্রিটিশরাজনা ভারত থাদোকখিবা ফরে, মশানা থোকপা অমা তৌজহৌরগনি হায়না মোত পীখি। অদুগীসু মথক্তা ব্রিটিশনা ভারত্তা অসুম লৈশিল্লবদি জাপানীজশিংগী অশাউবী ওইরগনি হায়না থাজখি। হায়বগা তৌবগা মার্চকী ময়ায়দা জাপানীজশিং বর্মা ফাওদুনা আসাম তল্লক্লে, এপ্রিলদনা সমুদ্ররোমদগী বিশাখাপাত্নমদা বোম থাদরক্লে। গান্ধীগী পোরম অসিগী মতুংইন্না কন্গ্রেস বার্কিং কমিতিনা জুলাই থাদা " ভারত্তা ব্রিটিশকী শাসন খুদক্তা লোইশিল্লগদবনি, " য়াদ্রবদি গান্ধীগী লুচিং মখাদা অতোপ্পা সিভিল সিসওবিদিয়েন্স আন্দোলন অমদা হৌরগনি হায়না লাউথোকখি। ওগষ্ট ৮ দা গান্ধীনা অরোইবা ওইনা ব্রিটিশতা ভারত থাদোক্লবা হায়খি, বাশক অমগা লোয়ননা - "ঐখোয়না থবক পাওথোক্লগনি, নৎত্রগা শিরগনি (দু ওর দাই) ঐখোয়না ভারতপু নীংতমহনগনি, নৎত্রগা হোৎনরিবা অসিদা শিখিগনি।"

মথংগী নুমিত্তা গান্ধী নেহরু, আজাদ অমসুং অতে কন্গ্রেসকী লুচিংবা কয়া সরকারনা ফাজিনখি। মসিনা ইংনা তপ্পা চেকশিন্না ওাকশেল্লগা তৌরম্বা আন্দোলন অদু মফম মরাও খণ্ডদনা মৈ হৌরকপগী শক্তম লৌরক্লে। লৈবাক শীনবা থুংনা 'হর্তাল' মতম শাংনা লল্লোনবশিংনা তৌরে, শাউরবা মীয়াম্না পুলিশকা খুৎ থোক্লরে, কল-কারখানাগী শিম্মীশিংনা স্ত্রাইক চৎথরে। লোয়ননা মাঙন-তাক্লবা থবক কয়াসু চৎথরক্লে-পুলিশ স্তেসন, পোস্ত অফিশ, রেলৱে স্টেসন, টেলিফোন অমসুং টেলিগ্রাফ আফিস মশিঙ খণ্ডদনা থুগায়-খোৎকায় তৌরক্লে। অসুক কনবা আন্দোলন অমা ব্রিটিশরাজনা মমাঙদা খক থেংনখিদ্রিবনি।

জালিয়ানবালাবাগকী হেক মথংদা আন্দোলন তৌরিবশিং নমথনবা অহানবা ওইনা লাশ্মী থোমজিল্লকই (বেটালিয়ান ৩৭ তগী তারোই); নোংথক্তগী মীয়ামদা মেছিনগন কাপথরকই, খুজংহল্লা মৈ থাদোকপিরে, হিংচা য়ায়তম্বগী মওংদা কলেক্তিব ফাইন তৌই, মেন মান তাদনা প্রজা কয়া ফু -চৈরে। সরকারনা লমন খুম্বা অদু লোইরকপদা মী লিশিং হেল্লো হাৎস্রে, লিশিং লিশিংনা মরল মথুম মাওস্রে, লাখ অমরোমনা ফাজিনস্রে।

লিনলিঠগো মশামক্লা লোন্না য়াজখি: "১৮৫৭ গী মতুংদা খ্বাইদগী হেন্না শাখিবা লালহৌনি, মিলিতরী সেক্যুরিতিগী য়েংদুনা ঐখোয়না পৃথিবীগী ময়াঙদা লোংশিন্দুনা থমখিবতনি।"

অদুমক্কপু মতম অদুগীদি লিনলিঠগোনা পুন্নমক গান্ধীদা তাইশিল্লে, ফাজিন্দ্রিঙৈদা হান্নন তুমীন্না লালহৌবগী মরাল শীজিনখ্রবনি। লান্না হায়জিল্লিবা অসিগী অৱাবা খাঙনবগীদমক গান্ধীনা চয়োল অহুম চরা হেনখি। অদুবু লিনলিঠগোনা হেন্না অশোকপদা থুম থাকচিল্লকই, চরা হেনবা অদু রাজনীতিগী বিশ্বাসঘাট তৌবনি হায়। চহী অমগুম্বা লৈরগা ১৯৪৪ গী মে থাদা, মেলেরিয়ানা কন্না নারকপদগী গান্ধী থাদোরক্লে। মতম অদুদা ব্রিটেন অমসুং মাগী এলাইজশিংগী লানগী ফীভম খরা ফরক্লে; রাশিয়ানা হিটলরগী লাম্মীশিং তাম্থোরক্লে, আমেরিকানা জাপানগী ঈশিং তেঙ্গোল শাখিনা মায়থিহনখ্রে। ওইরক্লিবা ফীভম অসিদা ব্রিটিশ জাতিগী স্বার্থগীদমক মখোয়গী মতেংনা পৃথিবীগী য়েংদুনা গান্ধীনা "ঐবু শীজিন্নবিয়ু" হায়খি। মদুবু চর্চিলনা করিসু নাচুংখিদে, পাউখুম অমত্তা পীরকখিদে।

মথংদা গান্ধীনা জিন্নাগা "রাজাজী ফোর্মুলা" হায়না খঙনবা অদুগী মতুংইন্না খুংশন্নবা হোংনখি। ১৯৪২ দা সি, রাজাগোপালচারীনা পুথোকখিবা ফোর্মুলা অসিদা অসুন্না য়াওরি কঙ্গ্রেসনা লীগপু ইংথহন্নবগীদমক মুসলিম য়াম্না লৈবা নকশিন্নবা দিস্ত্রিকশিংগী অধিকার শকখঙবা ওইনা, নীংতম্লবা মতুংদা লমদমশিং অদুগী প্রজাশিংনা পান্নবদি, ভারতগী তোঙান্না লৈখিবা য়াগনি। ১৯৪২ দা গান্ধীনা ৱাফম অসি য়ানিংখিদে, অদুবু হৌজিক্তি পাকিস্তান ওইরকপা য়াবগী ফীভম লাক্লবনা, মহাক্লা জিন্নাগা ৱারী শারগা কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনী চঙনা অমুকসু ব্রিটেনগী মায়য়োক্তা লেপমিন্ননবা আশা তৌই। অদুবু জিন্নাগী পামজবদি কঙ্গ্রেসকা সরকারগা অনী য়ানহন্দ্রগা অনীমক্তগী খুদোংচাবা হেক ওন্নমখৈ, "ফীভম শোয়রবা, মশা মউ থুদেক্লবা, তীন চারবা পাকিস্তান" অমা মহাক্লা পামজদে; মহাক্লা পামজবদি নীংতম্বা ফাংদ্রিঙৈদা মুসলিম্না য়াগনি হায়না কঙ্গ্রেসনা ময়েকশেংনা ৱাশকপদগী হেন্না করিমত্র তাবা ওন্নোই হায়রকই। ৱারী শারা অদুনা কান্নখিবা হায়ববু গান্ধীগুম্বা মীশক অমনা জিন্নাগী থোঙজিন্দা লেপ্পুবদা জিন্নাগী রাজনীতিগী ওইবা তোংজবা হেঙ্গৎখিবা অদুতনি।

জিন্নাগী হেন্না ওকচাউ থেকপগী তাঞ্জা অমুক্লরক্লে। লিনলিঠগোগী মথংদা ভারত্তা লোর্দ ৱেভেল লাক্লে। কঙ্গ্রেস ৱাকিং কমিতিগী মেম্বর পুন্নমক থাদোক্লবা মতুংদা, ১৯৪৫গী ময়ায়দা সিমলাদা ভারতকী রাজনীতি লুচিংবশিংগী মীফম অমা শীনখি;

ভাইসরোইগী এক্জিক্যুটিব কমিতি শেমদোক শেমজিনগী মতাং খন্নবনি; কমান্দর ইন চিফ অমসুং ভাইসরোই মশামক্তা অনী অসি নত্তনা অতৈদি ভারতমচা ওাক্তনা কমিতি মেম্বর ওইহনবা হায়বদু য়েংনবনি; মুসলিমগী মশিংগা অশেংবা হিন্দূগী মশিংগা মান্নহনবা য়াব্রা হায়বদু খওদোক্লবনি। প্রস্তাব অসি মুসলিমশিংগীদি য়াম্না হেন্না ফরবনি, অদুবু জিন্নানা য়াখিদে; মরম পীখি - লীগতনা মুসলিম মীহুৎ লোয়নমক খনগদবনি হায়খি। পঞ্জাব, বেঙ্গল, এন দব্লিউ এফ পি দা মুসলিমশিংগী রাজনীতি পার্তি ময়াম অমা লৈরি হায়বা খওলিবা রেভেলনা জিন্নাগী ব্রা অসি তাদবা য়ারম্বনি। মসিগী মথক্তা কঙ্গ্রেসমক্তদসু মমিং লৈরবা মুসলিম কয়া, প্রেসিদেন্ত মৌলানা অজাদ য়াওনা লৈরিবনি। অদুবু রাফম অদু রেভেলনা থুপচিনখ্রে, জিন্নাগী অনীংবা থুংখ্রে, পীক্লিবা লীগপু য়াম্না চাউনা উংথোকপা ওমলে।

মরক অসিদা সুভাস বোস (১৮৯৭-১৯৪৫) না ইতোপ তোপ্পা মায়গৈ অমদা চংশিন্দুনা ইতিহাস শাগৎলি। লানথৌবা অমসুং বিচার তৌদনা মীহাৎ মীপুনগী মায়য়োক্তা ব্রা ওাংলুবগীদমক ১৯৪০ গী জুলাইদা মহাকপু ফাজিনল্লে; মদুগী প্রতিবাদ ওইনা মতম কক্তনা চরা হেনবগী খোওজং মহাক্না চংশিল্লে। মদুনা মরম ওইদুনা মহাকপু জেলদগী থাদোক্লগা ময়ুমদা ওাকশেন্দুনা লৈহল্লে। ওাকশেল্লিবা পুলিশ গার্দশিংদা মীৎত্রং শীজিন্নদুনা ১৯৪১ গী থাদা ময়ুমদগী থোরক্লে, কাবুল অমসুং মোস্কো ফাওদুনা বার্লিন য়ৌখ্রে। ব্রিটিশকী মখুত্তগী ভারত নাম্থোক্লবা হোৎনবদা হিটলরগী মতেং নীরুরে। অদুবু জাপানীজগী শ্লোগান "এশিয়াতিকশিংগীদমক এশিয়া" হায়বদু নীংশিংলদুনা হিটলরনা সুভাসগী ব্রা তাবিরক্ত্রে। ১৯৪৩ গী ময়ায়দা শাখিরবা সবমেরিনগী খোওচৎ অমগী মতেংদগী মহাক্না সিঙ্গাপুর য়ৌরক্লে। জাপানীজশিংনা ফাজিল্লিবা ভারতমচা লাম্মীশিং অদু মওোন্দা শীন্নরে। মখোয় ২০,০০০ মুক খোমজিল্লগা "আজাদ হিন্দ ফৌজ" (ইন্দিয়ান নেসনেল আর্মি) শেমগৎলে, ঝান্সিগী রানীগী মিংদা নুপীগী ইউনিট অমসু য়াওহল্লে। লালগী খোল্লাউ "দিল্লী চলো" (দিল্লী তল্লো) লাউহল্লে। "ফৌজ" অসিদা কাওলুপগী ব্রা লৈনদে, জাতিগী রাখলনা ময়েক শেংমনখিরনা য়াওরিবা পুম্নমক্না সুভাসনা হায়বা ইনখি মহাকপু "নেতাজী" হায়না ইকায়খুম্নখি। কঙ্গ্রেসকী মচু অহুমগী ফিরাল শীজিন্নদুনা হিন্দূস্তানগী লোন লোন্দুনা, "জয় হিন্দ" হায়বা শ্লোগান লাউদুনা "আজাদ হিন্দ সরকার" লিংখৎলে। সরকার অসিদা চাওনা শরুক য়ারিবদি লক্ষ্মী স্বামীনাথান অমসুং রাসবিহারী বোসনি। "ঘদ্র" গী মতমদা শিবা কিদবা রিভোলুশনরী ওইখিবা রাসবিহারী বোস ১৯১৫ দগী হৌনা জাপান্দা চেল্লক্তুনা লৈরম্বনি। আজাদ হিন্দ ফৌজ লিংখৎপদা মথক্কী থৌদাং মমল লৈখিদে।

১৯৪৩ গী ডিসেম্বর থাদা আজাদ হিন্দ সরকারগী হেদ কার্টস রেঙ্গুন্দা হোংলক্লে. আসামদা লান্দাবদা জাপানীজগা খুংশন্নরে। ১৯৪৪ গী এপ্রিলদা মতম খরা কোহিমা লৌশিল্লে। লোয়ননা, মণিপুরগী মোইরাংদা আজাদ হিন্দ ফৌজগী ফিরাল ১৯৪৪ গী এপ্রিল ১৪দা হাইগংলে। ভারতকী লমদা অহানবদা নীংতম ফিরাল ওইখি। আমেরিকানশিংদা আসামদা লাম্মী অমসুং মিলিতরী খুংশু-খুংলাই কয়া থোমজিল্লিঔদা, জাপানীজনা সাউথ পেসিফিকী লমদা আমেরিকানশিংনা কিহল্লক্লিবা অদু খেংননবগীদমক বর্মাদগী জাপানগী নোংথক লাম্মী পুথোকখি। মফম পুম্নমক্তা জাপানীজ কাংখোং চাইরক্লে, লান লোইশিনবা য়াবগী মওং উরক্লে, আমেরিকানা এটোম বোম অনী থাদরে। কিবনা থক থক নীক্রবা জাপান্না নুমিৎ খরনি লৈরগা ফীভম অমত্তা য়াওদনা চংজরে। বর্মাদগী হন্দোকখিবদা আজাদ হিন্দ ফৌজ শাখিনা ফীভম শোকলে, ব্রিটিশকী বন্দী ওইরে, সুভাস মশামকসু টোকিও তান্না এরোপ্লেন্না চংখিবদা এরোপ্লেন কাইদুনা শিখ্রে হায়না রিপোর্ট তৌনরক্লে। অসুম্না সুভাসকী থৌনা ফরবা খোঙজং অদু পোলোই ফংখিদ্রে, অদুবু চাওরবা অরা পোলোই অমদি ওইখি। মহাক্না মরৈপাক মচা মিলিয়ন কয়া মিলিতারী ফিজেৎ শেত্তুনা মরৈবাক নীংবগী লাম্মী ওইহনখি। ব্রিটিশ সাম্রাজ্যবু ঙাকহল্লম্বা লাম্মীমক্তা ব্রিটিশকী মায়য়োক্তা লান তৌহন্দুনা ব্রিটিশকী মিহুল থাহল চোইহনখি। মহাক্না শিখিবদা নেতাজীগী রারী অমর ওইখি, "জয় হিন্দ" হায়বা শ্লোগান্না ব্রিটিশরাজগী মায়য়োক্তা খোঙজংবগী জাতিগী সিম্বোল ওইনখি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাল্লাও লোইখিবদা ব্রিটেনগী অরাবদি ফজনা কোকখি, অদুবু মায় পাক্লে হাইবদি নংখিদে। মশাগী লাম্মী কয়া শিল্লে, শেল থুমগী ফীভম পুমচাই চাহিরে, জাপানগী লাম্মীগী চৈফুনা কয়ারক হন্না ফুদংশ্রে। মখোয়গী সাম্রাজ্যবাদীগী থৌশিন অদুদি মফম অমত্তদা কুয়না চংথবা য়ারোইদৌরি। চিনাদগী জাপান তাম্থোকলে, ফ্রেন্সনা ভিয়েৎনাম অমুক্হন্না লৌশিনখিগদৌরে, ইন্দোনেসিয়াদসু দৎচশিংগা লান তেমশিংনরি, আমেরিকানা ফিলিপিন্সতা নীংতম্বা পীরগনি হায়না খঙহনগ্রে।

মসিনসু লোইদ্রি। লানগী মতমদা ভারতকী মশাগী ইন্দস্ত্রি য়াম্না চাওখংখি, মসিনা ব্রিটিশ ইন্দস্ত্রিদা অকনবা শাফু অমা ওইখি। ব্রিটিশ ক্রাউনগী লংলবা মুক্তা অদু হান্নগুম্না লংখিদ্রে, মশেক মঙাল শোক্লরক্লি। মসিগী মথক্তা মশাগী চোইজায়নরবা ইকোনোমি শেমজিন শাজিন্নবগীদমক ব্রিটেন্না অমেরিকাদগী দোলার বিলিয়ন ৪ রোম পুশিল্লে। মসি য়ানবগীদমক ভারতকী লস্লোন-ইতিকী লমদা আমেরিকাবু ব্রিটেনগী থাক্তা চপ মান্নরা থমলে।

অদগা অমুক্কসু, ভারতকী মপু ওইবদা অব্বাবা অসুম অসুম হাপকৎলক্লি। "ভারত থাদোকউ" (কুইত ইন্দিয়া) আন্দোলন হেন্না লুশিল্লক্লি, সরকারনা মসি থেংনবা ওন্নোইদবগী মওং ওফিসিয়েল ওইনা য়াদব য়ারক্লি। লান মতুং অসিদা খোঙজং অসি অমুক চংশিল্লক্লবদি লৈবাক অসি লাকশিনবা ওমদনা কাংখোং চাইগদৌরি। হান্নবা, পোংচৈগী মমল ব্রাংখৎলকপা, লিশাংশিংনা অব্রাং অপা লৈবগী শাফু কয়া লৈরবনি। ১৯৪৩ দা সরকারনা শীল্লাংবা শোয়বদগী বেঙ্গলনা চাক য়াম্না তাংলবনি, মী মিলিয়ন ৩ গী মথক্তা শিখ্রবনি। ব্রিটিশনা মীচম প্রজাশিংগী য়ায়ফনবা করিসু তৌবিদে হায়বসি প্রমান তৌখ্রবনি । থবক ফংনদবগী অব্বাবা খরদং ওইরবসু কোক্লবা লাম্মী মিলিয়ন অনীগুম্বা হাপচিনবা হায়বসি য়াম্না চাওখ্রবা থবক অমনি। সুভাসনা ময়েক শেংনা উৎখ্রবনি, ভারতকী লাম্মী শীজিন্নদুনা কঙ্গ্রেসকী আন্দোলন নমথগনি হায়বসিসু ওইথোক্রবনি। ১৯৪৪ গী ওক্টোবর থাদা বেভেলনা চর্চিলদা কঙ্গ্রেসকা শান্তাইনবা ব্রাফম পুখৎখ্রবনি। অদুবু মঙক কল্লবা চর্চিলনা ব্রিটিশরাজগী অরোইবা তাঞ্জা লাক্লে হায়বসি য়াখিদে।

## ১২

# অরোইবদা নীংতম্রে

## (১৯৪৫-১৯৪৭)

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাউ লোইফাংখ্রিঙৈদা ব্রিটেন্দা লেবর পার্টিনা ইলেক্সন্দা মেজোরিটি ওইনবা মায় পাক্লকবদা চর্চিলনা ব্রিটিশ প্রাইম মিনিষ্টর ওইবগী মতম লোইশিনখ্রে। ক্লিমেন্ট এটলীনা মহুৎ শিল্লে। মহাক্না ভারতপু মতম কুয়না নমশিন্দুনা থম্বা য়াররোই হায়বা খঙগি। অদুবু হাথু হাথুদি চংশিনখিদে। নিংথমথাদা ইলেক্সন তৌরগনি হায়না লাউথোকই, রেভেলদা "সেল্ফ গভর্নমেন্ট" মপুংফানা ফংহন্নবগী খোঙথাং অদু খরা লৈরগা চংশিনবা য়াহল্লে।

তশেংবদি কঙ্গ্রেসনা সরকারগা লাম্ন্থেংননবা অথুবা থৌরাংসু লৈখিদে। অদুবু সরকারনদি আই: এন:এ: গী লাম্নীশিং ব্রিটিশকী মায়োক্তা লালহৌবগীদমক মীয়াম মমাঙদা বিচার চংথৈ। মীয়াম্না লাম্নীশিং অসিগী মথৌনা লৈরবা মরৈবাকনীংবা কাওবুনি হায়না লৌখিনি হায়বসিদি খজুখিদে। দিল্লীগী লাল কিলাদা হিন্দূ অমা, মুসলিম অমা অমসুং শিখ অমা পি:কে: সেহগাল, শাহ নাৱাজ খান অমসুং গুরবক্স সিংহ ধিল্লোন অহুম অসিবু ইহান হান্না মরাল লৈরবনি হায়না বিচার চংথৈ। জাতি হুপ্না অশাউবা ফোঙদোরকই। মখোয় অহুমগীদমক, নেহরু মশামক য়াওনা, লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী হেন্না শক্লাইরবা উকিলশিংগী মরক্তগী অনী-তেজ বাহাদুর সাপ্রু অমসুং ভুলাভাই দেশাইনা লেপখি। লৈবাক শীনবা থুংনা মীয়াম্না বিচার অসি চংথদনবা প্রতিবাদ তৌরকই, আই:এন:এ গী বন্দী পুম্নমক থাদোক্লবা খোল্লাউ লাউখি। মতম অসিমক্তা নেতাজীগী পোক্লফম কলকাতাদা মীয়ামগী অশাউবা খমথেংনা ফোঙদোকই। লাইবক থীবনা নবেম্বর ২১ দা কঙ্গ্রেস, কম্যুনিষ্ট অমসুং লীগকী ফিরালশিং পায়দুনা শহর অদুদা মহৈরোইশিংগী শাংলবা সভাযাত্রা চংলিবা অদুদা পুলিশনা নোংমৈ কাপশিনখি। থৌদোক অদুদা হিন্দূ অমা মুসলিম অমা শিখি। মৈরিক অসিনা মীয়ামগী মৈজাওবী ওল্লক্লে, সরকার খঙহৌদনা জান মাঙলে। ত্রাম অমসুং টেক্সী চেনবা লেপখ্রে, কল কারখানাগী থবকশুবশিং স্ত্রাইক তৌরে, আইন খোজাউনরে। নুমিৎ নিনিগী মনুংদা পুলিশ অমসুং লাম্নীগী গাড়ী ১৫০ মাঙহনখ্রে, অঙৌবা লাম্নী চাম হেন্না শোক পলহনখ্রে, পুলিশনা ১৪ রক হন্না নোংমৈ কাপখি, মী ৩৩ হাৎখি।

এটলী অমসুং মহাক্কী কেবিনেট মিনিষ্টরশিংনা অকনবা ঈহৌগী লাম্লাউ অহানবা ওইনা তাবা ফংলে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা অসুম্না হায়, " ঐখোয় মৈগী চীং অমগী মতোম্দা ফম্বগুম্লে, লান লোইরবা মতুং অসিদদি মতম অমদা হেক্তা রিভোলুসন থোক্লকপা য়াবগী মওংদা লৈরে।" পার্লিয়ামেন্টরি দেলিগেসন অমা ভারত্তা থারক্লুনা ভারতকী লুচিংবশিংগা রাজনীতিগী শক্তি শিন্নবগী মতাংদা কুপ্না ৱারী শাননবা থারক্লগনি হায়না লাওথোকই। ভারত্তুনা, ৱেভেলনা আই:এন:এ: গী লাম্মীশিংনা মরাল লৈরে হায়খিবশিং অদু দণ্ডি কোকথোকপিবতা নত্তনা, মখাগী বিচারদি ইন্দিয়ানা আর্মি ওইরম্বশিং নমদুনা আই:এন:এ: য়াওহনখিবশিং অদুতদা চৎথরগনি হায়রে। ১৯৪৬ কী জানুৱারী থাদা পার্লিয়ামেন্টরি দেলিগেসনদা নত্তনা কেবিনেট মিসন অমা ভারত্তা থারক্লগনি হায়রে। অসুম্না, ১৯৪৬ তা সেল্ফ গভর্নমেন্ট অমা থুনমক ওইরক্লগদ্রা হায়না অহানবা ওইনা মঙফাওনরক্লে।

অদুবু ফেব্রুয়ারী থাদা আই:এন:এ: গী অবদুল রশিদপু চহি তরেৎকী থবক কন্না শুগদবা জেলদা থম্লগনি হায়না রাই লাওথোকপদগী কলকাতা শহর মৈ হৌরে, হান্না অমুক্তা তৌখিদ্রিবা হিংসাগী থবকশিং চৎথরক্লে। পুলিশ অমসুং আর্মিনা মহেরোই অমসুং কল কারখানাগী শিম্মীনা অনমবা ওইবা মী ৮৪ হাৎলে। ঈশিংগী লাম্মীসু লান হৌরক্লে, ব্রিটিশরাজ থক থক নীক্লে। ব্রিটিশ ওফিসারশিংনা ওৎ-নৈরকপা, হিংবগী মথোং মরম খঙহল্লক্তবদগী বোম্বেগী ঈশিং লাম্মীশিংনা ফেব্রুয়ারী ২১দা কন্ত্রেস লীগ অমসুং কম্যুনিস্তকী ফিরাল হাইগত্তুনা মখোয়গী অৱাবশিং খুদক্তা কোকহনবতা নত্তনা আই:এন:এ: গী বন্দীশিংসু থাদোক্লবনি হায়না দাবী তৌরকলে। বোম্বেগী লালহৌ অসি থুনমক নমথম্লেদি হায়বসু ভারতকী অতৈ ঈশিং লাম্মী থম্ফমশিংদা ঈরাং কন্না হৌখি, লাম্মী ২০,০০০ লোমনা অকিবা নৈতনা শরুক য়াখি।

অসুম্না ওৎ-নৈবগী থবক অসিদা য়ানিংদবা উৎলদুনা মফম কয়ামুক্তা পেন্দবা কয়া মখা তানা ফোঙদোক্লরকই। শহর শীনবা থুংনা লম্বীদা ফুন-চৈনখি, আর্মি বেটালিয়ন অনীগী মতেং লৌরগা ফীভম অদু লাকশিন্নবা হোৎনবদা আন্দোলনকারী ২০০ হেন্না হাৎখি, ফেক্তরী বার্কর ৩০০০০০০ দগী তাদনা স্ত্রাইক চৎথখি। আই:এন:এ: গী মীশিং অদুগুম্না লালহৌরিবা কাঙ্লুসু জাতিগী অথৌবা লোইনা ওইবগী ফীভমদা লাক্লে, ব্রিটিশরাজ ফীভম চুম্না লেপ্পা ঙমজরক্লে। অসুম্না পাকপান্না হিংসাগী থবক চৎথরকপা অসিদা কন্ত্রেসনা নুংঙাইতবা, ফোঙদোরক্লে, জিন্নাসু বল্লভাই পেটেলগা খুৎশম্নুনা লালহৌরিবশিংবু ফেব্রুয়ারী ২৩ দা মঙক নোমহনগ্রে। অসুম্না

য়েক্কবা শাথিরবা অমনি হায়বা লৌরল্লা কল্গ্রেসনা সরকারবু কনপ্লে। অদুবু ঈশিং লাম্মী লালহৌবশিংনদি অসুম্না মপুক ফাজিনখি, "ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা থৌদোক অসি ঐতিহাসিক ওইবা মতাং অমনি, শার্ভিসতা লৈবা মী অমসুং লমজাওদা চৎলিবা মী অনী অসিগী ঈগী লৌখোঙনা অহানবা ওইনা, মান্নবা পান্দম অমগীদমক পুন্না চেনমিন্নখি।"

পেথিক লোরেন্স, স্তাফোর্দ ক্রিপ্স অমসুং এ:ভি: অলেকজেণ্ডরনা শাবা কেবিনেট মিসন অদু ভারত্তা ১৯৪৬ কী মার্চ অরোইবদা থুংলরে। ভারত্তা ব্রিটেনগী খোঙফম চেৎত্রে হায়না মখোয়না হান্না খঙখি, মরক অদুনা কল্গ্রেস অমসুং লীগ ইলেক্সন্দা ফীভম ফংগৎলক্লে, মুসলিম ভোট চামগী মনুংদা ৯০ মুক অমসুং সিন্দমক্তদা এবসোলুত মোজোরিটি ফংবা ওমলে, কল্গ্রেসনা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবসিন্দ নত্তনা মুসলিম নৎতবগী ভোট চামগী মনুংদা ৯০ হেন্না ফংগ্রে। হান্নসু অদুম খঙলবনি, জিন্নানা মুসলিম মেজোরিটি লৈবা প্রোভিন্সশিং পুনশিন্নগা পাকিস্তান তোঙান্না লৈগদবনি হায়রে। লৈবাক অসিদা লীগনা খ্বাইদগী চাওবা মুসলিম পার্টি ওইরগসু ব্রিটিশরাজনা মরম চাদনা হেক য়ানিংবসু ওমখিদে। এটলীনদি হান্না লাওথোকখ্রবনি। "মেজোরিটিনা চংশিন্নকবদা মাইনোরিটি অমনা ভেতো শান্নরকপা ঐখোয়না য়ারোই"। কল্গ্রেসনা মীয়ামগী আন্দোলন নৎত্রগা রিভোলুসন হেক্তা হৌহনবা ওমই, মদু মখোয়না লাকশিনরা ওল্লোই হায়বসি বেভেলনা মুন্না খঙখি।

জিন্নাগী পাকিস্তান দাবী অদু মিসন্না থওইনা তৌদ্রে। মরমদি জিন্না মশামক্লা হায়খিবগুম্না মাইনোরিটি কয়ামুক মেজোরিটিগী থৌজাল ওাইদুনা লৈহনবা য়ারোই হায়বদি মুসলিম নৎতবা মী কয়া লৈরিবা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবকী শরুকশিং জিন্নানা খল্লিবা পাকিস্তান অদুদগী লৌথোকহৌবা তাবনি মসিগী মহুত্তা প্রোভিন্সশিংগী ফেদেরেসন অম্না (নিংথৌপানবা ষ্টেটশিং কোন্না য়াওহনগদবা) শেম্না ব্রিটিশনা পামখি। ফেদেরেল গভর্নমেন্টনা ডিফেন্স, ফোরেন এফিয়ার্স অমসুং কম্যুনিকেসনদমক য়েংশিন্নগা অতৈদি প্রোভিন্সশিংদা ওটোনোমি য়াম্না পীবনি। লীগনসু মসি পান্নখ্বনি। লীগপু থৌগৎপা ওইনা অরাং নোংচুপ অমসুং নোংপোকীদমক পুনশিনবা য়ায় লোয়মনা; পুনশিন্নবা অসিনা রিজনেল গভর্নমেন্টশিং মখোয়না পান্নবদি জিংখৎচবা য়াই। শম্না হায়রবদা ভাইসরোইনা সভাপতি ওইরগা নেসনেল গভর্নমেন্ট অম্না সেম্ভয়দা থম্নসি হায়বনি। কল্গ্রেস অমসুং লীগ অনীমক্তা অশাংবা মতমগী প্রস্তাবশিং অদু আহানবদা য়ানিংলম্রগা মমৈদা কুপ্না খন্থরবা মতুংদা য়ানিংখিগ্রে। নেহরুনা কল্গ্রেসকীদি

কন্সটিটুয়েন্ত এসেমব্লীদা য়াওদবা য়াদে হায়খি, জিন্নাগী বাখলনা প্রোভিন্সশিং নমদুনা গ্রূপ ওইনা পুনশিন্দ্রবদি মুসলিম মেজোরিটি প্রোভিন্সশিংনা মমৈদা ভারতগী তোঙান্না তারকপা ঙম্লোই হায়বসিনি । অতেনবা মতমগী প্রস্তারশিং অদুসু জিন্নানা য়াখিদ্রে, লোয়ননা কঙ্গ্রেস হিন্দূ মেম্বরগা মুসলিম মেম্বরগা মশিঙ চপ মান্নহনবা অনী অসি জিন্নানা করিগুম্বা মওংদা কোমথোকপা পামখিদে । অসুম্না মিসনগী থবক মঙ্গল ওইখিদ্রে, অদুবু চহী নিফু চুপ্না "ডিভাইদ এন্দ রুল" গী পোলিসি চৎথরকপগী ফল ওইনা ব্রিটিশরাজনা হোৎনবা পুম্নমক থেঙমন্না থোকখি । কিশি হন্দোকপা ঙমখিদ্রে ।

কেবিনেট মিসনগা বারী শান্নবদা মঙ্গল ওইদ্রবদা জিন্না থবায় শোক্লা লৈহৌই। মাগী থম্মোয়না পাকিস্তান নৎতনা অতে করিসু থওইখিদ্রে। অদুনা মহাক্লা হোৎনজবা মহৈ য়ান্দবা য়াদে হায়না চপয়ুংনা লেপ্লে। অদুগীসু মথক্তা লায়য়েংবা ঙম্নরোইদবা থবোম্নীগী লায়না অমনসু নাশিল্লক্লি, কুয়না হিংখিগনি হায়বা আশাসু উরক্লে। (মহাক নারে হায়বসি য়াম্না চেকশিন্না মী খঙহন্দনা থমখি।) ব্রিটিশ অমসুং কঙ্গ্রেস অনীমক্লা মাগী কোকথক্তা পিস্তোল থম্নবনিনা "ঐখোয়সু পিস্তোল অমা শারে মসি শীজিন্নবা তারি", হায়না মহাক্লা হায়খি। মুসলিম জাতিনা " দাইরেক এক্সন" লৌখত্তুনা পাকিস্তান শেম্নগনি হায়রে, "দাইরেক্ট এক্সন" গী মতম ১৯৪৬ কী আগষ্ট ১৬ তা লেপ্লে। "দাইরেক এক্সন" করিনো হায়বা মহাক্লা শন্দোক্লা তাকখিদে, অদুবু মমৈদদি হিন্দূশিং হাৎতোক্নবা থৌরাং ওইরম্লে।

কলকাতাদা, মুসলিম লীগ চিফ মিনিষ্টর সুহ্রাবাদিনা ওগষ্ট ১৬ অসি ছুটিনি হায়না লাওথোকই, হিন্দূ হাৎপদা পুলিশ অমসুং আর্মীনা খুৎ থিংজিল্লোইদবনি হায়না খঙহল্লী। হিন্দু অমসুং শিখশিংনা থুনমক হিংসা য়াওনা লমন খুল্লকনি হায়বসি মহাক্লা খল্লখিদে। নুমিৎ মরিনিখক্তদা মী ৪০০০ দগী তাদনা হাৎলে, ১০,০০০ হেনবনা অশোক অপন নংলে, অয়াম্বনা মুসলিম ওইখি । দশা অসি থুনমক মুসলিম য়াম্না লৈবা নোআখালি, নোংপোক বেঙ্গলগী তিপ্পেরা ডিস্ট্রিকশিং মৌশিনম্রে। মফম অদুদনা হিন্দূশিং লূট তৌথোকপিরে, হাৎপা তুপ্লরোমদা চংশিনম্রে। লিশিং ওইনা বিহারদা চেনম্রে, মখোয়গী অবাবা পাউশিং অদু তারগা মুসলিম কয়া পাকতক্লনা হাৎখ্রে, হিন্দূ হাৎকনি হায়না থৌরাংলম্বা মশিঙ অদুদগী শিখিবা মুসলিমগী মশিংনা য়াম্না হেনখি।

কাংখোং চাইরক্লিবা অদু লাকশিন্নবা রেভেলগী থৌরাং, অঙকপনি, য়াম্না মওং চাখিদে। অদুবু মগী সরকারদা কঙ্গ্রেস য়াওহন্দুনা কীভম্ম তাহম্নবা হোৎনবদি মায়পাকখি।

থা অনী লেরগা লীগসু সরকার য়াওরে, অদুবু মনুংদগী থুগায়নবা শিনবা ওইরম্লে। কঙ্গ্রেস মিনিষ্টরশিংনা লৈবাক অসিদা শান্তি পুরক্নবা হোৎনরিবা অদু নীংবা কায়হনখি। শাউবনা লুতোন কারবা নেহরুনা মুসলিম মিনিষ্টরশিং থবক থাদোকহন্নবা দাবী তৌখি, অদুবু ৱেভেলনা য়াখিদে।

মতুং তারকপদা মফম পুম্নমক্তা মথোং মরম খণ্ডলক্লে, ৱেভেলনা থোকপা তৌহনবগী মওংদা ভারত অসি লংশেক্তুনা থম্বা কন্না পাম্লক্লে। মহাক্না তশেংনা থৌরাং তৌরম্লবনি-ইমর্জেন্সি প্লান অমা শাগৎলম্লবনি - খরা শান্তি ওইনা লৈরিবা খারোমগী, প্রোভিন্সশিংদা শিন্নরগা মখোয়গী লাম্মী পুম্নমক লাংলিবা অৱাং ভারত্তা পুল্লগ পুনশিল্লগা ১৯৪৮ গী মার্চ ৩১ দরা অদুৱাইদা অরোইবা ওইনা ভারত থাদোকখিবনি। শাখিরবা থৌরাং অসি এটলীনা য়াখিদে, মহাক্তি ঈজ্জৎ লৈনা হন্দোকখিবা পাম্বনি। ১৯৪৭ কী জানুয়ারী ২০ দা মহাক্না লাওথোকখি। কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনীনা অনৌবা সংবিধান অদুদা য়ানিংলবসু য়ানিংদ্রবসু ব্রিটেন্না ১৯৪৮ গী জুন থাদা ভারত থাদোক্লগনি। অসিমসু লাওথোরকই মদুদি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও মনুংদা সাউথ ইষ্ট এশিয়াগী সুপ্রিম এলাইজ কমাণ্ডর ওইখিবা, কিং জর্জ তরুকশুবগী নক্নবা মরি মতা লোর্দ লুই মাউন্তবেত্তন্না লোর্দ ৱেভেলগী মহুত্তা ভারতকী ভাইসরোই ওইরগনি।

কঙ্গ্রেসকা খুৎশম্নরুবনা করিসু কান্নররোই হায়বা জিন্নানা মুন্না খঙডি। কাঙলুপকী ঈরাং শাগৎপতনা পাকিস্তান ওইথোক্কনি হায়না মহাক্না চেৎনা থাজখি। ১৯৪৭ কী মার্চ হৌগৎলকপদা পঞ্জাবতা মুসলিম হিন্দূ অমসুং শিখকী চুংশিন্নবা সরকার মহাক্না ইনশিন্দুনা থুগাইরে। হিন্দূ অমসুং শিখশিং সিক্যুরিটিগী অকিবা মায়োক্লরে। অকালী দলগী মাষ্টর তারা সিংহনা অথুবা মতমদা শিখশিংগী মরৈবাকী দাবী পুখৎলক্লে, পঞ্জাব এসেমব্লী চেম্বর মমাঙমক্তদা মহাক্না লুচিংদুনা সভাযাত্রা অমা "রাজ করেগা খালসা" (অশেঙবা হায়বদি শিখশিংনা শাসন তৌরগনি) হায়না লাওরদুনা চৎলরে। প্রোভিন্স অদুদা হিংসাগী মথি ফোংলে, হিন্দূ অমসুং শিখ ৫০০০ দগী তাদনা থা ৬ কী মনুংদা হাৎতোকলে।

১৯৪৭ কী মার্চ ২৪ দা লোর্দ মাউন্তবেত্তন্না ভারতকী অরোইবা ভাইসরোই ওইররে। চহি ৪৬ তা ওাইহরিবনি রাজনীতিগী হকথেংনবা জ্ঞান লৈত্রিবনি। অদুবু ব্রিটিশ সরকার য়োদনা মহাক্না লৌনিংবা ৱারেপ, মমাঙগী ভাইসরোইশিংগা মান্নদনা, নীংতম্না লৌবদি ওমখি। মঙোন্দা শীন্নরক্লিবসি অতে অতোপ্না ফিরেপ অমা লৌত্রিঙৈদা খায়দোক্তবা

ভারতত্তা শক্তি পীখিনবা ঙম্নমখে কন্না হোৎনবা হায়বসিনি। থবক পায়বা হৌরক্লা চয়োল ৬ কী মনুংদা রাজনীতিগী লুচিংবা ১৩৩ গা ৱারী শামিন্নখি। মদুদগী মহাক্না খঙজিনবা ঙমখিবদি নীংতম্নবা ভারতত্তা ইউনিতারি গর্ভমেন্ট অমা থবক ওইনা ওন্থোকপা ঙম্নরোই হায়বসিনি। মরম অদুনা লৈবাক অসি করম্না খায়দোক্লদগে হায়বা থৌরাং তৌবদা পূক্লিং চঙখি।

মাউন্টবেত্তন্না খল্লিবা থৌরাং অদু ১৯৪২ গী "রাজাজী ফোর্মুলা" গা য়াম্না নকশিন্নররে। শম্না হায়রবদা ভারত সাম্রাজ্য অসি দোমিনিয়ন অনী থোকপা তারে। মখোয় মশা মশানা ভুংদা মশা মশাগী সংবিধান শেমজবা তারে। পাকিস্তান দোমিনিয়নদা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবকী মুসলিম মেজোরিটি ওইবা দিস্ত্রিকশিং আসামগী শিলেট দিস্ত্রিক, সিন্দ অমসুং নোর্থ ফোস্তিয়ার প্রোভিন্স য়াওখিবা তারে; নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংগীনা ব্রিটিশ ক্রাউনগা অথন্নবা মরি লৈনবা অদু তোকপা তারে, মখোয়গী অপাম্বা মতুংইন্না য়াওনিংবা দোমিনিয়ন অমদা য়াওখিবা তারে। থৌরাং অসি ব্রিটিশ কেবিনেটকী অয়াবা লৌরুনবগীদমক মাউন্টবেত্তন্না থুনমক লণ্ডন্দা চৎখ্রে। জুন ৩ দা, মহাক্না হন্নকপা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ভারতকী লুচিংবশিংনা য়ানিংবা ফোঙদোরক্রে। কঙ্গ্রেসকী ওইনা নেহরুনা, লীগকী ওইনা জিন্নানা, শিখশিংগী ওইনা বলদেব সিংহনা থা। কয়াগী মমাঙদা নেহরু অমসুং পেটেলনদি, য়াম্নমক পামজদ্রবসু, ভারত খায়দোকপা নত্তনা অতৈ লম্বী অমা লৈত্রে হায়না লৌগ্লবনি। জিন্নাগীদি ১৯৪৪ গী ময়াম্নদা গান্ধীগা ৱারী শানবদা "ফীভম শোইনাইরবা, মওৎ মরিল কায়রবা তিন চারবা পাকিস্তান" হায়না য়ানিংখিদবদু, হৌজিক্কী তঙাইফদনা য়াদবা ঙমদ্রে।

ব্রিটিশনা ভারত থাদোক্লদবগী মতম এটলীনা লেপখিবা অদু চহী অমরোম ৱাংলি। অদুবু করিগুম্বা ৱাখল খরদগী মাউন্টবেত্তন্না মাগী মিসন থুনা পাঙথোকনিংলক্লে, থা তরা ঙনখৎনা, সাউথ ইষ্ট এসিয়াদা মহাক্না সুপ্রিম এলাইদ কমাণ্ডর ওইরিঙৈদা জাপান্না মঙোন্দা চংজরকখিবা নুমিৎ অদুমক্কী চহী অনী কারক্লবা, ১৯৪৭ কী ওগষ্ট ১৪ দা ব্রিটিশনা ভারত থাদোক্লবা থৌরাং তৌখ্রে। মসিদা মহাক্কী "পার্তিসন প্লান" পাঙথোক্লদবা হাপ্তা তরাদা মঙাইরে। খোঙথাং পুম্নমক থুজিলহল্লে। বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবতা সিমানা লেপথোক্লবা বাউন্দরী কমিসন অনী অহিং নুংথিল খায়দনা থবক শুহল্লে। অনৌবা ষ্টেট ডিপার্টমেন্ট পায়রিবা মিনিষ্টর বল্লভাই পেটেলনা থেমদুনা নংত্রগা নমদুনা নিংথৌপানবা ষ্টেট ৫০০ মানা মানা লৈরিবা মকমশিং অদুগী দোমিনিয়ন্দা

য়াওহুনল্লে, নীংতম্বগী মতম লাক্লবদা ষ্টেট অহুমদং কাশ্মীর, হায়দরাবাদ অমসুং জুনাগড়, মখোয়গী অনীংবা মতুংইন্না খায়দোক খায়জিন তৌবা ঙমখিদে, মসি মাউন্টবেটন্না কুপশিন্না য়েংশিনখিদবনি। মার্চ থাদগী কাঙলুপ মশেল হিংসা তৌনদুনা লাকখিবনি। চয়োল তরাগী মনুংদা ভারত সাম্রাজ্যবু য়াম্না মায়পাক্লা খায়দোক খায়জিন তৌবা মহাক্লা ঙমজদ্রবসু মীওইবগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী হেন্না তমথিরবা থৌদোক অমনা মগুণ হুম্বহনখি।

অজাদকা য়ারী শাবদা মাউন্টবেটন্না চাওথোক্লা হায়খি, "পার্তিসন মতুংদা আন্দোলন খজিক্তং তৌরকপদা খ্বাইদগী হেন্না কনবা থবক লৌখত্নুনা অহৌবমক্তদা নমথগনি...। কনাগুম্বা অমনা খুদোংথিবা থোক্লবা শীল্লক্লবদি মদু নমথনবা আর্মি অমসুং এয়ার ফোর্সতা হুকুম তৌগনি, তেঙ্ক শিজিন্নগনি।" অদুবু খুদোংথিবা কয়া থোক্লকই। অহানবদা, পুলিশ অমসুং আর্মিদা কাঙলুপকী মহিক পক্লখি, অদুনা থাজবা থক্না ঙমখিদে; অনীশুবদা, ব্রিটিশকী সিভিল অমসুং মিলিটরি ওফিসিয়েলশিং চংলমদাই ওইবনা, কান্নদবদা মতিঙ উৎনিংখিদে, অহুমশুবদা তেঙ্ক অমসুং এরোপ্লেন অমত্তা শীজিন্নখিদে, অরোইবদা বেঙেলনা কংগ্রেসকী লায়চং নমথনবা ব্রিটেন্দগী মিলিটারিগী মত্তে লৌনবা, মতম অমদা থৌরাং তৌখিগুম, করিগুম্বা অমত্তা হোৎনখিদে। ভারতকী লাম্নী ৫০,০০০ গী বাউন্দরী ফোর্স অমত্তংদি পঞ্জাব পার্টিসনগী মতাংদা শীজিন্নখি, অদুবু থবক অদুগা য়েংনরুবদা মতিক্তি য়াম্না চাখিদে।

পঞ্জাবতা নীংতম্বগী মমি হেক তম্লকপগা নোরোন্নী শক্তম ঙাক্তা ওল্লক্লে। নাকল অমদা মুসলিমশিং, হিন্দু অমসুং শিখশিং, অতোপ্পা নাকল অমদনা হিন্দু অমসুং শিখশিংনা মুসলিমশিং অমগা অমগা হাৎতোক্লরক্লে তমথিরবা ঈরাং অসিনা মী মিলিয়ন তরা হেন্না নোংচুপ পাকিস্তান্দগী নংত্রগা অদোমদা ঈশিং ঈচাওগুম্না চেনথোক চেনশিন তৌহনখি। লন্বীদা অমুক মিলিয়ন তংখাই অমরোম হাৎখিরম্বা য়াই, অতৌনা নৌনা খুন্দাবগী হাইঙমদ্রবা অৱাবা মরক্তা হাহাকার লাওনা লৈনখি।

চহী ৭৭ শুরবা গান্ধীনা শান্তি অমসুং সৎভাবনাগী খোঙচৎ বেঙ্গলদা চংলমদ্রবদি মফম অদুদসু হিংসাগী থবক্লা য়াই চাইরমগদবনি। ১৯৪৬ কী ওক্টোবরদা নোয়াখালীদা কাঙলুপ মশেল ঙাওরিফেরি পংহাৎতা হাৎনখিবা অদুগী অশাউবগা লোয়ননা গান্ধীনা পামজবা য়েংথিনবা অসি নুংশিবনা লাকশিনবা ঙস্মী হায়রসি চাংয়েংলুনবা চৎখিবনি। মহাক্লা অহানবদা, নোয়াখালীগী শীক্লবা খুঙং শ্রীরামপুরদা লৈখি, মফম অদুদা হিন্দুগী

ইমুং ২০০ গী মনুংদা অহুম খক্তা লৈরমখি। তুংদা মখোয়না অতৈ খুঙ্গংশিংদসু চৎখি, মফমশিং অদুদসু মতম কুইনগী মতুংদা লাকপা মরি-মতা অহল অমা লাকপগুম খন্নদুনা তোক্লখি। অয়ুক খুদিংগী মহাক্না চৎপদা টেগোরগী ঈশৈ "অকেলা চলো" হায়বদু শকখি। মহাক্কী মওং মতৌ অদুনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনরমদবা অদু তপ্না তপ্না ফংনখি।

গান্ধীনা নোৱাখালীদগী বিহাররোমদা অমুক চৎলে, মহাক্না শন্দোকলুই, "নোৱাখালীগী মুসলিমশিংগা বিহারগী হিন্দূশিংগা পাপ চপ মান্নে অনীমক খন্দন চপ মান্ননা তৌগদবনি।" মুসলিমশিংবু থিনা তৌবগীদমক হিন্দূশিংবু মহাক্না চৈখি, মখোয়গী শেল খোল্লগা অৱাবা তারবা মুসলিমশিংদা য়েম্থোকই, পব্লিক মিটিংশিংদা কোরান পাই, মাদুগী ফল ওইনা বিহারদা ঈরাং নেমথরক্লে, হিন্দূ খরনদি ধর্ম মাঙথোকপা মীনি হায়না করেম্নখি, "মুহম্মদ গান্ধী" হায়না কৌনখি।

গান্ধীগী কলকাতা খোংচৎতু নীংথিনা মায়পাক্লে, নীংতম্বা ফংলকপদা হিংসাগী থবক নৌনা অমুক কনখৎলকখিবনি। হিংসা তৌরক্লিবসি হিন্দূশিংনি। খ্বাইদগী ফীভম ফৎতনা লৈরিবা মফম বেলিয়াঘটাদা মুসলিম শিন্মী অমগী য়ুমদা গান্ধী লৈরে, হান্না চিফ মিনিষ্টর ওইরম্বা সুহরাবাদীসু মাগা লোয়ননা লৈমিন্নখি, গান্ধীগী মতেং পাংখি। নীংতম্বা ফংবা হৌরকপদা ওগষ্ট ১৪ দা হিন্দু মুসলিম অনী পুন্দুনা হরাওমিন্নে। অদুবু চয়োল অনী লৈরগা অমুক হাৎন-শুনরকখি। গান্ধীনা খুদক্তা শিগ্রিফাওবা চরা হেনবগী থবক পায়খৎলে। নুমিৎ মরিনিগী মনুংদা কলকাতা পুমঈং ঈংখি।

কাঙলুপ মশেল হাৎন-শুনবগী থবক লাকশিন্নবা মথক্তা হোৎনরিবঁদা গান্ধীনা নীংতম্বা ফংবগী অরোইবা দ্রামা অদুদা পুক্লিং করিমত্তা চংখিদে। মরমদি তোখাই তানরবা ভারত্তা খৎন-চৈনবা নুংশিনদবা কয়া অদু মহাক্না খক পামজখিদবনি। ওগষ্ট ১৪ গী অহিং নোংয়াইদা নীংতম্বগী পুংফম অদু লাক্লে, নিউ দিল্লীদা ওফিসিয়েল থৌরাং কয়া তৌনখিবা মতমদা গান্ধীনা বেলিয়াঘটাগী তেক কায়রগা কা অমদা ফক অমদা তুমদুনা লৈথোকখি। অদুবু মহাক্কী মরৈবাকমচা মিলিয়ন কয়ানদি, অনৌবা আশা অমসুং মঙফাওনরকপদা নুংঙাইবা ফোংদোক্লদুনা হরাও তয়ামখি। নীংতম্নবা ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টর নেহরুনা ৱাশক লৌরবা মতুংদা কুইনা মঙজরক্লবা মঙ অমা মঙফাওনরকপগী পাউদম, তিল্লিবা মীয়ামদা তমখি, "চহী কয়াগী মমাঙদা ঐখোয়না লাইবক্তা হায়ন-শীংনদুনা লাকখি, হৌজিক ঐখোয়না ঐখোয়গী ৱাশক পাঙথোকপগী মতম লাক্লে, মপূং ওইনা মপাঙ্থোংদা নত্তে, মনুং থিংননি। নোংয়াইগী পূংজা য়েরকপদা

পৃথিবী পুম্নমক্তা তুম্লিঁডেদা ভারতনা মীৎকপ থোক্কুনা পুন্সি অমসুং নীংতম্বা ফঙলে। অরিবদগী অনৌবদা ভারতনা খোঙ থাংজিনবা, যুগ অমা লোইখিবা, কুয়না নমশিন্দুনা লৈরিবা জাতি অমগী থবায়না বা ঙাংজবা ঙমলকপা ইতিহাসতা পঙনা থোক্কবা তাঞ্জা অমা লাক্লে। তাঞ্জা অসিদা ভারত, প্রজা মীয়াম অমদি হেন্না পাকচাওনা মীওইবগীদমক সেবা তৌনবা ঐখোয়না ৱাশক্লি । হৌজিক অপিকপা মীৎয়েং, মাঙতাক্লবা আলোচনা, পুক্লিং শেঞ্জা নৎত্রগা মী হুনবগী মতম নৎত্রে। ঐখোয়গী অঙাং পুম্নমক্তা নীংথিনা লৈবা য়াবা নীংতম্লবা ভারতকী লেমজনিংঙাই ওইরবা দলাল অমা ঐখোয়না শাগৎপা তারি।” মীয়াম মিলিয়নশিং অদুনা মখোয়গী শরু শয়াং ফাওনা নুংঙাইবা প্লোক্লখি।

অদুদগী মাউন্তবেত্তনসু মতম খরদং অনৌবা ডোমিনিয়ন অসিগী গভর্নর জেনেরেল ওইনা লৈবিখো হায়জরে, মহাক্লসু হরাওনা য়ারে । মখৎগী অয়ুক্তা মহাক্লা ৱাশক লৌরে, কাউন্সিল হাউসকী মতোন্দা জাতিগী ফিরাল পাইহল্লে, সলামী নোংমৈ ৩১ কাপ্লে, কুম্মৈ অদু য়েংবা লাকপা হরাও মথোই কারবা মীয়াম্না নোংখাকপগুম লাউ - খোংদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লখি। লাইয়াম্না বর খিকথরকপগী মওংগুম, ফিরাল চিংখৎপা মতম্দা অতিয়াদা চুমথাঙ ফজনা থোক্লকখি। দৃশ্য অদু উরুবদা পেঞ্জরবা ইংলিশ মচা অমনা হায়খি, “অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা; অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক অসি উবদা, থম্মোয় হুনিংঙাই ওইদ্রবদি, মী অদু য়োৎনা শাবা লাইবু থাজদবা অমা শোয়দনা ওইগনি।”

# ১৩

# ভারত অমসুং নিংথৌ পাল্লবা লৈবাকশিং

১৯৪৭ কী জুন ১০ দা ইন্দিয়ান ইন্দিপেন্দেন্স বিল ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্টনা পাস তৌখিবগা লোয়ননা এক্ট ওল্লকুনা ওগষ্ট ১৫, ১৯৪৭ তগী ভারত অমসুং পাকিস্তান নীং-তম্লবা লৈবাক অমমম ওইনরে। রাজনীতিগী ওইনা ব্রিটিশ সরকারগী শক্তি ভারত অমসুং পাকিস্তান্দগী লৌথোকখ্রে । লৈবাক অমনা লৈবাক অনী থোক্কুনা নীং-তম্বা ফংজরবসু অৱাবা কয়াদি অদুম় মায়য়োক্লরি । লৈবাক অনীগী ঙমখে লেপথোক্লবা (পার্তিসন) নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী ফিরেপ, সংবিধানগী ওইবা ৱাফমশিং ইলায় লায়খিদে ।

ভারতকী লুচিংবশিংগী "অগ্নি পরীক্ষা" নি । ব্রিটিশকী মতৌগুম্না থবক খুদিংমক নম্ফুগী শক্তি শীজিন্নদবা য়াদবা মতাঙ কয়া মায়য়োক্লরবসু অহিংসা অমসুং শান্তিগী লাঞ্জংদি থোয়না হেন্না লুশিল্লক্লি । ফীভম অসিদা রাজনীতিগী লুচিংবশিং অমদি প্রজাগী থৌদাং য়াম্না লুরিবনি । পামজরিবদি গনতন্ত্রনি, সমাজবাদনি, মীওইবগী হক কনবনি - লম্বীনা অহিংসানি, শান্তিনি । মুসলিমশিংগী পাকিস্তান শেমখ্রে, নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংদি মরন্নাই হুন্দোক্লমলে - ভারত্তা য়াওগদ্রা পাকিস্তান্দা তিনগদ্রা হায়বদু মরাইবক্তা ইস্থোক্কুনা থনল্লে ।

ব্রিটিশনা ভারত লোই চনশিনখিবা মতমদা ভারতকী লম শরুক মঙা থোকপগী মনুংদা অনীদি নিংথৌ পানবা মনীং-মখা তম্বা রাজ্য ঙাক্তা ওইরম্লিবনি । রাজ্যশিং অসিবু "প্রিন্সলি ইন্দিয়া" (নিংথৌ পানবা ভারত) হায়না ব্রিটিশশিংনা খঙনৈ, ভারতমচাশিংনা "ব্রিটিশ ইন্দিয়া" গা খেন্নহন্দুনা "ইন্দিয়ান ইন্দিয়া" হায়নসু খঙনৈ । রাজ্যশিং অসিগী মনুংদা ইউরোপকী লৈবাকশিংগা চাউবা মান্নবা নৎত্রগা হেন্না চাউবা লৈবাক কয়া য়াওরি । খুদম ওইনা হায়রবদা মহীশুর অমসুং কাশ্মীর। খরা হন্থবা রাজ্যশিংদসু মীশিং লাখ-লাখ হেন্না লৈবা কয়া অমসু য়াওরিবনি । মসিগী মনুংদা মণিপুর অসিসু ভারতকী অৱাং-নোংপোক চিদাইদা বর্মাগা (হৌজিক্কী ম্যানমার) য়ুমলোন্নবা নিংথৌ পানবা লৈবাকমচা অমনি । পীক্লবসু চাউরবসু লৈবাকশিং অসিদা মান্নবা থৌওং অমা ব্রিটিশনা হৈশিংনা শাগৎখ্রবনি "ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি" (ব্রিটিশ সরকারনা খ্বাইদগী হেন্না শক্তি লৈ) হায়বা ৱাখল্লোন অসিনা য়াই থাম্রবনি । লাম্মীগী শক্তি, শেল তানশিনবা হৈবা, শাসনগী থবক্তা হৈশিংবা- গুণশিং অসি নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসিদা শকখঙহনখ্রবনি।

"ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি" করম্না শাগৎখ্রিবনো? থিজিনবদা পুক্নিং লৌশিং ওইনিংঙাইহনি। মসিগী ন্নারীদি মমাঙদসু পনখ্রবনি। নিংথৌশিংনা পেরামাউন্তসি অসি য়াবগীদমক ব্রিটিশনা মখোয়বু শক্তি য়াম্না লৈহনখি। মনুং নৎত্রগা মপান্দগী শীংনরকপা খুদিংমক ব্রিটিশনা ঙাকশেনগনি হায়বগী থাজবা থমখি। থাজবা অসিগী ময়াইদা ঙাউখিদুনা নিংথৌশিংনা নৎত্রগা মখোইনা য়াবা অচৌ অশাংশিংনা তৌনিংবতা তৌবা ঙমহল্লে। ব্রিটিশ ইন্দিয়াদা লৌনরিবা খাজনাগী চাংদগী য়ামনা হেন্না লৌবা ঙম্মী, আইন খোঙ্গাউনবদা অকিবা লৈত্রে, প্রজাশিংগী হক নমথবদা নাচুংনদ্রে। সরকারগী ওইনা খোমগৎখিবা শেলশিং মরন্নাইগী ওইবা থবকশিংদা অয়াম্বা শীজিন্নখোকই। মশাগী য়ুমলৈ-কৈরে, ফিজেৎ-চাকচা, অমদি কুম্মৈ-ফিয়োংদা কাহেনবা খরচ কয়া তৌনরমই। ইনাক-খুনবশিংনা হেন্না হেন্না ইনাক খুনগৎলকই, লাইরবশিংনা হেন্না হেন্না লাইরশিল্লকই। অদুবু রাজ্য খরদদি অফবা নিংথৌ, অফবা মন্ত্রিশিং য়াওখিদবা নত্তে। মখোয়না শাসনগী থবক ফগৎনবা হোৎনৈ, খাজনা মরমচানা লৌই, থবক খুদিংদা প্রজাশিংগী মীহুৎ য়াওহনদুনা অচুম্বা ন্নারেপ লৌননবা হোৎনৈ। অদুবু অসিগুম্বা রাজ্যদি খরদনি, অয়াম্বনা ফীভম অসুম অসুম ফৎচিল্লক্তে। নিংথৌ মশা মথন্তনা ওইহনখিবা নৎত্রবসু শেলথুম, সমাজ, রাজনীতি অমদি মহৈমশিং তম্বগী মায়গৈদা লৈবাক্কী ওইনা য়াম্না শোক্নুনা লৈহৌই।

কুনশুবা শতাব্দী চংশিল্লকপদদি, ওইরক্লিবা ফীভম অসি ব্রিটিশ সরকারগী থৌশিল য়াওদবা নত্তে হায়বসি খঙবা ঙম্বা নিংথৌমচাশিং য়াওরকলে। মসিসু, প্রজাশিং মরক্তগী লূচিংবা কয়া থোকলকপদগী আন্দোলন তৌনরকপা, নিংথৌশিংদা মীয়ামনা শীংনরকপা থবক থৌওং কয়া উরকপদগীনি হায়না লৌবা তায়। ব্রিটিশনা অমুক নিংথৌমচাশিং ফাজিন্নবা থৌরাঙ তৌই। আন্দোলন নমথবগী থবক্তা নিংথৌমচাশিং অসিবু ফোংন নৎত্রগা লোন্না অকনবা শক্তি কয়ামুক অমুক পীশিল্লকই। থৌরাঙ অসিদা য়ানিংদব নিংথৌমচাশিং দণ্ডী পীনবা হোৎনরকই। ভারতকী নিংথৌশিংনা প্রজাশিংগী ঈহৌদ তোংশিল্লকখিবদু ব্রিটিশশিংনা কন্না য়ানিংখিদে। নিংথৌ পানবা লৈবাক খুদিংদ প্রজাশিংনা আন্দোলন তৌরকপা খুদিংমক চেকশিন্না য়েংশিন্নবা অমদি নমথনবা পাউতাক কয়া ব্রিটিশ রোসিদেন্ত খুদিংদা পীরে। খুৎ থিংজিনবা য়াবা য়াদবা থিদনা লৈবাক ঈরাংবু থোকলক্রবদি নম-হাদুনা থিংজিনহল্লে। অদুমকপু নমথনবগী অনৌবা খোঙজং অসি থওইনা ইনখিদবা রাজ্য খরসু অদুম ময়াওরকই।

মায়গৈ অসিদা শীংথাবা য়ানা চংশিল্লক্লিবা রাজ্যশিংদি বারোদা অমসুং মহীশুরনি। লৈবাক অনী অসিদা চাউখৎপগী য়াওন থুজিল্লকই, ইন্দস্ত্রি অমসুং লৌউ-শিংউবগী

থবক ফগৎলকই, শাসন অমসুং রাজনীতিগী ওইবা রিফোর্মশিং মথং-মথং পায়খৎলকই, মহে মশিং তম্বগী থাক বাংখৎলকই ।

ব্রিটিশ ইন্দিয়াদসু জাতিগী ওইবা আন্দোলন অসুম অসুম কনখৎলকই। গনতন্ত্র দায়িত্ব লৈবা শাসন (রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট), প্রজাগী ওইবা "সিভিল লিবর্তি ব্রাফমশিং অসি প্রজাশিংগী মরক্তা নীংথিনা জ্ঞান তাবা মী য়াওরক্লে । ঈহৌ অসি ব্রিটিশ ইন্দিয়াদগী হাইদোরকপা "টেরোরিস্ত" শিংসু নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং চংশিল্লক্তুনা প্রজাগী ঈহৌ শাগৎপদা অঙম-অঙম্বা থৌদাং লৌনরকই । ১৯২০ গী "নন-কোওপরেসন" অমসুং "খিলাফৎ আন্দোলন" পাম্নরকপা মী কয়া চোংথোক্লরক্লে মহীশুর, হায়দরাবাদ, বারোদা, কাথিয়াব্রারগী ষ্টেটশিং, দক্ষিনাত্যগী ষ্টেটশিং জামনগর, ইন্দোর অমসুং নাব্রনগরনচিংবদা "প্রজা মণ্ডল" নৎত্রগা "ষ্টেটস্ পিপল্স কনফরেন্স" কয়া লিংখৎনরক্লে । ১৯২৭ কী ডিসেম্বর থাদা "ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস্ পিপল্স কন্‌ফরেন্স (এ আই এস পি সি) পাঙথোকপা ওম্লে, ষ্টেটশিং অসিদগী লাকপ রাজনীতিগী কর্ম্মী ৭০০ হেনবনা শরুক য়াখি, লূচিংবশিংগী মরক্তা বলব্রন্তরাই মেহতা মণিকলাল কোথারী অমসুং জি, আর, অভয়ঙ্করনচিংবা য়াওখি ।

"প্রিন্সলি ষ্টেট" নত্রগা "ইন্দিয়ান ষ্টেট" হায়না খণ্ডনরিবা লৈবাকশিং অসিদ ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা য়েংখিবা মীৎয়েংদি ১৯২০ গী নাগপুর সেসন্দা তাখিবা ব্রারেপ অদু নীংশিংনিংঙাইনি । ষ্টেটশিং অসিদা মপূং ফাবা "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" লৈহনবা হায়বসি য়াম্না মরুওইরবা ব্রারেপ অমনি । অদুবু হেন্না মরুওইরিবদি মফমশিং অসিদা "কংগ্রেসকী মিংদা থবক চৎথবদি য়ারোই, কংগ্রেসকী মী য়াওশিনবদি য়াগনি" হায়বসিনি । মসিনা তাক্লিবদি নীং-তম আন্দোলন চৎথবা তারবদি মরন্নাই নৎত্রগা লম অদুগী ওইবা রাজনীতিগী সংস্থানশিং লিংখৎলগা হোৎনজগদবনি হায়বনি । ব্রারেপ অসি মখাগী ফীভমশিং অসিনা ওইহনখিবনি ঃ-

(১) ব্রিটিশ ইন্দিয়াগা প্রিন্সলি ইন্দিয়াগা রাজনীতিগী ওইবা মীৎয়েংদা চাউনা খেন্নবা লৈরি ।

(২) "সিভিল লিবর্তি" গী খোঙজং, রাজ্যশিং অসিদা ইলে লৈতবগুম তৌরি ।

(৩) আইনগী মীৎয়েংদা রাজ্যশিং অসি নীং-তম্বা লৈবাক অমমমনি হায়বগী ব্রাখল্লোন কন্না লৈরি ।

মরম খরা অসি লৈবনা নীংতম ঈহৌ পূন্না চংশিনমিন্নবদা অকায় অতোই কয়া থোক্লকপা য়ায় হায়না কংগ্রেসকী লূচিংবশিংনা খনখিবনি । লৈবাকশিং অসিদা

প্রজাশিংতগী ওইবা অকনবা ঈহৌ অমা শাগৎলক্ত্রিবা ফাওবদি কংগ্রেসনা খুং থিংজিন্নীংখিদবনি। অদুমকপু ১৯২৭ অমসুং ১৯২৯ গী কংগ্রেস সেসনশিংগী ৱারেপশিংদা, মরুওইনা "লাহোর কংগ্রেস" হায়না খঙনবা মীফমদা জবাহরলাল নেহরুনা মহাক্কী সভাপতিগী ভাষন্দা ইন্দিয়ান ষ্টেটশিংনা ভারতগী তোঙায়না লৈথিবদি য়ারোই হায়খি। মথা তারকপদা ৱাফম অসি, তৌবগীদি, লমশিং অসিগী প্রজাশিংনা ফীভম অসি শাগৎপদা চাউনা থৌদাং লৌফম থোকই, নিংথৌ মচাশিংনসু মখোয় মখোয়গী প্রজাশিংদা মতিক চাবা অধিকার পীবিনবা অকনবা আপীল তৌরদুনা হায়খিবনি।

ৱারেপশিং অসিগী মতুংইন্দুনা অচৌবা অহোংবা অনী লাক্লে - অহানবদা, "গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্ট, ১৯৩৫" পাস তৌরকপা, অনীশুবদা ১৯৩৭ তা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী প্রদেশ অয়াম্বদা কংগ্রেসনা শক্তি পায়রকপা। অহানবগী এক্ট অসিদা "ফেদেরেসন" গী ৱাফম য়াওরে। শক্তি মান্নবশিংগী অপূনবা শক্তি অমা শাগৎপনি ফেদেরেল লেজিসলেচর শেম্নগনি, অপূনবা আইনসভা অসিদা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী ষ্টেটশিংতা নৎতনা প্রিন্সলি ষ্টেটশিংগী মীহুৎ আইনসভা অসিদা য়াওরগনি। অসুম্না ব্রিটিশশিংনা মনুংদা লোন্না থৌরাঙ অমা তৌরম্লিবদি প্রিন্সলি ষ্টেটশিংগী মীহুত্তি নিংথৌশিংনা খনগনি, প্রজাশিংনা খল্লোই হায়বসিনি। অপূনবা আইনসভাগী মেম্বর অহুমগী মনুংদা অমা, নিংথৌগী মীহুৎশিংনসু ওইগদৌরিবনি। পাম্লিবদি - নিংথৌগী মীহুৎশিং অসিনা প্রজাগী ঈহৌ লাকশিনবা ঙম্বা য়ায় হায়বগী ৱাখল্লোননি। ফীভম অসি ময়েক শেংলক্লুনা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা অমসুং প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা লৈরিবা প্রজাগী সংস্থানশিংনা প্রজাগী মীহুৎ ওইহন্নবা কন্না তমশিন্নরকই। অদুবু প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা প্রজাশিংনা শক্তি পায়দ্রবদি পাম্লিবা অসি ওইথোক্লোইদৌরি। মরম অসিদগী ষ্টেটশিং অসিদা প্রজাগী আন্দোলন কনখৎনরকই, খোঙথাংসু য়াম্না থুজিনবা তারকই।

১৯৩৭ তা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী অয়াম্বা ষ্টেটশিংদা কংগ্রেস মন্ত্রিমণ্ডল লৈরকপসিনা প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা প্রজাশিংগী মপাঙ্গল য়াম্না হাপখি। কন্গ্রেস পার্তিবু চুম্নগী রাজনীতি দল অমত্তা ওইনা য়েংনরম্বদু তোক্লরক্লে, শক্তি পায়বা ঙম্বা দল অমনি হায়বা খঙনরক্লে। অনক-অনকপা প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা কংগ্রেসকী ঈজ্জৎ য়াম্না হেন্জৎলক্লে। নিংথৌমচাশিংনা তুমীন্না উশিন্নদনা লৈবা য়ারক্ত্রে।

১৯৩৮-৩৯ দদি ষ্টেটশিং অসিদা "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" অমসুং "রিফোর্ম" কয়াগীদমক মীৎ লাওনা পাঙথোক্লরকই, প্রজা মণ্ডল কয়ামুক শেমগৎনরকই। জয়পুর, কাশ্মীর, রাজকোট, পতিয়ালা, হায়দরবার্দ, মহীশুর, ত্রাবাঙ্কুর অমসুং উরিষ্যাগী ষ্টেট কয়াদা অনৌবা য়াওনগী ঈথক-ঈপোম চাউনা-চাউনা হৌনরকই।

ওইরক্লিবা অনৌবা ঈরাং অসিনা কংগ্রেসকী ফিরেপ হান্নদগী য়াম্না হোংহল্লক্কে। ১৯৩৯ গী মার্চ থাদা ফমখিবা কংগ্রেসকী "ত্রিপুরী সেসন"দা অনৌবা ফিরেপ অমা লৌরে - প্রিন্সলি ষ্টেটশিংগী থবক্তা কংগ্রেসনা খুৎ থিংজিনদবা হায়বদু শেমদোক শেমজিন তৌরে, প্রজাগী ওইবা থবক থৌরম খুদিংদা কংগ্রেস লাপথোক্লরোই হায়রক্কে। চহী অসিমক্তদা লুধিয়ানাদা ফমখিবা ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস্ পিপল্স কনফরেন্সতা জবাহরলাল নেহরুবু সভাপতি হাপখি, ব্রিটিশ ইন্দিয়া অমসুং প্রিন্সলি ইন্দিয়া অনীগী ঈরাং পূল্লপ পূনশিনখি।

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও থোক্লকপদা রাজনীতিগী ঈরাং অসি অমুক মওং অমা ওইরক্কে। কংগ্রেস মিনিস্ত্রিশিং থবক্তগী পোত্থানরে, সরকারনা "দিফেন্স ওফ ইন্দিয়া রুলস" কী শক্তিশিং পায়শিনখ্রে। ষ্টেটশিংদনা রাজনীতিগী ঈরাং অসুম অসুম কনশিল্লকই, নমথবা ইঙম ঙমলক্কে। ১৯৪২ দা "ভারত থাদোক্লো" (কুইৎ ইন্দিয়া) আন্দোলন কনখৎলক্কে, মতাঙ অসি য়ৌশিল্লকপদদি কংগ্রেসনা ব্রিটিশ ইন্দিয়া অমসুং ইন্দিয়ান ষ্টেটস্ হায়বগী খেন্নবা থমদনা ষ্টেটশিংদা তৌরিবা প্রজাগী অন্দোলনশিংদা পূক্লিং হেন্না লূপশিল্লক্কে। প্রজাশিংনসু "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" আন্দোলনগী মথক্তা ভারতকী "স্বাধীনতা" আন্দোলনদা মকা ফোংনা, থৌনা লৈনা য়াওনরক্কে। মখোয়না মখোয়গী লমদগী ব্রিটিশ চৎখ্রো হায়বা দাবীতা নৎতনা ষ্টেটশিং অসিবু ভারত জাতিগী খাইদোক্লবা য়াদ্রবা ভারতবাসী ঙাক্তনি হায়না লাউনরক্কে। লান লোইরকপা মতমদা ষ্টেটশিং অসিগী ফিরেপ মপূং ওইনা খন্ন-নৈনরক্কে।

জাতি অপূন্নবগী ওইনা খন্ন-নৈনরকপদা থৌদাং চাউনা লৌরক্লিবা লুচিংবশিংগী মনুংদা সরদার পেটেল, য়াম্না শক্তি লৈরবা মীওই অমা ওইরক্কে। হান্নগী বাখল্লোনদি -"ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি" লৈত্রবা মতমদা ষ্টেটশিং অসি মনীং মখা তন্বা লৈবাক অমমম ওইরগদবনি হায়বসিনি। বাখল্লোন অসি পূমহোং হোংদোকখ্রে। ষ্টেট অয়াম্বদা - শক্তি থৌরী চিংনরকপা, পান্বোমগা পান্বোমগা ঙানররকপা, প্রজাগী মৈ হৌনা চাকখৎলক্লিবা ঈরাং, নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইবদা চংদবা য়াদ্রবা মচাকশিং দিফেন্স (ঙাক-শেনবা) কম্যুনিকেসন (লম্বী থোং) অমসুং করেন্সী (শেল ময়েক -লল্লোন ঈতিক) অসিনচিংবগী অবাবা কয়া থেংনগদৌরিবশিং-পূম্নমক অসি খঙ্গনরবা মতুংদা "ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন" (পূশিন্নবগী সন্ধি) দা সহি তৌবা য়াওনরক্কে।

ত্রাবাঙ্কর, জনাগড়, কাশ্মীর অমসুং হায়দরবাদনচিংবা ষ্টেট খরদি তৌনরক্লিবা ঈরাং অসিদা নাচুংদনা অদুম লৈথোক্লই। অদুবু মমৈদদি হায়দরবাদ মথক্তমক সহি তৌদনা লৈহৌই, অতৈদি ঈরাং অদুনা অদুম চেম্মুদুনা পূখরে। মণিপুর অসিমকসু জুলাই ২,

১৯৪৭ তা ভারত সরকারগা "স্তেন্দস্টিল এগ্রিমেন্ট" (মনুংদা য়ানবা চে) তা সহি তৌনরবা মতুংদা থা অসিগী তারিখ ১১ মতুংদা "ইনস্ট্রুমেন্ট ওফ এসেসন" দা মতম অদুগী মহারাজনা সহি তৌখি । হায়দরবাদকী নিজামমকসু নবেম্বর ২৯, ১৯৪৭ তদি সহি অদুম তৌহল্লবনি ।

মতম অদুদা খ্বাইদগী পীকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক রাজকোটনি, মীশিং ৭৫,০০০ রোমতনি; খ্বাইদগী চাউবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্তা হায়দরবাদনি । লৈবাক অনীসিদা থোকপিরবা ঈরাং, ভারতকী নিংথৌপানবা লৈবাক খুদিংগী লমজিং লমতাক ওইবা য়াকগী মওংনি । লোয়নননা, ভারতকী নীংতম লানফমশিংদগী লাপ্পা লৈরবা চংথোক-চংশিনগী খুদোং চাদবা কয়া লৈবা চীংলোন কয়ানা কোয়শিনবা তম্পাক্তা লোয়নবা মণিপুর ষ্টেটকী ৱারীসু অনৌবা মথেল অমদি শোয়দনা ওইফম থোকই । সিমানাগী, জাতি মচা মচা কয়াগী বাথোক লৈবা মণিপুরনি, অদুবু কাশ্মীরগুম্না ভারত অমসুং পাকিস্তানগী মরক্তা চয়েংনবা বাথোক কয়া পাকশন্না খঙনখিবদি নত্তে, অদুবু তুংদা লাকপা য়াবা ভারতকী অবাং নোংপোক্কী রাজ্যশিংদা থোকলকপা য়াবা অকিবা থৌদোক কয়াগী হৌরকফম অমদি লোম্না চীক্তা অদুম ওইখিবনি । অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্চাও মতমদা ঈঙ্গিং খরদি অদুম মখঙনম্লবনি ।

X X X

মথক্তসু পনখ্রে, রাজকোট - কাথিয়াবার উপদ্বীপতা লৈবা পীকপ্লবা নিংথৌপানবা লৈবাকমচা অমনি, মতম অদুদা মী লাখ তংখাই অমতা লৈরিবনি । অদুবু ষ্টেট অসিগী মন্ত্রি মণ্ডলদি য়াম্না চাউই - নোংচুপথংবা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী ষ্টেট পুম্নমক মফম অসিদগী ব্রিটিশনা য়েংশিনফম ওইরিবনি ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্তকী লৈফমনি । ১৯১' দগী ১৯৩০ ফাওবা পানখিবা নিংথৌ লক্ষজীরাজ - মরৈবাকপু চাউখৎনবা হীরম খুদিংদা লমজিংলম্বা মতিক লৈবা লুচিংবনি । লৈবাক অসিগী নিংথৌবু ঠাকুর সাহিব হায়না খঙনৈ । লৈবাক্কী শেম্ছোক লম্বীদা, মহৈ মশিং তম্বদা অমসুং রাজনীতিগী জ্ঞান লৈহনবদা ঠাকুর সাহিব অসিগী থবক কয়া মমল লৈনা লৌনৈ । মীহুৎ ওইনা প্রজাগী ভোট ফংলক্লবা মেম্বর ৯০ গী এসেম্বলী "রাজকোট প্রজা প্রতিনীধি সভা" মহাক্না লিংখৎখি, সভা অসিগী বারেপ মহাক্না মতম পুম্নমক্তা ইকাই খুম্নৈ । মতম অদুগী অঙকপা থৌওং অমনি, অশেংবদি প্রজাশিংদা রাজনীতি তম্বীবনি হায়না লৌনৈ । ঠাকুর সাহিব অসি জাতিগী বাখল্লোনদা (নেসনেলিজম) থবায় লুপচৈ । ১৯২১ দা ইহান হানবা ওইনা রাজকোটতা কাথিয়াবার পোলিতিকেল কনফরেন্স তৌহল্লি, প্রজাশিংগী মীহুৎ ওইনা

লুচিংবা কয়া শরুক য়াহল্লি, মখিং লৈরবা মণশুখলাল মেহতা, অমৃতলাল শেঠ - অচৌবা থৌদাং য়াহল্লি, বিঠালভাই পটেলবু সভাপতি ওইহল্লি । ১৯২৫ দসু অমুকহন্না ভাবনগরদা কনফরেন্স তৌহল্লি । সেসন অনীমক্তা নিংথৌসু শরুক য়ায়, লম দান তৌবতা নংতনা জাতিগী ঈহৌদা মশামক য়াওশিন্দুনা খাদি শেংলি । ব্রিটিশ পোলিটিকেল এজেন্তকী অথিংবা মহাক্না থওইদে, গান্ধীবু য়াম্না নীংজে, সিংহাসনদা ফমহল্লি, মশামক্না ময়ামগা লোয়ননা ফম্মীন্নে । জবাহরলাল নেহরুনা রাজকোটতা লাকপা মতমদা "পব্লিক রিসেপসন" পীহল্লি ।

লাইবক থীবদি, নিংথৌ অসিনা লৈখিদ্রবা মতমদা মচা ইবুংঙো ধর্মেন্দ্র সিংহগী মতমদগী হৌরে । মচা ইবুংঙো অসিদি মপাগী শাজং-শওং পুম্নমকী ওন্ন-তৈনবনি । নুংঙাইথোকপা য়াম্না পামজে, লৈবাক্কী ভার পুম্নমক দেবান বীরবালাদা শীন্নথোকই । দেবান অসিসু অনৌবা ঠাকুর অসিনা পামজবা অদুতদা পূক্লিং চংগি । মদুগী ফল থুনা ফংলক্লে, ষ্টেটকী শেল-থুমগী ফীভম ফৎচিল্লক্লে, মরুওইবা শেন্দাল লম্বী পুম্নমক লম্নাই মীওইশিংদা লোইনা শীন্নথোকখ্রে । পোৎ-চৈগী মমল খংবাং বাংখৎখ্রে, প্রতিনীধি সভাগী মবা চৎনরক্লে ।

ফীভম অসিদা রাজনীতিগী লুচিংবশিংনা তূমিন্না লৈথোকপা ঙম্নরক্লে, মখল কয়াগী আন্দোলন তৌনরক্লে । সরকারগী লশিং কারখানাদা শীন্নীশিংনা আন্দোলন কনশিল্লকই, নুমিৎ ২১ চুপ্পা স্ট্রাইক চৎথরকই । অসুম খাওজিন্দুনা লৈবা য়ারক্তদুনা দরবারনা শীন্নীশিংগী দাবী পীনিং-পীনিংদনা পীথোকখ্রে । আন্দোলন তৌবনা অসুম্না মায় পাকলক্লবদা মীয়ামগী ঈহৌ কনখৎনরকই । চহী নিপালগী মতুংদা কাথিয়াবার রাজকিয়া পরিষদকী কনফরেন্স পাংথোক্লকই, মীওই ১৫,০০০ হেন্নবনা শরুক য়াই, দাবী কয়া থাঙ্গৎনরকই । দাবীশিং তাবিরক্তবদা রাজকোট শীনবা থুংনা হর্তাল তৌই । সর্দার পটেল চোংথোরকই, অদুবু মায়থীখি । দরবারনা ব্রিটিশ রেসিদেন্ততা ব্রিটিশ অফিসার অমবু দেবান ওইহন্নবা শীন্নরে, হান্নগী দেবান বীরবালাবু ঠাকুরগী প্রাইভেৎ এডভাইজর হাপ্লে । অসুম্না ব্রিটিশকী খুৎ ফজনা থিংজিনহল্লে । সত্যাগ্রহ চৎশিল্লকই, অদুবু নমথনবগী শক্তিদি নোংম-নোংমগী কনখৎলকই । অদুম ওইনমক কংগ্রেসকী খোঙজং হনবা লৈতে, অসুম অসুম কুংশিল্লকই ।

১৯৩৮ গী ইলেক্সনদা কংগ্রেসনা মায় পাক্লকপা য়াবগী ফীভম লাক্লে । মসি উরক্তুনা, ভাইসরোই লিনলিথগোনা সর্দার পটেলগা য়ানচে অমা সহি তৌননবা থৌরাঙ তৌরকই । দরবারনদি থৌরাঙ অসি য়ানিংদবনি, মরমদি য়ান-চে অসিদা ঠাকুরগী "প্রিভি পর্স" (নিংথৌদা পীগদবা সরকারগী শেনফম) অকক্লবা চাংদা থমলকপা, মেম্বর তরাগী

কমিতি অমা শেমদুনা প্রজাশিংদা শক্তি কয়ামুক লৈহন্নবগী রিফোর্ম কয়া থাঙ্গৎহনবগী ৱাফমশিং য়াওরি । ঠাকুরনা সর্দার পটেলদা কমিটিদা য়াওননবা মী তরেৎকী মিং পীখৎলক্ল বা চিঠি ইরকই । চিঠি অদু ফংবগা সত্যাগ্রহ লেপখি ।

ঠাকুরগী থৌশীলদা ব্রিটিশ সরকারনা খুৎ অমুক কন্না থিংজিল্লক্লে । সর্দার পটেলনা থাঙ্গৎলকপা মিংশিং খন্নবা য়ারোই, রেসিদেন্তকা তান্নরগা চৎথগদবা থবক্তি হায়রকই । সর্দার পটেলনা থাগৎচরক্লবসু লৌখিদ্রে ব্রাহ্মণ অমসুং বনিয়াতমক য়াওরকই, রাজপুট, মুসলিম অমদি অতোনবা জাতিগী মীহুৎ য়াওরক্তে হায়জিন্দুনা ককথৎখি । ১৯৩৯ গী জানুৱারীদা সত্যাগ্রহ অমুক হৌরে । সত্যাগ্রহীশিং বীরৱালানা ওমজবী মওংদা ওৎ-নৈখি । ওৎ-নৈখিবশিং অদুগী মনুংদা গান্ধীগী নুপী কস্টুর্বা অমসুং সর্দারগী মচানুপী মণিবেন পটেল য়াওরি ।

ফীভম হেন্না ফৎচিল্লক্লে. গান্ধী য়াওশিল্লক্লে, সত্যাগ্রহ তোক্লগা ৱারী শাননবগী লম্বী শীনদোক্লরে । অদুবু ৱারী শানবদা করিসু কান্নবা ফংদ্রে । গান্ধীনা শিদ্রিবফাওবা চন্না হেনবা হৌরে । ভাইসরোইনা ভারতকী চীফ জষ্টিসপু য়েৎনরিবশিং অদু য়েংশিলহল্লগে হায়রক্লবদা গান্ধীনা চন্না হেনবা লেপখি । অদুবু চয়েৎনবদি অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই । রাজপুট, মুসলিম অমসুং মুহম্মদ অলি জিন্না অমসুং বি আর আমবেদকার য়াওশিল্লকই । মতাঙ অদুদদি দরবারসু ভাইসরোইসু অমুক তূমিন্না লৈশিনখ্রে ।

গান্ধী ভাব তারক্লে । ব্রিটিশনা ঠাকুরদা নম-হাদুনা য়াহন্নবা হোৎনরিবা অদুনা গান্ধীগী ফিরেপ হোৎলে থম্মোয় জয় তৌবনা ফরে হায়না লৌখ্রে । য়ান-চে সহি তৌনবগী ৱাফম তোকখোক্লুনা অরেম্বদা মতম মাঙহল্লুরে হায়না ভাইসরোই, চীফ জষ্টিস, মুসলিম অমসুং রাজপুটশিংদা লাল্লে হায়জখ্রে, ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মখুৎতা রাজকোট শীন্নরম্লে । কংগ্রেসকী হান্নগী ফিরেপ প্রিন্সলি ইন্দিয়াদা খুৎ থিংজিনদবা হায়বদুদা অমুক হঞ্জিনখ্রে । অদুবু চৈনাদি প্রজাশিংনা ফংহৌই । রাজকোটকী ৱাথোক অসিনা ভারতকী নিংথৌ পানাবা লৈবাকশিংদা মিৎ-না শিংনিংঙাই ওইরে, মরুওইনা নোংচুপ ভারত্তা নিংথৌমচাশিংসু মখোয়গী পাঙ্গলদি ব্রিটিশতনি হায়বা খঙলকখি । ব্রিটিশ চৎখ্রবদি মখোয়গীদমক কনানা অমুক লেপ্পীরগনি ? প্রজাশিংদি হান্নগা নিংথৌশিংবু তাথি-তাওইনখ্রবনি । ফীভম অসিদগী ভারতনা নীং-খা তল্লবদা ষ্টেটশিং ভারতত্তা পূনশিনবদা সর্দার পটেলগী থৌরাঙ লায়হনখ্রে।

X X X

হায়দরাবাদকী ফীভমনা অমুক ইতোপ তোন্নী । ভারতকী খ্বাইদগী চাউবা নিংথৌ পানবা লৈবাকনি, লম চাউই, মীশিং য়াম্মী । লৈবাক অসিগী নিংথৌবু নিজাম হায়না খঙনৈ । নিজামগী মখাদা লৈরিবা প্রজাশিং লোল অহুম ঙাংবা লমদমগী মীওই ওক্তনি । চামগী মনুংদা কুননিপালনা মরাঠী, কুননিথোইনা কন্নড় অমসুং য়াখেনা টেলেগু ঙাংই । ১৯১১ দগী ১৯৪৮ ফাওবা নিজাম ওইরম্বা ওসমান আলি খাননা ষ্টেট অসি মশাগী অনীংবা মতুংইন্না শক্তি লৈনা পানখিবা নিংথৌনি । মশামকী লম, ষ্টেট অসিগী লম চামগী মনুংদা তরানি । অতোপ্পা কুম্বা অমনা খুজংনি, মহাক্কী "জাগির" ওইনা মখল কয়া থোক্লা লৈরিবনি । অহানবগী লম অসিদগী লাকপা আয়না কোন্নুংগী খরচ ওইনৈ, লেমহৌরিবা মফমশিংদগী ফংলকপা আয়না সরকার চলাইরিবনি । অকোনবগী অসিদদি আইনগী থ্বা লৈতে, মহাক্না পাম্বা মওংদা খোমগংনিংবা শেল নংত্রগা পোং-চৈ খোমগংলিবনি । নমদুনা মীনাই ওইহনবগী চংনবী "বেথি" হায়বসিসু অদুম পাক শন্না চংনৈ । নিজাম অসিনা হিন্দুশিংগী সংস্কৃতি অমসুং ধর্মগী থবক্তা য়াম্না ওৎ-নৈ । উর্দুবু কোর্টকী লোল ওইহল্লি, লোল অসি চাউখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনৈ, ওসমানিয়া বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎলি । ষ্টেট অসিগী অতৈ লোল টেলেগু, মরাঠী অমসুং কন্নড়নচিংবদি করিশু থৌশাবিদে, লোলশিং অসি তম্বা শিক্ষাগী সংস্থানশিং নমথনবা হোৎনৈ । সরকারগী অৱাংবা ফমশিং মুসলিমগী ওইনা মশিঙ য়ামহল্লি । ১৯২০ দগী হৌনা লিংখৎখিবা "আর্য্য সমাজ" মুৎথৎনবা হোৎনৈ, পূজা তৌফমশিং থুগায় । হায়দরাবাদতি মুসলিম ষ্টেট ওইগদবনি হায়বা ফিরেপ মতম পুম্নমক্তা লৌই । ১৯২৭ তগী মুসলিমশিংতগী ওইবা সংস্থান লিংখৎতুনা দক্ষিনাত্যদা "মুসলিম ষ্টেট" পাকথোক চাউথোকহন্নবা মহাক্না লুচিংঙি, মকোকসু নিজামতনা ওইহন্নবা হোৎনৈ ।

অতৈ নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংদা প্রজাশিংগী ঈরাং হৌরক্লিবা অমদি ওৎ-নৈরক্লিবা ময়াম অসি খাঙজিন্দুনা অসুম লৈবা ঙমনরক্তে । অদুবু হায়দরাবাদ ষ্টেট মনুংমক্তদদি অথিংবা কয়া লৈখিবনা প্রজাগী ঈরাং মশক নাইনা কনখৎহনবা ইঙম ঙমখিদে । মসিনা মরম ওইদুনা মপান্দগী রাজনীতিগী নোংলৈ-নুংশিং কন্না শীৎচিনবা হৌরক্লে । ১৯২০-২২ গী "নন-কোওপরেসন" অমসুং "খিলাফৎ" আন্দোলন ষ্টেট অসিদা শক্তোন নাইনা চংশিল্লক্লে । মতম অদুদা কন্না পাম্নরক্লিবসি তরেং নাইবা, নেসনেল স্কুল লিংখৎপা, খু থকপা থিংবা, অমাংবা জাতি (হরিজন) সমাজনা লৌশিনবিবা, গান্ধী অমসুং আলি মচিন মনাওগী ফোটো য়াওবা বেজ খেৎপা, হিন্দু-মুসলিম অমত্তনি হায়বগী খোল্লাউ অসিনচিংবনি । লোয়ননা, খাজনা কা হেন্না লৌবা, ধর্মগী অমদি সংস্কৃতিগী থৌরমদা সরকারনা খুৎ থিংজিনবদা য়ানিংদবা কয়া, কন্না মখি লোংলক্লবনি ।

মতাংগ অসিদা টেলিঙ্গনাদা সংস্কৃতিগী ঈহৌ য়াম্না কনখৎলকই " অন্ধ্র জন সংগ্রাম" লিংখৎলক্লে, মমৈদা "অন্ধ্র মহাসভা" ওনখ্রে। সংস্থান অসিনা হোৎনজরিবদি টেলেগু লোল অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হায়দুনা লাইব্রেরী এসোসিয়েসন শেম্বা, স্কুল অমদি লাইব্রেরী লিংখৎপা, পাউ-চে অমসুং চেফোংগ ফোঙবা, রিছার্স সোসাইতিশিংদা পূক্নিং থৌগৎপা অসিনচিংবনি। মহাসভা অসিনা ১৯৪০ ফাওবদি রাজনীতিগী ওইবা থবক পায়খৎখিদে।

১৯৩০-৩২ গী "সিভিল দিসওবিদিয়েন্স মুভমেন্ট" হৌরকপদা ষ্টেট অসিগী নহারোল কয়া ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মফমশিংদা চত্নুনা য়াওরুই। মখোয়না ভারতকী অতৈ প্রজাশিংগা তোৎন-তিন্নরুই, জেলদা চংমিন্নবা কয়াসু য়াওখি। জাতিগী ওইবা ৱাখল্লোন কয়াদা পুন্না শরুক য়ামিন্নরুই। অসুম্না মখোয়গী পূক্নিং অসুম অসুম চেৎশিল্লকই। ১৯৩৭ তসু ষ্টেট অসিগী মফম অনীদা মশা-মশাগী সংস্থান লিংখৎলক্লে - অমনা মহারাষ্ট্র পরিষদ, অতোপ্পনা কন্নড় পরিষদনি। ১৯৩৮ দা মফমশিং অসিগী লুচিংবশিংনা পুনশিন্দুনা ষ্টেটকী ওইবা হায়দরাবাদ ষ্টেট কংগ্রেস শেমলে। মমিং কংগ্রেস হায়জ রবসু অপুনবা সংস্থান অসি ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী মশা অমদি নত্তে, অদুবু লৈনরিবা মরিদি য়াম্না নকশিন্নবনি। অদুবু, মীয়াম্না অনৌবা সংস্থান অসি ময়েক শেংনা খঙহল্লক্লিভৈদা নিজামগী সরকারনা থিংজিল্লকই, হিন্দূশিংতগীনি, য়াওফম থোকপা মুসলিম কয়া য়াওদে হায়না শন্দোকই। সরকারনা ৱারী শানবা হোৎনরুবদু কান্নখিদ্রে, সত্যাগ্রহরোমদা চংশিলক্লে। আন্দোলন অসিগী লুচিংবা স্বামী রামানন্দ তীর্থনি। স্বামী অসি মরাঠী লোল ঙাংঙি, নন-কোওপরেসন আন্দোলনগী মতমদা লাইরিক তম্বা তোক্লকখিবনি, অদুবু মখা তানা নেসনেল স্কুল অমদি কলেজদা মখা তমথৈ, বোম্বে অমসুং শোলাপুরগী ট্রেদ ইউনিয়ন লুচিংবা অমা ওইনা হৌরকই, মমৈদা হায়দরাবাদতা থৈদুনা নেসনেল স্কুলগী মওংদা স্কুল লিংখৎলি। পুন্সি মরেন্দা গান্ধীগী শাজৎনি, ৱাখলগী লমজিংনা জবাহরলাল নেহরুনি। অহল-লমনশিংনা মকা ইফোং ফোংনরক্রুবদা ১৯৩৮ দদি সরকারগা লান্থা তৌনবা চোংথোরকপা প্রজাশিংগী লুচিংবা অমা স্বামী অসিনা ওইরে।

হায়দরাবাদ অমসুং ঔরাঙ্গবাদ শহর অনী অসিদা ষ্টেট কংগ্রেসনা সত্যাগ্রহ কয়া মথং-মথং কয়া চংশিল্লকই। গান্ধীনা ওইরক্লিবা মওংশিং কুপ্না শেমদুনা লৈখি, ষ্টেটকী প্রধান মন্ত্রি সার আকবর হাইদারীদা তোয়না চিঠি ই। থা অনী চংথরক্লবা মতুংদা ১৯৩৮ গী ডিসেম্বর থাদা সত্যাগ্রহ তোকখ্রে। তোকপগী মরমদি ধর্মগা রাজনীতিগা য়েৎশিন্নবা অকৰা ওইরোই হায়বসিনি। সত্যাগ্রহগী অন্দোলনদা আর্য্য সমাজ অমসুং হিন্দু সিভিল

লিবর্তিজ ইউনিয়ন - সংস্থান অনী অসিগী থবক থৌওংশিং জাতি বিজাতি খায়বরোমদা হায়বদি "রিলিজিয়স কম্যুনেলিজম" গী দোষ পীশিন্দুনা মুসলিম সমাজনা লান্না লৌনরক্লে। ষ্টেট কংগ্রেসনা গান্ধীগা কূপ্না ব্রা তান্নরবা মতুংদা রাজনীতিগী থবক্তা ধর্মগী ব্রা পুশিন দবনা হেন্না ফরগনি খন্দুনা সত্যাগ্রহ তোকপা তাখিবনি। ষ্টেট কংগ্রেসপু হিন্দূশিংতগী সংস্থান ওইনা সরকারনা উরিবসি ময়েক শেংহনখিবা তাবনি।

মতাঙ অসিদা "বন্দে মাতরম" গী ঈশৈ অমুক কনখৎলক্লে। হায়দরাবাদ শহরগী কলেজশিংদা ছাত্রশিংনা হোস্তেলদা লাইশোন সভা ফম্বদা বন্দে মাতরমগী ঈশৈ কন্না শরুৎনরকই। মসি সরকারনা য়ানিংখিদে। থিংজিনখ্রে। স্ট্রাইক মথং-মথং তৌনরক্লে, অফা-অপুন কয়া লোয়নরক্লে। কলেজগী ছাত্র কয়া তাম্থোরক্লে। মখোয় নাগপুর বিশ্ববিদ্যালয়দা চেন্নখ্রে, মফম অদুদা কংগ্রেসনা শক্তি পায়রিবনি, ভাইস চান্সেলরনসু মখোয়বু তরামনা তৌখি। থৌদোক অসিনা নহারোলশিংগী অচৌবা লমজিং অমা ওইরে, তুংগী আশা চাউনরক্লে। ষ্টেয কংগ্রেস থিংজিনখিবদগী লম লমগী সংস্কৃতিগী সংস্থানশিং মপাঙ্গল অমুক কনখৎলক্লে। মরুওইনা অন্ধ্র মহাসভাদা মরিল লৈবা নহারোল কয়ামুক য়াওশিল্লকুনা থবক কন্না চংশিল্লকই। ১৯৪০ গী অদুবাইদদি কম্যুনিস্ত পার্টিগা খুৎশম্নরকুনা রাজনীতিগী খোঙথাংদা অকনবা ঈনোৎ পীরক্লে। লাইরবা লৌউবা ময়ামগী মায়গৈদা আন্দোলনগী মৈরী অসুম অসুম চুশিল্লক্লে। অনীশুবা লাঙ্গাও থোকলকপদগী সরকারনা অথিংবা কয়া অমমুক হাপচিল্লক্লে। মী কয়া অফা-অপুন তৌরকই। গান্ধীনা খঙ্গৎচবা মী তরুক য়াওনা স্বামী রামানন্দ তীর্থ ১৯৪০ দগী ১৯৪১ চহী লোইবা ফাওবা ফাজিন্দুনা থমখি। মতম অদু গান্ধীনা লৈবাক পুম্বগী ওইনা অকনবা খোঙজংদা থবায় য়াম্না য়াওশিনখিবা মতাঙনি, ষ্টেটকী ওইবা থবকশিংসু থৌরাঙ অদুদা পুনশিনবা য়াবা পূম্নমক পূনশিনখিবনা ষ্টেট অমত্তগী ওইবা থবক থৌরমদি মতম খরা লেপহনখি।

১৯৪২ ওগষ্ট থাগী "ভারত থাদোক্লো" আন্দোলন্দা ব্রিটিশ ইন্দিয়া অমসুং প্রিন্সলি ইন্দিয়া অনীগী খেন্নবা থমদ্রে। ভারতবাসী খুদিংমক য়াওবা তারে। ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস্ পিপললস কনফরেন্সতা গান্ধী অমসুং নেহরু অনীমক কন্না য়াওশিন্দুনা "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট", "ভারত স্বরাজ" অমসুং "ষ্টেট পূম্নমক ব্রিটিশ ইন্দিয়াদা পুনশিনবা" হায়বা পান্দম অহুম অসিদা অপূনবা শক্তি অমা চাউনা শাগৎলে। আন্দোলন অসিদা হায়দরাবাদকী নহারোলশিং থৌদাং চাউনা য়ারে। নুপীশিংসু সরোজিনি নাইডুগী লুচিং মখাদা অকি-অখও লৈতনা চোংথোক্লরকই। কম্যুনিস্ত পার্টিদংদি আন্দোলন অসিদা য়াওখিদে, মরমদি পৃথিবীগী লাঙ্গাওদা ভারতনা ব্রিটেনগী মতেঙ পাংবা হায়বসি

মখোয়না য়ানিংদে। মদুগী মহুক্তা "প্রজাগী লাঞ্জাও" (পিপলস ৱার) হৌরকই। ৱাথোক অসি কনখৎলক্নুনা অন্ধ্র মহাসভা অনী থোক্লা কায়রে। ১৯৪৪ য়ৌরকপদা কম্যুনিস্তশিংনা মহাসভাগী মরুওইবা শরুক ওইরে, অদুবু ১৯৪৫ দা ফিরেপ অসি অমুক শেমদোক শেমজিন তৌনে।

১৯৪৬ লোইরমদাইদা নলগোণ্ডা, ৱারাঙ্গাল অমসুং খম্মামগী মফম কয়াদা লৌমীশিংগী আন্দোলন কনখৎলকই। মহে-মরোংগী পোৎথোক্তা নমদুনা খাজনা লৌরকপা, মীনাই ফুঙ্গা লিংবা, আইনগী ৱাংমদা লম লৌশিনবা পুম্নমক অসিগী লান মহাজনশিংগী গুন্দাশিংগা "সংঘম" হায়না খণ্ডনরক্লবা অন্ধ্র মহাসভাগী লৌমীশিংগা হাৎন-শুনরক্লে। মমৈদা ষ্টেট পুলিসকা লৌমীশিংগা চৈতুপ ৱাতুপ, নূংনচিংবা খুৎলায় শীজিন্নদুনা হিংসাগী মথি ফোংনরক্লে। ১৯৪৬ তা আন্দোলন অসি য়াম্না ৱানা নমথখি, মী লিশিং লিশিং ফাজিনখি, ফুখি, হাৎখি, লুচিংবশিং জেল মনুংদা নমশিনখি। টেলিঙ্গনাগী লৌমীশিং মীৎকপ ফজনা থোক্লে।

১৯৪৭ জুন ৪ দা ভাইসরোই মাউন্তবেত্তননা ওগষ্ট ১৫ দা ব্রিটিশনা ভারত থাদোক্লগনি হায়না প্রেস কনফরেন্স অমদা লাউথোকই। জুন ১২ দা নিজামনসু লাউথোকই "ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি" লৈত্রবদি মহাক মনিং মখা তন্নবা নিংথৌ অমা শোয়দনা ওইরগনি। মসিনা তাক্লিবদি মহাক ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্দা য়াওররোই হায়বসিনি। জুন ১৬ তগী ১৮ ফাওবা হায়দরাবাদ ষ্টেট কনফরেন্সকী সেসন ফমদুনা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা মপুংফানা শৌগৎলদুনা, নিজামগী মায়য়োক্তা লৈরে; ইন্দিয়ান ইউনিয়নদা তিনগনি, "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" থমগনি হায়বা দাবী ময়েক শেংহল্লে, মীয়ামগী পুক্লিংদা অচেৎপা ফিরেপ লৈহল্লে। সত্যাগ্রহ আন্দোলন পাকচাউনা থৌরাঙ তৌরে। ওগষ্ট ৭ তা "জোইন ইন্দিয়ান ইউনিয়ন ডে" (ভারত্তা পূনশিনগদবা নুমিৎ) গী থৌরম জয়প্রকাশ নারায়ণ য়াওনা পাঙথোকই। নহা, অহল, নুপী-নুপা খাক্তনা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা থৱায় য়াওনা পাংথোরকই। অফা-অপুন, ওৎ-নৈবদি খুরক হাংখিদে। ওগষ্ট ১৩ দা নিজামনা জাতিগী ফিরাল হাইগৎপা থিংঙি। অথিংবা অসি আন্দোলনগী লূচিংবশিংনা শীঙনৈ। মদুগীদমক ১৯৪৭ ওগষ্ট ১৫ গী অয়ুক অঙনবদা স্বামীজী অমসুং মাগা লোয়নবশিং ফাজিল্লি। অদুবু "হায়দরাবাদ স্টুডেন্তস্ ইউনিয়ন" গী ছাত্র ১০০ না, চেকশিন্না ঙাকশেল্লিবা ময়াম অদু নমথেক্নুনা "সুলতান বাজার" দা হায়নখিবা মতমদা জাতিগী ফিরাল শাইহল্লি। অথংগী নুমিৎ কয়াদসু মওং কয়া শীজিন্নদুনা জাতিগী ফিরাল থেৎপা ট্রেন কয়া নক্লবা লমশিংদগী হায়দরাবাদ য়ৌবা ফাওবা থৌজিল্লকই। থবক অসিদা থৱায় য়াওনা মায়পুনখিবশিংদি

ছাত্রশিং অমসুং নুপীশিংনি । অদুবু নিজাম সরকারনা করিগুম্বা নাচুংবা লৈতনা প্রজাগী ঈহৌ অসি হিংসা শীজিন্নদুনা নমথনবা হোৎনৈ । "রাজাকার" হায়না খঙনবা "পেরা মিলিটরি ফোর্স" থাজিন্দুনা ঈরাং তৌরিবা মীয়াম তকখায়হল্লি, খুল খুলদা আর্মী কেম্প লৈহল্লি, খুৎলায় পুরগা থিবা হুম্বা কয়া তৌহল্লি । নম নমদুনা অৱাবগী শক্তম ওইহল্লি ।

নভেম্বর ২৯, ১৯৪৭ তা ভারত সরকারগী "স্তেন্দস্তিল এগ্রিমেন্ত" তা নিজামনা সহি তৌরে, অদুবু প্রজাদা ওৎ-নৈবদি অমুক হেন্‌ঙৎলে, রাজাকারগী মীহাৎ-মীপুন হেন্না কনশিনহল্লে । মী লিশিং লিশিং ষ্টেট অসি থাদোক্তুনা য়ুমলোন্নবা ষ্টেটশিংদা চংজফম ওইনরে । মখোয়সু মফমশিং অদুদা খুৎলায় তম্বা হৌরে, রাজাকারশিংগা মায়য়োক্নদুনা লাম্বা তৌনবা শেম শারে । থবক অসিদা কম্যুনিস্তশিংনা থৌদাঙ চাউনা য়ায়, মখোয়গী অকনবা মফমশিং নলগোণ্ডা, ৱারাঙ্গাল অমসুং খম্মামদা ট্রেনিং পী, লাল্লোং তম্বী । নিজামগী সরকারতা নৎতনা মহাজনশিংগী মায়য়োক্তসু খুৎলায় থাননবা থৌরাং কয়া পাকশন্না হোৎনৈ । মহাজন কয়া মাগী মাগী লম হুন্দোক্লদুনা চেন্নরে, হুন্দেক্লম্লবা লমশিং অদু লৌমীশিংদা য়েন্থোকই । ষ্টেট কংগ্রেসসু খুৎলায় পায়বা তম্বীরক্লে, ষ্টেটকী মতাই মতাইদা অমসুং কম্যুনিস্তশিংনা লৈরিবা মফমশিং অদুগী ৱাংমদা খুৎলায় তক্ষম শেমগৎলকই । মতম অদুদা নিজামগী জেলদা সত্যাগ্রহী ২০,০০০ হেন্না লৈরি, মসিদগী হেনবসু মপান্দা আন্দোলন লেপ্তুনা চৎথরি ।

১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বর থাদদি, ফনা তৌদুনসু নিজামনা ইন্দিয়ান ইউনিয়নদা য়াওনিংদ্রে হায়বসি ময়েক শেংলে । চহী অসিমক্কী সেপ্তেম্বর ১৩ দা ভারতকী লান্মী থাজিল্লে, সেপ্তেম্বর ১৮ দা নিজামনা চঙজরে । ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্দা পূনশিনবগী থৌরাঙ মপুঙ ফারে । প্রজাশিংনা লান্মীশিংবু তরাম্না ওকখি । জাতিগী ফিরাল হরাওনা চিংখৎলে ।

X X X

মণিপুরসু, রাজকোট অমসুং হায়দরাবাদকুম্না য়েলহৌভেদগী নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরকই । লম্বী-থোং খুদোং চাদ্রবা ভারতকী অৱাং নোংপোক চিদাইদনি, বর্মাগা (হৌজিক্কী ম্যানমার) য়ুমলোন্নরিবনি । চীংনা ইকোয় কোয়শিল্লগা ময়ায়দা তম্পাক লৈবা লমদমনি (শরুক ৪ গী মনুংদা চীংনা শরুক ৩ নি) সমুদ্রদগী য়াম্না থাম্নী, য়েল লম্বীগী খুদোংচাবা লৈতে । ভারতকী অতৈ লমশিংগদি লায়রদুনা, য়ুমলোন্নবা লমদমশিং

আসাম, খাসী চীং, নাগা চীং, লুসাই চীং, কাছার, ত্রিপুরা অমসুং বর্মা (অঙনবা মতমদা "অবা লৈবাক", নৎত্রগা "কবো" হায়না খঙনখিবা) অসিনচিংবগসু লম্বী চৎথোক-চৎশিন অরায়বা নত্তে, মনুংমক্তদসু চীংগা-তমগা য়াম্না নকশিন্নবা ঙমদবা মফম কয়া লৈরিবনি। তম্পাক্কী লমদনা মী কুংনা তাই (তম্মীনা শরুক তরাগী মনুংদা মাপল্লোমনি) শক্তি লৈবা অঙম-অথৌশিং, নিংথৌনচিংবতনা মনাই মশল পুদুনা থৌরাঙ চাউনা চাউনা তৌরগা চৎনরম্বনি, লৈরম লৈরম্বা মীশিং পোৎথাঙ পুনহল্লম্লিবনি। মফম অসিগী পোৎথোক চাথোকসু কোল-কারখানাগী নত্তে, য়াম্না হন্দবা থাক্কী লৌউ-শিংউবগী লমদমনি, খোংদগী থোকপা ধাতুনচিংবসু মশক থোক্লা লৈবা নত্তে। মফম অসিগী নিংথৌ ওইবা নৎত্রগা শাসন তৌবা খক লায়না থোক্তবা মফমনি। মহৌশাগী খুৎশেমতনা মশাগী নীংতম্বা ঙাকচনবগী অচৌবা পাম্বেনি। লানগী অফবা খুৎলায় - বোম, তোপ, নোংমৈ, গাড়ী অমসুং অথুবা পাউজেলগীদমক দরকার লৈবা বিজ্ঞানগী খুৎলায়শিং, মশাগী ওইনা লৈজবা নত্তে, লোয়নমক মপান্দগী পুশিল্লকপা তাবনি। খুৎলায়শিং অসি পুশিল্লকপতা নৎতনা সভ্যতাগী কান্নবা হেন্না ফংগ্নবা মপাল্লমগী হরা-নুংশিৎ, মহে-মশিং, চৎনরোল-লৈঙাক্লোন ধর্মনীতি, অর্থনীতি, সমাজ সংস্কৃতিনচিংবা খঙজিন-হৈজিন্নবগীদমক মপাল্লমদা চৎলুবা তায়, মফমশিংদুগী মীওইশিং চংহল্লকপা তায়। লমদম অসিগী মীচম প্রজাশিংনদি লম্বী-থোং নাতৈ চাদবনা মরম ওইদুনা লল্লোন-ঈতিক্কী থবক্তা হৈ-শিংবা ঙমখিদে। পাৎ-তুরেল মচা খরদা হি-হোল্লগা, লম্বী-থোং ফৎখিদ্রবা মফমশিংদা যলগাড়ী নৎতনা কাংপোৎতনা করি তৌবা য়াগনি? শগোলসু মরাং কায়না লৈবা নত্তে, চীংগী লমদমদদি খোঙ নৎত্রগা মীনা পুবা দোলাই পুম্নমক অসি অবাবা ঙাক্তনি। অচৌবা শক্তি অমনা লান্দারকপদা ইলায় লায়না থোক্লিবনি; ফী ভম অসিদা নীংতম্বা ঙাকপা হায়বসি ঈশ্বরগী মফমদা অসুম শীন্নথোক্তুনা লাকখিবনি। মরম অসিমক্কসু তম্পাক্কী লমদা অনৌবা ধর্ম কয়াগী লৈহাও চেল্লবা মফম ওইখিবনি। চীংদসু অদু মঙাই লাইরোন-তীল্লোনতনা পৃক্ষিগী ঙাকলৌ ওইখিবনি।

মণিপুরগী নীং-তম্বগা য়াম্না মরী নকশিন্নখিবা থৌদোকশিংগী মনুংদা মতাঙ মরিদি য়াম্না মরু ওই। অহানবদা চহী তরেৎ খুন্তাকপা (অবালান) ১৮১৯-১৮২৫, অনীশুবদা খোংজোম লান ১৮৯১, অহুমশুবদা পৃথিবীগী অনীশুবা লান্তাও ১৯৩৯-১৯৪৫ (অহল-লমনশিংনা জাপান লান হায়না খঙনখিবা), অমসুং মরিশুবদা ১৯৪৭ ডা ব্রিটিশনা ভারত থাদোকখিবা অমদি ১৯৪৯ দা মণিপুরনা ভারত্তা তিনশিনখিবা।

অঙনবা মতমদা মণিপুরদা হেক হেক লান্দারক্লিবসি অৱানি, মরক মরক্তা চিনাগী লান পাম্বা কাওবু খাগী হায়বসিসুনি। মণিপুরগী নিংথৌশিংগী মরক্তা ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮)কবোম্বা (১৫২৪-১৫৪২) খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) অমসুং গরিবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) অসিনচিংবা নিংথৌশিংগী হাক্তগী অৱাগা মণিপুরগা অয়াম্বা মতমদা অদুম নুংশিনদনুনা লাকখিবনি। ১৭৫৯ দা ভাগ্যচন্দ্রনা অহানবা ওইনা সিংহাসন কাখি। পেনদবা অমদগী চহি অনী ফাদনা ফম থাদোকখিবনি, ময়েক্লীদি চহি মঙা মঙা নিংথৌ খুবম পুনবগী য়ানবা লৈখিবনি। মহাক্না ১৭৬৩ দা অমুক হন্না তং তানা নিংথৌ হেক ওইবগা মণিপুরদগী অৱাশিং তাহোকখিনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। অদুবু রাজনীতিগী ফীভম চেৎতবা অমসুং অৱাশিংনা নোংমৈ শীজিন্নবা হানখিবনা থবক অদু অরায়বা ওইখিদে। মতম অদুদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী চিট্টাগোংদা (চট্টগ্রাম) নোংমৈ শানবা ফেক্টরী লৈরে। ফেক্টরী অসিগী খুদোংচাবা লৌননবগীদমক ভাগ্যচন্দ্রনা কন্না হোৎনখি। খুৎলায়গা লোয়ননা ব্রিটিশ লাম্নী থাবিরকুনা অৱা তাহোকপদা মতেং পাংবিয়ু হায়জরই। ১৭৬২গী জুলাই থাদগী ওক্টোবর থা ফাওবদা য়ান-চেইনে অমসুং মতম অদুগী বেঙ্গলগী গর্ভনরগী অয়াবা লৌদুনা ১৭৬৩ জানুৱারী থাদা চিট্টাগোংদা লৈবা ব্রিটিশ কম্পনীগী মকোক মি: হেনরী ভেরেলেষ্টনা লুচিংদুনা ভাগ্যচন্দ্রবু তেংবাংনবা কাছারগী কোনুং খাসপুর ফাওবা চংশিল্লকই। লম্বী থোং অমদি নোং-চিং য়াম্না অখিবনা মরম ওইদুনা মণিপুর য়ৌরকপদি ওমখিদ্রে, খোঙচৎ অদু কান্নখিদ্রে। অদুবু ব্রিটিশকা মণিপুরগা নকশিন্নবা মরী অমদি ইহান হানবা ওইনা লৈনরে।

১৯শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা অৱা লৈবাক মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎলক্লে। ব্রহ্মদেশ হায়দুনা অচৌবা সাম্রাজ্য অমগী আশা তৌরক্লে। বর্মাদা লৈবা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী মফম কয়া মখোয়না লৌশিল্লকুনা বেঙ্গল ফাওবা কিহল্লকই। মার্জিৎ মহারাজনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরিঙৈ ১৮১৯ দা অৱানা লান্দারকুনা মণিপুর লৌশিনখ্রে। ১৮২৫ ফাওবা চহী তরেৎ খুম্ভাকপা হায়না খঙনদুনা অৱাগী লাম্নীশিংনা মণিপুরদা ওৎ-নৈদুনা লৈখি। সিংহাসনমক্তি মুনখিদে হায়না খন্নবা -য়াবা মওং লৈ। অদুবু ইতিহাসকারশিংগী মোত খেন্নবা য়াই।

অৱানা মণিপুর খুদুম চনশিনখ্রবদা মতম মতমগী মণিপুরী নিংথৌশিংনা অৱা তাহোকখিনবা ইষ্ট-ইন্দিয়া কম্পনীদা লাম্নী অমসুং খুৎলায়গী মতেং পীখিনবা অসুম হায়জদুনা লাকই। অমরোমদা অৱাশিংনা টিলাইনগী লানফমদা ব্রিটিশপু মায়থীবা পীদুনা লুচিংবা কয়া ফাজিনখিবদগী ব্রিটিশনা মণিপুরগী নিংথৌ গম্ভীরসিংহগী (১৮২৫-১৮৩৪) মতেং নীরকখি, লোয়ননা অৱাগী মখুত্তগী মণিপুর কনবদা মতেং পাংনবা হায়রকই। মখেগে অনী য়ানরবা মতুংদা গম্ভীরসিংহ অমসুং মনাওনুপা নরসিংহ অনীনা মণিপুরদা লৈরিবা অৱাশিংবু মায়থীবা পীখি। অসুম্না মণিপুরদগী অৱা তাহোকখিবদা

নংতনা ব্রিটিশ লুচিংবশিং অৱাগী মখুত্তগীসু কনদুনা চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মতম লোইশিনখি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়রিবা মতাং অসিদা অৱাগী পান্দম নাখে শেংদনবগুম তৌই। মণিপুরবু ওং নৈদুনা পুম্মাও মাওহনবা- মী, লন-থুম, য়ুম-কৈ, লম্মী-খোং পুম্নমক থনম্রোই, মিং কাওবা মুৎহৌরসনু হায়না উংপা শাজং অমা উবা ফংখি; মার্কে অময়োমদা মৈতৈ প্রজা মরক্তগী মীচঙ খোমনবা মখোয়না য়াবা নংত্রগা য়ানগনি খনবা কনাগুম্বা নিংথেম মচাবু নিংথৌ হাম্নগী থৌয়াঙ কাওবা তৌবা - হাপসু হাপখিবগী শাজং অমসু থেংনৈ। মপূং ওইবা মীৎয়েংদি অৱানা তশেংনা মণিপুরগুম্বা লৈবাক অমবু লৌশিল্লগা মখোয়গী মখা পোনবা নিংথৌ অমা হাপতুনা অয়ান্নদগী শাসন তৌরক্কে হায়বা ৱাখল লৈখিদে। মখোয়না নিংথৌ অমসুং লাম্মীদা চংকদবা য়েক্লবগী শাজং অদুদগী হেন্দোকুনা প্রজা মীচম, নুপী অঙাং, অশোন-অনা খাক্তনা অকনবা মলোম অমগা লোয়ননা ইউরোপতা হিটলরনা যীহুশিংবু তুমহন্নবা হোৎনবগুম মণিপুরদা মৈতৈপুম্বা তুমহল্লগে হায়বা থৌরাঙগা লোয়ননা ৱাহেনো কোঙদোকপা ওমদবা, শাখীবা মীহাৎ-মীনে চহী তরেৎ অদুগী মনুংদা তৌখি। মরম অসিনা অৱানা মণিপুর লৌশিল্লগা লৈবাক ঙাকুনা পানগে হায়বগী খুদম উখিদে। অৱানা মদু তৌবা ওমগদবসু নত্তে। মণিপুর শাসন তৌবা অরায়বা থবক নত্তে হায়বসি মখোয়না হান্নসু খঙলমগনি। মণিপুরবু মখোয়না অরিবা মতমদগী হৌনা য়াম্না কিনা লাক্লিবনি। চহী তরেৎ খুন্তাকপদা অৱাগী মতিক চাজদবা অমসুং মণিপুরগী মুৎপা য়াদবা লু-ভাং, য়াংলেন শরূদা য়াওবা মগুন অদু চপ চানা উংনখি। মসিমক্ক ব্রিটিশ ওফিসারশিংনা য়াম্না কুপ্পা খঙননবা হোৎনখি।

অতোপ্পা ৱাফম অমসু লৈরি। মণিপুরদগী অৱা তাম্লোকখ্রবা মতুংদা ব্রিটিশকা অৱাগা মখল কয়াগী য়ান-চে (১৮২৬ কী য়ান্দাবোগী য়ান-চেনচিংবা) সহী তৌনদুনা লৈবাক শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা অমদি শাসন ফগৎনবগী থৌরাঙ কয়াদা ব্রিটিশ অসুম অসুম য়াওশিল্লক্লে। অদুবু য়ান্দাবো য়ান-চেদা মহারাজ গম্ভীরসিংহবুদি সহি তৌহনখিদে। মদু ব্রিটিশকী লৌ অমনি। মহারাজ গম্ভীর সিংহদা শক্তি শিন্নদুনা অৱা তানখায়নবা থাজিনবা মতমদা ব্রিটিশনা মাঙজৌননা মহাকপু মণিপুরদা অমুক হন্না নিংথৌ খুবম লৌদুনা পাল্লু হায়বা ৱা অসি মতুংদা হোংদোক হোংজিন য়াদনবা মওংদা হান্নখিবনি। মসিগী অর্থদি গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবা মণিপুর অদু "সোভরেন পাৱার" অমনি হায়বসিনি।

ব্রিটিশকী ফিরেপ অসি মণিপুরবু চুম্না নুংশিবীবা অমদি মরূপ ওইনা খনবীবগী ৱাদি নত্তে। মখোয়না মশাগী অফ-ফম্ত খঙজে, অৱাংপা পুম্নমক উজে। গম্ভীরসিংহ মহারাজবু মখোয়গী মরূপ ওইনা সম্মান তৌনা মণিপুরদা পালহনবমা মখোয়গী ওইনা

ফরগনি হায়রনা ব্রিটিশনা খনখিবা অসিগী মরম চাওনা লৈ। অরানা কাছার মনুংচংনা লান তৌরকপদা টিলাইনগী লানফমদা গম্ভীর সিংহনা মতেং পীরমত্রবখি ব্রিটিশকী শাথীবা মাঙ-তাকপা ওইরমগদবনি হায়বসি ব্রিটিশনা খঙখি।

১৮৩৪ দা গম্ভীরসিংহনা হেক থুপখিবগা মচাইবুঙো নিংথেম পীশক চন্দ্রকীর্ত্তি মশাগী চহী অনীতা ওইরিঙেদা নিংথৌ ওইহল্লি, মতোন ইবুংঙো নরসিংহবুনা সেনাপতি ওইনা লৈবাক্কী থবক অয়াম্বা পুহল্লি। মতাং অসিদসু ইতিহাসকী কাররবা মচাক লৈরি। মণিপুরদা দেবেন্দ্র সিংহ মহারাজ অমসুং নরসিংহ মহারাজগী মতুংইনবা অচৌবশিংগী মনুংদা কয়া শক্তি মুররকপদগী দেবেন্দ্রনা শাগোররকপা তুংইনবশিংগী মীচং চংদবা য়াদ্রদুনা অতোপ্পা কাঙলুপ অদু নীংবা কায়হনখি। মখোয়বু তুম্না মাঙহন্নবা থৌরাঙ কাওবা তৌখি। অতোপ্পা মায়কৈ অদুবু লাকশিনবা নংদ্রিঙেদা মখোয়গী লুচিংবা কুননা কাছারদা চত্তুনা নিংথেম পীশকপু মণিপুরদা পুরকখি। মমিংতা ওইনা মফম খরদা খুং থোক্লা লাহেংনবগী থবক উখি।

য়ানবা অমগী মখাদা ১৮৩৫ দা ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্সিগী অফিস অমা মণিপুরদা ইহান হান্না হাংলে। হান্না মণিপুরদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী মহুৎ শিনদুনা থবক কয়া তৌরম্রবা লেপ্তেনেন্ট জর্জ গোর্দোনবু পোলিতিকেল এজেন্ট ওইনা মণিপুর সরকারনা তত্তব পীদুনা থম্লে। মসিসু ব্রিটিশকী অরুবা লৌ-অমনি। নরসিংহ সেনাপতিগা জর্জ গোর্দোনগা য়াম্না চান্নে। গোর্দোননা ১৮৩৭ তা ইহান হানবা ওইনা লামায় ৩৪১ পানবা ইংলিশ, বেঙ্গলী অমসুং মণিপুরী ডিক্সনারী অমা ইরম্মী, লোয়ননা ইংলিশ স্কুলসু লিংখৎলম্মী। শীংথানিংঙাইহিনি।

অঙাং ওইরিবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজবু ১৮৪৪ দা মণিপুরগী ৱাংমদা থৈশ্রবদা নরসিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। ব্রিটিশনা চন্দ্রকীর্ত্তি কম থাদোকখিদে হায়জরবসু মমৈদদি নরসিংহবু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়রনা শকখঙম্রে। নিংথৌ অসিগী মতমদা মণিপুরদা কুকী কয়ামুক খুন্দাহনখি। মসিদসু ব্রিটিশনা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

১৮৫০ দা নরসিংহ মহারাজনা লৈখিদ্রবদা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্র সিংহনা নিংথৌ ওইরে। মতম অদুদা চন্দ্রকীর্ত্তিদি কাছারদা লৈরি, মশাগী চহী তরানিপাল হায়রক্রে। গোর্দোনগী মখংদা পোলিতিকেল এজেন্ট ওইরবা মেকলোগনা দেবেন্দ্র সিংহব্রু নিংথৌনি হায়বা শকখঙলে। অদুবু মণিপুরদা চন্দ্রকীর্ত্তি থুংলবা মতমদা চংলেনবা কয়া থোক্রক্রে। মণিপুরগী প্রজাশিংনা নিংথেম পীশক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মায়কৈদা হুন্না কোপখিবা

মওং উবদগী ব্রিটিশনা মহাক্কী মীচংদা লৈজরবসু দেবেন্দ্র মহারাজ কাছায়দা চেনখি। মসিদা ব্রিটিশ বারৌখি, চন্দ্রকীর্ত্তিগী য়েক্কবা ওইখি। হান্না পীগনি হায়না য়ানখিবা কবো তন্পাক্কী ক্ষতিপূরন ব্রিটিশনা পীদ্রে, মসিগী লমন খুব্বা ওইনা চন্দ্রকীর্ত্তিনা ১৮৫০দা ব্রিটিশকা য়েক্করিবা নাগা কাওবু অমদা লান্নী অমসুং খুৎলায়গী মতেং পীখি। মসিদসু ব্রিটিশ সরকারনা হায়না শাউদুনা লৈবগী মথক্তা অমুকা হেন্না শাউনিংহনখি। চন্দ্রকীর্ত্তিদা কিহনল্লকই -ব্রিটিশ সরকারগী মতেংনা মণিপুর লৈরিবনি, মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না শকখঙবা তারবদি ব্রিটিশ সরকারগী মায়য়োক্তা থবক অমত্তা চংথবা য়ারোই হায়রকই। বাক্কম অসি ঙাক্লা চংলিবমখে ভারত সরকারনা চন্দ্রকীর্ত্তি অমদি মচা মশুশিং ঙাক শেনগনি, খুৎলায় পীগনি, লোয়ননা অতোপ্পনা নিংথৌ খুবম মুলহনলোই হায়না ময়েক শেংনা খঙহল্লকই। মরক অসিদা ব্রিটিশনা দেবেন্দ্র সিংহবু ঢাকাদা লেংদনা থম্মনবা থৌরাঙ তৌখি, মহারাজ অসিবু ঢাকা তাবা হায়না খঙনখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পানবা মনুংদা পোলিতিকেল এজেন্টনা শাসনগী হীরম খরদা খুৎ থিংজিনখি। মসিহায়দগী হায়বদি ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্ট লৈরকপদগী অথোই অহেন নাইনা অদুম তৌখিবনি। অদুবু ওইরক্লিবা ফীভম অসিনা মণিপুর অসি মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইজরগসু এশিয়াদা শক্তি য়ান্না কনথংলক্লিবা ব্রিটিশ সরকারগা খুৎশম্নরবা লৈবাক অমদি শোয়দনা ওইরে। ১৮৫৫ দা ব্রিটিশনা ব্রহ্মদেশ লৌশিনখিবদগী অৱানা মণিপুরদা অমুকহন্না লান্দারকপগী বাদি লৈরক্লবনা মণিপুরদা ব্রিটিশবু থৌশাদবা য়ারক্কবগী মওংদা লাক্লে। অসিগুম্বা রাজনীতিগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকপদগী, মমেদা চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং ব্রিটিশ সরকার অনীগী মরক্তা অসুম অসুম মরী নকশিন্নরক্লে, শন্না হায়রবদা নুংশিনরক্লে। চন্দ্রকীর্ত্তিনা পাংবা য়াবা মতেং পাংলে। অসুম্না ফীভম কপাংনরক্লবদা চন্দ্রকীর্ত্তিবু ইকাই খুম্নরদুনা কে সি এস আইগী উপাধি পীরে। প্রিন্সলি ইন্দিয়াদসু ব্রিটিশ ইন্দিয়াদসু ব্রিটিশনা নীংতম আন্দোলন তৌরকপদা নমথনবগী থৌরাঙ অমা ওইনা, মনা মথুম কন্না য়েহোরক্তুনা অচৌ-অপাং অমদি নিংথৌ কয়াবু ব্রিটিশকী মায়কৈদা লৈহন্নবা মতম অদুদা কন্না হোৎনরিবনি।

মহারাজ ঈশ্বর হায়না লৈবাকদা নুংশিনা কৌনরবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ১৮৮৬ত্তা থুপত্রবদা শুরচন্দ্রনা নিংথৌ খুবম ফংলে। অদুবু মমা তিন্নদবা মচিন-মনাওশিংগী জক্তা চয়েংনবা কন্না থোক্লকই। ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর থাদা কোনুং মনুংদা লোইথে কাপশিন্নকপদগী শুরচন্দ্রনা পোলিতিকেল এজেন্টকীদা লোংতুনা থাঙখি। থনকমখে

খল্লগা মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্রদা নিংথৌ খুবম পীরক্লগা বৃন্দাবন চৎকনি হায়রদুনা কাছারয়োমদা চৎখি। মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট মিস্তর গ্রীমবুদ অমসুং যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অনীদি হয়াওমিন্নে। থৌদোক অসি ভারত সরকারদা মতম চানা খঙহল্লখিদে। অদুগী কুলচন্দ্রবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা শকখঙবিনবা অথুবা পাউদি ভারত সরকারদা থাখি। থুনা শকখঙবিরকখিদে, মরমদি শুরচন্দ্রনা হান্ননা থাকৎলমলে - তাহোকশিরকপনি, সিংহসন মুনবিহৌরবনি, মতেং পাংবীয়ু হায়রদুনা লৈরম্লরবনি। চয়েৎনরিবা ময়াম অসি খন্ন-নৈনরবা মতুংদা ব্রিটিশকী ওইনা থারেপ লৌরে -(১) টিকেন্দ্রজিৎপু - মণিপুরদগী তাহোকখিবা, (২) কুলচন্দ্রবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা শকখঙবা, (৩) আসামগী চীফ কমিসনারনা মণিপুরদা চত্তুনা ভারত সরকারগী ফিরেপ অদু মফম অদুদা খুদক্তা লাউথোক্কুবা।

১৮৯১ গী মার্চ থাদা আসামগী চীফ কমিসনার মিস্তর কুইন্তননা লাম্মী পুরগা মণিপুর য়ৌরক্কে। মথোঙ হক্তবা থৌরাঙ কয়া লোন্না শীন্দোক্লগা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাননবা হোৎনরক্কে। মায় পাক্রে, হেন্না শাখিবা ফীভমদা ব্রিটিশ মায়োক্লরে— কুইন্টন, গ্রীমবুদ য়াওনা ব্রিটিশ অফিসার লোয়নমক হাৎখ্রে। ব্রিটিশ সরকার খংপ্রেক খংলে, লুত্তোন শাৎলে। পৃথিবীদা মমিং লৈরবা অঙৌবা ইংলিশ সাহেবপু করিশু লৈত্রবা মণিপুরনা হাৎখ্রে। মণিপুর তকখায়বা তায়। শিলচর, কোহিমা অমসুং টমু মায়গে অহুমদগী ব্রিটিশ লাম্মী থোমজিল্লক্কে। খোংজোমগী লানফমদা ১৮৯১ এপ্রিল ২৩ দা মণিপুর মায়থীরে, নুমিৎ নিনিংগী মনুংদা মণিপুরগী কোনুং ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী ওইখ্রে। অদুবু খোংজোমদি শহীদশিংগী তীর্থ ওইহৌরে, মরৈবাক নীংজবা কয়াগী ঈথেংনা লমদম অসি স্বর্গ ওইহল্লম্রে। পাওনা ব্রজবাসী, চীংলেনম্না, হৈরাংখোংজানচিংবা অথৌবা কয়া অমর ওইহৌরে।

খোংজোম লান হেক লোইবগা অঙৌবা সাহেবশিংনা মণিপুরী খুদিংদগী খুৎশু-খুৎলায়, থাঙ-তা লোইনা খোমগৎখি, লোয়ননা, মহারাজ কুলচন্দ্র, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেল ফারে। নমফুগী বিচার চৎথরে ফাঁসীগী দণ্ডী লোয়না পীরে। মতম অদুগী ভাইসরোই লোর্দ লেন্সডাউন মঙক ফজনা হাইগৎলে। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেল অনীনা বিচারগী রাই অদু নম্ফুনি, তাৎনি হায়খি। মরমদি মণিপুরদি নীংথা তম্রবা ব্রিটেনগুম্না কনাগীসু মথাপোন্দবা সোভরেন পাবার লৈরিবা লৈবাক অমনি। মরম অদুনা ব্রিটিশ লাম্মীনা নৎক্রগা কোর্টনা মথোয়গী বিচার তৌফম থোকপ্রা ? আপীল তৌই, অদুবু কনানসু পুক্নীং চঙনা তাবিরক্তে, ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্তমক্তদসু ডিবেট মচা অমদি তৌনে। ভাইসরোইগী শক্তিগী থাংমদা লৈরিবা

বাকক ঋয়রক্তি মণিপুর অসি লৈহৈ চনশিনগদ্রা চনশিনবোইদ্রা হায়বসি ১৮৯১ গী জুন থাদা থমরলি।

মতাং অসিদা পনবা মাখিবদি — মণিপুরনু আসামগী জীলা অমা ওইগদ্রা মণংলগা হায়বগী মওংদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা ব্রিটিশ শেমজাওনসিংগী মখাদা থমখিগদ্রা হায়বগী মরীদা ভারতা মরম ওইনা মণিপুরদা থবক পুবা ব্রিটিশ অফিসারশিংগা বিলাটকী অটৌবশিংগা য়েন্ত খেমখি। মতম অদুগী পোলিতিকেল এজেন্ট ওইরবা মেজর মেসবেলনা মণিপুরবু অধীনা দশী তৌসি অমসুং মদুনা ব্রিটিশ সাম্রাজ্য পুম্নদা পাড়া অমা ওইখিসনু — আসামগী অচম্বা থাক লেম্বা জীলা অমা ওইনা চহী অমা অনীদং নৈহৎপদা মণিপুর জান অপনি হায়না হৌদোরকপা বাফম ভারত সরকারনা য়াদুনা বিলাটতা অরোইবা হুকুম পীবিরক্লবা থাবদা বিলাটকী মকোক ওইবশিংনা প্রস্তাব অদু লৌশিদে। ভারতকী ব্রিটিশ শাসননা মণিপুরদা য়েংখিবা মীৎয়েং, কুইন্টন সাহেবনা মণিপুরদা চত্নুনা ইমুং মনুং খৎনবদা খাবে খারা শারুবা, মতুং তাবগী লান খুৎত্তৌ, মরেখাক নীংজবা লুচিংবশিংদা তৌখিবা হৌনদবা শাজৎ পুম্নমক অসি ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্টনা নৈনরগা নিন্দা তৌখি। মহারানী ভিক্টোরিয়া মশামক্না মিস্তর কুইন্টনগী থৌশিলদা পেনখিদ্রে। লৈহৈ চনশিন্নোইই, "নেটিব রুল" গী মখাদা লৈগনি হায়না খারেখখি।

অদুবু চহী অসিগী ওগষ্ট ১৩ দা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনরেলবু মপাল কাংজেবুংদা ফাঁসী তৌদুনা হাংখ্রে। মসিগী মযাঙদা ব্রিটিশকী মায়মোক্তা থবক তৌখিবা পুরন্দম কাজাও(শিপাং) অমসুং নিরঞ্জন সুবেদার - জেল মনুংদা ফাঁসী তৌখ্রবনি। মতুং তারকপদা চিরাই নাগাসু অসুমনা হাংখি। মহারাজ কুলচন্দ্র অমসুং অতৌম্বা অনীদি মপুন্সিচুম্না মণিপুরগী মপানদা লৈহৈ থাখ্রে। লোয়ননা, মণিপুরগী নীংতম্বা পুম্নাং মাঙখ্রে।

১৮৯১ গী ওগষ্ট ২১ দা ব্রিটিশ সরকারনা ধমকাগা লোয়ননা লাউথোকই — মালেমগীদমক মণিপুর অসি লৈহৈ চনশিনফম থোক্রবনি, অদুবু মদু তৌবিদ্রবনি, নুংশিরিবা ওইনা "নেটিব রুল" দা নৌনা অমুক হুঞ্জিনহল্লবনি। হায়না লৈরম্ম "নেটিব রুল" হায়রিবসি ময়েক শেংনা অাক্তে, গম্ভীরসিংহগী মতমদগীরা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদগীরা হায়রদু চমম্মক্লদুনা থমখি। প্রজাশিংনা ফীভম অসি খঙখিদবদি নত্তে। ময়েংনরী হায়বা খঙনা খঙনা অদুম খাঙজিনদুনা লৈবা তাখি। "নেটিব রুল" অসি থমক ওইনা পাঙথোক্নিবনি হায়দুনা হায়গী চীফ পোলিতিকেল অফিসার মেজর মেক্সবেলবু ব্রিটিশ সরকারগী মীহুৎ ওইনা পোলিটিকেল এজেন্ট হাপখ্রে। নরসিংহ

মহারাজগী মশুশিং থোকপা চহী তরক্তা শুহ্রিবা চাউবীয়াইমগী মচানুপা চুড়াচান্দবু নিংথৌ হাপ্লে। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়ারিবদি য়াম্না জ্ঞান লৈরবা লৌশিংনি হায়দুনা ব্রিটিশনা হাপ্লা নিংথৌ অমগী মখাদা লৈবা শাসন মালহল্লগা মণিপুরবু ভারতকী ইন্দিয়ান ইন্দিয়া হায়না খঙনবা নেটিব ষ্টেট অমা ওইনা থমখিবনি।

চহী অসিগী সেপ্টেম্বর ১৮ দা ভারত সরকারনা "সনদ" অমা থারকই। "সনদ" অসিগী মতুং ইন্না মণিপুর অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী শরুক অমা চপ চানা ওইরে। হীরম খুদিংদা মখোয়গী হুক লৈরে। ব্রিটিশ সরকারনা হায়রকপর্মখে মণিপুরনা ইনদবা য়াদ্রে। হেক ইনদবদা ব্রিটিশ সরকারনা মণিপুর অসি অমুক মথক মখা ওনবা শুস্বগী শক্তি ফোংনা লাউথোক্লে। মসিগীসু মথক্তা মণিপুরনা চহী খুদিংগী লুপা ৫০,০০০ কাঙ্গং থীবা তারি, লানগী ক্ষতিপুরন ওইনা লুপা ২,০০,০০০ (মতম অদুদা পুবা থাংবা শুন্ন্রোইদবা শেপফমনি) পীবা তারি। মতম অমদা নিংথৌ নংত্রগা মহারানীবু ইকাই খুম্নবা উংপা ওইনা সলামী নোংমৈ য়াথ্রেমগা নংত্রগা য়াথ্রেদগী তাদনা কাপ্পরম্বসু "রাজা" নংতবা "চীফ" চুড়াচান্দ মশামক্কী অমসুং মহুৎশিল্লবা চারোল শুরোলশিংগীদমক্তদি সলামী নোংমৈ "তরামাথোই" দগী হেন্না কাপ্রোইদবনি হায়না ব্রিটিশনা খঙহল্লে। মতম অদুগী ব্রিটিশ পেরামাউন্তসিগী মখাদা লৈবা নিংথৌমচাশিং হায়দরাবাদকী নিজাম, কাশ্মীর অমসুং মহীশুরগী মহারাজশিং, বারোদাগী গায়ক্বাদ, ভোপালগী নবাব, সীক্কিম অমসুং ভূটানগী নিংথৌ ফাওবা সলামী নোংমৈ কুম্মাথোইদগী তাদনা ব্রিটিশনা কাপহনখিবনি।

মণিপুরগী রাজনীতিদা চপচানা খুৎ থিংজিন্নবগীদমক পিক্লিবা অঙাং অমবু নিংথৌ ওইহল্লগা "বড় সাহেব" হায়না খঙনরিবা পোলিতিকেল এজেন্টপু মণিপুর ষ্টেটকী সুপরিনটেন্দেন্ট ওইহনখি। ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী নমফুগী চৎনরোলশিংতা নৎতনা মণিপুরতগী ওইজবা চৎনরোল কয়াদসু থিংবিনিংঙাই লৈত্রবা শক্তি (পেরামাউন্ত পাবার) ব্রিটিশনা পায়শিনখ্রে।

১৯০৪ য়ৌরকপদা ব্রিটিশ অফিসারশিংনা ফনা কন্না হোৎনজদুনসু মণিপুরগী ফীভম অসুম অসুম ফংচিল্লক্লে। ঈশিং চাউবা, চাক তাংবা, হুরান-চিহি, লায়না-লায়চৎ তৌহিশিল্লকই। নীংতম লান্দা অচৌবা শরুক য়ারম্বা "মণিপুর আর্মি" মুৎথৎখ্রবা মতুংদা ব্রিটিশশিংনা শেমগৎখিবা ষ্টেট মিলিটরি পুলিশনা ওৎ-নৈরকপা অসুম-অসুম হেঙিল্লক্লে। তাঙা অসিদা মণিপুরী প্রজা খরনা বেঙ্গলগী "অনুশীলন সমিতি" গা লোয়্না মরী অসুম অসুম লৈনরক্লে। ব্রিটিশকী মথক্তা লালহৌবগী ঈরাং কয়া শাগৎলক্লে। ১৯০৪ গী মার্চ থাদা "ছোট সাহেব" হায়না খঙনরবা এসিসটেন্ট পোলিতিকেল এজেন্ট জে,জে, ডনলোপকী বাঙ্গলা মৈ থাখি, জুলাই থাদা নুপী ৩০০০ লোয়্না পোৎফম ফমজরিবা খাইরম্বন কৈথেলগী পোৎফমশিং মৈ চাকহনখি, ওগষ্ট থাদা ডনলোপকী

অনীশুবা বাঙলা অমুকসু মৈ থাখি। খোইরাং-খোইশাওনরবা পোলিতিকেল এজেন্টনা প্রজাশিংদা অনৌবা বাঙলা নমদুনা শাহল্লবা অকি-অকিবা থৌরাঙ কয়া পায়খৎলকই। নিংথৌমচা তরুক্লা প্রজা ৫০০০ গা লোয়ননা পোলিতিকেল এজেন্টকা তাইশিন্ননবা কন্না হোৎনৈ। মণিপুরগী নুপী কয়াসু রাজনীতিগী থবক্তা য়াওশিল্লকখিবসি মতাঙ অসিদগীনি হায়বা য়ায়। সরকারদা কোংনা শীংনবা হৌরবনি, নুপীলানগী অহানবা তান্কনি হায়নরবনি।

প্রজাশিংবু বাঙলা শাগৎহনবগী বাথোক অদু আসামগী চীফ কমিসনারগী খুৎথাংদা ভাইসরোই লোর্দ কর্জন য়ৌনরে। প্রজাগী আন্দোলন নমথবদা বাগদবা মরমনা পোলিতিকেল এজেন্টকী হুকুম অদু চৎনহল্লক্রে, অদুবু নিংথৌমচা তরুক মণিপুরগী মপান্দা লোই থাখে। মেজোর জে, সেক্সপিয়ারবু অনৌবা পোলিতিকেল এজেন্ট ওইনা হাপলক্রে। মতম অদুদা ব্রিটিশনা শীন্দুনা মপান্দা মহৈমশিং তমহল্লুরবা চুড়াচান্দ, নিংথৌ সিংহাসন্দা শক্তি লৈনা ফমলক্রবনি। মঙোন্দা অমদি মাগী দরবারদা শাসনগী শক্তি মথং মথং শীন্নখিনবা পাউতাক কয়া ভারত সরকারনা পোলিতিকেল এজেন্টতা হায়রক্রবনি।

অনৌবা পোলিতিকেল এজেন্টনা প্রজা হরাওনবা হায়দুনা লম-তু শেমগৎপা, বাজার শেমজিন-শাজিনবা, কোনুং অমসুং মন্দির শাগৎপা, সরকারগী বাঙলা শাগৎ-খোকৎপগী থবকশিং মথং-মথং পায়খৎলকই। ১৯১৮ জানুৱারী ১ দা ভাইসরোইনা "মহারাজ" গী পদবী লাহোরকই, মচা-মশুশিংসু সিংহাসনবু কারবদি পদবী অসি ফংবা য়ারগনি হায়নরকই। মণিপুরনা পীফম থোকপা কাঙ্গৎশিং কোকপিরক্রে। নিংথৌনা ব্রিটিশকী মীচং ওইনবা শীল্লক্রে।

১৯২০ দগী ১৯৩৯ ফাওবগী মতম অসিদা গান্ধীগী "নন-কোওপরেসন" আন্দোলন ভারত শীনবা থুংনা কনখৎলকই, লোয়ন-লোয়ননা মচি-মচিদা হিংসাগী থবকসু য়াম্না কনখৎলকই। মণিপুরদসু ষ্টেটকী শেল-থুম অসুম অসুম ফৎচিল্লক্রি। মীলদা চেং তক্নুনা মপান্দা থাদোকখিবগী বাহৌদা মণিপুরী নুপীশিংনা সরকারগী মথক্তা পেন্দবা কয়া উৎলক্রে, ঈহৈ অসিদা নুপা কয়াসু য়াওশিল্লক্রে। নিংথৌ অমসুং ব্রিটিশ রিজার্বকী মায়য়োক্তা শান্তিগী লাঞ্জং কয়া শেম-শানরকই। ব্রিটিশনা নমদুনা পোৎথাং পুহনবা অমদি নক্ষ্ণগী থবক কয়া চৎথরকপদগী কুকীশিং অমদি তমেংলোংগী চীংমী কয়াগী ঈরাং কনখৎলকই। মওং তারবসু তাদ্রবসু রাজনীতিগী অনৌবা মীৎকপ অমা থোকলক্রে হায়বা তায়।

মপান্দা চৎতুনা ইংলিশ এডুকেসন ফংবা মাওহ কয়া য়াওরক্রে, ছাপাখানা লিংখৎতুনা চেকোঙ কয়া পুথোরক্রে, ইবা পাবা হৈবা মপানগী ঈরাঙ খঙবা অহে-

অশিং কয়া চোংথোক্লরক্লে। সংস্কৃতি, সাহিত্য অমদি সমাজগী ওইবা সংস্থান কয়া লিংখৎনরক্লে। অনৌবা মণিপুর অমা তন্না তন্না শাগৎলক্লে।

১৯৩৪ মে ৩০ দা "নিখিল হিন্দূ মণিপুরী মহাসভা" গী অহানবা মীফমদা মহারাজমক্তা সভাপতি ওই। চহী অহুমগী মতুংদদি মহাসভা অসি মপূং ফাবা রাজনীতিগী সংস্থান অমা ওইরে। মমৈদা "হিন্দূ" হায়বা ৱাহৈসি লৌথোকখি। অনীশুবা মীফম, ১৯৩৬ তা শিলচরদা পাংথোকই, অহুমশুবা ১৯৩৭ তা বর্মাগী মণ্ডলেদা, অদুগা মরিশুবনা ইম্ফালগী চীংঙাদা ১৯৩৮ দা পাঙথোকই। ব্রিটিশকী থৌহনশিন্দগী মহারাজদি অহানবা মীফম য়াওরম্লগা খোঙফম অদুম হন্দোকম্রে। ব্রিটিশনা চিংনখিবদি ইন্দিয়ান কংগ্রেস কমিতিগী অমসুং অতে ষ্টেটশিংগী রাজনীতি মণিপুরদসু য়ৌরম্রে হায়বসিনি।

১৯৩৯ দা "অনীশুবা নুপীলান" থোক্লরে। মথক্তসু পনম্রে, মণিপুরগী শেলথুমদি ফৌথোক-চাথোক্তা থানবা য়াদবনি। অসুম্না ৱানরিঙে মতমদা মীল তক্লবা চেং মপান্দা খুৎচাউ থাদুনা থাদোকখিবা হায়বসি প্রজাগী পুক ককপগুম্বনি। মরম অদুনা মপান্দা চেং থাদোকপা য়ারোই হায়বসি মতম অদুগী অকনবা দাবী মশানা ওইরকপা তাবনি। দাবী অসি নুপীশিংনা য়াম্না কনশিনহনখি মনুংদদি নুপা কয়াসু য়াওখিদবা নত্তে। দরবারগী সুপরিনটেন্দেন্ট ওইরিবা ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্টতা খুদক্তা অথিংবগী হুকুম থোক্লবা আন্দোলন তৌখিবনি। টেলিগ্রাম অফিসতা চত্তুনা নবদ্বীপতা লৈখিবা মহারাজগী য়াথং লৌনবা হোৎনরিঙেদা খামজিনবা ওমদনা অশোক-অপন কয়া থোক্লখি। লানমক্তি নত্তে, আন্দোলন অকনবা অমনি। অদুবু নুপীলান হায়না অসুম খঙনম্রে। আন্দোলন মায় পাকখি, মহারাজনা চেং থাদোকপা খুদক্তা থিংখি। প্রজাগী, মরুওইনা নুপী সমাজগী, চাউরবা রাজনীতিগী খোঙজং অমনি। মতম অদুদা ভারতকী লুচিংবা অমতনা মণিপুরদা মকাফোংনা য়াওশিল্লকপদি নৎখিদে। য়াওরুদনবসু মতম অদুগী ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস কমিটিগী ফিরেপ লৈরিবনি, মখোয়না পাব্লিবসু লম লমগী প্রজাশিংগী অশেংবা ঈহৌতবু ওইদুনা লৈনরিবনি। থুগায়খ্রিবা সভাযাত্রা কয়া, চহিখাইখ্রিবা পাব্লিক মিতিং কয়া, ফাজিনখ্রিবা লুচিংবা কয়া, পূম্নমক অসি য়েংলুরগদি ভারতকী অতে মফমগুম্না রাজনীতিগী লাঙ্গংদা মণিপুরসু চপচানা শরুক য়াখিবা মওংনি হায়বা য়ারে।

অনীশুবা পৃথিবীগী লাল্লাও (১৯৩৯-১৯৪৫) লাক্লে। ভারত শীনবা থুংনা অহোংবা অমা লৈরক্লে। মণিপুরদসুনি। ১৯৪১ দা মহারাজ চূড়াচান্দ নোক্লাখিদুনা মজাইবুংঙো বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইরকপা কুয়াদ্রি - ১৯৪২ মে ২০ দা বোম থাদরক্লুনা লাল্লাও অসিগী অশেংবা লানফম অমা ওইরবনি, পৃথিবী শীনবা থুংনা ইম্ফাল অমসুং নাগালেন্দগী কোনুং কোহিমাগী মিং খঙনখ্রবনি। চহী অহুম মথায় চুপ্পা শাসনগী থবক কাংথোং চাইরে। রাজনীতি ঈরাং ভূমিল্লা মৈশিনম্রে। অদুবু খা নোংপোকলোমদগী নেতাজী সুভাষচন্দ্রগী আজাদ হিন্দ ফৌজ (ইন্দিয়ান নেসনেল আর্মী) না মণিপুর

য়ৌশিল্লক্লবদা মণিপুরগী শক্লাইরবা মীওই কয়াদা নীংতম্বগী মৈনা অমুক চুখৎলরে। লাগ্নী য়ম্না ওইনখি। মোইরাংগী কংলাদা ১৯৪৪ এপ্রিল ১৪ দা আজাদ হিন্দ ফৌজগী ফিরাল হাইগৎপা ওন্রে। ব্রিটিশ পেরামাউন্তসিগী মখাদতা নংতনা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মফম অমদা ভারতকী ওইনা নীংতম-ফিরাল হাইগৎখিবা অহানবা মফম মণিপুরনা ওইরে। ১৯৪২ ওগষ্ট থাদগী চংশিল্লকখিবা "ভারত থাদোক্লো" আন্দোলনদা মণিপুরসু ওমজবী মওংদা শরুক য়াখি।

ভারতকী অঁতে মফমগা য়েংনবদা মণিপুরনা মীখা পোনবা থেঙখিবগুম রাজনীতিগী মীৎকপ থোকপদসু থেঙখি হায়বা তাই। অনৌবা শিক্ষাগী কান্নবা তপ্না তপ্না ফংখিবা মরমনা মতমগী ভারতকী ঈহৌদা মণিপুরনা মীৎকপ থোক্লকপদদি ভারতকী নীংতম লানগী খোঙজেল পম্বুং য়ৌগদবা কুইরমদ্রে। তৌববুদি নেটিব ষ্টেট অমা ওইরম্বদগী অঁতে মফমগা খোঙজেল মান্নদবা অদু লৈবনসু ওইগনি।

মণিপুরগী অনৌবা মীরোল হায়বদি মীখা পোল্লবা মতুংগী মীরোলনা রাজনীতিদা, সমাজগী অওনবা পুরক্লবা হোৎনবদা চঙশিল্লকখিবগী খোঙচৎ অরায়বা ওইখিদে। ১৯২০ গী মতুংদগী স্বাধীনতা ফংবা ফাওবগী মরক অদুদা খুৎমাবা লুচিংবা কয়ানা শীংথানিঙাই ওইবা থবক কয়া মথং মথং পাঙথোক্লকখি। সাহিত্যদা সমাজগী অওনবা পুরকপদা মহৈমশিং তম্বগী খুদোংচাবা কয়া ফংহন্নবা হোৎনরকপদা, জগোই ঈশৈনচিংবা সংস্কৃতিগী লমদা মশক থোকপা খোঙথাং কয়া উবা ফংলে। শক্লাইখিবা মণিপুরী মচা খরগী ল্লারী অমসুং থবকশিং হৌজিক্তা নৌনা থিগৎনরক্লি হায়বা য়ারি। কৃপ্না য়েংশিনবগী থবক্তি লাইরিক মচা অসিদা খরা ল্লানা থোক্লে। খুদম ওইনা চুম্নগী মিং খরদং নীংশিংবদি কায়দে হায়না খঞ্জে।

রাজনীতিগী মায়গৈদা মীয়াম্না হান্ননা নংত্রগা মমৈদা শকখঙনরকখিবশিংদি জননেতা হিজম ইরাবত, এলাংবম তোম্পোক সিংহ, ললিতমাধব শর্ম্মা, বঙ্কবিহারী শর্ম্মা, মাঘো সিংহ, সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, ডাক্তর লৈরেন, কোয়জম অমুবী, পি তোমাল সিংহ, য়ুম্নাম খোইমচা, চিংঙাখম পিশক, ইরোম চন্দ্রহাস, শলাম তোম্বী, মাইরেম্বম কোইরেং, কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, লাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ, হেমাম নীলমণি সিংহ, লাইশ্রম অচৌ, য়ুম্নাম য়াইমা, শগোলশেম ইন্দ্রমণি, রাজকুমার ভূবনম্না, নোংথোম্বম ইবোমচা, রানী গাইদিলু, জাদোনং, অলিমুদ্দিন, রিশাং কৈশিং অসিনচিংবশিংনি। সরকারগী থবক তৌবদগী নংত্রগা জেলগী রাজনীতিদা কোংনা চোংথোকনিংখিদবদগী শক্লাইরবা মীওই কয়াসু মশক মমিং লোত্তুনা রাজনীতিদা য়াওখিদবা নত্তে। নুপীলানমক্তদসু লুচিংবী কয়া চোংথোরকখি। মখোয়গী মনুংদা তোনখোম্বী, খোংনাং, মুখী, অমুবী, শখী, রজনী, লৈপাক্লে, ইবেমচা, সনাতোম্বী অসিদচিংবী কম্নাগী মিং পম্নরি।

সাহিত্যগী পাম্বৈনা মীয়ামগী পূক্নীংদা অনৌবা ৱাখল্লোন পোকহনখিবশিংগী মনুংদা ডাক্তর লমাবম কমল, খাইরাকপম চাউবা, হিজম অঙাংহল, হিজম ইরাবত, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, হবাইবম নবদ্বীপচন্দ্র, দ্বীজমনি দেব শর্ম্মা, পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা, সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, অশাংবম মীনকেতন, মুতুম ঝুলোন, ৱাহেংবম যুমজাও সিংহ, গীতচন্দ্র তোংব্রা, রাজকুমার শীতলজিৎ অমসুং কৈশাম কুঞ্জবিহারী অসিনচিংবনি।

রাজনীতি অমসুং সাহিত্যগী লম্বীদা চোংথোকলখিবা লুচিংবা লুচিংবী কয়া সমাজ সেবাদা, শিক্ষা শন্দোকনবগী থবক্তা, জর্নেলিজমগী ঈথৌদা, ঠিয়েটর অমসুং অতৈ সংস্কৃতিগী থবক থৌরম কয়াদসু নীংতম পাউজেল শন্দোকপদা অদুম থবায় য়াওনখি।

১৯৪৫ দা লাণ্ডাও লোইরে। কায়নরুরবা মণিপুরগী মীয়াম মাগী মাগী ময়ুমদা অমুক হণ্ডিন্নরক্লে। রাজনীতিগী সংস্থানশিং মপাঙ্গল লৈহন্নবা ঈরাঙ অমুক কনখৎলক্লে। নিখিল মণিপুরী মহাসভা কৃষক সভা, প্রজা সম্মেলনী, মণিপুর সেবা সংঘ, মণিপুর ছাত্র সম্মেলনী, মণিপুর প্রজা কংগ্রেস, মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস, প্রজাশান্তি অসিনচিংবা কয়ানা "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" নৎত্রগা "প্রজারাজ" লাকননবা মায়ৈগে ফাংনা কন্না হোৎনরকই। মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস্ পিপলস্ কনফরেন্সকা খুৎশম্নরকই, ভারতকী ওইবা কমুনিষ্ট পার্টি, সোসিয়েলিস্ত পার্টি মখোয়গী মশাশিং মণিপুরদা য়ৌরকই লুচিংবা কয়া চোংথোকই।

ইতিহাসকী খোঙজেল অসুম অসুম থুজিল্লকই। মমৈদা ১৯৪৭ ওগষ্ট ১৫ দা ব্রিটিশনা ভারত থাদোকখ্রে। ভারত নীংতম্লবা লৈবাক অমা ওইরে। নুমিৎ অসিদা পণ্ডিত নেহরুনা দিল্লীগী লাল কিলাদা ভারতকী মচু অহুমগী ফিরাল পাইহনখিবগুম মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মণিপুরগী সনা কোনুংদা "পাখংবা ফিরাল" চিংখৎখি। অদুবু ৱাথোক অমর্দি লৈহৌই। ভারতকী অনৌবা ফিরালগা মণিপুরগী অরিবা ফিরালগা য়েৎনরক্লবদা মহারাজনা পোলিতিকেল এজেন্ট সি পি ষ্টেবার্টতা হায় " ষ্টেট অসিগী ফিরালগা ইউনিয়নগী ফিরালগা কংলাদা পুন্না চিংখৎমিন্নগদবনি, মরমদি পেরামাউন্তসিনা ষ্টেটকী ফিরাল চিংখৎহন্দ্রবদি কংলাবু মণিপুর ষ্টেটকী ওইরে হায়বসি অর্থ লৈতে।" ৱাথোক লুবা হেঞ্জিল্লকই। পেরামাউন্তসিনা অমুক চেফোঙ অমদা শেংদোকই, "মণিপুর ষ্টেটনা মশাগী ফিরালবু সম্মান তৌজবনি। ব্রিটিশনা পানবা লোইরদুনা মণিপুরনা স্বাধীনতা ফংবদা মণিপুরী জাতিগী ফিরাল হাইগৎপনি। অদুগী মথক্তা মণিপুর অসি ষ্টেট অমনি, মরম অদুনা ভারত দোমিনিয়নগী ফিরালগা মণিপুর ষ্টেটকী ফিরালগা (ষ্টট কাউন্সিল হোলদা) পুন্না হাইগৎখিবনি।" কংলাদদি পাখংবগী ফিরাল হাইগৎখিদ্রে। শেংদোকপা অসিনা অমুক হেন্না চমম্লহনখ্রে, সত্যাগ্রহ আন্দোলন ফাওবা চংশিন্নবা য়াওরকখি।

মরক অসিদা ষ্টেট মশাগী কন্সটিটুয়েন্ত এসেম্বলী শেমদুনা সংবিধান শেম্বা হৌই, মীখল পাওখোক্নুনা আইন সভা লিংনবা হোৎনৈ, মসিগী মমাঙদা ১৯৪৭ জুলাই ১৫ দগী ওগষ্ট ১৪ ফাওবা ইংলিশ মচা এফ,এফ, পিয়ারসননা মণিপুরগী অহানবা চীফ মিনিস্তর ওইখি। মহাক্না চৎথ্রবদা মহারাজকুমার প্রিয়ব্রত সিংহনা চীফ মিনিষ্টর ওইহৌরে। অদুবু, পুম্নমক অসিগী ওন্ন-তৈনবদা ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ২১ দা আসামগী মতম অদুগী কোনুং ওইখিবা শিলংদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা অনৌবা ভারতকী মীহুৎ ভি,পি, মেননগা আসামগী গর্ভনর শ্রীপ্রকাশকী মমাঙদা য়ান-চে অমা (মর্জর এগ্রিমেন্ত) সহি তৌনদুনা মণিপুর অনৌবা ভারততা পুনশিনখ্রে। হায়দ্রাবাদকী ফীভম অদু তাদনবা বোধচন্দ্র মহারাজনা মহাক্কী মন্ত্রি মণ্ডল নৎত্রগা আইনসভাগী বা ওইরমদনা নাহোকপা য়াখিদ্রবা মওং অমদা সহি তৌখিদ্রা হায়বা বাহংদি লৈহৌরি। অদুমকপু রাজনীতি পার্তি অমত্তনা মতম অদুদা অয়েৎপদি লৈখিদে। য়ান-চে অসিগী মতুং-ইন্না ১৯৫০ জানুবারী ২৬ তগী চৎনবা হৌথ্রবা ভারতকী সংবিধানগী অহানবা সিদ্যুলদা ১৯ শুবা ষ্টেট (পোর্ট সী) অমা ওইখ্রে।

মতুংদা ১৯৫৭ তগী অমুক ইউনিয়ন টেরিতোরি অমা ওইরে। ইউনিয়ন টেরিতোরিগী হুকথেংনবা লাইবক্তি সেন্ত্রেল গভর্নমেন্ততা লৈবা মরমনা অমুক পেন্নদবা লাকলে। এডভাইজরী বোর্ড, টেরিতোরিয়েল কাউন্সিলগী চাংয়েংনা মণিপুরদা নীংবা থুংনরক্রে। লৈবাক ঈরাং অমুক হৌরে। ১৯৭২ গী জানুয়ারী ২১ দগী মপুংফাবা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইরে। বারী অসি মসিদা লোইবদি নৎত্রি। মণিপুরী মচা অয়াম্বনা চুশিনখ্রবা ব্রিটিশ শাসনগী মনম কোক্তবগুম তৌরি। মরুওইনা নৌনা হৌগৎলক্রিবা নহারোলশিংনা ঐখোয় কদায়ফাওবা নীংতম্রে হায়বগী বাহং তোয়না হংনরক্রি। ইশা ইশানা পাউখুম ফজনা পীবা তারি।

লোইরবা

# লমন্ তোনশিঞ্জবা

লাইরিক মচা অসি খুৎই ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা "নাৎকী নীংতম ৱারী" হায়না মিংথোঞ্জদুনা থমজখি। মরমদি পৃথিবীগী লৈবাক নৎত্রগা জাতি খুদিংগী শাংল-শাংলবা ৱারী কয়া লৈরিবশিংগী মনুংদা মচেৎ খজিক্তং শোকপা ঙমদ্রা য়েংগে হায়দুনা হোৎনজখিবনি। মরু-ওইবা মীৎয়েংদি ঈপানাৎ ঈপুনাৎশিংগী ৱাখলগী শক্তম অমতং শাগৎচনিংখিবনি। মীশক অমসুং থৌদোকশিংগী ইতিহাস কুপ্না নৈনরুবগী মহৎতা পরম্পরাগী ওইবা দৃশ্য খজিক খজিক্তংগী ৱারী অমা শাগৎচদুনা রচনা অমগী মওং লাকশিঞ্জখিবনি। মসিগীদমক ঐনা হঙ্গোইজদবা অহল লমন ওজা গুরুশিংগী মফমদা চৎ-চত্তুনা খন্ন-নৈনজরুই। মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরকখি। ওজাশিং অদুগী মনুংদা মতম শাংনা ভারতকী পার্লিয়ামেন্তকী মেম্বর ওইবিরম্লবা শ্রী নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহসু অমনি। তাকপি-তম্বীরকপা কয়াদা নৎতনা মণিপুরগী নীংতম ৱারীগী মতাংদদি লোইবা নাইররোইদবা ৱারী কয়া লীবিরকখি। তশেংনমক্ মণিপুরতগী ওইবা অসিগুম্বা লাইরিক মচা অমত্তং ফাওবা কন্না ইজনিংখি। অদুবু লাইরিক অসিদদি ওইথোক্রুবনা হায়নিংবা খরদং পল্লগা তোকচরে। উপায় লৈজখিদ্রে। ওজা অসিদা কন্না হায়জরবা মতুংদা লাইরিক অসিগী ৱামাঙ্ য়ানবা ওইনা ৱাহৈ অমা-অনীদংদি ইবিয়ু হায়জরবদা মথৌ চিল্লবসু চিন্না হরাও-হরাও য়াবিরক্লে। ওজা ইবুংঙো অসিগী লমন হায়নিংঙাই লৈত্তনা তোনশিঞ্জরে।

লোয়ননা, লাইরিক অসিগী মমিংসু ইচম চমনা "নীংতম ৱারী" তমক হায়না থমজরে। খুৎই ওইরিঙৈদা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা পূক্নিং থৌগৎপিরদুনা লাইরিক অসি ফোঙ্নবা হায়দুনা শেলগী মতেং খরা পীবিরকখি। তেংবাংবিরকপা অসিগীদমকসু মণিপুর সরকারবু হন্না হন্না থাগৎচরি, তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

বানানগী মতাংঙদা পেন্দবা খরা য়াওগ্রে। মসিগীদমক ঙাকপিগনি। মতুংগী খুৎনমদা চুমথোকচরগে।

অইবা

তাং ২০।৮।৯৯ ইং

# মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং


১. বিপিনচন্দ্র - মোদর্ন ইন্দিয়া, নিউ দিল্লী, ১৯৭১

২. তারাচান্দ - হিস্তরী ওফ দি ফ্রিদম মুভমেন্ট ইন ইন্দিয়া দিল্লী, ১৯৬১

৩. এস, গোপাল - জৱাহরলাল নেহরু - এ বাইওগ্রাফী, লণ্ডন, ১৯৭৫

৪. বি, আর, নন্দ - মহাত্মা গান্ধী, এ বাইওগ্রাফী, লণ্ডন, ১৯৫৮

৫. ই,এম,এস, নম্বুদ্রিপদ - হিস্তরী ওফ ইন্দিয়ান ফ্রিদম স্ত্রগল, ত্রিবান্দ্রম, ১৯৮৬

৬. এস, এন, সেন - ঐ তিন ফিফতি সেভেন, দিল্লী, ১৯৫৭

৭. অমলেস ত্রিপাথি - দি এক্সত্রিমিস্ত চেলেঞ্জ, কলকাতা, ১৯৬৭

৮. বুদ্বদেব ভট্টাচার্য্য - ফ্রিদম স্ত্রগল এন্দ অনুশীলন সমিতি, সম্পাদক ১৯৭৯

৯. এ, সি, বোস - ইন্দিয়ান রিভোলুসনরিজ এব্রোদ, ১৯০৫-২২, পাটনা, ১৯৭১

১০. এম, কে, গান্ধী - এন ওটোবাইওগ্রাফী -দি স্তোরী ওফ মাই এক্সপরিমেন্তস বিথ ত্রুথ, লণ্ডন, ১৯৬৬

১১. তেন্দুলকর - মহাত্মা

১২. জৱাহরলাল নেহরু - এন ওটোবাইওগ্রাফী

১৩. সুকমল সেন - ৱার্কিং ক্লাস ওফ ইন্দিয়া, হিস্তরী ওফ ইমর্জেন্সি এন্দ মুভমেন্ট ১৮৩০-১৯৭০ কলকাতা, ১৯৭৭

১৪. সুভাস বোস - দি ইন্দিয়ান স্ত্রগল, কলকাতা, ১৯৬৪ (ইডিসন)

১৫. এ, কে, গোপালন — ইন দি কোজ ওফ দি পিপলস রেমিনিসেন্সেস, মাদ্রাজ, ১৯৭৩

১৬. উর্মিলা ফদনীস — তোৱার্দস দি ইন্তিগ্রেসন ওফ ইন্দিয়ান ষ্টেটস্ ১৯১৯-৪৭, বোম্বে, ১৯৬৮

১৭. অদিত্য মুখর্জী — দি ইন্দিয়ান কেপিটেলিষ্ট ক্লাস -আসপেক্স ওফ ইতস ইকোনোমিক পোলিটিকেল এন্দ আইদিওলো-জিকেল দিভলপমেন্ট ইন দি কোলো-নিয়েল পেরিয়দ ) ১৯২৭-৪৭ (এস, ভট্টাচর্য্য এন্দ রমিলা থাপর - সম্পাদক, ক্রিয়েতিং ইন্দিয়ান

১৮. মোহিত সেন, - দি ইন্দিয়ান রিভোলুসন - রিভিয়ু এন্দ পর্সপেক্তিবস্, নিউ দিল্লী, ১৯৭০

১৯. বিপিনচন্দ্র অমসুং - ইন্দিয়াজ স্ত্রগল ফোর ইন্দিপেন্দেন্স, কাংবু ১৮৫৭-১৯৪৭, নিউ দিল্লী, ১৯৮৯ (ইডিসন)

২০. দি, ভি, ভোরা - হিস্তরী ওফ দি ফ্রিদম মুভমেন্ট, দিল্লী, ১৯৮৭

২১. আর কে ঝলজিৎ সিংহ- হিস্তরী ওফ মণিপুর, ইম্ফাল, ১৯৬৫

২২. প্রোসিদিংস ওফ দি মোদর্ন ইন্দিয়ান হিস্তরী কংগ্রেস, ১৯৭৫

২৩. এ সেন্তেনরী হিস্তরী ওফ দি ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেস

২৪. নীংতম্বগা মরি লৈননা (ওগষ্ট ১৫ অমসুং জানুয়ারী ২৬) মণিপুর সরকারগী অমসুং লনাইগী চেফোঙশিং।

অসিনচিংবা।

## মীশক্, সংস্থান অমসুং উহৌ খরগী মিং.য়াওফম

## মীশক্, সংস্থাশিং অমসুং অতৈ থরবী মিং মাওকম



### ও



### ক

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খরগী মিং য়াওকম

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঊৰৌ খরগী মিং য়াওফম

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খরগী মিং মাওথম

*য়েংবিগদবা :* ব্রাহে খরদি লামায় কয়দা হঞ্জিন্না য়াওবা য়াওরি, অদুবু অহৌবা লামায়তমক হাপচরে।

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১. ময়াই কারবা শামু (ৱারীমচা) ১৯৮৯ ●

২. হনুবা অমসুং সমুদ্র, (অর্নেষ্ট হোমিংৱেগী উপন্যাস 'দ ওল্দ মেন এন্দ দি সী'' গী মণিপুরী অনুবাদ), ১৯৯১

৩. ৱারী লী খোঙ্গুল লী, অহানবা শরুক (অঙাংগী সাহিত্য), ১৯৯১ ●●

৪. মালিকা মমা (ৱারীমচা), ১৯৯৩

৫. কায়রবা ঈশিং পুন (ওক্টাভিও পাজগী খোমজিনবা শৈরেং), ১৯৯৫

৬. ৱারী লী খোঙ্গুল লী, অনীশুবা শরুক (অঙাংগী সহিত্য), ১৯৯৭ ●●●

৭. যুগান্ত ( ইরাবতী কার্বেনা ইবা, সাহিত্য অকাদেমিগী মনা ফংখ্রবা 'যুগান্ত' গী মণিপুরী অনুবাদ) ফোঙবা : সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লী, ১৯৯৭

৮. জয়দেবগী গীতগোবিন্দ (মণিপুরী অনুবাদ), ১৯৯৭

৯. মতমগী মণিপুরী ৱারী মচা (খোমজিনবা অমসুং সম্পাদন তৌবা) ফোঙবা : মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি, ১৯৯৭

১০. লাইরিক অসি (নীংতম ৱারী- রচনা অমা), ১৯৯৯

● মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি ১৯৯০ গী সাহিত্যগী মনা অমসুং সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লীগী ১৯৯৪ গী সাহিত্যগী মনা ফংখ্রবা।

●● মণিপুর সরকারগী ১৯৯২ গী অঙাংগী সাহিত্যগী মনা ফংখ্রবা।

●●● এন,সি,ই,আর, টি, দিল্লীগী ১৯৯৫ গী নেসনেল প্রাইজ ফংখ্রবা।